# শরৎচন্দ্র

অযদ্বং

# মাগী সাহিত্য



দেবলা বুক ষ্টোর
"পাওনা বাজার, মসজিদ রোড," ইম্ফাল।

# শরৎচন্দ্র অমসুং মাগী সাহিত্য



রঘুমণি শর্ম্মা

দেবলা বুক স্টোর
পাউনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল

কোৎজবী :—

শ্রীমতী সনাহনবী দেবী

ব্রহ্মপুর, নহাবম, ইম্ফাল।

অহানবা থুৎনম :—১৯৯৯ ইং।



মশীং :—৮০০

মমল লুপা: ৭০/

নম্কম :—

দেবলা প্রেস

ব্রহ্মপুর, নহাবম, ইম্ফাল।

---

স্বত্ব পুম্নমক প্রকাশিকাগীনি।

ইমৈবাক-ইজাতিগীদমক কার্গিলগী লানফমদা পুন্সি কৎখ্রবা
অথৌবশিংগী মফমদা —

## বাহৈ অনীদং

লাইরিক অসিদা ভারতকী শক্লাইবা রারেং ইবা, বঙ্গদেশতা পোকখিবা শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী পুন্সি রারী, মাগী পুন্সিগী মতাং কয়াদা থুপ্লা লৈরম্বা রাকম কয়াদা মতম অতুগী শক্লাইবা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনচিংবা মীশক ৩০ না নৈনবিরম্বা, মতুগা লোয়ননা মহাকী লাইরিকশিংগী হৌরককম ইতিহাস থরমথৈ অপাবশিং নুংশি-মিৎয়েং মাংদা লাম্থোক-চনবা হোৎনজবনি। শরৎচন্দ্রগী লাইরিক অয়াম্বা মণিপুরীদা হন্দোক্লুনা মীয়াম্না পানরে। অতুবু শরৎচন্দ্রগী পুন্সি অমদি মাগী সাহিত্যগী হৌরককমগী মতাংদদি অয়াম্বনা খঙনদবনা পাঠক কয়ানা অসিগুম্বা লাইরিক ইননবা কয়া তাকপিরকখিবগী মতুংইন্না মসি ইথোকচখিবনি। লাইরিকসি ইথোকপা হৌখিবা চহীগী মে থাদা লোইরবস্থ নম্বগী মতাংদা অপনবা খম্না লৈখি।

লাইরিক অসি ইথোক্লবা হোৎনবদা বাঙলা লাইরিক কয়াগী মতেং লৌজখি। লাইরিকশিং অতু মসিনি—'সরৎ সমগ্র', শরৎ-সাহিত্য সমগ্র', 'শরৎ স্মৃতি মাল্য' অমস্তুং শরৎচন্দ্র ( জীবনী ) অসিনচিংবা।

লাইরিক অসি ইরিবৈ অতুগা নম্বা মতমদা মওং কয়াদা তেংবাং পীবিরকখিবা মরুওইনা ঐগী ইম্বাম্বা শ্রীযুক্ত এন. কুঞ্জমোহন সিংহ, ঐগী মরুপ শ্রীযুক্ত লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ, শ্রীযুক্ত ব্রজমণি মাইস্নাম্বা অমস্তুং শ্রীপুখ্রীময়ুম কয়ামুদ্দিনগী মকমদা ঈকাই-খুম্নজবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা উচ্চই।

— রঘুমণি

# য়াওফম তাকপা

# লাইরবগী স্বরূপ শরৎচন্দ্র

রঘুমণি শর্ম্মা

হুগলী জিলাগী দেবানন্দপুর অপিকপা খুঙ্গং অমনি। খুঙ্গং অদু ঈষ্টর্ন রেলৱেগী ব্যাণ্ডেল স্টেশনদগী অরাং-নোংপোক্তা মাইল অনী লাপ্না লৈ। খুঙ্গং অদুগী লাইরবা ইমুং অমদা খ্রীষ্টাব্দ ১৮৭৬ কী সেপ্টেম্বরগী তারিখ ১৫ দা শরৎচন্দ্র পোকখি। মহাক্কী মপাগী মমিং মতিলাল চট্টোপাধ্যায় অদুগা মমাগী মমিংদা ভুবনমোহিনী দেবী কৌই। শরৎচন্দ্রগী প্রভাসচন্দ্র অমদি প্রকাশচন্দ্র কৌবা মনাওনুপা অনী লৈরম্মী অমসুং অনিলা দেবী কৌবী মচে অমগা সুশীলা কৌবী মচনুপী অমগা লৈরম্মী। মখোয় মচিন-মনাওশিংগী মনুংদা অনিলা দেবীনা অহলনি, শরৎচন্দ্রনা য়াইমনি অদুগা সুশীলা দেবীনা খ্বাইগী অতোম্বীনি।

শরৎচন্দ্রগী মপা মতিলালনা এণ্ট্রান্স পাস তৌরগা মতম খরা এফ. এ. তম্লম্মী। মহাক পুকচেল লেপ্তুবা ভাইহাক-ভাইহাক্কী ওইবা রাখলদাচৎপা মীওই ওইরম্মী। অদুনা মহাক মতম খরদং খবক তৌরম্বা নত্তনা অমুক হন্না করিগুম্বদম্মু খবক অমতা তৌরমদে। রারী, উপন্যাস কয়া ইরম্মী, অদুবু মপুকচেল চেৎতবা অদুনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা অইবা অমত্তা মপুংফানা ইথোকপা ঙম্মদে। লৈত-লাইরগী চৈথেংদা মহাক অয়াম্বা মতমদা ইমুং-মনুংগা লোয়ননা ভাগলপুরদা মপী-মপামগী শাইদাংবা হেকহেক চৎপা তারম্মী। অদুনা শরৎচন্দ্রগী অঙাং ওইরিবগী অয়াম্বা চহী ভাগলপুরদা মামাগী য়ুমদা লেল্লম্মী। মপাদা ইবা লোইশিন্দবা রারী, উপন্যাসশিংদু শরৎচন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙৈদা থেংনরুবদা মাগী থম্মোয়দা অইবা অমা ওইনিংবগী ঈখিল পোকখিবনি হায়না খাজনৈ।

শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মথৌ কেদারনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী মুখ চৌবিশ পরগণা জিলাগী হালিশহরদা লৈরম্মী কেদারনাথ ভাগলপুরদা কলেক্টর অফিসকী কেরানি ওইরম্মী। কেদারনাথকী মচিল-মনাও মরীশু মাগী মাগী ইমুং-মনুংগা লোয়ননা মহাক্কী নাক্তা লৈরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা চহী মঙা ওয়রকপুদা মহাক্কী মপানা মাবু খুঙংগী হায়রবদি দেবানন্দপুরগী প্যারি পণ্ডিতকী (বন্দোপাধ্যায়গী) পাঠশালাদা মমিং চনবিরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মকম অদুদা চহী অনী-অহুম লাইরিক তম্লম্মী। পাঠশালা অদুগী ছাত্র ছাত্রীশিংগী মরক্তা মহাক্তা খ্বাইদগী কনবা ছাত্র ওইবগুম ভাখশিন্নবদসু খ্বাইদগী হেল্লম্মী।

শরৎচন্দ্রনা দেবানন্দপুরদগী লাক্লগা ভাগলপুরদা লৈররবদা মহাক্কী মমা পোকপা মথৌমা মতাকপু দুর্গাচরণ বালক বিদ্যালয়দা ছাত্রবৃত্তি ক্লাসতা মমিং চনবিরম্মী। ক্লাস অদুনা শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মথৌগী মনাও অতোম্বা অঘোরনাথকী মচানুপা অহল মণীন্দ্রনাথসু তম্লম্মী।

ছাত্রবৃত্তি পাস তৌরগা শরৎচন্দ্র ভাগলপুরগী জিলা স্কুলদা মমিং চল্লম্মী।

খ্রীষ্টাব্দ ১৮৮৯ দা শরৎচন্দ্র জিলা স্কুলগী ফোর্থ ক্লাসতা কারম্মী, মতম অদুদা মাগী মপানা ডিহিরিদা থবক তৌরম্বত্র তোকখি। শরৎচন্দ্রগী মপানা মতম অদুদা ইমু-মনুং পুম্না পুদুনা অমুক দেবানন্দপুরদা চৎলম্মী। শরৎচন্দ্রনা মমা-মপাগী তুং ইল্লুনা দেবানন্দপুরদা লাকপা চহী অহুমত্তদা হায়রবদি খ্রীষ্টাব্দ ১৮৮৯ গী জুলাই থাদা হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুলদা ফোর্থ ক্লাসতা মমিং চল্লম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯২ দা শরৎচন্দ্রনা ফাস্ট ক্লাস তম্বা মতমদা মাগী মপানা লৈত-লাইরগী চৈথেংদগী মাগী স্কুলগী থাগী ফি হুনবিবা ঙম্মদে, অদুনা শরৎচন্দ্র লাইরিক তম্বা তোক্লম্মা য়ুমদা কমদুনা লৈরম্মী।

মতম অদুদা শরৎচন্দ্রগী চহী তরাতৈরেৎ শুরে, অদুম্মা য়ুমদা ফমদুনা লৈরিঙৈ মতম অদুদা মহাক্তা মাগা পাঠশালাদা লাইরিক তম্মিন-নরকপা মরূপ কাশীনাথকী মিং লৌদুনা 'কাশীনাথ' কৌবা ৱারী অমা ইরম্মী।

দেবানন্দপুরদা মভিলালগী কিতম নোংমা-নোংমগী কাহেমা শংচিন্নক-বদগী মতম অদুদা অতোপ্পা উপায় লৈত্রদুনা অমুক হন্না ইমুং-মনুং পুম্না

স্কুলগী-মপাম্নদা শাইদাংবা চঙ্খ্রম্মী। মসু খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯৩ গী অহানবা শরুক্তুনি। শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরদা লাক্লবদা অমুক হন্না স্কুলদা মমিং চনবিন্নবা কন্না তক্করম্মী। অদুবু শরৎচন্দ্রনা কনা তক্কহুন্না কৈদৌনি? হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুলগী থা কয়াগী ফিগী শেল্লোল শিংদোক্লগা সার্থিফিকেট লৌরুনবা শেলদি কদায়? খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯২ গী জানুবারী থাদা মাগী মমা পোকপা মখো শিখিবনা পুন্না চারম্মা মামাগী ইমুং অদু কাক্করম্মী। শরৎচন্দ্রগী মপাগী মামা অনীগী মরক্তা মাখা অহল ঠাকুরদাসতি মতুমদ্রদা থবক তৌখি। মামা অতোপ্পা বিপ্রদাসনু তনব মামখিত্রবা থবক অমা পাম্বদ্রা মঙাইরি, মহাক মতোমদনা মাগী ইমুং মন্নাম্বা ঠাকুরদাসকী অমদি মতিলালগী ইমুং থাকপা তারম্মী।

সাহিত্যিক অমদি সাংবাদিক পাঁচকড়ি বন্দ্যোপাধ্যায় মতম অদুদা ভাগলপুরগী তেজনারায়ণ জুবিলি কলেজিয়েট স্কুল (হৌজিক্কী মিং—তেজনারায়ণ বনমালী কলেজিয়েট স্কুল) দা ওজা ওইরম্মী অমসুং ভাগলপুরদা শরৎচন্দ্রগী মামাখোয়গা যুমথংননা লৈরম্মী। পাঁচকড়িগী মপা বেণীমাধব বন্দ্যোপাধ্যায় অদু শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মখোগী মরূপ ওইরম্মী। অদুনা শরৎচন্দ্রনা পাঁচকড়িবাবুদা মামা কৌরম্মী। শরৎচন্দ্রগী লাইরিক তম্মিংবা মওংদু উবদা পাঁচকড়িবাবুনা মমৈথংদা শরৎচন্দ্রবু মখোয়গী স্কুলদা মমিং চনশিনবিখি।

শরৎচন্দ্রনা তেজনারায়ণ জুবিলি কলেজিয়েট স্কুল অদুমক্তদগী মথংগী চহী হায়বদি খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯৪ গী ফেব্রুবারী থাদা এন্ট্রান্স পরীক্ষা থাহুনা সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাস তৌরম্মী। পরীক্ষা মমাংদা স্কুলদা পরীক্ষাগী ফি অমসুং মহুগা লোয়নবা থা কয়াগী ফি থিবা মতমদসু শরৎচন্দ্রগী মামা অতোপ্পা বিপ্রদাসনা লমদম অদুগী মহাজন গুলজারীলালগী মকমদগী কেশুনোট ইত্থুনা শেল পুবা তারম্মী।

শরৎচন্দ্রগী মমা পোকপা মখো অতোপ্পা অঘোরনাথকী মচানুপা অহল মণীন্দ্রনাথসু চহী অদুমক্তদা এন্ট্রান্স পাস তৌখি। এন্ট্রান্স পাস তৌরগা মণীন্দ্রনাথতি নারায়ণ জুবিলি কলেজদা মমিং চনম্মী। অদুবু শেল লৈত্তবদগী শরৎচন্দ্রদি মমিং চনবা ঙম্মদে। লৈত্ত-লাইরবগী শাফুদা বিপ্রদাসনা শরৎচন্দ্রবু কলেজদা মমিং চনবিবা ঙমখিদবনি।

লাইব্রেরীগী মথৈবায় য়াওজবা শরৎচন্দ্র লাইব্রিক তম্বা কলেজগী হায়রবা উবদা মণীন্দ্রনাথকী ইমা কুসুমকুমারী দেবীনা মখোয়দা মীঙুংশিংগী ঈথক হৌরকখি। মহাক্কা মাগী মপুরোইবংগা তানয়গা মখোয়গী মচাসুপা। অতোপ্পা অনীবু লাইব্রিক তাকহন্নবগী থিংদা শরৎচন্দ্রবু কলেজদা মফিং চনখিখি অমসুং কলেজগী খা থাগী ফি হনবিনবা খোয়াংসু তৌবিখি। মতুংগী কালদা শরৎচন্দ্রনা কলেজ কাবা কংখিবনি। শরৎচন্দ্রনা সুংতিগী সুংদাং সুংদাংদা মণীন্দ্রনাথকী মচাসুপা অতোপ্পা অনী চায়বদি সুরেন্দ্রনাথপু অমসুং গিরীন্দ্রনাথপু লাইব্রিক তাকপিরম্মী। মখোয় মতম অমুদা স্কুলগী অনেপ্পা ক্লাসতা তম্লম্মী।

কলেজদা তম্বা মতমদা শরৎচন্দ্রনা লাইরবদগী কলেজগী টেক্স বুক কাওবা লৈজবা ওয়মদে। মহাক্কা মণীন্দ্রনাথ অমসুং অতৈ লাইব্রিক তম্মিনবা মরূপশিংগী মকমদগী লাইব্রিক রাইহনা অচিং তুমদনা লাইব্রিক ওয়রাইরম্মী, অমুগা নোং হেক তানবগা লাইব্রিকশিংমু মপু মপুদা পীথোকখিবা তারম্মী। কলেজদা মতৌ অমুম্না চহী অনী লাইব্রিক তমহনসু টেস্ট পরীক্ষাগী মতুংদা এক. এ. পরীক্ষাগী ফি শুপ্পগী লুপা কুনথক খোয়াং তৌবা ঙমদবদগী শরৎচন্দ্র পরীক্ষা থাবা কংখিদে। তশেংবদি মতম অমুদা শরৎচন্দ্র মামাগী য়ুমদা লৈরমদে। মতুংগী মরমদি খ্রীষ্টাব্দ ১৮৯৫গী নভেম্বর থাদা শরৎচন্দ্রগী মমা শিখিবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা শরৎচন্দ্রগী মপা মতিলাল মুপী-মপাম থাদোক্লুনা মচা ময়াম পুন্না মকম অমুদগী মাইল অমরোম লাপ্পা ভাগলপুরগী খঞ্জরপুর পল্লীদা লাকখি। মকম অমুদা মতিলালনা ইনা কুম্না য়ুম অমদা মচাশিংগা লোয়ননা লৈরম্মী। মাগী মচানুপী অহল অনিলা দেবীদি মতুংগী মমাংদা হাওড়া জিলাদা বাগনান থানাগী গোবিন্দপুর খুলংদা লুহোংলবনি। অনিলা দেবীদি নুপা-মনুমদা লৈরবনি।

শরৎচন্দ্রনা কলেজ থাদোক্লবা তুংদা ভাগলপুরগী আদমপুর ক্লবতা চংলুরকা ড্রামা অমদি শায়-খোংনবা য়াওহনা মতম লেপ্লম্মী। মতম অমুদা ভাগলপুরগী অকী-অথং খওদবা, মীগী য়াইকনবা তৌবা, মপুক্কী চেন চাওবা রাজেন মজুমদার কৌবা আদর্শ লৈবা পাখং অমগা তীন্নহনা

মহাকপু মীগী মাইকনবা তৌবা থবক্তা শক্তক ম্যাবা হৌরম্মী। (শরৎচন্দ্রনা ভুংদা মহাক্কী উপন্যাস 'শ্রীকান্ত'দা মাগী মরুপ অসিমকপু ইন্দ্রনাথকী শক্তম ওইনা য়েকখি।) শরৎচন্দ্রনা মতম অদুদা যুমথংনবা বিভূতিভূষণ ভট্টখোয়গী ইযুংদা চামশিন্দুনা মখোয়গী যুমদা পুনকম কা অমা থোরাং তৌরম্মী, অদুগা মকম অদুদা কমদুনা বারী-উপন্যাস মশীং য়াম্না ইরম্মী অমসুং পারম্মী। শরৎচন্দ্রনা মতমদুদা মামা সুরেন্দ্রনাথ, গিরীন্দ্রনাথ অমসু মখোয়গী মরুপ যোগেশচন্দ্র মজুমদার অমদি যুমথংনবা বিভূতিভূষণ ভট্ট অমগা মাগী মচানুপী নিরুপমা দেবী অসিনচিংবগা লোয়ননা সাহিত্য সভাগী সংস্থান অমা লিংখৎলম্মী। সভা অদুদা মশা মশানা ইবা পাথোক-কদবা নুমিৎ অদুদা নিরুপমা দেবীদি সভাদা থোয়রক্লমদ। মচাক্কা মবুং বিভূতিভূষণগী থুৎথাংদা মশাগী অইবা থারবই। সাহিত্য সভা অদুগী 'ছায়া' কৌবা থুংনা ইবা চেকোত্ত অমসু লৈরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মতম অদুমক্তদা মাগী বড়দিদি, দেবদাস, চন্দ্রনাথ, শুভদা অসিনচিংবা উপন্যাস অমসুং অনুপমার প্রেম, আলো ও ছায়া, বোঝা, হরিচরণ অসিনচিংবা বারীশিং ইরম্মি।

শরৎচন্দ্রগী মপানা মীগী শেন্দোংলগীদমক অতোপ্পা উপায় লৈত্রদুনা দেবানন্দপুরগী যুম-ইথোল পুম্নমক য়োংথোকখ্রগা মরি-মতা, মরুপ-মপাংদগী নি-খোৎতুনা করিগুম্বা মওং অমদা ইমুং পুরম্মী। শরৎচন্দ্রদি মতম অদুদা বনেলীরাজ এস্টেটতা মতম খরগী ওইনা থবক তৌদুনা লৈরম্মী। অদুবু অঙৌদনা নোংমা মপাগী মথক্তা রারৌবদগী পুম্নমক থাদোক্তুনা লংকৈ চৎখি অমসুং সন্ন্যাসীগী ফিজেৎ শেৎতুনা মীরৈবাক্তা কোইচৎ চৎতুনা লৈখি। অদুম্না কোইচৎ চৎতুনা লেরিঙৈ মতমদা মহাক মজঃফরপুরদা লাক্লম্মী, মতমদুদা নোংমা মাগী মপা শিবগী পাউ তারম্মী। মহু তাবদগী মহাক ভাগলপুরদা হল্লকখি। হল্লক্লগা করিগুম্বা মওং অমদা মপাগী শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম লোইশিল্লগা মনাওমচা অনীহুনা মরি-মতাশিংদা অদুগা মচলপুপীবুনা যুম মপু মহিল। অদুগী মকমদা শিরদুনা থনরগা (অদুগী ভুংদা শরৎচন্দ্রগী মামা অতোপ্পনা মাবু মথুংদা পুশিন্দুনা থম্মী অমসুং মশামক্কা মাবু পুহোংবিরম্মী) লাইবক চাংয়েংবা কলকাতাদা লাকখি।

কলকাতাদা লাক্লগা মহাক মামা উপেনগী ময়াম্বা কলকাতা হাই-কোর্টকী উকিল লালমোহন গঙ্গোপাধ্যায়গী য়ুমদা থংলম্মী অমসুং মহাক্কী মাক্তা থাগী লুপ ৩০ দা হিন্দী পেপর বুক্কী ইংরাজীদা হন্দোকপগী থবক অমা কংলম্মী। শরৎচন্দ্র লালমোহনগী য়ুমদা থা ভরুক লৈরম্মী। অদুগী তুংদা হায়রবদি খ্রীস্টাব্দ ১৯০৩ গী জানুৱারী থাদা মকম অদুদগী বর্মাদা চৎখি। বর্মাদ লালমোহননা মাগী মচলনুপী লোবা মশলকুপা রেঙ্গুনগী এডভোকেট অঘোর চট্টোপাধ্যায়গী য়ুমদা থংলম্মী।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনদা চৎত্রিঙৈগী নোংমা-নিংগী মমাংদা কলকাতাগী বৌবাজারদা মামা সুরেন অমদি মমা গিরীনগা উনবা চৎপদা ( মখোয় অনীমক মতমরুদা কলকাতাদা লৈরুনা কলেজ তম্লম্মী ) মামা গিরীনা হায়জবদগী কলমথক্তা থুদক্তা রাবী অমা হন্না পুস্তকীন প্রাপ্তরগী তাদা থাগৎলম্মী। শরৎ বু রাবীহুদা মশাগী মমিং থাদনা সুরেন্দ্রনাথকী মিংদা থাগৎখিবনি। রাবীগী মমিং 'মন্দির' কোন। রাবী ১৫০ গী মনুংদা 'মন্দির' না থাইদগী অহানবা ওইনা খংখি।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনদা লাক্লবা মতুং সুমিৎ খবনি হৈ য়গা অঘোর বাবুনা বর্মা রেলবেগী অডিট ওফিসতা মহাকপু টেম্পরারি পার্ট অমদা চংহনবিখি। চহী অনীগী মতুংদা ইথঙ খন্তোক্লোদনা অঘোর বাবু শিখি। মতম অদুদা মাগী ইমুং-মনুং লঙ্গুন থাদোক্লুনা মরৈবাক্তা হনখি। তাঙ্গা অদুদা শরৎচন্দ্রনা রেলগী অডিট ওফিসকী থবক অদু মথুক্তগী নাম্থোকখি। শরৎচন্দ্রনা মতম অদুদ মাগী রেঙ্গুনগী মরুপ গিরীন্দ্রনাথ সরকারগা লোয়ননা পেগুগী চংলম্মী। পেগু রেঙ্গুনগী অরাংদা মাইল নিফুমগী লাপ্পা লৈ। পেগুদা চৎলগা মহাক গিরীনবাবুগী মরুপ অবিনাশ চট্টোপাধ্যায়গী য়ুমদা সুমিৎ কয়ানিরোম লৈরম্মী। অবিনাশকী ময়ুম শরৎচন্দ্রগী পোক্লকফম দেবানন্দপুরদগী থোইনা লাপ্তনা লৈবা বৈদ্যবাটীদনি। অদুনা অবিনাশনা মীরৈবাক অদুদা শরৎচন্দ্রবু মরম-মচানি হায়দুনা য়াম্না নুনা-চান্না তৌবিরম্মী।

অবিনাশকী য়ুমদা লৈবা মতমদা পব্লিক ৱার্কস একাউন্টস ওফিসকী ডিপুটি একজামিনর মণীন্দ্রকুমার মিত্রগা শরৎচন্দ্রগা নোংমা শকখঙনবগী

খুদোংচাবা কংলম্মী মণীন্দ্রকুমারনা শরৎচন্দ্রবু থবক থৌদনা কৈ হায়রা থগত্নবা খ্রীষ্টাব্দ ১৯০৬ কী এপ্রিল থাদা মশাগী ওফিসতা থবক চাপ্পিরম্মী। থবক্কী কংবগা শরৎচন্দ্র পেগুদগী রেঙ্গুনদা লাক্লম্মী। থবক অসু কংখ্রিদৈগী মরক্তা মহাক লাইরবা মতম খরা কৌ লৈদোনবা মপা অমগী মনাক্তা থবক চৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মণীন্দ্রকুমারনা চাপ্পিখিবা থবক অসু খ্রীষ্টাব্দ ১৯১৬ গী এপ্রিল ফাওবা তৌরম্মী। ১৯১২ দা শরৎচন্দ্রগী ওফিস অসু বর্মাগী একাউন্ট জেনরেল ওফিসতা পুশিনখি।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনদা লৈরিদৈগী অয়াম্বা মতম শহরগী চিদায়দা লৈবা বোটাটোং-দা ওয়াংলমদা লল্লম্মী। মখম অসুদা শহরগী কারখানাগী মিস্ত্রীশিংনা লৈরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মিস্ত্রীশিংগা চিংনবা লৈতনা তোৎনা-তীম্মী। মহাক্কা মখোয়গী থবক চংনবগী চিঠি চবি, খৎনচৈনবদা তাঙলিনাবি, অনা-অয়েক্তা মরল লৌদনা কোমিওপোথীগী লাইয়েং কাংলোন্দা লেম্মা লায়ংবি, খুদোংথীবদা মতং সু পাংবি। মরম অসুনা মখোয়না শরৎচন্দ্রদা থোইদোক্না শ্রদ্ধা-ভক্তি কৈনম্মী অমসুং দা ঠাকুর হায়না কৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মখোয়গা লোয়ননা চঞ্চু ওনগী দশা অমসু শেম্মী।

শরৎচন্দ্রনা মিস্ত্রী কোলোনিদা লৈবা মতমদা মাংনা লেপ্লিবা য়ুম অসুগী লৈমায়গী মরোলদা চক্রবর্তী শাগেগী মিস্ত্রী অমা লৈরম্মী। মিস্ত্রী অসুগী শাক্কু নাবী মচানিতোল অমা লৈরম্মী চক্রবর্তীনা মীথাই চল্লবা যু থকপা মিস্ত্রী অমদা মচানিতোলসু থাজনব শিল্লম্মী। চক্রবর্তীগী মচানিতোল অসু নদি লুহোংবা অসু গুপথা য়ানিংদ্রমাদ, মবম অসুনা খুদোংথীবা অসুদগী কনবিনবা মহাক্কা ঊকাই-ঊকী পাদোক্লুন শরৎচন্দ্রগী মখোড়দা তুন্না হম্মা হম্মা হায়জরম্মী। মতম অসুদা চবৎচন্দ্রনা অতোপ্পা উপায় অমা ঊন্দনা মশামক্কা মহাকপু লুহোংহনা লৌশিনবিখি

শরৎচন্দ্র মাগী নুপী শান্তি দেবীগা লোইননা য়ামনা নুংঙাইনা লৈরম্মী। মখোয়গী চানুপা অমসু লৈরম্মী। মতম অসুদা বর্মাদা প্লেগকী লাইচৎনা অনয়গী মশক কংনা পাক্লকনা শন্দোকল্লম্মী। লাইরবা অম্মা কয়া লাপ্লেংবা কংদনা শিবা হৌরম্মী। কারখানাগী শিল্পীশিংগী কোম্লুপ

অমদা শরৎচন্দ্রনা হোমিওপেথিগী লায়রেং পথাপ্তা লায়েংথিবা চংলম্মী। অহুম্ শিন্নাশিং লায়েংবা নংদনা লাইচৎ অহুদা তুম্বা তুম্বা শিরম্মী। তশেংনা হায়রবদা শরৎচন্দ্রহু মী অপিবা পোৎলোইবদা খোউদোকহুম মখো চিল্লম্মী। মমেথংদা মহাক থাংবা ওয়াল্লকহুনা মকম অহু থাদোক্লুনা মাগী লৈকমদা হল্লকখি। মতম অহুদা মাগী অমত্তা পোকপা চহী অমত্তা তাইরিবা মচানুপ্রা অমদি মাগী নুপী প্লেগনা নায়হুনা লায়েংবা য়াবা মতাং লাম্বোকখিরম্মে। মমা-মচা অনীমক শিখি। মতুদা শরৎচন্দ্রগী থম্মোয় শাথীনা লোক্লখি।

শোভিত দেবী শিন্নবা মতুং য়াম্না কুইনা লৈরগা শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন অহু মতুদা অমুক হন্না লুহোংলম্মী। লুহোংবা মতম অহু কাওবা শরৎচন্দ্রগী নুপী অহুগী মমিং মোক্ষদা কৌরম্মী। লুহোংলবা তুংদা শরৎচন্দ্রনা মাগী নুপী অহুগী মোক্ষদা কৌবা মমিং অহু হোংদোকপিহুনা হিরণ্ময়ী কায়না খোল্লম্মী অমসুং মতম অহুদগী হৌনা মাবু মিং অহুদা খঙনখি। লুহোংবা মতুমদা হিরণ্ময়ী দেবী মশাগী চহী তরামরীদা থুরি।

হিরণ্ময়ী দেবীগী মপাগী মিং কৃষ্ণদাস অধিকারী কৌই। মাগী অশেংবা য়ুমদি মেদিনীপুর জিলাগী শালবানীগী মনাক্তা লৈব শ্যামচাঁদপুর খুলংদনি। কৃষ্ণদাসনা মাগী নুপী শিন্নবা তুংদা চহী নিপালদা তাইরিবী মচানুপী অতোপ্পী মোক্ষদাবু পুহুনা লাইবক চাংয়েংবা ওইনা মাগী মরূপ মিস্ত্রী অমগী মনাক্তা রেঙ্গুন্দা লাকখিবনি। মহাক মচানুপা পোক্লমদে। ক্ষিরোদা, সুখদা অমসুং অতোপ্পা মচানুপী অমগদি হায়রনা লুহোংপ্রবনি।

হিরণ্ময়ী দেবীনা রেঙ্গুনগী মিস্ত্রী কোমুত্তা মপাগী নাক্তা লৈরিঙৈ মতম অহুদা শরৎচন্দ্রগা মাগী মপা কৃষ্ণদাসকা য়াম্না নুঙ্গা শক খঙনরম্মী। খঙনবহুগী খুদোংচাব লৌহুনা কৃষ্ণদাসনা নোংমা অমুক্তা মচানুপী পুহুনা লাক্লগা শরৎচন্দ্রগী মকমদা হায়জরম্মী,—ঐগী ইচানুপী অসি হোজিক থাজ-য়োম্মবগী চহী মতাং ওইরে। মাবু পুহুনা মীরেবাক অসিদা ঐ কনাহুদা লৈরগনি। ইবুংঙোনা কম্বিওবা থৌজালবিবগা লোয়ননা ইচানিঙোল অসি লৌশিনবিহুনা মপা ঐগী দায় অসি কোকহনবিরবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইজগনি। অহুগা কম্বিওবা তশেংনা লৌশিনবিনিংদবা

লৈবগীনা ঐতোন্দা শেল থম্না পীবিন্নু। টকাফুনী অদি পুন্নুনা ঐ ঙাইবৈবাক্তা হনখ্রগে। অহুগা থকম অহুদা মাবু লুহোংবিজনগে।

কৃষ্ণদাসনা মরৈদা শরৎচন্দ্রগী মকথদা শেলকী বা পায়থন্নু মচানুপীবু লৌশিনবিনবা থোইদোক্না কয়া শরৎচন্দ্রদা তক্লরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা অহানবদা মানিঙ্ক্রবন্নু কৃষ্ণদাসনা কয়া তকশিল্লকপা অহুনা মৈমৈথংদা মাগী মচানুপীবু লুহোংখিবনি।

হিরণ্ময়ী দেবী মচা পোক্তে। লুহোংবা মথাং কাওবা হিরণ্ময়ী দেবী লাইরিক পাব-ঙবা হৈরমদে। মতুংদা শরৎচন্দ্রনা মতোন্দা পাব-হৈবা তম্বিখি। হিরণ্ময়ী দেবী অতাং ওইরিবৈত্তদগী হৌনা মপুকচেল তম্লকই, লেবা তৌবা চংথোম্না হৈরকই অমস্তুং ধর্ম্ম লৈরকই। শরৎচন্দ্র মহাক্তা লোয়ননা পুন্সিগী অরোইবা পুংজা কাওবা মুংঙাইনা শান্তি লৈনা লেনখি।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনদা থবক তৌবগা লোয়ননা হীরম মথল কয়াদা নত্তনা লাইরিক-লাইস্ত, ঈশৈ-নোংমাই অমস্তুং সাহিত্য নৈনবা কাওবা য়ায়া কয়া চংথরম্মী। হৌগৎলকপা মতমদা লাইস্তু য়েক্লম্মী। মিস্ত্রী কোয়ুগী বোটাটৌংগী লেন্সডাউন ষ্ট্রীটতা মহাক উবাক্তী য়ুম অমদা লৈরম্মী। মতম অহুদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯১২ গী ফেব্রুয়ারীগী তারিখ ৫দা মাগী লৈকম য়ুমহুগী মথাগী লৈমায়গী ময়োলদগী মৈ হৌদুনা চাক্লম্মী। মৈ অহুনা মাগী অচৌবা উপন্যাস চরিত্রহীনগী খুৎহৈ লাইরিক, ওরেল পেন্টিং থম্না অমস্তুং সাহেব অমদগী লৈহৌবা লাইব্রেরীগা লোয়ননা মাগী লৈকম অহু তুম্না মৈ চাকখি।

রেঙ্গুনদা লৈরিঙৈ খ্রীষ্টাব্দ ১৯১২ গী ওক্টোবর থাদা শরৎচন্দ্রনা অফিসগী থবক্তগী থা অমগী ছুটি লৌরগা মরৈবাক্তা হল্লকখি। মতম অহুদা মাগী মামা উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী মতেংদগী যমুনা চেকোনগী সম্পাদক ফণীন্দ্রনাথ পালগা মহাক্তা নোংমা শকথঙনখি। শকথঙনরবদা ফণীন্দ্রনাথনা মাগী চেকোনগী ইবিরবা শরৎচন্দ্রদা য়ায়া কয়া হায়জরম্মী। শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনদা চৎলগা অইবা থাবকনি হায়না অচেৎপা বা পীরম্মী।

হায়নখিবা অহুগী মতুং ইন্না শরৎচন্দ্রনা মাগী 'রামের সুমতি' কৌবা বারীহ থারম্মী। ফণীন্দ্রনাথনা বারী অহু মাগী চেকোনদা

বঙ্গাব্দ ১৩১৯-গী 'কাহিনেন অমসুং লমতাগী পুৎলমদা ছাপ্পী'। মাসের যমুনা চেকোউদা কোউদোকখ্রবা শরৎচন্দ্রবু বারী মমবকে ইকাইখুম্না শক্তি, রায়া লৈবা অইবা অমা ওইনা সাহিত্যিক অমসিং লপাব-শিংগী কাংলুপ্তা যশক থম্ভনখি।

মতুংগী মযাংদা বঙ্গাব্দ ১৩১৪ দা ভারতী চেকোউদা শরৎচন্দ্রগী 'বড়দিদি' ছাপগ্রবনি। মতম অদুদা ময়ামগী মতৌগুম রবীন্দ্রনাথ কাক্তবনসু মাগী খুৎই অহু উবদা শরৎচন্দ্রবু মতিক-অয়াই লৈবা অইবা অমনি হায়বা খল্লবখি। বিভূতিভূষণ ভট্টগী যুমদগী সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায়না শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরদা ইরম্বা খাতাদগী 'বড়দিদি' শিন্দোক্লগা পুরকখি অমসুং তুংদা শরৎচন্দ্রদা তাক্কনা ভারতী চেকোউদা ছাপখিবনি।

'রামের সুমতি' কোউলকপা মতম অদুদা নৌনা পুথোক্লকপা ভারতবর্ষ অমসুং সাহিত্য অসিনচিংবা চেকোউগী থৌপুবশিংনসু মখোয় মখোয়গী চেকোউদা হায়নবগীদমক শরৎচন্দ্রগী অইবা পায়রম্মী। শরৎচন্দ্রনা যমুনাগা লোয়নননা ভারতবর্ষগীসু ইবা হৌরম্মী। মবৈদগি যমুনা থাদোক্তুনা অদুগী ভারতবর্ষদদা ইবা হৌরম্মী অমসুং ভারতবর্ষ চেকোউগী মপু গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা মাগী লাইরিকশিংসু কোউবা হৌরম্মী। মতম অদুদা কণীবাবুগী মরুপ সুধীরচন্দ্র সরকারনসু মখোযগী ছুকান এম. বি. সরকার এণ্ড সন্সদগীসু শরৎচন্দ্রগী পরিণীতা, পণ্ডিতমশাই অসিনচিংবা লাইরিক কয়া কোউলম্মী।

খ্রীষ্টাব্দ ১৯১৬কী হৌগৎলকপদা শরৎচন্দ্রগী খোউত্থ ইথক খঙহৌদনা পোমথৎতুনা নারম্মী। মতম অদুদা মহাক ওফিসতগী ছুটি লৌরগা কলকাতাদা চৎতুনা কবিরাজগী লায়েং চথরুগে হায়না লেপ্লম্মী। ওফিসতা ছুটি নিবা চংলুবদা মথক থোংবা সাহেবকা থৎনরম্মী। মহুগী কলনা শরৎচন্দ্র থবক তোকখোক্তুনা মতম চুমগী ওইনা রেঙ্গুন থাদোক্তুনা মরৈবাক্তা হল্লকখি।

শরৎচন্দ্রনা মাগী রেঙ্গুন-পুন্সিগী অয়োইবা শরক্তদি মিস্ত্রী কোল্লুপ্তা লৈরমদে; মতম অদুদা অহানবা মতম থরদি ৫৭/৯ লুইস স্ট্রীটতা লৈরম্মী। মতুংগী তুংদা ৫৪/৩৬ স্ট্রীটতা লৈরম্মী।

শরৎচন্দ্রবা রেঙ্গুনগী মাপী মুপীগা লোয়মনা লাকপা অহাল্লবদা হাওড়া শহরগী নং ৬, বাজেশিবপুর কাষ্ট বাড় লেন্দা থুংলগী। ' যুম অহুদা মহাক থাংনিপাক্লোম লৈরম্মী। অহুগী তুংদা যুম অহু থাদোক্তুনা মহাক মনাক্তা নং ৪, বাজেশিবপুর বাড় লেন্দা হোংলম্মী। যুম অহুদা মহাক চাওরাক্লা থা ম্লাপল্ল লৈরম্মী। অহুগী তুংদা মকম অহুদগী হোংদোক্তুনা শিবপুর ট্রাম ডিপোগী মনাক্তা ৪৯/৪ কালীকুমার মুখর্জী লেন্দা গৌরীনাথ মুখোপাধ্যায়গী যুম ভাড়া লৈখ্রুনা লৈরম্মী। মকম অহুদা লৈরিবগী মতমদা মহাক্না মাগী মচেখোরগী খুদং হাওড়া জিলাগী বাগনান থানাগী গোবিন্দপুরগী মনাকমক্তদা সামতাবেড়েদা ইথোক্লা লৈতুনা লৈপলগী নিংথিজবা যুম অমা শারম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৬ কী ফেব্রুয়ারী থাদা হাওড়া শহর থাদোক্তুনা মাগী সামতাবেড়েগী যুমদা হোংলম্মী।

শরৎচন্দ্রগী মনাওনুপা য়াইমা প্রভাস রামকৃষ্ণ মিশন য়াওহনা সন্ন্যাসী ওইখি। সন্ন্যাস-পুন্সিদা মাগী মমিং স্বামী দেবানন্দ কৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনগী হল্লকপা মনাওনুপা অতোপ্পা প্রকাশপু মনাক্তা কৌশিল্লুনা থম্মী। মতুংদা মহাকপু লুহোংবিহনা যুম্বানবা মীশক অমা ওইহনখি। প্রকাশকী মচানুপী অমগা মচানুপা অমগা পোকই।

হাওড়াগী বাজেশিবপুরদা লৈবা মতমদা শরৎচন্দ্রনা লাইরিক য়ামা ইরম্মী। অদুনা মতম অদুবু মাগী সাহিত্যিক পুন্সিদা স্বর্ণযুগ হায়বা য়াই।

অদুবু মতম অসিদা শরৎ য়াদবা ফিউডাল সমালোচকশিংগী লূচিংবশিংদি শক্লাইবা সুরেশচন্দ্র সমাজপতি ( সম্পাদক, 'সাহিত্য' ), দ্বিজেন্দ্রলাল রায় ( সম্পাদক 'ভারতবর্ষ' ), সজনীকান্ত দাস (সম্পাদক 'শনিবারের চিঠি' ) যতীন্দ্রমোহন সিংহ ( ডিপুটি মেজিস্ট্রেট ) অসিনি। মখোয় অসিদা নত্তনা মতম অদুগী জমিদার ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনসু শরৎচন্দ্রবু সমাজদগী থাদোক্তুনা থম্মী। থাদোকপা অসিগী মরম কনা অমবু পীশিল্লবগে অশেংবা মরমদি শরৎ-সাহিত্যনি। জমিদার নায়েব অরাংবা শাদেপগী ব্রাহ্মণ—গোঁসায় চাবশিংনা শরৎ-সাহিত্যদগী মখোয়বা

খুন্নাংঙীবা অমত্তা থোমক্লেট হায়না লৌনরবা থোক্লবদি অহূক হাক্না ফিরংহূনা মহাকপু লমাজদগী ইথোক্লমথোকইদবনি। মতম অমুগী শহর অমদি খুন্নংগী ভদ্রলোক অমাবনা শরৎ-সাহিত্যমু হয়বা ফিৎরেনা য়েংলম্মী।

বাজেশিবপুর অমুদা লৈরিঙৈ মতমহুমত্তদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯২১ দা অসহযোগ আন্দোলন হৌরকপা মতমদা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাসনা কোৎথোরকপদগী মহাক কংগ্রেসতা চংলম্মী অমসুং মহাকপু হাওড়াদা লৈ হায়রুনা দেশবন্ধুনা হাওড়া জিলা কংগ্রেসকী সভাপতি হাপ্লম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২১ দগী ১৯৩৬ ফাওবগী শাংলবা চহী ২৬ মহাক্না হাওড়া জিলা কংগ্রেসকী সভাপতি ওইরম্মী। মরক্তা খ্রীষ্টাব্দ ১৯২২ দা মহাক্না অমুক্তি হাওড়া কংগ্রেসকী সভাপতিগী ফম থাদোকপা পাম্লকপদা দেশবন্ধুনা থামজিনখি।

শরৎচন্দ্রন' অহিংসা কংগ্রেসকী নেতা মচা অমা ওইনা লিশাংশিংনা থো পুহনমু ভারতকী নীংতম আন্দোলনগী খুৎলায় পায়বা ইরাং হোৎবা বিপ্লবীশিংগসু অ:চেৎপা মরি লৈনরম্মী। বেঙ্গল ভলন্টিয়ার্স নত্রগা শয়া বি. ভি. দলগী থৌবুরেন শরাইবা বিপ্লবী হেমচন্দ্র ঘোষ, কাকোড়ী ষড়যন্ত্র কেসকী আসামী বিপ্লবী শচীন সান্যালদা নত্তনা বারীন ঘোষ, উপেন বন্দ্যোপাধ্যায়, চারু রায়, অমরেন্দ্র চট্টোপাধ্যায়, বিপিন গাঙ্গুলী অমিনচিংবা মশক নাইবা বিপ্লবীশিংগসু মহাকা থোইদোক্না পুকচেল তীনরম্মী। বিপিন গাঙ্গুলী অমু মরিদা শরৎচন্দ্রগী মামা থোক্কই। শরৎচন্দ্রনা বিপ্লবী কপ্পাদা মশামকী রিভলভর, থোংমৈগুলী অমসুং শেলথুম পীহুনা মতেং পাংলম্মী। চট্টগ্রামগী খুৎলায় থক্কম লুট তৌরগী লুচিংবা ওইখিবা মহাবিপ্লবী সূর্যসেনদসু মহাক্না মাগী থৌরাং অদুগীদমক শেলগী তেংবাং পীরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা হাওড়াদা বাজেশিবপুরদা লৈরিঙৈ মতম অহুমত্তদা রবীন্দ্রনাথকা মহাকা অহানবা শকথোকনখিবনি। শরৎচন্দ্রগী অতাং ওইরিঙৈগী মরূপ ঔপন্যাসিক চারু বন্দ্যোপাধ্যায়না মহাকপু পুহনা কবিদা শক থোকনহল্লখিবনি। রবীন্দ্রনাথনা হায়জনকপদগী শরৎচন্দ্রনা বিচিত্রাগী

মীকমদা বঙ্গাব্দ ১৩২৪ গী কাইরেনগী তারিখ ১৪ দা মাগী 'বিলাসী' কৌবা রারীহু পারম্মী।

তুংদা মরম কয়াদগী মথোয় অনী অমুক হেন্না নকশিন্নখি। শরৎচন্দ্রনা দরকার কয়াগী কয়ারক হন্ন, শান্তিনিকেতন অমদি জোড়া-সাঁকোদা কবিগী মনাক্তা চৎলম্মী। শরৎচন্দ্রনা অরোইবা পুক্সদা কলকাতাদা য়ুম শাহুনা লৈরবদা মকম অহুদা শিনবা সাহিত্যগী সভা অমদা কবিসু অমুক্তি শরৎচন্দ্রগী য়ুমদা চৎলম্মী।

কবিগী চহী ৭০ শুবা মতমদা দেশবাসীশিংনা কলকাতাগী টাউন হোলদা মহাকপু ঈকাইখুম্নবা উৎপগী অভিনন্দন সভা অদুগী ফাওরবা মানপত্র অহু শরৎচন্দ্রনা ইথিবনি। কবি মশামকসু অমুক্তি শরৎচন্দ্রদা অভিনন্দন উৎখি।

শরৎচন্দ্রনা হাওড়া শহর থাদোক্তুনা সামতাবেড়েদা লৈরিঙৈ মতমদা লমদম অহুগী লাইরবা মীওইশিং নাবদা লায়েংবিবনা মহাক্কী অচৌবা মথৌ অমা ওইরম্মী। অনাবা য়েংলগা শুপ্নদগী হিদাক লেন্না থাবিবদা নত্তনা অনাবা কয়ানা চাননবা চিঞ্জাকসু লেন্না থৌরাং তৌবিরম্মী। হাওড়া শহরদা লৈবা মতমদা মকম অহুদসু মহাক্না মতৌ অহুম্না তৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা সামতাবেড়ে লমদমগী য়ান্না লাইরবা ইমুংশিংদা মরু ওইনা কনা লৈজব্রবী লুখ্রাবীশিংদা থা থাগী তেংবাং পীবিরম্মী।

শরৎনা সামতাবেড়েদা লৈরিঙৈদা লাইরিক অহুম-মরীখক্তা ইরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা সামতাবেড়েদা লৈবগী অরোইবা মতমদা কলকাতাগী বালীগঞ্জদা য়ুম অমা শারম্মী। মহু শাখিবহু খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৪ দনি। য়ুম অহু মরোল অনীনি অমসুং য়েংবদা ফজে। য়ুম অদুগী ঠিকানাদি ২৪, অশ্বিনী দত্ত রোডতনি। 'শরৎ স্মৃতি' মিংথোনবা য়ুম অহু নোংচুপ বেঙ্গল সরকারনা লৌশিন্নগা হৌজিক হৌজিক শরৎ সমিতি কৌবা সংস্থা অমদা শিন্নহুনা থম্মি।

কলকাতাদা য়ুম শারবদা শরৎচন্দ্র করিগুম্বদনা কলকাতাদা অহুগা করিগুম্বদনা সামতাবেড়েদা লৈরম্মী। কলকাতাদা লৈরিঙৈদা কল-কাতাগী মতম অহুগী সাহিত্যিক অমদি শিল্পীশিংগী মমিং চৎলবা প্রতিষ্ঠান রবিবাসর অমদি রসচক্রগী সদস্যশিংনা মহাকপু বার্তন তৌহুনা

মখোয়গী অনুষ্ঠান্দা পুরম্মী। রসচক্রগী সদস্যশিংনা শরৎচন্দ্রবু মখোয়গী প্রতিষ্ঠানগী সভাপতি খল্লম্মী।

খ্রিষ্টাব্দ ১৯৩৬ তা ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়না ডি. লিট. উপাধি পীদুনা শরৎচন্দ্রদা ইকাইখুম্নবা উৎলম্মী। অদুগী মমাংদা কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না মখোয়দা জগত্তারিণী পদক উপহার পীখি। কলকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না মহাকপু অমুক্তি বি. এ. পরিক্ষাগী কোইশন শেটর ওইনা হাপখি। মদুদা নত্তনা দেশবাসীশিংনসু মখোয়দা মতম অদুদা 'অপরাজেয় কথাশিল্পী' 'সাহিত্য সম্রাট' মিংথোল পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎলম্মী। বৈদ্যবাটী যুব সংঘ, শিবপুর সাহিত্য সংসদ, যশোহর সাহিত্য সংঘ অসিনচিংবা সংস্থাশিং অমসুং সাধারণ ওইনা দেশবাসীশিংগী মায়কৈদগী কয়ারক হন্না থাগৎ-য়াইহৈ কয়া কংলম্মী।

শরৎচন্দ্র গুপ্নদগী ঈশৈ শকপা, পুং য়েবা, যন্ত্র খোংবা, অভিনেতা অমদি লায়েংবা হৈবদা নত্তে, মহাক্কী চরিত্রদা অতৈসু গুণ কয়ামরুম্না লৈতেংলম্মী। মহাক্কী চরিত্রদা তোপ্তোপ্না খ্বাইদগী হান্না শৎ হেক্তা উবদি অসিনি — থরায়-হকচাং অমতা ওইনা লাইববা অমদি হন্থবা কাংলুপ্ন, লুংশি-চানবিবা মীশক অমসু ওইরম্মী। মহাক্না পাখংমচা ওইরিঙৈদা লৈত লাইববা অতোন-অতাশিংগী অনা-অয়েক্তা অথেংঅমম্বা অহিংদা লালটেন পায়দুনা মাইবা, কবিরাজ কৌবা মতোমদা হেক হেক চৎলম্মী। মরম অদুনা মহাকপু মীনা 'লালটেন পায়বা বামোনমচা' হায়না খঙনরম্মী। মীওইববু তশেংনা নুংশিবা মীশক অমা ওইরদ্রদা নত্তবা শা-উচেকশিংগী অরা-অনা উবদা নত্রগা মখোয়গী অরা-অনাগী য়াগী তাবদা মহাক্না থোইদোক্না খাংজবা ওন্নমদে। অয়াম্বা মতমদা মদুগীদমক মহাক্কী মমিত্তগী মপী শিন্থুদম্মী।

নোংমা শরৎচন্দ্রনা থবক অমা চৎলুবদগী মযুমদা হল্লকপদা লমহাং য়ৌরকপদা খঙহৌদনা য়াম্না পিক্লিবা হুইনাওমচা অমনা মহাক্কী তুং ইন্নরক্লম্মী। মখোয়গী থুঙংময়া য়ৌরকপদা খুল্লকী হুইজাওশিংনা হুইনাওদুবু চিকথৎপিগদ্রা হায়না নুংশাখিবদগী মহাক্না হুইনাওদু মথাদা পমদুনা মযুমদা পুরকখি। মহাক্না হুইনাওদু মচাগুম লুনা-চান্না য়োকখি। অসিনচিংবা য়াম্না কয়া মাগী চরিত্রদা উবা ফংই।

শরৎনা নোংমা লম্বীদা চৎপদা শা শেমহুনা মোনবা কসাই অমনা হামেং মচা অনী মগুক্তা খৌরি থাংহুনা চিংহুনা পুবা থেংনরম্মী। মহাক্না হামেং মচা অনীমু মমল হেন্না পীহুনা লৈহৌরগা মযুমদা লুনা চান্না য়োকখি।

অমুন্না শা-উচেক মুংশিবন' মরম ওইহুনা শরৎচন্দ্রনা চহী য়াম্না সি. এস. পি. সি. এ. হায়বদি 'কলকাতা পশুক্লেশ নিবারনী সমিতি'গী হাওড়া ব্রাঞ্চকী চেয়ারমেন ওইরম্মী।

অহুগা মহাক চাংদম্নিংঙাই লৈতবা অতিথি সেবা তৌবা, মরুপ নিংবা অহুগা, মতুবু লুনা তৌবা মীশকমু ওইরম্মী। মুংঙাই-য়াইকবদা তাওহুনা লৈবা মীশক অমা ওইরবমু তরু-তহেন্না লৈবদি পামজরম্মী। ইমুংদা মীয়াম তীনবদা য়ারী লিবা য়াম্না হে। মরুপ-মপাংশিংদা কাগী-জোগাই য়াম্না তৌই। অহুবু মীয়াম তীনবা সভা মাংদা ভাষণ পীবদি য়াম্না ঈকাইখিগনবনা শুন্নমদে। মহাক মশাগী মগুণবু মশানা করিগুম্বদমু শিংথাজখিবা লৈতে অমসুং মশাগী ওইজনবগীদমক করি-গুম্বদমু কনাগী মকমদমু করিসু হায়জ-চচ্চরুবা পান্নমদে।

শরৎচন্দ্রগী লোইশিল্লকপা পুন্সিগী চহী খরদি তিঙ্গেন-লাইজেম্মুনদা লৈরম্মী। লায়না অমনা নক্ত্রগা অমনা নাহুনদা লৈরম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৭ হৌগৎলকপদা মহাক মুমিৎ কয়ানি লাইহৌ কন্না হৌরম্মী। লাইহৌ হল্লবদা ডাক্তরগী পাউত ক মতুংইন্না দেওঘরদা মহাক অঙৗং-অশা ওনবা চৎলম্মী। মকম অহুদা মহাক থা অহুম-মগী লৈরম্মী।

দেওঘরদগী হল্লরুগা মতম খরা মশা কনা লৈরবা তুংদা শরৎচন্দ্র সেপ্টেম্বর থাদা অমুক হন্না নারম্মী। উনা উনা নাবা কনশিল্লকখি। চারিমথৈ তুন্নমদে। মাগী মপুক্তমু নাবা কাওররুম্মী।

শরৎচন্দ্র মতম অহুদা সমতাবেড়েগী য়ুমদা লৈরম্মী। লায়েংনবগী-দমক কলকাতাগী য়ুমদা লাক্লম্মী। কলকাতাদা ডাক্তরশিংনা এক্সরে লৌহুনা য়েংলম্মী, শরৎচন্দ্র কেন্সরবুদি তৌরবনি, থোইদোক্লহুম খিবোং-খিরিন কাওবা পায়শিল্লরুবনি।

মতম অহুদা শরৎচন্দ্রনা উইল অমা তৌরম্মী। উইল অহুদা মহাক্না মাগী সম্পত্তি পুন্নমক মাগী মুগী হিরণ্ময়ী দেবীন' হিংজিবমথৈ

শিজিন্নবা দান তৌরম্মী। হিরণ্ময়ী শিরবা তুংদা মনাও অতোপ্পা প্রকাশচন্দ্রগী মচানুপা নত্রগা মচানুপাশিংনা সম্পত্তি পুন্নমক্কী উত্তরাধিকারী ওইগনি হায়বা রাকম অসিগুম উইল অহুদা ইরম্মী।

হিরণ্ময়ী দেবী মাগী মপুরোইবা শিঙ্গবা মতুং চাওরাক্লা চহী কুনহুমদোই হিংলম্মী। মহাক সেপ্টেম্বরগী তারিখ ১, ১৯৬০ ইংদা নোংঙাখি।

কলকাতাগী মতম অহুগী অখোইবা ডাক্তরশিং— ডা: বিধানচন্দ্র রায়, ডাঃ কুমুদশঙ্কর রায় অসিনচিংবনা শরৎচন্দ্রবু লায়েংলগা লেপ্পরম্মী. শরৎচন্দ্রগী পুক্ত খুৎলায় থাবা নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা উপায় অমত্তা লৈত্রে।

ডা: মেকে সাহেবকী রাদগী শরৎচন্দ্রবু লায়েংনবগীদমক ময়মদগী খা-কলকাতাগী নং ৫, সুবার্বন হোসপাতাল রোডতা লৈবা ইউরোপীয়ানগী নর্সিং হোমদা পুখৎলম্মী। অহুবু নেশা শিজিন্নবা থিংলকপদা শরৎচন্দ্রনা মকম অহু থাদোক্কুনা চৎননবা কৈতক তক্লম্মী।

নর্সিং হোমদা অয়ুক-নুংথিলদা মী উননবগী থম্মিবা অকক্কবা মতম অহুদা নত্তনা অতোপ্পা মতমদা কদাবুম্মু শরৎচন্দ্রগা উনবা চহন্দে। মহুদা নত্তনা ইউরোপীয়ান নর্সশিংনা শরৎচন্দ্রবু লৈবাক অসিগী মীনি হায়দুনা থৌওইনা তৌবিদে হায়ব্রা করিনো। মরম কয়া অসিদগী শরৎচন্দ্রবু নুমিৎ নিনিগী মতুংদা মকম অহুদগী মাগী থাপ্পরবা মরিমতা ডা: সুশীল চেটর্জীগী নং ৪, ভিক্টোরিয়া টেরসতা 'পার্ক নর্সিং হোম' দা থাগদোরকখি।

মতম অত্তগী অফাওবা সাজন ললিতমোহন বন্দোপাধ্যায়না শরৎচন্দ্রগী পুক্তা ওপরেশন তৌরম্মী।

ওপরেশন তৌহনসু শরৎচন্দ্রবু কনবদি ঙমখিদে।

তারিখ ১১/১/১৯৩৮ ইংদা ওপরেশন তৌখিবনি। অহুগী তুংদা ওঘগী নুমিৎ মরীনিথক হিংলম্মী। মহাক শিখিবহু নোমাইজিং নুমিৎনি, জানুয়ারীগী তারিখ ১৬, ১৯৩৮ ইংদনি। নুমিৎ অহুগী অয়ুক্কী পুং ১০ গী মিনিট ১০ চৎপা মতমদা ময়াম্মা হোৎনজবা পুন্নমক অরেম্বা তঙ্লমহুনা শরৎচন্দ্র তাইবংপান থাদোকখ্রি। শিখিবহু মহাক মশাগী চহী ৬১ গী থা ৪ শুবদনি।

# শরৎচন্দ্র

রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর

… ঐনা হিংলিঙৈ মতমসিদা বাংলা সাহিত্যদা থন্ন-থংননা তাকক অহম উরক্নে। ঐনা সাহিত্য-কম্পাকথক্তা মচি অমদা থক্ম শেমজহনা লৈরবা মতমদা কবিশিং অরাংবা আসনদা হেমচন্দ্র অমদি নবীনচন্দ্র লৈরম্মী, বঙ্কিম-চন্দ্রনা সিংহাসনদা ফাম্হোউইরম্মী, মধুসূদননদি বিদায় লৌখিরে। অতানবা তাককুদি ঐনা চহীদা খ্বাইদগী মহা ওইরম্মী, মতম খরগী মমাংদা অনীশুবা তাকক হৌখি। অনীশুবা তাকক্তা ঐনা চহীদা খ্বাইদগী অহল ওইরে। মহুগী কলনা সাহিত্যকারশিংগা ঐগা চহীগী মতাংদদি ইচা চাপিন্নহনবা ওঅমদে। নাইক্লোম তারম্মী। লাইথক কথদগী তাং রাওনবা শ্রদ্ধাগী শুপনা চহীগী অপনবা লাম্হোক্নুনা সত্যেন্দ্র ঐগী ইমাক নকশিন্নকখি। অহুনা কাব্যগা লোয়নননা মীওইবগী পরিচয়গা চাপিন্নহনবা ওঅখিবনি। অমী অসি পূনশিন্নখিবদা ঐনা কংখিবা মস অহু ঐগী অচৌবা শেন্দোং অমনি হায়না লৌই। মী অমা ওইনা মহাক্না ঐগী নাক্তা লাকপদা মহাক্নসু ঐবু কবি অমা ওইনা খোটদোক্না অচুবা মওংদা কংলমগনি হায়বা ঐ থাজে।

অহমশুবা তাকক হৌগৎলকপদা শরৎনা আধুনিক্তা ঈরোইননা নকশিন্নক্লবা ওমখিবা অহুশুম্না মাগী মমাংগী কনানসু নকশিন্নক্লবা ওমখিদে। অসি অরায়বা ৱাকয় নত্তে। মসি তাবদা ৱাখল-পরিং চানদবা ওইনা খোকই, অহুবু তাং তৌবদি লায়, মশাগী অভাবী ওইবা অসিদি অচম্বা নত্তে। মহাক মপূংকানা মশাগী মরৈবাক অমদি মতমগা চানব' লেখক ওইখি। মতৌ অহুম্না মশাবু দেশকালগা লোয়নননা চাপিন্নহনব, হায়বসি খ্বাই পূম্নমক্কী লাইবক্তা পাক হেক খোকপা নত্তে। খ্বাই পুম্নমক মশাগী লৈবাক্তা মতম অমত্তদা পোকখি চায়বদি নত্তে। পোকহনখিরিবা বিধাতা-না মুপামচাহুগী কক্কম শেম্বগী মতাংদা মতম খুদিংমক্তা হৌজিক হৌজিকী

মতম নৈনবনবদি চৎনবা য়ায়োই, সাহিত্যদা মহুগী কলাকল অঙকপনি। তপেংনা দেশ- কালদগী মতম চুমগী ওইনা তাম্নোকপিরক্লবা ওইনা পোক্লকপা অসিগুম্বা মীগী অমাংবা নৈতে। অঙকপা নৈশেংগীদমক অমুকক্ত হেন্না দরকার ওই।

মরা-মপাউ তাবা নৈতে, শরৎ ইথক থঙহৌদনা ফুৎ কাওগৎলই বাংলা সাহিত্য-কাংলুপ্তা। শক খঙনরমদবদগী শক খঙনরকপদা থোইনা খিহখিদে। মশক-মশা খঙজিনৈ মমাংদগী মশক-মশা খঙবা মীশক ওইবগুমী। থোঙতাকপনা মাবু খিংহুনা থমদে। সাহিত্য পাবশিংগী থম্মোয়গী পরিচয়গা অইবগী থম্মোয়গী পরিচয়গা অমতা ওইনা তীনরবা মকম অহুদদি অশুম্নমক তৌই—পূর্বরাগ অহুগা অনুরাগগী মরক্তা অমুক মতম মাংগ্রে।

মতম অহুমক্তদা কর্মগী লীচিং অমদি চহী মতাং থেন্নবনা ঐহাক থাগ্না চৎখোয়রক্লবনি। থাদোয়রক্লবনি কলকাতাগী নৈকম। ঐগী মরমদা নৈবাকসিদা মথল মথলগী ভাবনা শাহুনা করি করিনো য়াম্না ভাংনরম্মী, অমাম্বা মতমদা মহু অচুমম্ব নত্তে, পামজবম্ব নত্তে। অহুনা ঐগী পূক্লিং থাগ্না চৎখোয়রক্লবনি। অসিগুম্বা মতম অসিমক্তদা শরৎচন্দ্র ফুৎ কাওগৎকই। শান্তিগীদমক অচিকপা কাচিনগী আশ্রয় লৌহুনা ইশাগী ইথোদাংগী লীপুম্না ইশাবু য়োমশিনহুনা নৈরিবা মকম অহুদগী শরৎপু নকশিন্না উক্লনবগী খুদোংচাবা নৈরমদে।

মশাগী মতিক-মগুণদগী হেন্না মহাক মশাগী পরিচয় তাকচবনা লূনা থনবা অহুগুম্বা কনা কনাগুম্বা মীওই নৈ। তাথি, শরৎত্তি অহুগুম্বা মীশক নত্তে, মাগী মনাক্তবু চৎলবদি মাবু কংজবা হেক্তা ওম্মী। মহুমক্তা ঐক্লোপদি মাংজবা ওইথি। অহুম ওইনমক মহাক্তা ঐগা উন-থোৎনখিদবা য়ামী-য়াতাই শাখিদবা মহুদি নত্তে, অহুবু মশক থঙলুবদি ওন্নমদে। ওপগী উন-থোৎনবদা নক্তনা কুপশিন্না থঙলম-তারক্লবদি করমগদবনি। থম্মোয় চাশিনরকনবা খুদোংচাবা ফংখিদে। ফংখিদে, অহুবু মতম অহুমক্তদা চঙরকনা হুংঙাইনা অয়াম্নদগী ঐনা মাগী বিন্দুর ছেলে, বিরাজ বৌ, রামের সুমতি, বড়দিদি পাখি। নক্লবা মী কংজবগুম থনখি। মীওইববু হুংশিবগী মতাংদা মসি মতিক চারবনি।

# স্বদেশ প্রেম

সুভাষচন্দ্র বসু

শরৎচন্দ্রনা লেঙশিনবিরম্বা বাংলা সাহিত্যগী আসন অদু মতম শাংনা ছাংহনা লৈহৌরগনি। বাঙলাদা অসিগুম্বা ইমুং অমত্তা লৈরমদে অহল-অঙাং নুপা-নুপীশিংনা মহাকপু মশক খঙদবা অমদি মত্তোম্বা নোমুক্তবা।

মহাক্কা ঐগা য়াম্না চান্ন-চিন্নবা মরূপ ওইরম্মী। ঐগী মৈচাক ওসি য়াম্না হকচিল্লি। ....

শরৎচন্দ্রদি গুপ্নগী সাহিত্যকারদা ওইরমদে, রাজনীতি ক্ষেত্রদসু দান তৌরম্মী অমসুং মহুগী মতাংদমক্কি খ্রীষ্টাব্দ ১৯২১দা শরৎচন্দ্রগা ঐগা অহানবা ওইনা শকখঙনখিবা।

মহাত্মা গান্ধীগী লমজিং-লমতাক মখাদা ভারত শিন-থুংনা অসহ-যোগ আন্দোলন হৌরকপদা শরৎচন্দ্রসু আন্দোলন অহুদা শরুক য়ারম্মী। কলিকাতাদা 'জাতীয় বিদ্যাপীঠ' লিংখৎপা মতম অহুদা শরৎচন্দ্রসু মহুগী থোইদোকপা হৌদোকপা মীশক অমা ওইরম্মী। মতম অহুগী নোংমগী রা নিংশিংলি, কনানো অমনা অকাওবা সাহিত্যকার শরৎচন্দ্রদা হায়রম্মী, "কলম থাদোক্লুনা রাজনীতিগী পম্নুংদা চংলকপা সাহিত্যিক্কী থৌদাং নত্তে।"

শরৎচন্দ্রনা মহুদা নোক্লুনা হায়রম্মী, "ঐ মতম খরগী ওইনা কলম থাদোক্লুনা ভরেং পায়রবনি।"

শরৎচন্দ্রনা হায়রিবসিগী অর্থদি মসিনি, ইমা লৈবাক্না খুদোংথীবদা ভারবা মতমদা নুপা খুদিংমক চিন্তা অমদি অভ্যাস থাদোক্লুনা মহাকপু (ইমা লৈবাকপু) কন্নবগী থবক্তা থোঙদাবমক্না মাগী থৌদাংনি। ইমা লৈবাক্কী মায়কৈদা মহাক্কী থম্মোয়গী লৌচিং শিবা কাওবা লেঙদনা লৈখি। চহী কয়া লীপাংশিংনা মহাক 'নিখিল ভারত রাষ্ট্রীয় সমিতি'গী

সদস্য অমসুং 'হাওড়া জিলা কংগ্রেস কমিটি'গী সভাপতি ওইরম্মী। ভারতকী স্বাধীনতা সংগ্রামগা মহাকা অচেৎপা মরি লৈমরম্মী। য়াম্না ঈকাইখিগনবনা মরম ওইদুনা মহাক সভা-সমিতিদা থোইনা শরুক য়াদে হায়রবদি য়াই, অদুবু মহাকা শরুখিবা পাথংশিংনা মহাকী মকমদগী প্রেরণা ফংলম্মী। মরৈবাক নিংবা শরৎচন্দ্রগী মায়কৈ অসিগী পরিচয় হৌজিক-কালগী নহারোলশিংনা অদুক হাক্লা খঙনদ্রে।

মাগী থম্মোয়দি মতম চুপ্পা ইশাংদা লংদুনা লৈ। নৌজরিবা বাংলাগী আশা অমদি পামজবগী মায়কৈদা মহাকী সহানুভূতি মপিক চানা লৈরম্মী। মহাকা তিংলিংদৈ মতম অদুদা সরকার অমদি পুলিশনা মঙোম্না অকুপ্পা মিৎয়েং চংলম্মী।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা থোংদোক্লা বাঙলাদা হাস্যরস য়াম্না তাংই।

শরৎ-সাহিত্যদা হাস্যরস অসিগী অথোইবা মফম উবা ফংই। লাইর-অনংবনা মহাকপু মীপাইহনবা ওয়াদে হায়দুননি কাহেম্না অবা-অনা শিংথাকপা মতমদসু হাস্যরসকী ঈচেল চেম্থহল্লমিবসি। গুণ অমুক হাক্লা লৈবসি মীওইপোক অমগী মফমদা পাক ওইথোকপা নত্তে-মীশক অমথক্তদা মঙোম্না চেন্নিবা গুণদি আদর্শ লৈবা লেখক, দেশপ্রেমিক অমসুং খাইদগী রাংবা আদর্শ মানব ওইরম্মা অসিনি।

## শরৎকী মরমদা

প্রথম চৌধুরী

মতম কুইরবগী মবাংদা ঐনা 'কুণ্ডলীন পুরস্কার'দা রারীয়চা পাক্রবদা চঙ্গখি। রারী অদুগী মমিং 'মন্দির' ওইরমাল্লে। রারীগী মথাদা অইবগী মমিং থারম্মী। মতুংদা খিগংপদগী খঙলম্মী, অনৌবা লেখক অদু 'শরৎচন্দ্র'— হায়বদি ঐখোয় মরাক্লা শ্রদ্ধাঞ্জলি কংননবা থোরাং-লিবগী পান্দম ওইরিবা শরৎচন্দ্র অসিনি। মশক খঙবা অইবগী মিং উবদা মহাকী পুংহৈবী মায়কৈদা ঐখোয়গী পুক্নিং চিংশিল্লি অমসুং

কাওবগী মগুণনা ঐখোয়গী মতামতকী শুক্তম শাগৎলকই। অদুবু মতাং অসিদদি মপুংফানা মশক খঙদবা, মহুদা নত্তনা থমিং চৎতবা অইবগী মচণানা ঐখোয়গী মিৎয়েং অমদি পুক্নিং চিংশিনখিহুনা মকম অদুদা ঐখোয়না ভপেংনা ইনৌ নৌবা লেখক অমা থিবা ফংখি। "মন্দির" রারীগী খুৎই মরু ওইনা ইনৌ নৌবনি, মহুগী মথক্তা মহু কম্মনা লেংশিল্লি। সাহিত্য-সমাজদা ঐহাক ক্রিটিক অমা ওইনা মিং চৎলিবনি, লাইরিক সমালোচনা তৌবা ঐগী প্রোফেশন নত্রবনু। মহু ওইনিংবা ওইজসনু সমালোচকী চেনকম থোকপা শুপ অদু চেন্দসনু কমদৌনি মহাকপু পার্সেপশন্দগী ইম্প্রোকখিবদি নত্তে। করিগুম্বা লাইরিক অমা পারুবদা মহাক অদুগী থম্মোয়দা খঙমদবা ইম্প্রেশন ওইরবা—অদুগী মতুংদা ক্রিটিক ওইবগী রাহৈগী লান হৌবা য়ারে। করি-গুম্বা ইম্প্রেশন অমতা পোক্তবা য়ারেং অদুগীদি হায়রুনিংঙাই করিগু লৈতে।

## শরৎ কথা

নরেন্দ্র দেব

শরৎচন্দ্রনা বর্মা থাদোক্লুনা বাংলাদেশতা হল্লক্লুনা হাওড়াগী বাজেশিব-পুরদা য়ুম ভাড়াদা লৌহুনা লৈরম্মী। মকম অদুদা লৈনা লৈনা মহাক্না হাওড়া জিলাগী পাণিত্রাস লমদমদা সামতাবেড়ে খুল্লংদা রূপনারায়ণ তুরেল মপান্দা য়ুম শারগা হোংদোকখি, মতম অদুগী রারী তমজগে। মহাক্না বাইওকেমিকী লায়েং য়ায়া লেকশিন্না তয়রুবি লাইরবশিংগী সেবা তৌনববীদমক। খুল্লংগী লাইর-অনংবা কুলি-মজদুর পূমমক্তা লো লো তৌনহুনা রারী শানরম্মী। মখোয়গী অরা-হুংঙাই পাউ হংলম্মী। মখোয়গী লুগী-অঙাং নাবগী পাউ তাবদা লায়েংবিরম্মী। মমল লৌদনা হিদাক-লাংথক পীহুনা মখোয় নাবা ফনবা হোৎনবিরম্মী। অদুবু অনাবগী চিঙ্গাক খুজাশিংনা থৌরাং তৌজবা ওয়মদে। শরৎচন্দ্র মশাক্না

লৈবা পুখোক্কুনা মখোয়গী অনাথনা চান্নবা চিঙ্গাকপু খোঙাং তৌথিরম্মী। মতৌ অসুম্না মহাক্না খুদং 'পুরগী 'দাদাঠাকুর' ওইরম্মী। শরৎচন্দ্রগী 'ভেলী' কৌবা লম্বীদগী তুংইন্নকপা নেত্তী জাতকী হুইনাওমচা অমা লৈরম্মী। মোংবা কনানা খঙগনি কম্নি খন্দুনননো নেত্তী হুইনাওমচাদু শরৎচন্দ্রগী মতুং ইন্নরক্কুনা য়াম্না লাপ্না লাক্লম্মী। শরৎচন্দ্রনা মাগীদমক খোইদোক্না সুংঙাইথিরমদে। খুদংগী হুইয়াম হোৎচিন্নরক্কুনা হুইনাও-মচাদু হাৎখিবা মাই হায়না চিংনহুনা হুইনাওদু মথাদা পমহুনা মহাক ইন্নক্লম্মী। হুইনাও মচাহুনা অহুক হাক্না মপুক্কিং হরাওজবা মওংদা মহাকী মায়খোংদা তৌথিমল খঙবা মিৎয়েংনা য়েংবা উবদা শরৎচন্দ্রগী খশোয়দা মীনুংশি পোক্লম্মী। মহাক্না হুইনাওমচাদু শিবপুরগী ময়ুমদা পুমগা য়াম্না লুনা-চান্না য়োক্লম্মী। হুইনাওদুগী মমিং 'ভেলী' হায়না থোক্লম্মী। ভেলী অদুনা শরৎচন্দ্রগী মকমদগী মচামকুম খুংশিখিবা কংজরম্মী। মরমদি শরৎচন্দ্রগী মচানুপী-নুপা অমতা লৈতে। য়াম্না লুনা-চান্না তৌবিহুনা য়োক্লকপা ভেলীদু কবোকৈওম চাও-শাংলকই। মহাকী মশুপনা শরৎচন্দ্রগী য়ুমদা কনাগুম্বা শকখঙদবা মীওই অমতা লোয়না চংবা ঙমদে। শরৎচন্দ্রগী অঙাঙবা য়াওরববদা শকখঙদবা মীবু মাকা শুরী খঙদা থাদোক্কুনা য়ুমদা চংহল্লি।

টৈম্ন থোমগৎপা লাকপা কর্ম্মচারী অদু লাকপা মতমদদি শরৎচন্দ্রগী অয়াবা য়াওনা মথুংইন্না ভেলীনা কম্নিম্নু তৌরমদে। শরৎচন্দ্রনা মশোন্দা পীকম থোকপা শেলকমদু পীরম্নগা ইমুংদা চংখি ঈক্লজরগা চাক চানন-বগীদমক।

অদুগী মতুং য়াম্না নুইনা লৈরগা ক্রোহিংকম্মদা লাকনা মহাক্না উরম্মী, কোর্পোরেশনগী কর্ম্মচারী অদু মতম অদু কাওনা থাদুনা শেল পায়হুনা পেহো-পেহো তৌনা কাছনী কাচিন অমদা থনা তক তক থিরুগা লৈপহুনা লৈরম্নি, অদুগা ভেলীনা মহাকী মথাংদা লৌ-ঙক্লে পোহুনা শংলম্লি। মপুগী মমাবা কমদজদি মাথু শেল পুহুনা ইমুংদগী খোক্কদক অমা কাওবা থংদোকহল্লোই।

শরৎচন্দ্রনা মহাক্কী অঙাংবা কিচম অছু উবদা থোইদোক্লা মথবাদু, সুংঙাইবমথোং অমসুং ঈকাইখুম্নবা। অতোপ্পা কনা ওইরবসি নোক্নম-নমথবনি। অদুবু শরৎচন্দ্রনা তেলীবু থাবজিল্লগা মুপা অদু চৎহনখি। ইমুংদগী থোকখিবা মপাদু হৌদুনা চেনখি। চেম্না চেম্না মহাক্না শোল্লম্বী, "ইঃ শোল্লমগনিদা। ওইহাক্কংবু থিদ্রবরবদি ঐ থবায় মাংলমগনি।"

তেলী অদু অহল ওইশিল্লকপনা মপাঙ্গল শোৎখ্রবী। হইদু নাবদা শরৎচন্দ্রনা চাব-থকপা, তুম-হিম্না থাদোক্নবা অহিং-মুংথিদ্রা নাইদনা মুমিং হুম্মি চুম্না বেলগাছিগী ভেটর্নরী হোসপিতালদা তেলীগী সেবা তৌরম্মী। অদুবু তেলী হিংখিদে। মুহাক শিবদা শরৎচন্দ্রনা অথুংগী মতৌগুম ঈকাই-হনোইবা থাদোক্নবা কপ্লম্মী।

তেলীগী অশিবা হকচাংদু মহাক্না যাম্না চেকশিন্না কোলসিতাদুগী পুম্নমগা মহাক্কী ইথোলদা কুথ-কুম্না ফুম্মী। মোংকম মথক্তা হুইশক্না অমা শারম্মী।

শরৎচন্দ্রগী বাগানদা উ অমগী মথোঙদা মপু পাঙবা হুই অমোম অমনা মচা অহুম পোক্লম্মী। হুই মগীদু থুংং থুংনা কোইরবদা মচাদু চানা লোংমল্লা অনী-অহুমক হল্লকনা মচাশিংদা মথোক শিন্নরে। অদুবু নোংমদি মহাক অমুক হল্লকখিদে। হুইনাওমচাশিংদু অথাম-পৌখাংবনা খাংঙমদনা থেম্না লোতনা থোংকম্মী।

হুইনাওশিং অদুগী মীকপ-মীয়াংওথোনব তাবদা শরৎচন্দ্রগী থম্মোয়দা মীহুৎশিনগী থৌথক হোৎকখি। মহাক্না মী থাদ্রনা হুই মগী অদু রিহলম্মী। হুই অমোমদু থিদ্রনা পুক্কপা মীদা লুপা তরা মনা পীগনি হায়না লাওথোক্লম্মী। লুপা তরা মীহোৎনদগী মী কয়ানা মাযকৈ নমি থুংনা চেন্নম্মী।

শরৎচন্দ্রনা শঙোম পিলাস অমগা লমিং থবগা পুদুনা উ অদুগী মথোঙদা লাক্লম্মী, অমসুং উথাদা কনম্না মহাক্না যাম্না চেকশিন্না হুইনাও মচাশিংদুনা লমিংদু শঙোমদা লুম্না চনখিবম্মী। মথোমবা চুপ চুপ্না থকলা উবদা শরৎচন্দ্র নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈরমদে।

খুমিং নিল্লি কোইথি থিরবা মুমলা হাউনাওশিংগী মমাঙ্দু কংলম্মী। হাই মপী অহু কমদৌহনলো ঈশিং কংলবা অহা অমদা তাহুনা কাবংলা ওমদুহনা লৈরম্বগী থেংনরকপনি। শরৎচন্দ্রগী মীশিংনা অহা মঙ্গুংদগী মাযু লৌথংলগা পুরকপদা শরৎচন্দ্রনা হয়াওহুনা মখোয়দা লুপা তঙা-মঙা মনা ওইঁনা পীরম্মী। মমা কায়নকয়ব হাইনাওশিংদু মমাবু কংজ-মবদা শরৎচন্দ্রগী মায়থোংদা পেঙবা মীনোক্কী মমি তারম্মী।

নোংমা শরৎচন্দ্রনা অমুক্তা হৌগৎলগা লম্বীদা থোরকপদা কসাই-শিংনা হামেং মচা অনী পুহুনা চৎলম্বা থেংনরম্মী। কৈথেলদা মখোয়গী শাহুম য়োনবগী হুকান লৈ। হামেংমচা অনী অহু ককথৎলগা মকক মকক ওইনা য়োমুগদৌরিবনি। করিস্তু খঙজৎরিবা হামেংমচা অনীহু মহুং মওম চাদনা শিরগদবদগী কন্নিংবনা শরৎচন্দ্রগী থম্মোয়দা থাংওয়কখিদে। মহাক্না কসাইশিংদা হামেংমচা অনীহু লুপা কয়াদা লৈরক্রিবনো অমসুং অনীহুগী শাদোং য়োল্লগা মখোয়না শেন্দোং কয়া য়াম্না কংগনগে হংলম্মী। কসাইশিংনা রাকমহু খঙহল্লক্রবদা শরৎচন্দ্রনা খুদক্তা হায়রিবা শেলকম অহু পীহুনা হামেংমচা অনীহু লৈরম্মী, অমসুং মথাদা পমহুনা মমুমদা পুরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা হামেংমচা অনীহু য়াম্না লুনা-চায়না তৌহুনা চেকশিন্না য়োক্লম্মী। মখোয় অনী অহু নোংম-নোংমগী হোম-হোম চাওরম্মী। য়াম্না চাওরকুনা আশ্রমদা য়োকপা শজিগী মতৌওম হামেংমচা অনীহু শরৎচন্দ্রগী অমাংদা চেন-চোংহুনা শান্নবা হৌরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মখোয়গী মশিং পম্নুনা কৌথমজ্জা মখোয় মহাকী নাক্তা শং হেক্তা চেনশিন্নম্মী। মহাক্না মখোয়দা হৈহনৌ পীজ পীজনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, "নখোয়না মখোয়বু অপঙবা গধ্যানি হায়রম্রি, অহুবু মখোয় অসিওম্বা চাজাক লৈবা শা ঐ কয়া উদে।" অসিওম্বা জীব মচাশিংবু মহাক্না কয়াগী মতিক মুংশি-শিবগে হায়বা ঐনা খঙজবা ওয়ম্মী।

নোংমা অহিং নোংমাইগী অহুবায়দা অকী-তুজুংনিংতাই ওইরবা বাবী লিবা লোক্কইরম্না শরৎচন্দ্র মমুমদা হনগদবগী হৌগৎলম্মী। মতমহুদা ঐলো ঐগী লোয়নবীগনা মহৌশাগী মতৌওম মহাকপু গাঙ্গিতিয়াগী হাইবিলকম

ক্যাওবা খিদোকপা চৎলম্মী। অহিং অহুমা শক্তিতিয়াশি হায়রিজিবকম চিংথেক য়োয়মলাবদা য়াম্না পিক্লিবা অঙাংশা কয়গী মখোল অমা ঐখোয়গী নাকোংদা তাবকখি। লখী ময়াদা কদায়দনো অঙাংনা কপ্লিবনি হায়বা ঐখোয়না খঙবা ঙম্লম্মী। খঙনিং-উনিংবনা লমজিংলুনা থরা চংশিনবমক্তদা মহানির্বাণ লমহাংগী মচিন্দা অমম্বদা উথাদা ফি ময়োমক্তবা অমা তাহুনা লৈরম্মী অমসুং মহুমকী মমুংদা পোকপা কুইজ্রিবা অঙাংগী মীকপা অহিংগী অচিকপা থুগায়রিবনি হায়বা ঐখোয়না খঙবা ঙম্লম্মী। শরৎ-চন্দ্রনা তকি-তকিং চংশিল্লগা ময়োম অহু খোক্তুনা য়েংলুবদা উরম্মী, মহুদা পোকপদা ঙাক্টৈরিবা অঙাংবু লখী ময়াদা হন্দোক্তুনা থনম্মা। পিক্লবা অঙাংবা ককচেং মচাশিংনা চিকপদা অঙাং অহু থংকপ থংকপ কপ্লিবনি। অঙাং অহু মুপানি।

মকম অহুদা কময়রগা শরৎচন্দ্রনা ঐগী য়ুমগী লোয়নবীদা হায়রম্মী, "নখোয়গী য়ুমদা শগোম নত্রগা খোইহি লৈরবদি থরগা লম্পিং থিস্তুংগা শং অমুক্তা লৌরু। নরেন, নহাকসু চৎলুচো। ঐ অঙাংসিদা চিক্লিবা ককচেংশিংসি কাদোক্লমগে।" ঐনা হায়রম্মী, "ঐদি হায়জহৌরিবসিনি দাদা, খুদোংথীনিংঙাই ওইবা থবক্তা খুং থিংজিনবিরুসু। কনানা অঙাং অসি মকম অসিদা হন্দোক্লম্লিবনো খঙবা নত্তে। পুলিশনা উরবদি খুদক্তা দাদাবু ময়াল লৈবা মীনি হায়রগুনা কাহুনা পুথিগনি।"

শরৎচন্দ্রনা হায়রম্মী, "পুলিশ লাক্লুবসু ঐনা মখোয়দা পাউ পীরুগনি। মহুগীদমক থমুরু। চৎলো, ঐনা হায়বহু তৌক্রয়ো। অমুক খিস্তরসু।"

ঐখোয় থুনা য়াংনা য়ুমদা হন্নরুগা শগোয়ে, খোইহিনে অহুগা লম্পিংখে থৌমাং তৌরগা পুহুনা লাকপদা উরম্মী, পোকপদা ঙাক্টৈরিবা অঙাংহুগী মশাদা পক্লবা অমোৎপহু তৈখোক্তুনা মাবু ককচেংনা লাম্ভাবদগী মীমুংশি চাওরবী ময়াগী মতৌওম মতম্বাক্তা পময়ৎতুনা লখীগী উঁহুমক্তা কমহুনা লৈরম্মী শরৎচন্দ্রহু। ঐখোয়না থুংলবগা মহাক্তা অঙাংহুগী মচিনবান্দা খোইহি তৈবিরগা শগোম ইনবি-ইনবিহুনা ঐঙোন্দা হায়রম্মী,

"মহক্কী চন্দ্রগী, ঐঙোগী কিশলয় অমক্তদা কদায়দগী লুম অমদগী বালিগঞ্জ থানাদা কোম তৌদুনা হায়রক, মখোয় লাকুনা অঙাং অসিগী চার্জ লৌরগনি।"

ঐনা নোকুনা হায়রম্মী, "অসুক থেংনবা অহিং অসিদা কনাসু খোঙ-হাংডা হাপ্পা য়াবরোই। কেন্দ্র কনাদগী তৌকপদগে!"

শরৎচন্দ্রনা হাইখ্রেং মরক্তা হায়রম্মী, "মসা চৎলগা 'জলযোগ' তৌরা অতাণ্ডক লোনবা চুকান অমা লৈবনি। মখোয় অহিং নাঙন লেংবা মাওনা খোঙ হাংদুনা সন্দেশ হোদুনা লৈবনি। মখোয়গী চুকান্দা খানা অমা পীদুনা কোম তৌরু।"

মহাক্কী পাউতাক মতুং ইন্না ঐহাক্না বালিগঞ্জ থানাদা কোন তৌরগা হল্লকপদা নোংয়াই মতুং পুং অমা তারম্মী। মতম অদুদা শরৎচন্দ্রনা ঐগী নুমগী লোয়নবীগী মতেং লৌদুনা য়াম্না হৈ-শিংলবী খোমজিনবীগী মতৌগুম অঙাংতুদা শঙোম মখিক মরিক পীবদুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা মহাক্না হায়রম্মী, "নরেন অঙাং অসি মশক য়েংউ। হন্থবা ইমুংগী অঙাং মান্দে। য়োম্মিবা কিশি খোইদোক্না মমল য়াম্বা শাত্তানি।"

ঐগী লোয়নবীদা হায়রম্মী, "রাধা, অঙাং অসি মী ওইনবা য়োকউদনা?

ঐগী নুমগী লোয়নবীনা হায়রম্মী, "তামোচৌ। (শরৎচন্দ্রদা মানা তামোচৌ কৌই) ইনন্দি মচা পোক্কে, তামোচৌনা মাবু লম্বীদগী খুদবনিনা তামোচৌখোয়না য়োকপিবনা চুমগনি। ঐগীদি ইচানুপা অমত্তুম ইন্তক্নাক্তা শাম্মরম্মী। কুইনা হিংবাশক্তিদবদি ঐনা অমা ওবা নক্তে।"

পুলিশকী ভান লাক্লে। নাকম পুম্নমক ইশিন-খোংচিল্লগা অঙাংদু পুদুনা পুলিশশিং অদু চৎখি।

মতম অদুদা শরৎচন্দ্রনা মগী তৈথোক্লম্মী। ঐনা কাগী তৌদুনা হায়রম্মী, "মিৎতা কুরি চংলবগে?"

শরৎচন্দ্রনা পীরাংনা ফুনগৎলবা খোম্মোক্না হায়রম্মী, "অঙাং হায়বশিংবু মাদু হৈ। মিৎকুপ অমত্তদা মারানা পুনশিবা লমী।"

# শরৎচন্দ্র অমসুং ভারতী

সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায়

বঙ্গাব্দ ১৩১৪ গী কালেন থাদা ভারতীগী সম্পাদিকা সরলা দেবী লাহোরদগী কলকাতাদা লাকই। চহী অমুগী ভারতী মতম অমু কাওবা নম্নমদে। ভারতী পুথোক্লবা শিন্নবগীদমক অমসুং মচুগা লোয়নবা মহাক্না পিক্লিবা মচানুপা দীপকপু চউম্বিনবগীদমক মহাক লাকপনি। মতম অদুদা সৌরীন্দ্রমোহন বি. এ. পাস তৌরবা তুংদা এটর্নীগী মথাদা লৈরি অমসুং লো ভন্নি।

নোংমা দীনেশচন্দ্র সেন্না ঐহাকপু কাহনা সরলা দেবীগী মনাক্তা পুরগা মখোন্দা হায়রম্মী, "মাগী মথুংতা ভারতীগী ভার শিন্নবিরগা ইথেম্মা লাহোরদা লেংথিবা য়াগনি।"

সরলা দেবীনা ঐখোন্দা ভারতী চলাইনবগী ভার 'পুম্বা শিন্নরম্মী অমসুং শরিবু থাগী চেকোংগী থোরাং তৌনবগীদমক অকবা কবিতা অমগা রাগীমচা অমগা থৌরাং তৌনবা ঐখোন্দা হায়রম্মী।

মহাক্না থুত্তা রচনা অহুম-মরীদি লৈরে—ইংরাজি লোন্দা ইথনি। মচুশিংদু হন্দোক্লবা শিন্নম্মী। অদুবু উপন্যাস পাম্মী।

সরলা দেবীনা হায়রম্মী, "ভারতীনা রিপুলয় নাইদ্রিবমথে রবীন্দ্রনাথ, জ্যোতিরিন্দ্রনাথ, সত্যেন্দ্রনাথ কনানপু ভারতীগীদমক অইবা পীথিরক্লোই। ঐখোন্দা হায়রম্মী, "উপন্যাস থোরাং তৌশিন্নু।"

ঐনা থগুনিং নিংশিংলকথি, 'বড়দিদি' গী রাকম। ঐনা হায়রম্মী, "উপন্যাসতি লৈতে, অহুম ওইনমক ঐগী মরূপ অমনা ইবা রারী অশাংবা অমা লৈ। রারীহুনা থা অনী-অহুমদি চংনবা য়াগনি। অগুকপা থুংইনি।"

সরলা দেবীনা পাবা পাম্মী,। ঐনা মখোন্দ্‌া পানবা পীরম্মী। মহ পারগা মহাক্না য়াম্না হরাওদুনা হায়, "অগুকপনি! থবক অমা তৌরসি, শরিবু, কালেন, ইগা থা অহুম অসিদা হাপ্লো। শরিবু

অমধি কাদেনগী চেকোঙদদি অইবগী মমিং থাক্লগনি। মসাগী রবীন্দ্রনাথনা ইবলি হায়না থন্নজপনি। থিহথিবগী ঐথোয়গী ইমালদু কোল্লগনি, অদুগা অপাবা মীগী মমিংদু হেন্দগৎলপনি। ইডা থাগী চেকোঙদা 'বড়দিদি' লোইরগনি, অদুগা চেকোঙ অদুদা অইবা শরৎচন্দ্র চট্টো-পাধ্যায়গী মমিং থাও।"

মদুমক তৌরমী। শক্তিবুগী চেকোঙদা হায়নঙদা শৈলেশচন্দ্র মজুমদারনা রবীন্দ্রনাথকী মনাক্তা চৎলমী। মহাক্না য়ারোইদুনা হায়রমী, "অদোগী উপন্যাস অমুক হয়া ইরমোই তাকপিথি, অদুম ওইনমক হন্দক্তা ভারতীগীদমক উপন্যাস ইবিথি।"

য়াসি তাবদা রবীন্দ্রনাথ চঙলুথি। মহাক্না শক্তিবু থাগী চেকোঙদা য়াওরিবা বড়দিদি অদুথক্তং পারমী। অদুগা মহাক্না হায়রমী, "ঐনা ইবা নত্তে, অদুবু শক্তি য়াম্না লৈবা কনাগুম্বা অইবনা ইবনি।"

অদুগী তুংদা শৈলেশচন্দ্রনা ঐঙোন্দা হয়া হয়া হংলকই, কনানা ইবনো হায়বা। ঐনা হায়রমী, "পূক্নিং তপথবিথো, অইবগী মমিং তুংদা কোঙদোকচরক্নি।"

চহী অদুগী তারতাগী ইডা থাগী চেকোঙ দুর্গাপূজা মতুংদা পুথোকই অমসুং মদুদা 'বড়দিদি' উপন্যাসকী অরোইবদা অইবগী মমিং শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় হায়না তোপ্তোগা অচৌবা মরেক্না থারমী। চেকোঙ অদু পুথোক্লবা মতুংদা রবীন্দ্রনাথ, অবনীন্দ্রনাথ অমসুং গগনেন্দ্রনাথনা ঐঙোন্দা হয়া হয়া হায়রমী, "বড়দিদিগী অইবসি কাহেগা শক্তি লৈবা মীশক্তি, লোৎতুনা লৈরিবা মহাকপু নথোয়না সাহিত্যগী জগৎতা চিংথোক্তুনা পুথোরকপা ঙম্মোইদ্রা?"

# শরৎচন্দ্র অমসুং নেতাজী সুভাষ

**শান্তি বন্দোপাধ্যায়**

সুভাষচন্দ্রগী লমহৌরিং-লমতাক মথাদা আজাদ হিন্দ ফৌজগী চাওখোক-চনিংঙাই ওইবা ইতিহাস অহু ঐখোয়গী জাতিগী লেমজনিংঙাইনি।

হৌরক অসিদা কথাশিল্পী অমর কথা সাহিত্যকার শরৎচন্দ্রগী 'পথের দাবী' গী নায়ক 'সব্যসাচী' গী মা ঐখোয়না নীংশিংলকই।

মায়থিবা পীড়নরোইদবা সাহিত্যকারনা 'পথের দাবী' লাইরিক্তা সব্যসাচিগী বিপ্লবী চরিত্রদা ঐখোয়না উবা ফংই, বীরত্বনা থল্লবা মপান নাইদবা ত্যাগ অমসুং সাধনা……

শরৎচন্দ্রগী 'পথের দাবী'দা নায়কতা হায়রি :—নহাক্তি ঐখোয়গুম্বা মীচম নত্তে। করিগুম্বা খুদোংথীবা করিগুম্বা নোংলৈ-নুংশিৎ গ্রলয় অমতনা নহাকপু থিংবা ঙমদে। নহাক্তি অনৌবা যুগকী লময়ানবনি। মীখাপোনবা ভারতকী হে মুক্তিদাতা! নহাকপু লিশিং লিশিংলক হন্না খুরুমজরি।

নোংমা রবীন্দ্রনাথনা দেশনায়ক হায়না শিংথাহুনা সুভাষচন্দ্রদা ঈকাই-খুম্নবা উৎখি। সুভাষচন্দ্রগা কথা (রারেং) সাহিত্যকার শরৎচন্দ্রগা তুং ময়োনা মরি লৈনখি।

মসিগী মরমদা নীংশিংলকই, রাজনৈতিকী মতাংদা সুভাষচন্দ্রনা মরৈবাক নিংবা শরৎচন্দ্রগী মরমদা হায়রম্মী :—

"শরৎচন্দ্রদি কংগ্রেসকী শক্তি-যন্ত্র অমা ওইরম্মী। অসহযোগ আন্দোলনদা অহানবমক্তদা মহাক্না বাংলাগী কংগ্রেসতা য়াওরম্মী। মহাকী অথোইবা দান মহাক্না হাওড়া জিলাদা য়েংথোকপিরম্মী।

"শরৎচন্দ্র গুণগী সাহিত্যকার ওইরম্বদা নত্তে, রাজনীতি ক্ষেত্রদসু মহাকী দান লৈরম্মী। মহুমক্না খ্রীষ্টাব্দ ১৯২১ দা শরৎচন্দ্রগা ঐগা শক খঙনবগী খুদোংচাবা লংখিবনি।

"মহাত্মা গান্ধীগী লমজিং মখাদা ভারতবাসীনা অসহযোগ আন্দোলন চঙশিনবদা শরৎচন্দ্রসু আন্দোলন অদু য়াওরম্মী।

"কলিকাতাদা মতম অদুদা জাতীয় বিদ্যাপীঠ লিংখৎখিবা অদু শরৎচন্দ্রনা হনবা লৈতনা হোৎনবিরম্মনি।

"—মতম অদুগী নোংমথক্কী রা নিংশিংলি। অকাওবা সাহিত্যকার শরৎচন্দ্রদা কনানো অমনা হায়রম্মী,— কলম থাদোক্নবা রাজনীতিগী পরুংদা চংলকপা সাহিত্যকারগী খোদাং নত্তে। শরৎচন্দ্রনা নোক্নবা হায়রম্মী,— ঐ মতম থবগী ওটনা কলম থাদোক্ননা ভকেং পায়রমবনি।

"শরৎচন্দ্রনা হায়রিবসিগী অর্থদি মসিনি, ইমা লৈবাক্কা থুদোংথীবদা ভারনা মতমদা লুপা খুদিংমক চিন্তা অমদি মথৌ পূরমক থাদোক্ননা মহাকপু (ইমা লৈবাকপু) কয়নবগী থবক্তা থোঙদাবমক্কা মাগী (মচাগী) খোদাংনি।

"ইমা লৈবাক্কী মায়কৈদা মহাক্কী থম্মোয়গী লীচিং শিবা কাওবা লেঙবনা লৈখি। চহী য়াম্না শাংনা মহাক নিখিল বঙ্গ রাষ্ট্রীয় সমিতি' অমসুং বঙ্গীয় প্রাদেশিক রাষ্ট্রীয় সমিতি অদুগা হাওড়া জিলা কংগ্রেস কমিটিগী সভাপতি ওইখি।

ভারতকী স্বাধীনতা সংগ্রামগা মহাক্কা অচেৎপা মরি লৈনরম্মী। ঊকাই-থিগল্লি হায়দুনা মহাক সভা-সমিতিদা খোইনা শরুক য়াদে হায়বদি য়াই, অদুবু মহাক্কা শয়হোবা পাখংশিংনা মহাক্কী মকমদগী প্রেরণা কংলম্মী। মরৈবাক নিংবা শরৎচন্দ্রগী মায়কৈ অসিগী পরিচয় হৌজিক কালগী নহারোলশিংনা অদুক হাক্না খঙনদ্রে।

"মহাক্কী থম্মোয়দি মতম চুমদা ইশংদা শংদুনা লৈ। নৌজরিবা বাংলাগী আশা অমদি পামজবগী মায়কৈদা মাগী সহানুভূতি মতিক চানা লৈরম্মী।"

মতাংসিদা পল্লিংঙাই ওইবদি— সাহিত্য-ক্ষেত্রদা শরৎচন্দ্রগী দান মপান নাইদদুনসু দেশ সেবাগী থবক্তা, রাজনীতি ক্ষেত্রদা অমদি সাহিত্যদা মহাক্কা চাংদমক্কনিংঙাই কনা লৈতে।

শরৎচন্দ্রগী 'পথের দাবী' কোঙলথা তুংদা সুভাষচন্দ্র মশামকসু লাইরিক অদু পারগা শিংথাডনা হায়রম্মী, "মীথাপোনথা ভারতকী

থম্মোয় শোক্লিংভাই ওইরবা বিপ্লব অমুগা-তাঁদকৌনী হৌরক্লিবা সমস্যা অদিনা মসিগী তিথং মুপ্লবা ভারতকী চৈথেংবু কাহেম্না ভাম্নবা মতাংদা তরু তরুহল্লে।"

নিংশিংজনিংঙই, সাহিত্য-জগৎকী অমর কথা-শিল্পী শরৎচন্দ্রগা সুভাষচন্দ্রগী মরক্তা মরি অমা শেমখিবতুনা ঐথোয়গী জাতিগী ওইবা পুন্সিগী ইতিহাসকা লোয়ননা পুনশিনখিরম্মী।

অসহযোগ আন্দোলনগী মতমদা বাংলাদেশতা দেশবন্ধুগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নখিবা মখোয় অমুগী মনুংদা সুভাষচন্দ্রগা লোয়ননা শরৎ-চন্দ্রসু থোইদোক্না অকনবা থৌদাং য়াখি।

সুভাষচন্দ্রহু মাগী মুংশি-চান্নবা মরুপ ওইরম্মী। সুভাষচন্দ্রবু মাগী মুংশিবা মরুপ ওইবতু মাগী অরোইবা পুন্সি কাওবা লেঙখিদে।

অতোপ্পা মায়কৈদসু সুভাষচন্দ্রনা শরৎচন্দ্রবু অশেংবা বাঙালী অমা ওইনা অমদি বাঙ্গলাগী অথোইবা কথা সাহিত্যকার অমা ওইনসু শ্রদ্ধা লৈরম্মী।

সুভাষচন্দ্রনা লৈবাকী থবকীদমক মতম অয়াম্বদা শরৎচন্দ্রগী মুখদা মহাক্তা উনবা অহুম চংলম্মী। মতমতুদা মখোয়গী মরক্তা লৈবাকী সমস্যা কয়া পুং কয়া কন্না নৈনরম্মী। অসহযোগ আন্দোলনগী মতমদা নং ১১, রেলিংটন স্কোয়ারদা লৈবা 'করবেস মেনসন' কৌবা ভবন্দা দেশবন্ধুগী 'মহামণ্ডলী'দা গৌরীয় সর্ব বিদ্যায়তন কৌবা জাতিগী ওইবা বিদ্যালয় লিংখৎলম্মী।

সুভাষচন্দ্রনা কলেজ অমুগী প্রিন্সিপাল ওইরম্মী, অমুগা শরৎচন্দ্রনা কলেজ অমুগী বাংলালোনগী হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট ওইরম্মী।

দেশবন্ধু শিরবা তুংদা বাঙলাদেশতা কংগ্রেস লুচিংবগী মতাংদগী কংগ্রেস মনুংদা দল অনী থোকখি।

দল অমুগী মায়কৈ অমদনা জে. এম. সেনগুপ্ত, অতোপ্পা মায়কৈদনা সুভাষচন্দ্র বসু লৈরম্মী। শরৎচন্দ্রনা মতম অমুদা সুভাষচন্দ্রদা শৌগৎতুনা মাগী মায়কৈদা লেপ্লম্মী। সুভাষচন্দ্রবু মুংশিজবা অমদি পেক্লবদা নত্তনা রাজনীতি য়াওশিল্লুবগীদমক শরৎচন্দ্রনা ঈকাইবা নংবা কয়া মায়োক্লখি।

হীগম অসিদা থৌদোক অমা তমজগে। খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩১ দা কুমিল্লাগী যুব সম্মেলনগী অধিবেশন হৌদোকপা অমুদা শরৎচন্দ্রসু শরুক য়াখি।

# নিংশিংবগী লৈই

যামিনীকান্ত সোম

নিংশিংবগী লৈই কৈদৌঙৈদসু মুৎলরোই। মতম কনা কুইথিহুনসু থম্মোয়দা তরু তরু নিংশিংলি। রাকম অহুমক তমজগে। ছুটি লৌহুনা ঐ লাকই মকমসিদা— হাওড়াদা। শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় মহাশয় হাওড়ামক্তদা লৈ হায়বা তারম্মী। মহু খ্রীষ্টাব্দ ১৯১০ দনি। হাওড়াদা লৈবনিনঃ উনরুদবা য়াদে। অহুবু হাওড়াগী মকম কদায়দা লৈবগে হায়বদি করিমত্তা খঙলমদে। ঐদি নৌনা লাকপনি। মহাক বাজে-শিবপুরগী মকম অমদা লৈ হায়বা থিবদগী খঙলম্মী। বাজেশিবপুর! মসিনা অমুক করি মিংদানো? বাজেশিবপুর থিবা চৎলম্মী। কনাগুম্বনা করিগুম্বা থরা তাকপিরকপা ওমগত্রা খন্দুনা হংলম্মী। থিবা লেপ্পমদে। মমৈথংদা ভদ্রলোক অমনা তাকপিরকই, "শরৎ চাটুয্যেগী মনাক্তা চৎকে হায়বিরিব্রা? চৎসি তাকচগে।"

চৎতুনা অথুবা গলি অমদা চংলম্মী। মহাক্না হায়রকই, "অসিনি শরৎবাবুগী য়ুম। মনুংদা চংবিয়ু।"

মনুংদা চংলুবদা মশা-মউ কবা হুইজাও অমা কুন্দুনা লৈরম্মী—মতুংদা খঙলকখি, মহু শরৎবাবুগী ভেলু কৌবা হুই অহুনি হায়বা। শরৎবাবু য়ুমদা লৈরমদে।

"থংনরা য়ুমদা য়েংবিরু—মকম অহুদা লৈরম্বা য়াই।" মুপা অমনা ঐবু থিলম্মী।

অথুবা গলি অহুগী মনুংদা য়ুম মচা অমগী মাঙোলদা ফমহুনা ভদ্রলোক থরা ল্লাগী শাহুনা লৈরম্বা উরম্মী। মশক খঙদে। মুপাহুনা তাকপিহুনা হায়রকই, "অসিদা লৈম্বিবসিনি। ফুরিৎ লিৎতবা, হিদাকফু পায়বা।"

ঐ কমথরবা মতুংদা ভদ্রলোক অমনা ওকিমতগী চামনা পুরকই। মহাক্না মহু, লৌশিন্নগা হংলম্মী, "কয়ানো?"

"শিকিহৌ।"

"ওয়াংনী অহু ওইনিদ্রা? অকখা চামনানিদনা? পেকেট অমগনু হয়েং পুরকখিগদবনি।"

ঐগা পরিচয় পীনরে। ঐনা হায়রম্মী, "অদোমগী মিং তাজরে, অহুনা উনজনিংহনা লাকচরিবনি। ঐ লম অসিদা লৈতে।"

"লম অসিদা লৈখিদবা! বারী শানবা পাম্বিত্রা? করে, নোংমা অমুক লাকপিয়ু; ওসিদি মতম থেংলে—ঈরুঈরুবা তারে।"

মুম খঙলক্লে। নোংমা অমুক অমুক পুং তরেৎতা চৎলম্মী।

"লেওশিনবিরকউ, লেওশিনবিরকউ—কখিয়ু।"

মুমিৎ অহু ছুটিনি। ভদ্রলোক কয়ামক্রম লৈরম্মী। ভেলু মখোঙ ক্ষিংথোক্লুনা থোঙ ময়াদা কুম্দুনা লৈরম্মী। মুমহু থোইদোক্না তক-তহেন্নি। কার্পেট থাবা মহুংগী কাদা নিংখিজবা টেবিল অমা লৈ। মহুগী ময়াদা নিংখিজবা চেয়ার অমা লৈ। ইননবগী মপোৎ-মচৈ থম্বা উই। কাহু লৈক্তেং-পুংক্লেদি য়াওদে। অহুম ওইনমক পোৎ-চৈদি মঙং তামা থম্মী। উরম্মী, কজনা মস চেনবা বারী লিরম্বা। শরৎ বাবু অঙকপা কংনা রাঙাং-রাতা হৈবা মীশক্নি। মস য়ায়া হাপচিন্দুনা ট্রেন্দা চৎপগী বারী লিরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "ট্রেন্দা কাখৎলে, কয়াদা মী চিনখ্রবা। মুপা অমা খুৎ মোজা হাপতুনা, খোঙমোজা উপতুনা, কোটচাও লিংতুনা, মকোক্তা কোকয়েৎ য়েৎতুনা, ময়োম-থয়োম পুহনা থোইদোক্না মী অনীমথাগ্গী লম কন্দুনা কয়ম্মী। ঐনা মঙোন্দা হায়রম্মী, 'খজিক্তা চংশিনবিয়ু, ময়োম-থয়োম অহু লৌথোকাপিয়ু, ঐবু খিক্তা কমহনবিয়ু।' মুপাহুনা মঙক হাইহুনা হায়রকই, 'ময়োম থাংদোক-দৌরিবা? কফিগীনো?' ঐনা হায়, 'খঙক্তে অতোনবা মচানিদনা! মহু লৌথোকউ ঐ কয়গে।' 'অদোম্বু কনানো মশাই, ঐঙোন্দা অতোনবা মচা হায়রিবদি?' অসি হায়হুনা মখিৎ লংখৎলকই। ঐগা লোয়নরক্লিবা অহুনা হায়রকই, 'য়েংঙোই শরৎ, তোকও তোকও য়েৎনক্লবা হৌনদে! লোমদা লাকও।' মনাকী অহাংবদা কথথরম্মী। মুপা অহুনা অহুম ওইনমক ঐবু থাদোক্তে। ঐঙোন্দা হায়রকই, 'ঐঙোন্দা অদোমা

অতোনবা মচা হায়বিরি। অদোমগী মিং শরৎ। কনা শরৎ?' ঐগা লোয়নবহুনা হায়রম্মী, 'মহাক শরৎ চাটুয্যেনি, অকাওবা লেখকি, মখিং তাবিখ্রিব্রা?' কদায়দা অমুক চেনগনি! 'এঃ, অদোমু শরৎ চাটুয্যে? লেখক? অদোমা ঐঙোন্দা অতোনবা মচা হায়খিব্রে, রাকম অসি ঐ মরামদা তমগনি—তমগনি।' কয়াদা মঙং চাত্রবখোকো! 'তোকপিয়ো মশাই—তোকপিয়ো।' 'কৈদৌবগী তোকদগে ঐনা অন্নাকপা তমগনি।' মসিদি শাথিনা খুদোংথীবদা তাবনি। লোয়নখিবহুদা ঐনা হায়রম্মী, 'মহাক্না ঐগী মিং তাকউখিবা করিগীনো? হৌজিক্তি মহাক তায়নজরো।' লোয়নখিবহুনা মতমহুদা মাবু থেবজিন্দুনা হায়রম্মী, "শ্রী ঠাকুরবা মরক্তুদা চিন্নাম-খংনাম ওইনা শৎ হায়দোকখিবা রানি। পুক্নিংদা কনিংঙু খনবিকনু, তাকপিয়ো।' অমুমা কন্না হায়হুনা থেম্রবদদা মহাক ঊংথখি। য়েংবিয়ুদো মশাই, কয়াদা ইরাং থোকপ্রবা! কৈদৌঙৈদন্সু অহুমা খক থোকখিজ্রি। খঙহৌদনা মতমহুদা থোকখিবা অহুদনি।"

শরৎবাবু য়াম্না কাগী হৈবা মীনি হায়বা উবম্মী। অহুক হাক্না কাগী পুনা অহুগা মুংশিবা থোঙ্জেল চেম্না ডাংলকপহুদা মরাম পুন্নমক নোকপদা শিগদোয়ম্মী।

রাগীসু চৎথে—চাসু চৎথে, মহুগা লোয়ননা তল মাথনসু। সুমিৎ অহু অতৈ রা অমুক চৎথনখিদে। ঐনা হায়রম্মী, "কৈদৌঙৈ অমুক লাকচৌগে?"

মহাক্না হায়রকই, "লাক্লিংবা মতমদা হেক্তা লাকউদনা!"

সুমিৎ অহু নোংমাইজিংনি। অমুক্তা চৎলম্মী। য়োবদা মীয়াম পুন্নবা থেংনরম্মী। রাগী কন্না চৎথরম্মী।

হায়রকই, "চংলকউনে, কম্মু।"

রাগী চৎথরম্মী, কম্নি কম্নিনো। গুরুজীনা জহাজ চাবগী রাগী। মহাক্না তম্লম্মী, ভাসানপুরগী রা, অতোম্না অমনা গুরুজীগী রা।

গুরুজীগী শিষ্য-সেবক য়াম্না লৈ। মথোয় গঙ্গা মপান্দা লৈরম্মী। গুরুজীনা হায়রম্মী, "য়েংঙোই, ইমা-ইবেম্মা গঙ্গাগী পূজা তৌবা তাম্নি। মহুগী থৌরাং তৌদনা।"

শিষ্যশিংনা হায়রম্মী, "মচুবু অরুবা রাকয়নে। হয়েংমক শিজগনি।"

অসি হায়রগা পূজাগী হৈরুক, পোৎচং মখল-মখেলশিং—মখল মখলগী লৈ ময়াম অমা শিষ্যশিংনা থৌরাং তৌদুনা পুরকই। পূজাগী থৌরাং তৌরে পজাগী হিদেন্দা।

গুরুজী পূজা তৌবা কয়রম্মী। শিষ্যশিংসু ইকোই কোইশিন্না কয়রম্মী। মতম অসিমক্তদা য়াম্না কন্না ভং-ভংদুনা, ঈশিং ঈথক হৌহন্দুনা অচৌবা জহাজ অমা ঘাট অদুদা লাকই। মুংতিগী লাকই, ভগিদু লাকই। অদুনা ঘাট ময়া নকশিন্না চৎখিবা মতমদা ঈশিং কন্না লেঙ-হন্দুনা অকনবা ঈথক চৌহন্দুনা গুরুজীগী গঙ্গা পূজাগী হৈরুক, অতৈ পোৎলমশিং, লৈনচিংবা পুম্নমক তাউথোকখ্রে। গুরুজীদি শাউবনা মৈগী মূর্তি লৌখ্রে! কন চোংথৎতুনা হায়রম্মী, "কৈ! জহাজ নও হয়েং লাকউ— নওগী নকোক্তু ঐনা চাগনি, অদু ওইরবদি ঐ গুরুজীনি। হয়েং ঐনা জহাজদু চাথোকনি, মদু ওইরবদি ঐগী ইমিং—"

শিষ্যশিংদু গুরুজী শাউবা উবদা অদুগা জহাজ চাগনি হায়বা তাবদা পাথৎনরম্মী।

মথংগী নুমিত্তা জহাজ য়াম্না লাপ্না লাকপা উরম্মী। গুরুজীনা মদু উবদা খুকউ কাওবা ঈশিংদা কুমথরগা লেপতুনা লৈরম্মী। মদু করাদা তমথীপ্রবা মৈগী মূর্তিনো। জহাজ লাকসনু, লাকপগা চাথোকনি। অদুগী তুংদা নাকোং শেগাক কায়বমথৈ ভংদুনা জহাজ লাকই। গুরুজীনা ময়া লাওনা কাথোক্তুনা চংশিল্লম্মী। মতম অসিদা করি তৌই থওব্রা, গুরুজীগী শিষ্য অদুগা সেবিকা কয়ামরুম্না য়াম্না মপুক্লিং শোক্না কপতুনা গুরুগী মখোগুদা, ঈশিং অদুগী মমুংদা উপথুনা তুরম্মী। অদুগা হায়রম্মী, "গুরুজীনা তৌবিরিবসি করিনো? জহাজ চাবিগদৌরিব্রা? জহাজদা ময়াল লৈজদবা সুগী-অঙাং কয়া, মপুকচেল মক্তবা মুপা কয়া তোংলি। মখোয়না করিগুম্বা ময়াল অমত্তা লংশিজখিবা লৈতে। জহাজ চাবা তায়রবদি মখোয়গী য়াওনা চারগনি। মখোয়গী দোষ করিনো? প্রভুদি অরাংবা থাকী গুরুজীনি, অসিগুম্বা থবক তৌবা চুমগদ্রা? তপথবিয়ু। অশাউবা কাথবিয়ু। জহাজ অসিবু চাকপিয়ু। মাদি য়োৎন-উমা শাবনি, মাদি করিসু থওজবা নত্তে।"

গুরুজীনা মমিৎ লাওখোক্লুনা কোইয়েং য়েংলকই। অদুগী মতুংদা কাহেন্না শকক্কম হক্লিনখি। হায়রম্মী, "নখোয়না হায়রিবদু অচুম্বনি। মরাল লৈত্তবশিংবু চাবিরয়োই—অহাক্ত অসি চায়রোই অদুদি। চক্চক্রসন্থু। নখোয়গী রা মতুং ইন্না মাবু থাদোকপিরবনি।"

অহাক্তদু মতম অদুদা মনাক য়োশিল্লক্লম্মী। অহাক্তদু তমথীবা কংনা ওংহনা অকনবা ঈথক কবা হোৎজন্নদুনা গুরুজীগা শিষ্য-সেবিকাশিংগা চোৎহল্লম্মগা মকমদু থাদোক্লুনা চংখি। গুরুজীনা মখুৎ হাইদুনা হায়রম্মী, "ছৎক্রো চৎখো, খোঙচৎ অসিদদি থাদোকপিরবনি।"

মহাক্কী মকমদগী ব্রাণী অসি তারদা ময়াম পুন্নমক নোকপদা পুক্লি ত্তিংলম্মী।

তাখি, শরৎচন্দ্রগী খোঞ্জেল য়াম্না মুংশি, ঈশৈ কজনা শকপা হৈ। অদুবু মহাক্কী মচিন্দগী ঈশৈ তাননবগী থুদোংচাবা কংখিদে। অদুদি ওইরগা মচাক ব্রাণী লিবদদি নিংখোনি। লোইব-খঙ্বা নাইদবা ব্রাণী মচাক্কী মকমদগী তাখি।

নোংমা মুমিৎ যুংবা মতুংদা চৎলম্মী। মচাক্লা লাইব্রিক ইবগী ব্রাণী শারকই। মহাক্কি অহিংদদ ই হায়না তাকপিরকই। অমুক-মুংখিলদদি মী লাকই, ব্রাণী-রাত'ই চৎথনদুনা হেক্কা হৌখি। হংলকই, "নহাকপু কয়িগুম্বা থরা ইত্রা? ইবগী হৈনবী লেত্রা?"

ঐনা খুম্নম্মী, "ইবগী হৈনবী অদুক হাক্লা লৈতে। অদুম ওইনমক মরক মরক্তা 'প্রবাসী', 'মানসী' অদুগা 'মর্মবাণী' অসিনচিংবদা মচা-মচা থরা ইরগা পী।"

হায়রকই, "সমাজপতি? সমাজপতি মশক নাইবা শম্পাদক্নি। অদুদি ওইরগা দোষমু য়াম্না লৈ। কাহেন্না রবীন্দ্রবু য়াদে। অসিগুম্বসি কৎতে। করে, হৌজিক করি ইরিবগে?"

"ইবসেনগী Doll's House কী মতাংদা ইরি।

"করিনো তৌরিবহু? হন্দোকপরা?"

"হন্দোকপমক্কি নত্তে। বাংলাগী রাখল্লোনগা চাশিন্নহন্দুনা বাংলাদা পুশিল্লকুবা হোৎনৈ—Doll's House কী মুংগী পোৎশকু।

অসি তাবদা ঙাইহাক তুমিন্না লৈখি। অহুনী মতুংদা হায়রকই, "রাখমোন লৌহুনা হোৎনববুদি য়াই। অদু ওইরবসু অনুবাদ ওইনা তৌরকবদি চুম্নোই। অনুবাদকী থবক্তা চংশিন্নুনু।"

"অদুবু হন্দোকপদদি ভমজনিংঙাই ওইবা য়াম্না লৈ। ওরিজিনেল ইবদি অয়াম্বা থবক নত্তে। অনুবাদ তৌনা তৌনা করিগুম্বা থয়া তৌবা ভয়কপসু য়াই।"

"অমুক্তদা হেক্তা ভমগদ্রা? হয়া হয় হোৎনয়বদি ভয়ক্তনি।" কনা কুইনা তুমিন্না লৈখি। মহুনী মতুংদা হায়রকই, "অহুগা ঐগী য়ামক হায়রসি। অহানবদদি মওং চাদবা পুক্নিগী মরক্তা লেপ্লক্লবনি। অসুম অসুম সাহিত্যগী চৌরমদা চিংশিনখি। পামজবা অহু ঐবু পোকপা পাবুংগী মকমদগী কংহৌবনি—অয়াম্বনা উত্তরাধিকার ওইনা। মহাকী মস্তিক মগুণ কনানসু থঙবিখিদে। অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী তরঙ্গ কাক-উবদা মতাক্লা ইরম্বা য়াম্না থেংনখি মহুদগী মতাকপু থঙজবা ভমখিবনি।"

অসি হায়রগা ঙাইহাক অমুক তুমিন্না লৈখি। অহুনী মতুংদা হায়রকই, "অহানবদদি লোম্না লোম্না ইরম্বনি, অহুগা হেক হেক হন্দোক্লম্বনি। লৈত-লাইরগী চৈথেংদা লাইরিক অহুক হাক্লা ভমহৌরিবদি কদায়! বাবা শিখিবদা খুদোংথীবা হেক্সিল্লকখি। তংথ্রবা তেলগাঙম বোইচং চৎপা হৌরম্মী।"

ঙাইহাক অমুক তুমিন্না লৈখি। অহুগী তুংদা হায়রকই, "ঐদিনে ইথুংঙো, অহুক হাক্লা থঙদে। লাইরিক কয়া য়াম্নবু হৈগনি। ইচম চম্বা মওংদা গুপ্নগী পুক্নিংদা কাওরক-কাওরকপহু ইথোকপদনি। পুক্নিংদা কাওরকপা নত্রগা থঙলকপা অহু কোঙদোকপনি ঐনা অচম্বা রাহৈনা।"

অসিগী মতুংদা অতৈ করি করি হায়রক্লদগে থঙদে, অসিগুম্বা তাঙ্গাদ থঙহৌদনা গিরিজাকুমার চংলকই। রাকমহু অতোপ্পা মায়কৈদা থৈখি।

পোৎশক অমদি উবা ফংলম্মী, লোৎশিনলাকশিন্দুনা রা ঙাংবা নত্তে। মঙোন্দা করিগুম্বা মথলগী তাৎ নত্রগা তৌশিন্নবা উবা ফংদে। মহাক্না ফমিন্নহুনা রারী শাবদদি মীবু মীথোই-মীহেনবা

মীশক্তি ছায়রবা খাজনিংঙাই ওইদে। অদুম ওইনমক তশেংবদি মহাক মীখোই-মীহেনরবনি।"

নোংমা অমুক্তা মাগী যুমদা চৎলুই। কম্রিরতুনা ময়ারী শারম্মী। অদুগুম্বা তাঞ্জাদুদা ইমুংদগী নুপীগী মীকপ-মীরাওখোল অমা তারকখি। ঐনা ওক্তুনা য়েংলম্মী। হায়রকই, "ইচে মযুমদা চৎখিদোরে। মী অমা শিরে, অদুনা কপ্পিবনি।"

"সিদা শিত্রা?" ঐনা হংলম্মী।

হায়রকই,"সিদা নত্তে, খুঙংদা—সামতাবেত্তেদা, দেউটিগী মনাক্তনি।"

ময়ারী শাবদা নুংখিল ওইরম্মী। হায়রকই, "চৎলুসিদনা খানাদা অমুক্তা য়োক্লসি। খানাদা চৎপা তারি—চয়োল অমদা নোংমা হাজির ওইরক্লবা য়াদে।"

অম্মুম চৎপদা পুক্রিমচা অমা থেংনরম্মী। খুল্লকী মতৌগুম্বা মকম্নি। নুপীমচা অমা কোল অমা পায়তুনা পুক্রিদা লাকই। শরৎবাবু লেপতুনা লৈরম্মী। চপ য়ুংনা লেপতুনা নুপীমচাদুবু য়েংলম্মী। ঐ চঙক্রম্মী। অদুক মুম্না য়েংলিবা করিগীনো? মসিবু য়েংবা চুম্বরা??

ওাইহাক লৈরগা হায়রকই, "চৎলসি।"

মহাক খানাদা চৎখি। ঐদি অদুম হল্লক্লে।

অদুগী মতুংদা নোংমা চাকৌবগী বার্ত্তন তৌরকই। কবি গিরিজা-কুমার বসুনা বার্ত্তন তৌবা লাকই। মহাক্তা ময়ারী-য়াতাই তৌনখি। গিরিজাকুমারনা হায়রকই, "শোয়দনা লাকপিগদবনি। ঐগী যুম্মক্তদা লাকপিয়ু। শরৎবাবুগী অদুদদি লম লৈরোইদনা।"

শরৎবাবুগী যুম মনাকমক্তদা গিরিজাকুমারগী যুম লৈ। য়াম্না কজবা দোতলাগী অচৌবা যুম্নি। মকম অদুদা চৎলম্মী। কলকাতাদগী সাহিত্যকারশিং অয়াম্বা লাক্লম্মী। জলধর সেন, নরেন্দ্র .দ. মণি গাঙ্গুলী অসিনচিংবা সাহিত্যকার ময়াম অমা তীল্লম্মী। চাব-থকপা য়াম্না কজনা চথে। শরৎবাবু মতম চুপ্পদা লেঙদনা লৈ, য়াম্না হরাওরম্মী।

ঐগী ছুটি লোইতুনা হল্লম্মী।

চহী অনীগী মতুংদা দিল্লীদা কংগ্রেসকী অধিবেশন অমা তৌগদৌরি। দেশবন্ধু মাগী দলগা লোয়ননা খুংলৈ। শুভাষচন্দ্র, ভূপতি মজুমদার, দিলীপকুমার, কুমুদশঙ্কর অসিনচিংবা লমদমসিগী কাওর-কাওরবা ময়াম

পুম্নমক লোয়নয়কই। কংগ্রেসকী কেম্প থুদিংমক পুম্নাং লাংলম্মী। মুপা অমনা লাক্লগা হায়রৈ, "য়েংঙোই, শরৎবাবু লেঙলক্লে, নহাকপু চংলকই।"

"অওইব্রা ?"

"কংগ্রেস কেম্পতা মহাক থুংলুদে। য়েলরেগী ওভরসিয়ার গাঙ্গুলী মহাশয়গী য়ুমদা থুংলি!"

মকম অহুদা চৎলম্মী। চৎপদা উরম্মী, গাঙ্গুলী মহাশয়গী য়ুমদি লৈ, অহবু মশাদি লৈতে— কনাম্ভু লৈতে। ছুটিদা মরমদমদা চৎখ। শরৎবাবু মকম অহুদা য়াম্না মুংচাইনা কমচুনা লৈরম্মী। চংবমক্তদা উরম্মী, মাঙ্গোল মচি অমদা খোঙউপ জোড়া তম্না-তরামাথোহ পরেং শানা থম্নম্না। মহাক্না হান্না উরকই। ঐনম্ভু উরম্মী। শরৎবাবুনা হায়রকই, "ঐগীনিনে লোইনমকসি।"

মাগী মীনাই মমাংদা লেপতুনা লৈরম্মী। রাসি হায়রগা মীনাইদা য়েংচুনা নোক্লকই, অহুগী তুংদা ঐঙোন্দা হায়রকই, "চংলকউ, য়ুম আসদি অহাংবনি। কনাম্ভু লৈতে। করে, মীনাইদি লৈ, ঐগীদি করিগুম্বা মগুং অমদা চৎনবা য়ারগনি। কংগ্রেসকী কেম্পতা চংলুব্রে। সিদম্ভুম লৈরবা হায়বচুনি।"

ঐনা করি অমুক হায়রকপনি। হায়রম্মী, "কংগ্রেসতা চৎপিরম্নোইব্রা ?"

মহাক্না হায়রকই, "চৎলোই। ঙসি কংগ্রেস লৈতে। লৈরম্লবস্তু চৎলম্লোই। ঐদি চুম্না 'সুম দলদা য়াওরকপনি— কোইবা লাকপনি। মকম অসি য়াম্না হৈনৈ।"

মপোপ চাওবা অঙ্গুর চরোং অমী পুখমদা হাপচুনা থম্মবা উরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা ভূপতি মজুমদার লাকই। চংলকপগা ফম্লে। রাগী অশুম শানরম্বদগী হায়রকই, "অচুনিনে, মসিদি মপোপ চাওবা অঙ্গুরনি-দনা। মসি করম্বা লৈবাক্কো ঐনা লাক্লিবসি! ঐখোয়গী লমদদি বোম্বেতা মচা মচা হাপচুনা লাকই— য়ুমদা অনা-অয়েক য়াওবদা। মচুগী মমুংদা থরদনি অকবা— ইথুই থুইবা, মচা মচা, অচুপা থরনা অপাৎপা। করম্বা লৈবাক্তনো লাক্লিবসি!"

মহুগী ভুংদা কংগ্রেসকী-র চখনরকই। মহাক্না ( শরৎচন্দ্রনা ) হায়রকই, "ঐনা সেক্রেটরী ওইরি অহুগা এসিষ্টেণ্টনা আই. সি. এস. ( হায়বদি সুভাষচন্দ্র ) না ওইরি। পুংঙাইনা লৈ। য়েংউ করি ওইরকপগে।"

ঙাইঙাক লৈরগা দিলিপকুমার রায় থুংলৈ। মহাক্কী শককমহু ভাইকেৎ ভাই। মতম থেংলে। মহাক্না হায়রকই, "খুদোংথীবদা ভারে। হিন্দুস্থানী ভদ্রলোকশিংনা ঐবু মখোয়গী য়ুমদা পুই এগী ঈশৈ তাগদবগী। ময়াম পুন্মুনা ঈশৈ চৎথৈ। অদুবু ঈশৈ লোইরগা রসগোল্লা ময়াম অমা পীজে। পীজদুনা হায়,— মসি নখোয়গী রসগোল্লানি। ঐহাক রসগোলাদা চাদুনা নুমিৎ নিনি লেল্লক্রবনি। চাক চাবা শুপকং কংদে।"

শরৎবাবুনা হায়রকই, "নুংঙাইবা রানিদনা, নহাক্না মখোয়দা ঈশৈ ভাহল্লু অাুম্বা, মখোয়নসু নঙোন্দা পীজসনু অথুম্বা। মহুদি য়াম্না করবনি। করে, এগী সিদা চাও।"

নোংমা সন্ধ্যা মতমদা কংগ্রেস কেম্পতা হিন্দু কলেজদা ঈশৈগী অচৌবা থৌরাং অমা তৌরম্মী। দিলীপকুমারনা মায়থোং মকালায়া নুংশিবা খোজেলদা চাংদম্লিংঙাই লৈভবা ঈশৈ কয়া ভাহন্দুনা ময়াম্ব চঙক্লহনখি। চাওরাক্না বাঙালী ভদ্রলোক পুন্নমক লাকই। শরৎচন্দ্রসু তশেংনা য়াওরবমক্কি।

হিন্দু কলেজগী অধ্যক্ষ সুরেন্দ্রকুমার সেন মহাশয়গী য়ুমদা ময়াম পুন্মকপু অয়ুক্কী চাক্লেনগী বার্ত্তন তৌরম্মী। কুমুদশঙ্কর রায়হু অধ্যক্ষ মহাশয়গী মরি-মতানি। সুভাষচন্দ্র, শরৎচন্দ্র, কুমুদশঙ্কর অসিনচিংবা অতৈ কয়া কয়াসু য়াওই। ঈকাথুম্নরবা অতিথিশিংবু বার্ত্তন তৌবনি। য়াম্না ময়াং কায়না থৌরাং তৌরম্মী। ময়াম চাক চাবা কম্নরম্মী। চারিঙৈদা রারী চৎথনৈ। সুভাষকী মনাকমক্তদা শরৎচন্দ্র ফম্মী। সুভাষচন্দ্রনা খদ্দর শেৎপা পকচে—খদ্দরগী ফুরিৎ, খদ্দরগী কৈজোম, য়াম্না পৌবা লংপোগী। মহু ওইজসল্লু, শরৎচন্দ্রনা মহু য়েংনা য়েংনা তপ্না তপ্না রা ঙাংলকই। হায়রকই, "খদ্দর নত্রবদবু সুভাষতা পকচগদ্রা? লং খরা পৌই হায়বদি য়াই, অদুবু পকচৈ। অশেংবা পোৎভি খরা পৌবা

মশানা ভাবনি। তরেংদা খুৎনা শুংবা লংনি, মহুগী মতুংদা খুৎনা কি থাগদবনি। মহুন্নিদনা অশেংবা পোৎত্তি, অশেংবা পোৎ হায়বহুদি পৌবা তাবনি। মহু নত্তনা করি ওইগনি। য়েংঙোই ভূপতি! নখোয় মুন্না য়েংউ। মায়া পৌরোইরা? পৌজসনু কৈদৌনি! হৃদনা উগদ্রঃনে থরমখে? মহু ওইগে ওইজসনু। অহুবু অশেংবা খদ্দর নত্তনা স্বভাষতবু চংনবা য়াগদ্রা?"

মাগী বাঁঙাংগী মওং উবদা ময়াম কয়াদা কয়া নোকখি। চাবসু চখে, য়ারীসু চখে লোইবা কাঁওবা।

# নিংশিংনিংঙাই ওইবা ময়িৎ

উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়

শরৎচন্দ্র গুপ্তগী ঐগী মরি-মতা ( ইচেনা পোকপা ইমহাকন্থুপা ) ওইবদা নত্তে, মহাক্তি ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুকচেল ভীরবা মরুপ ওইরম্মী। মরি-মতাগী মতাংদনা ঐ মাগী গুরুজমি, চহীগী মতাংদনা মহাক্কা ঐঙোন্দগী চহী থরা হল্লি; হীরম অনী অসিগী ময়ায় লৌরগা ঐখোয় অনীগী মরক্তা মরুপ ওইবগী য়ায়া চেৎপা মরি অমা শেমখি। য়াকম অসিগুম্বা মওংদমক ঐগী ইপলনা পোকপা দাদা শ্রীযুক্ত সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায় অমসুং মহাকী নোঙাপ্পবা মনাওসুপা গিরীন্দ্রনাথ ভায়াগী মতাংদসু চানৈ।

গুপ্তগী মহুদা নত্তে, ঐখোয়গী সাহিত্য পুন্সিদা নহা ওইরিঙৈ মতমদা শরৎচন্দ্রনা ঐখোয় ইচিল-ইনাও অহমগী সাহিত্যগী হীরমদা গুরুগী মশক ওইবম্মী। য়াকম অসি শরৎচন্দ্র মশামকসু খঙলম্মী অমসুং মশানসু য়ারম্লবনি। য়েঙ্গুন্দা লৈবা মতমদা মেগী তারিখ ১০, ১৯১৩ ইংদা মহাক্কা ঐঙোন্দা ইরকখিবা চিঠি অহুদা 'চরিত্রহীন'গী মেন্যুস্ক্রিপকী মরমদা নৈনবা মরক্তা হায়রকয়ি, "... অহুম ওইনমক নখোয়না কীরি অরোইবা শরুক্তু মওং চারোইরা হায়হনা। নখোয়না

মসিদি থম্লহুনা রেংগুনদে, মশানা পামজনা বোর্ডিংগী মীসাইশুপীবু হোৌগৎ-লকপমক্তদা চিংশিন্নহুনা মীয়াম মাংদা পুশিল্লকপা ওমগী থৌনা লৈবা মহাক্না মশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি মশানা থজন্নহুনা তৌরিবনি। মথু কাওবা করিগুম্বা থওজদবা থোক্লবদি অরেম্বনি অসুক কুইবসি নথোয়গী ওক শারকপা।”

ঙসি ঐনা শরৎচন্দ্রগী মরমদা ইননবা থৌরাংজিবা য়াম্না অসি মাগী পুন্সিগী নিংশিংনিংঙাই ওইবা তুম্নিং অমগী য়াৱীনি। তুমিৎ অহুকা মাগী সাহিত্য জীবন্দা অকনবা ঈচেল অমা কংজনবগী শক্তি পোকখিবনি।

মতু ঙসিদগী চহী ২৫–২৬ কী মমাংগী য়ানি, ১৯১২ খ্রীষ্টাব্দগী য়ামক ওইরম্বা য়াই। ঐহাক মতম অদুদা কলিকাতাগী ভবানীপুরদা নং ৮৫, কাঁসরী পাড়াদা ভাড়াদা লৈরম্মী। য়ুম অসিমক্তদা শরৎচন্দ্র থা ৮-৯ লৈয়ল্লগা রেঙ্গুন্দা চৎখিবনি।

নোংমা সন্ধ্যা মতুংদা য়ুমদা হল্লিলকপদা চিঠি অমা ফংনরম্মী, ঐ চৎথোকখ্রিঙৈদা শরৎচন্দ্রনা ঐগা উনবা লাক্লম্বদা থেংনদহুনা চিঠি ইহুনা থনম্লগা হনখিরম্মী। অতেনবা চিঠিনি, ইয়গা মীনাই অমগী মখুৎতা শিন্নরম্বনি,—‘চাম্নথোইরবা উপেন, ঐহাক তুমিৎ কয়ানিগী গুম্বে বর্ম্মাদগী কলকাতাদা লাকপা। নহাক উনবা লাকপদা উনবা ফংঙে। নোংমা অমুক লাক্নে। ইতি, নহাকী শরৎ।’

চিঠি পাবদা হয়াওবা অহুক তাক্লা পূক্নিং তুংঙাইরমদে অমসুং শাউন্নু শাউমিংলম্মী। শরৎচন্দ্রগা উনগদ্মি হায়বগীদমক হয়াওরম্মী, অদুবু কমদৌনা উনগদগে হায়বা য়াকম অহুগী অয়া-চিন্তাদা থয়াম য়ারম্মী অমসুং য়ারোৌরম্মী। চিঠিদা য়াওদে ঠিকানা, য়াওদে অমুক হয়া লাকদবগী তুমিং অমসুং অরেপ্পা মতম। হং-থোকপদগী মচাক কনাস্থ লোয়নহনা লাক্লমদে হায়বা থওলম্মী। ওইনিংবা ওইজরসনু, মীনাইশিং অমসুং ইয়ুং-মনুংগী মীদা হন্দক অমুক ঐনা চৎথোকখ্রিঙৈদা শয়ৎচন্দ্র লাক্লবদি মাগী কলাকাতাগী ঠিকানা থওহৌ হায়না চেৎনা শিন্নরম্মী। অদুবু অদুম্না শিন্নরবদসু কায়বা ফংলমদে। অমুক সন্ধ্যা মতুংদা য়ুমদা হল্লিনখিবদা অশেংনা হান্নগী মতৌওম্না শরৎচন্দ্রগী চিঠি অমা ফংলম্মী। ইয়গা য়ুমগী

অঙাংখচা অমদা লিয়ন্নগা হনখিরম্রে। চিঠিন্থু অম্বুম্না' তৌই :—'মুংশিরবা উপেন, ওসি লাককপদম্ভু নহাকা উনবা ফংজে। স্নাম্না থুনা বর্ম্মাদা হল্লগানি। হন্দকী খোঙচৎ অসিগদি অমুক উনবা ফংদবা য়াই। ইতি, নহাকী শরৎ।'

হন্দক্তি রাগৌবনা মতোন লোয়রম্মী। অঙকপা মীনি অমবু ওইরবন্থু। য়াখল অমদা তাওবা মীশক্তি মতম চুম্নদা মঙং অম্নুম্না তৌমাল্লে। উনবদি ফংজে, অদুবু উননবগী খুদোংচাবা পীক্লবদি কমদৌনা উনগদগে? চিঠিদা কলকাতাগী লৈকমন্থু পল্লম্বদা মহাভারত মাঙলগজ্ঞা? অদুবু শরৎ কলকাতাদা লাক্লে, অদুম ওইনমক মহাকা উনবা ফংলম্বোই হায়বা য়াকমসি খল্লুবা কাওব ওন্নমদে। কয়ি উপায় তৌগদগে হায়বা অদু চিন্তা তৌদুনা কল্লম্মী।

খঙ্‌হৌদনা নিংশিংলকখি, শরৎকী মনাও য়াইমা প্রভাসকী য়াকম। মহাক মতম অদুদা স্বামী দেবানন্দ ওইরম্লে, বেলুড় মঠদা বাস তৌরি। মথংগী নুমিৎমক্কদা মাগী মনাক্ত চৎলম্মী। হায়রম্মী, "শরৎ কলকাতাদা লাকই হায়বা খঙলিনিনে প্রভাস?"

প্রভাসনা হায়রকই, "মদুবুদি খঙই, অদুবু দাদামা নহাক উনবা অনীয়ক চৎলুবদা উনবা ফংলকখিদে।"

ঐনা হায়রম্মী, "নহাকী নয়াম্বগী মবুদ্ধি মতাহুনা কমদৌনা উনবা ফংগদগে? উনবা লাক্কদবা নুমিৎকা মতমগা ইদুনা খনম্বমু নত্তে,—মাগী লৈকম ইরম্বমু নত্তে। নহাক খঙলবদি মাগী লৈকম ঐঙোন্দা তাকউ।

প্রভাসকী মকমদগী শরৎকী ঠিকানা অমম্লুং য়ুমদুগী মঙং-মতৌ খঙদোক্লগা ঐহাক মথংগী নুমিত্তা হাওড়াদা খুরুট রোডকী মনাক্তা য়ুম অমদা চৎলম্মী। মায়কৈ মরীদা চে-চাং কয়ামরুম মঙং চাদনা চাখায়হুনা লৈরম্মী অমস্লুং মূক মযিক মযিক্ক পূমচায় চায়রম্মী। ইথঙ খঙহৌদনা ঐবু উবদা শরৎ তাশংনা চঙক্লরম্মী। হায়রকই, "কয়িনো নহাক কমদৌনা সিদা লাক্লিবনো?

ঐনা হায়রম্মী, কমদৌনা লাকপগে হায়বদু কোম্না ভমগে, অদুবু 'নোংমা অমুক লাকনি হায়না ইদুনা খনম্মী, অদুম ওইনমক কৈদৌঙৈ

করম্বা মতমদা লাকদগে হায়বদি ইরমদে, 'খোঙচৎ অসিদা অমুক উনবা ফংলরোই' হায়না ইরম্মী, অহুম ওইনমক ঠিকানাদি ইরমদে, মসিবু নহাকী করম্বা লোনচৎনো ?"

হায়রুহনা কায়দে, য়েৎনবা অসিগী পোম্লিংঙাই ওইবা পাউথুম ইকুই কুইদনা ফংলম্মী। মতম অহুদা শরৎনা চরিত্রহীনগী ৮শুবা তাঙক্লা ৯শুবা তাঙক্লা ইরম্বা উরম্মী। রারী-রাতাই শানহনা পূং অনী লেল্লগা সন্ধ্যা মতমদা ভবাণীপুরদা হল্লম্মী। হৌগৎলমদায়দা চরিত্রহীনগী মেন্নুস্ক্রিপ (১বা তাঙক্তগী ইবা লোইবা শরুক) অহু খুৎ চনশিল্লগা হায়রম্মী, "হংচিৎ নুংথিল লাকউ, য়ুমদা লৈগনি।"

শরৎনা হায়রকই, "লাক্কনি।"

সড়ক অচৌবা কাওবা থিন্দোয়রক্লুনা ঐবু হাওড়াগী ট্রামদা তোংহল্লগা মহাক হনখি।

য়ুমদা হনবগা খুদক্তা চরিত্রহীনগী মেন্নুস্ক্রিপ অহু অমুক্তদা লীশাং-শিৎনা পাবা লোইরম্মী। হরাওবনা থম্মোয় থুমহৎলকখি। অঙকপা খুৎইনি, অঙকপা খুৎকোঙদোক্লি। শরৎচন্দ্রবু মতম অহু কাওবা বাঙালী পাঠক-সমাজনা মশক খঙজ্রিবমক্লি। মসিগী মমাংদা মহাক্না ইবা 'বড়দিদি' ভারতী চেকোঙদা কোঙদোক্লুনা সাহিত্যকার কাংলুপ্তা খরমখৈ তথক-হনখি হায়বদি য়াই, অহুবু মতম শাংনা কায়বনা ময়ম ওইহনা রাকম অহুস্নু অয়াম্বনা কাওনগ্রবনি।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুকমক্তদা চরিত্রহীনগী মেন্নুস্ক্রিপ পুহনা শ্যামপুকুরদা রামধন মিত্রগী গলিদা 'সাহিত্য' চেকোঙগী মতিক চারবা সম্পাদক নোঙ্গাত্রবা সুরেশচন্দ্র সমাজপতি মহাশয়গী য়ুমদা চৎলম্মী। সমাজপতি মহালয় মতম অহুগী য়াম্না মমিং চৎপা 'সাহিত্য-জহরী' অমনি অমসুং হীয়ম অহুদা মীকী-লাইকীদবা অহুগা মতম অয়াম্বদা অয়াকপা অখিবা রা ঙাংবা সমালোচক অমনি। মাগী থাগৎ রাহৈ কংনিংবগী আশা অমসুং চৈরক-থাংলকত্রা হায়বগী শাখৎপনা মতম অহুগী লেখকশিং নিংদোল চোংনরম্মী। সুরেশবাবুদা চাংয়েংহল্লবদি শরৎনা ইরিবহুগী মমলগী ময়মদা অয়েম্না রাখল্লোন অমা কংবা ঙমগনি হায়না খল্লম্মী।

পূক্নিং লাংজক্লনা সমাজপতিগী খুৎতা চরিত্রহীনগী মেনুস্ক্রিপ শিন্নহুনা হায়রম্মী, "মসি শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়না নৌনা ইখৎপা হৌবা লাইরিকী মেনুস্ক্রিপ্নি। ঐঙোন্দদি য়াম্না কজনা খোকই, অদোম্না অমুক্তং মিৎয়েং তাখিগদ্রা ?"

সমাজপতি মহাশয়না হায়রকই,"শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় হায়বদি ?"

'বড়দিদি'গী লেখকী রা পল্লম্মী। মহাকস্থু নিংশিংলম্লি। তরাম-তম্নাম হায়রকই, "কয়ে থনম্মো, হয়েং করম্বা মতমদনো লাকউ।"

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা সমাজপতি মহাশয়গী য়ুমদা চৎলম্মী। মহাক্না হায়রকই, "অঙকপা কংনা মতিক-ময়াই লৈবা লেখক্নি শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় অসি, অঙকপা খুৎইনি চরিত্রহীনগী মেনুস্ক্রিপ অসি। অহুবু রারী অসি সাহিত্যদা কোঙদোক্লিংবগী মীহৌবগুম নুংশাথিবস্থু পোকই। ওইনিংবা ওইজসনু, নহাক্না মাখু নোংমা ঐগী নাক্তা পুরকউ।"

নুমিৎ অহুগী নুংথিলদা লাকনি হায়না থাজবা পীরম্লগা পূক্নিং মকা-লাম্না হল্লকখি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা শরৎ লাকপমক্তদা ঐনা হায়রম্মী, "সমাজপতি মহাশয়না নহাকপু কৌরি। চৎসি হৌজিকমক খোকথ্রসি।"

মহু তাবদা শরৎচন্দ্রগী মায়থোং পাখৎপনা মুতুক মুশিনখি: হায়রকই, "করিগীনো ? ঐগী অইবহু সমাজপতিদা য়েংহন-লাকহল্লবত্রা ?"

ঐনা হায়রম্মী, "য়েংহল্লুরে।"

মঙক হাইহুনা চিন্তা তৌবা মায়থোংদা শরৎচন্দ্রনা হায়রকই, "তৌরুরিবহু অকবা নক্তে উপীন, য়াম্না হায়গুম-তৌগমদবা মীনি, অকনবা রাহৈ করামরুম তাহল্লকনি।"

অশেংবা রাকমহু লোৎশিন্দুনা থম্লগা ঐনা হায়রম্মী, "য়েংবা হায়বা অহুনি, মহাক্না করি হায়রকপগে। অয়ুক হম্না ইবা হৌরুরবা মতম অসিদদি থিনা ঙাংনবা অমদি থাগৎলকপা থাংবা, তম্বা তাবনি।"

করিগুম্বা মঙং অমদা শরৎচন্দ্রবু য়াহন্দুনা ইবানি সমাজপতি মহাশয়গী য়ুম তম্না খোঙশাল্লম্মী। সমাজপতিনা মনা লৈরকনি, নত্রগা

যেঙ্ক মথক্তা লেপহল্লকনি হায়বা অসিগুম্বা মখলগী অকীবা অমা শরৎ-চন্দ্রগী থম্মোয়দা ফুরম্মী। মী অমনা চিংনবনা পূক্নিং লাংতক্নবা অহুগা মী অমনা কাগী তৌবগী পূক্নিং মকালায়া সমাজপতি মহাশয়গী য়ুমহুদা চৎলম্মী।

অহুগী তুংদা খোকপা খৌদোক অহু নিংশিংলুক্কা ঙসিস্থু ঐগী থম্মোয়দা হয়াঙ-মথোই কারকই। থাগৎপগী মশীং খিংঙমদত্রবা অমৃত খিক্লুনা সুরেশচন্দ্রনা শরৎচন্দ্রগী নাকোং অমদি থম্মোয় থলহনখি। চাংদম্নিংঙাই লৈতনা অমস্তুং ওইরম্বা ম্নাই থাজবা ঙমদকলা থল্লবা থাগৎপগী চৈথেংদা চঙক্লবদা অমদি হয়াঙবদা শরৎচন্দ্রগী মায়থোংদা হায়কম থঙদবা মঙাল অমা কাওরকখি। ঐস্থু থম্মোয় মুংদা মুংঙাইজবগী ঙমখৈ নাইরমদে। ঙাইহাক সমাজপতি মহাশয়গী য়ুমদা লৈহুনা মখল মখলগী রায়ী-রাতাই তৌনরবা তুংদা ঐখোয় থোরকখি।

শ্যামপুকুর ষ্ট্রীটতা চৎতুনা ঐখোয় অনী কর্নৱালিস ষ্ট্রীটকী ট্রামগী লম্বী তারম্মী। মুমিৎ অহু থোইদোক্লা নোংখি-নোংমংবা নোংলৈ-মুংশিং শিংপা খুদোংচাদবা মুমিৎনি। নোং তপ তপ তারম্মী, মুংশিং হু হু হুরম্মী, লম্বীহু ঈশিংগা লৈথোমগনা মঙং চারমদে। অহুম ওইনমক ঐখোয় মঙলান কায়খিগল্লা হায়বগী চিংনবনা মী চিল্লবা ট্রামদা কাখৎ-লমদে। ছাত্তিন অমত্তদা করিগুম্বা মঙং অমদা ঐখোয় অনী কোক থুপতুনা কর্নৱালিস ষ্ট্রিটকী ফুটপাথতা খোঙথাং তপ্পা তপ্পা থাংহুনা খা পাংনা চৎলম্মী। হয়াঙবগী নেশাদা থম্মোয় পিং পিং চোংলম্মী—রায়ী-রাতাইস্থু মহুগীদমক খোইনা করিস্থু শারমদে।

হেরিসন রোডকী হাইজিনকম য়োৌবদা ঐখোয় কায়নবগী রাকম লৈরম্বনি। শরৎনা হাওড়াদা চৎখিগদৌবনি, ঐনা ভবাণীপুরদা। অহুবু করম্বা মতমদা ঐখোয় খঙহৌদনা হেরিসন রোডকী হাইজিনকম হেন-দোকখিবগে খঙলমদে। ঐখোয়না জ্ঞান তারকপদা বহু বাজারগী হাইজিনকম য়োৌরম্বা উরকই।

শরৎনা হায়রকই, "য়েংঙোই উপীন, নখোয়গী রা তাবদা, সমাজ-পতিগী থাগৎপা তাবদা চহী মঙাদংগা অমুক হিংহুনা লৈখিবা থোক্লবদি

বাংলাদেশতা কবিগুরুবা থবা পীরম্বা ওমগল্লা হায়না খল্লি। অহুবু রেঙ্গুনগী ডাক্তরনা ঐগী হাটতা হায়রা লংসতা হায়রা অহু কাওবা লায়থুং পক্লে, ঐ মতম শাংনা ছিংলরোই হায়। রেঙ্গুন থাদোক্লুনা চৎখিনবা হায়।"

ঐনা হায়রম্মী, "নহাক কবিগুরুবা কন্তবা লায়থুং অমতা পক্তে, অহুম ওইনক রেঙ্গুন থাদোক্লুন' লাকও।"

শরৎচন্দ্রনা হায়বকই, "মকম অহুদা থাদা লুপা চাম্মগী সরকারগী থবক তৌগ্নি, কবিগুরু মওং অমদা চৎনবা য়াই। থাদোক্লমহুনা লাক্লগা কল্লি চাগদগে ?"

ঐনা হায়রম্মী, "করে, মহুগীদি শিনগনি।"

শরৎচন্দ্রবু থবক থাদোকহন্দুনা বাংলাদেশতা লাকহনখিবগী চাও-খোকচবদি গুরুদাস লাইব্রেরীগী নোল্লুকচনিংঙাই ওইরবা স্বত্বাধিকারী শ্রীযুক্ত হরিদাস চট্টোপাধ্যায় মহাশয়না কংকম থোকই।

ঐখোয়গী ভবানীপুরগী য়ুমগী মমাংদা মতম অহুদা যমুনা' কার্যালয় লৈরম্মী। অথোইবা মরুপ শ্রীযুক্ত ফণীন্দ্রনাথ পালনা 'যমুনা'গী স্বত্বা-ধিকারীনি অমসুং সম্পাদক্লি। মাগী মরুপ ঐখোয় কযামরুম্না মতম অহুদা 'যমুনা' চাওখৎনবা থোইদোকপা মওংদা কন্না হোৎনরম্মী। যমুনা-ঈরৈস্তুংদা শরৎচন্দ্রবু পুশিল্লম্মী। ফণীবাবুনা মাগী নোল্লুকপা, পূকচেল শেংবা অমসুং হৌনখরবগী গুণদা শরৎচন্দ্রবু গুমহৎচল্লম্মী। যমুনাদা নিয়ম নাইনা মতেং পীগনি হায়না থাজবা পীবল্লগ' শরৎচন্দ্র বর্মাদা হনখি।

অহুগী তুংদা কমদোনা থা খুদিংগী বঙ্গোপসাগর লান্না বর্মাদগী বঙ্গদেশতা রামের সুমতি, বিন্দুর ছেলে. নারীর মূল্য অসিনচিংবা বঙ্গ-সাহিত্যগী মমল নাইরবা লন লাকখিবগে হায়বা অহুগী ইতি-হাসতি ময়াম পুন্নমক্লা খঙবিরবনি, মরম অহুনা রাকম অহু শন্দোক্লা তম্বগী কান্নবা লৈতে।

সমাজপতি মহাশয়গা শবৎচন্দ্রগা অহানবা উনখিবা সুমিৎ অহু বাঙলা সাহিত্যগী মফমদা থোইদোক্লা য়াইফবা সুমিৎ অমনি হায়বদা চিংনিংঙাই লৈতে।

# শরৎদা

নিরুপমা দেবী

ঐখোয়না ভাগলপুরদা লৈরিঙৈ মতম অদুদা মহাকী অহানবা সাহিত্য-পুন্সিদা মহাকা (শরৎচন্দ্রগা) শক খঙনখি হায়বা য়াকম অসি কনা কনাগুম্বনা নৈনবিগে।

ঐগী ইবুংশিংগা মহাক্কা খঙনখিবা কয়া কুইরবগে হায়বা অদুদি তাংদাংবা খঙদে। তামোয়াইমা ৺ইন্দুভূষণ ভট্টগা মহাকা আদিপুর ক্লবমক্তদ অহানবা শক খঙনখিবা ওইরম্বা য়াই। অদুবু ঐগা খঙনখিবদি ঐনা ইবা কবিতাবু তামোখোয়না খোইদোক্না খন্ন-নৈনবিখিবা মতম অদুদনি। তামোখোয়গী মরুপ অমগী মমিং শ্রীশরৎচন্দ্র (তামোয়াইম-নদি অদুম ওইনমক শরৎতা 'ন্যাড়া' হায়না) কৌই—মহাকসু তামো-খোয়গী থুথাংদগী ঐগী পাঠক্কি অমসুং সমালোচক্কি। অহানবা পুন্সিদা ঐনা ইজবগী পাঠক্তি ঐখোয়গী ইমুংগী মী খরথক্কী মরক্তা হান্নদি নৈশিন্দুনা লৈরম্মী। ইনম্মা অনী, ইনাওনুপী অমা অমসুং চহী অনী হনবা পোকমিন্নবা ইবুং অমা—মহাকমক্কি শ্রীযুক্ত বিভূতিভূষণ ভট্ট। কাষ্ট ক্লাস নত্রগা স্কুলগী ছাত্র ওইদুনসু মহাকসু কবিতা মশীং খিঙমদনা ইরম্মী, অদুনা ঐগী খোঙলোই ওইরম্মী। ইমম্মা অনীদুগী খোজালদগী ঐগী অইবন্থু ইমা তীম্নদবা ইবুং অহল, ইচেগী মপুরোইবা ইতৈ অসিন-চিংবগী মরক্তা শন্দোকখিবদগী মথং মথং মখোয়গী মরুপ কাংবু য়ৌখি।

মদুগী মতম খরদংগী মতুংদা ইনম্মা য়াইমনা তামোয়াইমগী থুথাংদগী য়াম্না চাওবা খাজা অমা ঐখোয়গী অপিকপা সংস্থা 'সাহিত্য-চক্র' দা (মদুদা মতম অদুগী বাঙলাগী অকাওবা লেখকশিংগী য়ারেং, উপন্যাস অমসুং কাব্য-কবিতানচিংবা পানখি অমসুং নৈনখি) মতাং অদুদা পুশিল্লকই। মদু য়াম্না তরু-তরুবা ময়েক্তা থুংই কুপ্না ইরম্মী, মমিং

'অভিমান' কৌই। তামোথোয়গী মরুপ্পি হায়রিবা শরৎচন্দ্র অহুময়া ইবনি হায়না তাখি। রারীহু পাক্লবদা ঐথোয় পুন্নমক শুমহৎলম্মী, মতম অদুদা তামোয়াইনা রারী লিরম্মী, "রাগী অসি পাক্লবদা ঙ্যাড়া কৌবা মী অমবু ফুগদবগী তান্নরুই ; মহাক্তু মতমদুদা পাঠকপু কীবদগী হুমিৎ ক্ষয়াম্নি লোৎহুনা লৈখি" মথং দ ইনম্মনা তামোগী মকমদগী মহাক্কী মরুপ অহুগী মরমদা অতৈ রারীস্থু খবা খরা খঙদোয়রগা ঐথোয়দা তম্মে। ঐথোয়না মতম অদুদা 'অভিমান' গী লেখক্কী মকমদা নোল্লুকপা পোক্লম্মী। রাখলদা উংগনবা কবি-স্বভাব চেনবা অথোইবা লেখক্তুবু ঐথোয়গী লৈকম অদুগী লোংচুপ্পোমদা লৈবা মসজিদ অচৌবা ( মহু শাহজহান মতমগীনি হায়না তাখি ) মহুগী উক্রম লাংবা লম্বীদা কয়ি কয়িগুম্বদা উরম্মী। কবি কয়িগুম্বা থেংলবা অচিংদ' মসজিদ অদুগী য়াম্না রাংবা মথক্কী মাঙ্গোলদগী ঈশৈ শরুকপগী খোঙ্গেল, কয়িগুম্বদনা 'যমানিয়া' তুরেল ( গঙ্গা মশা ) গী মপান্দা বাঁশীগী স্থর তারকপদা তামোয়াইমনা ইনম্ময়াইমদা তাহল্লুনা হায়রম্মী, "মসি ঙ্যাড়াচন্দ্রগী খোঙ্গনি।" ঐথোয়গী লৈবা কুইত্রিবা যুম অহু তুরেল মপানগী পাক্লা শন্দোক্লিবা লৈতোং মথক্তা লৈরম্মী। যুম অদুগী মপুগী ইমুং-মনুংগী নিংশিং-ফুডা কয়ামকম তুরেল মপানগী অঙম্বদুদা পরেং শানা শাহুনা লৈরম্মী। ঐথোয়গী কাংবুহুনা নোংমা মোংকমদগী মুংশিৎকী লিক্লমদা পাইরক্লুনা ঈশৈগী লাইন অমা তারম্মী, "ঐ মুমিৎ নিনি লাকখিদে, মুমিৎ নিনি উখিদে, অহুম উইশিনখি মিৎ।" অদুগী তুংদা ড্রোইংরুমদা মহাক্কী খোঙ্গেলদা শকপা ঈশৈ কয়াস্থ ঐথোয়না ইমুংদা তাখি , অদুবু বাঁশীদি কয়িগুম্বদস্থ ড্রোইংরুম অদুদা খোংখিদে। নবকৃষ্ণ ভট্টাচার্যনা লেংবা অভোপ্পা ঈশৈ অমস্থ মহাক্না য়াম্না পাম্নম্মী,—"গোকুলদা লৈহি চেনখিত্রে শামাত্রে মভাল কুঞ্জবন।" ঐথোয়গী লৈকায় খঙপুরমক্তদা মহাক লৈরম্মী, মরম অহুনা পঙখিবা মসজিদ অমদি তুরেল মপান অসিনচিংবসিদা মহাক চথোক-চৎশিন তৌরম্রী অমস্থং তামোথোয়গী মনাক্তস্থ য়াম্না তোইনা লাক্লম্মী। খঙহৌদনা নোংমা খঙহল্লকখি— মহাক ঐথোয়গী তামোচামক্কী চায়বা মরুপ্পি। মহুদা ঐথোয়গী কাংবুনা মুমিৎ অহুদা চাঙথোকচরম্মী।

ঐ মতুমমতুদা কবিতা লিশিংমুক ইরবসি তামোচানা মহাক্না শাগী কবিতাগা লোয়ননা ঐগী অইবহ মহাক্কী ঈকাইখুম্নরবা মরুপ অহুদা য়েংহল্লম্মী অমসুং ঐখোয়গী খাতাদা মহাকী খুৎটনা কবিতাশিং অহুমী মরমদা মতামক কোঙদোকপিরকপদা ঐখোয় হরাও-মখোই কায়রম্মী। নোংমা উরম্মী,— তামোচানা ঐগী অনৌবা কবিতাগী মতোংদা ইরম্মী, “অমুক্না চৎখৎলু—অমুক্না চৎখৎলু—সাপ্না—লেপহল্লনগনু নঙগী স্মরদা।” মতুংদা তাখি, শরৎদানা হায়ব্রা করিনো মতোন্দা হায়খিমা:ম্ন; রাখমোন অসিমখক্তা নত্তনা ইবেম্মনা করিগুম্বা অতৈ অতোম্বা মঙা-স্তরা থোক্লা খম্বরগা ইরবদি অমুকশু হেন্না ইনপ্রুক ওইরক্লনি।” রাকম অসিমক্তনা তামোচানা মথক্তা পঞ্চখিবা কবিতাশিংতুগী শক্কমদা ঐগী খুৎইগী মতাংদা রাখল্লোনগী মশক ওইনা হৈথরকখি। মখোয়না অম্লমা মপূক্লিং ফোঙদোকপিরক্লবা তুংদা মখোয়বু হরাওহনখিবা ঐনা ইজবা কবিতা অহুগী পরেং খরা নিংশিংলি; মতুস্মু ‘মোংকম’ অমগী মরমদা কল্পনাদা শাগৎখিবনি— মসিস্মু ইশানা খঙজদনা মমাংগী কবিতাগী খুৎই মতুং ইল্লম্ব’ নত্তগা শিনবা ওইরম্বা য়াই।

মালেমগী মনম নুংশিরবা লৈযোম্নুংদা শান্তি-লমদম কয়া লৈ তাই
তুরেল মপানগী থোংল’ ফমুংদা কনানো লোৎতুনা লৈরিবা নঙবু!
তুরেল খোংনুংদা শক্তি থম্মোয় তনিক্লবা তাম্মা, হ হ হন্নি নুংশিৎনা
খঙলে মসি ঐগী মৈচাক চেনবা পীরাংনি,
খঙলে মসি নঙগী নুংশামপীনি।

অসিনচিংবা অস্নম অস্নম হেনগৎলকখিবা খাতা-বইহুপী রা ওসিস্নু নিংশিংলি— চাওরাক্লা কবিতা খুদিংমকী মথক্তা নাক-ৎয়ত্তা মহাক্কী নহা ওইরিবা পুন্সিদা সাহিত্য পামজবগী প্রমাণ য়ায়া কংলম্মী। মহাক্লা ওইরমাম্লে তামোচাদা হায়খিবহু, “ইবেম্মনা করিস্তম্বা হোৎনরবদি রারেংম্ম ইবা ওমগনি।” অহুবু রাকম অঃ মতম অহুদা ঐখোয়না অহুক হাক্লা থাজক্লবা ওম্নমদবা য়াই। মথং মথং ঐখোয়না শরৎদাগী খাতা কয়ামক্রমস্নু পাখা কংলম্মী, ‘বাসা’ (স্নুরেন্দ্রভাইনা ‘কাক বাসা’ হায়না মশ্মিং ওম্মোকখি) ‘বাগান’ (মতুদা ‘ঝোঝা’, ‘কোয়েল গ্রাম’,

'কাশীনাথ' অসিনচিংবা য়ারী কয়ামক্কম য়াওরম্মী ) 'চন্দ্রনাথ', 'শিশু', 'পাষাণ' ( য়ারী অসি উৎা কংখিদ্রে )। পরমাণুবাদী নাস্তিক মপা অমগী মচানুপাগী য়াথয়োন খেন্নবগী চৈথেংগী চৈনাখোলদা ঐখোয় অহুক হাক্না শুমহৎলম্মী মহুদি, য়ারী অহু হৌজিক কাওবা নিংশিংলি ; 'অভিমান' গী মতৌশুম মহুদম্নু অকাওবা ইংরাজী লাইরিক অমগী মমি তাই হায়না তুংদা তারকখি। অহুবু নহা ওইরিবা শরৎচন্দ্রগী মতিক-মগুণ কয়া কোঙদোক্লম্বা য়ারী অনী অহু মাংখিয়মদবা খোক্লবদি ঙসি মহুগী নৈনরমগদবনি। 'শিশু' হায়বা য়ারী অহুমকপু কোম্না 'বড়দিদি' হায়না মমিং ওন্থোকখিবনি। মতুংদা মখোয়গী 'সাহিত্য সভা' অমদি 'ছায়া'গী য়াকমস্নু খণ্ডলকখি। ঐগীস্নু মহুদা 'শ্রীমতী দেবী'গী মিংদা মখোয়না লৌশিনখিবা হৌখি। য়ারেং মচেৎ-মকায় খরা ইননবা হোৎনকরবস্নু শরৎদাগী য়ারী পাক্নবদা ঙক কনবা ওইনা খোক্কয়া খন্দুনা ঐখোয়না ঈকাইরম্বা য়াই। শ্রীমান সুরেন্দ্র, গিরিন্দ্র. ঐখোয়গী তামোচা —মখোয়গী মতেংনা ঐগী কবিতাগী চাংয়েং চথম্মী, শরৎদামক্তা চীয়ম খন্দোকপিরম্মী অমস্নুং তামোচাগী খুথাংদা মহু ঐনা কংলম্মী। শ্রীযুক্ত যোগেন্দ্র ওইরমান্নে ছায়া অহুগী সম্পাদক। মচাক্কী মথক্তা লান্দাহুনা মথক্তা পঙখিবা কবি কাংবুগী মরক্তা কনানা কবিতা অসি ইখিবগে হায়বা ঙসি নিংশিংবদা খোক্রে ; অহুবু কবিতা মচেৎ অমদি নিংশিংলি—

'কারবা শয়াং শেমজিনবিরম্বা ক্রিটিক যোগেশ শাউরে।

হায় লাইগ-অনংবগী শক্তম লৌরিবা কবি লোইনা থম্মি কৈশুমশঙদা।'

শ্রীমান গৌরীনগী মথামক্তদা (?) ওইরম্বা য়াই, ভবাণীপুরদগী মতৌ অস্নুয়া 'অঙ্গুলি-যন্ত্র' দা নম্বা 'তরণী' কৌবা থাগী চেকোঙগা লোয়ননা 'ছায়া' গী সম্পাদক থা অনী থুদিংগী হোংই অমস্নুং মহুগী সদস্য থুদিংমক্তা থা অনী 'ছায়া' গী সম্পাদন তৌহুনা মশাগী মতিক চাবগী প্রমাণ উৎনরম্মী। 'তরণী' চেকোঙস্নু ঐখোয় থুদিংমক্তা থারকই অমস্নুং মহুদা ইবশিংহুগী সমালোচনা ইশা ইশাগী অভিজ্ঞতা মতুংইন্না সম্পাদকী মকমদা থারম্মী। মতৌ অস্নুয়া সমালোচনাগী শক্তি উৎনরম্মী অমস্নুং শরৎ-সাহিত্যবুস্নু কাংলুপ অহুদা পুশিন্নবা মথল মথলগী লম্বী থিরম্মী।

শরৎনা কবিতা ইবা ওন্নী হায়না তাখি, অদুবু অমিত্রাক্ষরদা 'গাথা' অদুমথক নত্তনা অতোপ্পা করিমত্তা কৈদৌঙৈদসু উখিদে। মদু মপুংফানা নিংশিংদ্রে, অদুবু মচেৎ মচেৎ ওইবা মফমদা লাইন খর-খরদি নিংশিংলি। অহানবা লাইন— "লৈ-গমলা চাকপ্রে মৈমা।"

সুপ্রভা অদুগা ইন্দিরা কৌবা নায়িকা অনীগী (নায়কী মমিং নিংশিংদ্রে) পূক্লিং ইহুন নৈনবা, তুংদা মতাং চানা অমা (সুপ্রভা) হু খক্তুনা শিখি অমসুং মাইথিবা অদুমক্তা মাইপাকপগী কিরাল চিংখৎখিবা অশিনচিংবা— মসিমক 'গাথা' গী হৌরম ওইরবসু বর্ণনাদা মতিক-ময়াই য়াম্না ফোঙদোকই।

মতৌ অসুম্না মহাক্না পিরুবা সাহিত্য-সভাগী সদস্যশিংগী আদিগুরুগী আসন্দা থাম্বোইবিরম্মী। অদুম ওইনমক ঐনা ইবা 'তারার কাহিনী' (থরম্বিচাকী য়ারী), 'প্রায়শ্চিত্ত' অমসুং অসিগুম্বা য়ারেংগী মফমদা য়ারীমচা কয়া থাখায়গী ছায়াদা ফোঙপ্রবসু য়ারী ইবগী শক্তি ঐঙোন্দা মতম অদুদা লৈরমদে। শ্রীমতী অনুরূপা অমসুং স্পর্শমণিগী অইবী ইচে স্বরূপ (৺ইন্দিরা দেবী) না পূক্লিং থৌগৎপিবদগী ঐনা য়ারী অশাংবা অহানবা ওইনা ইখি। 'উচ্ছৃঙ্খল' হায়না মমিং থোন্দুনা য়াম্না কুইরবগী তুংদা ফোঙদোকখি। শরৎদা মতম অদুদা গোড্ডা কৌবা মকম অদুদা খবক তৌবা চৎখিমাল্লে, নত্রগা মজঃফরপুরদরা কদায়দনো চৎখিমাল্লে। হল্লক্লগা য়ারী অদু পারগা মদুগী মতাংদা ইবিরম্মী, 'নহাক্না নশাগী মতৌগুম অমুবু লৈশাং ভমহল্লম্লবদি য়াম্না নুংঙাইরমগদবনি'।

মসিগী মতুংমক্তদা 'দেবদাস' ইখিবা ওইরমাল্লে। তাংদাংবদি নিংশিংদ্রে, 'শুভদা' কৌবা খাতা অমা ইখিবা ফমা য়াম্না কুইপ্রবসু মদু লোইশিনখিদ্রে। ঐখোয়না ভাগলপুরদগী পুম্সিগী ওইনা লাক্লবা মতম অদুদা মহাকসু ভাগলপুরদা লৈত্রমাল্লে। ব্রহ্মদেশতা চৎপ্রমাল্লে লিংই,।

'মন্দির' য়ারী ইবা ঐখোয় থেংনহৌদে, অদুবু মহাক্না ব্রহ্মদেশতা লৈরিঙৈ মতমদা 'কুণ্ডলীন' পুরস্কার কম্পিটিশন্দা সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গো-পাধ্যায়গী মিংদা ইবা অরাংবা থাকী য়ারী পারুবমক্তদা মদু শরৎদানা ইবনি—মদু ঐখোয়না চিংনবা লৈতনা খঙবা ঙম্লম্মী। মতুংদা 'যমুনা'দা মহাক্কী অরিবা অমসুং নৌনা ইবা য়ারী মখল মখল ফোঙলকই, অদুগা ব্রহ্মদেশতগী হল্লক্লবা মতুংদা নোংমা ঐখোয়গী য়ুম (বহরমপুর) দা

লাক্লুনা লুমিৎ কয়ানি লৈস্রু লৈরখি। মা অমতং শিংশিংলুবদা মহাক্না লুংশি-চানবিরম্বগী মাকমতু ঙসি কাওবদস্রু শং হেক্তা নিংশিংলকই ; মাকম অহু খোইদোক্না ইমুং-মনুংগী ওইবা মানি। তামোচা মতম অহুদ বি.এল. পাস তৌরে, অহুবু ৺পৃতিদেব নোঙ্গাখিবনা মহাক মশানা য়াম্না পামজবা এম.এ. তম্বা তৌকপা তারে হায়বা মাকম অহু তম্মুবদা মহাক্না প্রস্তাব অমা থাঙ্গৎলম্মী—তামোচা কলকাতাদা চৎলগা মহাক্না নাক্তা লৈত্রনা এম.এ. তমগদবনি। ঐখোয়না মহুদা মানিংদবা উৎলুবদা মহাক মথরায় লুংঙাইখিদে। মকম অহুদগী হনগ্রপা মহাক্না চরিত্রহীন ইবা হৌখি অমম্লুং যমুনাদা মহু কোঙদোক্লবা মতুংদা ঐখোয়দা কমদৌনা খোকপগে হায়বা মাহং থারকখি।

# বাংলা সাহিত্যদা শরৎচন্দ্র

মহম্মদ শওকত আলী

বাংলা সাহিত্যগী খোৎ-নৌরবা বন্দা শরৎচন্দ্র হায়বা মিংসি অঙকপা কংলবা মিংলেন অমনি। শরৎ অমম্লুং মাগী সাহিত্য মতম চুপ্পদা অমর ওইনা মীওইবগী থম্মোয়দা ঙাম্থোইজনা লৈরগনি।

শরৎচন্দ্রগী পুন্সিদি শিল্পীনি। অঙকপনি মাগী মাখেং খুংশেম অসি। মায়া কুপশিন্না ইমুং-মনুংগী ওইবা অহুগা খুঙ্গংগী ওইবা পুন্সিদা মীওইবগী থম্মোয়-লায়ুম্বু মহাক্না অঙকপা মওংদা থল্লম্মী। ম- কী মিৎয়েং অসিগী মরুমদা লৈরি অচুম্বা অহুগা কজবগী লাইনিং।

শরৎচন্দ্রবু খঙগে তায়রবদি, মাবু মশক খঙগে হায়রবদি ইহান হানবদা মহাকপু নৈনবা দরকার ওই।

অঙকপদা মমিং চৎলবা তোর্বান্দা লেপতুনা ঐখোয়না কজবা য়েংবদা শুমহৎলি মহু শিংথাক্লনবা লোন থিবা কংদে। তশেংনা মতৌ অহুঙমা মাগী সাহিত্যদি ঐখোয়গী ইকমদা অঙকপা অহিংবা পোৎশক অমনি।

শরৎচন্দ্রনা ইরম্মী মপীং খিঙমদবা উপন্যাস, রারীমচা অসিনচিংবা। মহাক্কা শেম্লম্বা চরিত্র খুদিংমক্তা বেঙ্গল-মচাশিংগী থম্মোয় অমসুং পুক্লিংবু ঊকাই-খুম্নবগী মমি অঙকপা মওং অমদা তারি।

শ্রীকান্তদা অপুনবা অমনা পুবা পুন্সি, রাজলক্ষ্মীগী কজবা লোনচৎ, চরিত্রহীনদা সতীস অমদি সাবিত্রিগী থম্মোয় মৈচাক, বড়দিদিদা মাধবী অমদি সুরেন্দ্রনাথ, গৃহদাহদা অচলা অমদি মহিম, পল্লীসমাজদা রমেশ অমদি রমা, দেবদাসতা পার্ব্বতী অসিনচিংবসি ঐখোয়গী থম্মোয়গী মমিঙম্মী। কাশীনাথ, বিন্দুর ছেলে, রামের সুমতি, ছবি, দত্তা, নববিধান অসিনচিংবা মতমগী মায়পাকপা লাইরিকশিং অসি মতম লৈবা খিবিক্তা ঙান্দুনদা লৈরগনি।

শরৎ-সাহিত্যগী রারীমচাদা 'মহেশ' অমদি 'অভাগীর স্বর্গ' পৃথিবীগী রারীমচাগী সাহিত্যদা চাংদম্নিংঙাই লৈতে।

শরৎচন্দ্রনা বাংলা লৈবাক অসিগী প্রকৃতি অমদি মীয়ামবু মশক মুম্না খঙলম্মী। মখোয়না মহাকপু ইমুংগী মী ওইনা লোশিনবিখি হায়রুননি ঙসি মহাক অমর ওইরিবসি। শরৎ-সাহিত্যগী খ্বাইদগী রাংবা চাওখোকচনিংঙাই ওইবদি লায়না অমদি চয়া কজবা অসি তাইবংপানগী পুন্সিগী মক্তবা মমিনি।

মহাক্না তাইবংপান থাদোকখিবদা রবীন্দ্রনাথনা তাকপিরম্মী —

লেঙদবা মকম লৈরবা" প্রেমগী আসন্দা,
মাঙলবন্দু মাবু মাঙজবা নত্তে অশিবগী শাসন্দা।

ঙসি অরাং-বাংলাগী মীয়ামগী থম্মোয়দা সুর অমতদা খোন্থাং ঽৈরবি :— শরৎচন্দ্র ঐখোয়গী বাংলাগী চাওখোকচনিংঙাইনি।

# অহানবা শকখঙনবদা

হেমেন্দ্রকুমার রায়

নোংমা মুংথিলদা 'যমুনা' চেকোঙগী ওফিসতা ফমদুনা ঐহাক আর্টিকল থম্লোক-খঞ্জিন তৌরম্মী, মতম অদুদা মুপা অমা চংলকই। মুপাদু অনাশক যাল্লি, খোইনা য়াংদে, কুলৈ-কুচুনি, মশম-মনা ফাই, মকোয়-ময়াং চোম্মী। ফিজেৎতা মোংতায়-চুদায়নবা কৈজোম শেৎলি, মখোঙদা কেনাৎ তোংই। ছই মচা অমা লোয়নরকই।

ইরম্বদগী মায় থাঙ্গৎলগা ঐনা হংলম্মী, "কনা পাম্বিবগে ?"

"যমুনাগী সম্পাদক ফণীবাবু ?"

"ফণীবাবু হৌজিক কাওবা য়ৌরক্তি।"

"করে, অদু ওইরবদি ঐ ভাইহাক্তা ফমজবা য়াগদ্রা ?"

মশক উবদা খোইদোক্লা কায়বা মীশক নত্তে হায়না খল্লম্মী। অদুনা চংলক্লিবা মুপা অদুদা থাপ্লা লৈরিবা বেঞ্চ অদু উৎলগা ঐহাক অমুক হন্না থবক্তা মায় ওনশিল্লম্মী।

পুংথায় অমরোমগী তুংদ' শ্রীযুক্ত ফণীন্দ্রনাথ পাল চংলকই। মচাক্লা চংলকপদা লাক্লম্লিবা মুপা অদু উবদা তৌকম খঙদবা অদুগা চঙক্লবা খোম্থোক্তা হায়রম্মী, "শরৎবাবুনিদনা ! কলকাতাদা কৈদৌঙৈ লাকপি-বগে ? বেঞ্চ অদুদা লেঙশিনবিরম্লিবা করিগীনো ?"

মুপাদুনা নোকক্লেং তৌনা হৌগৎলগা ঐঙোন্দা মথুৎ থিল্দুনা হায়রম্মী, "মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না সিদা ফম্লম্লিবনি।"

ফণীবাবুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা হায়রম্মী, "করি মতৌনো ! হেমচন্দ্রবাবু, অদোম শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়বু মশক খঙবিদ্রা' ?"

খোইদোক্লা তৌকম খঙদনা ঐ ইশানা ইয়াল য়াজদুনা হায়রম্মী, "ঐদি মহাকপু প্রেসকী থবক তৌবা মী ওইরবোই নিংউরে।"

শরৎচন্দ্রনা নোকথোক্লুনা কাগী তাহনখি।

ঝাকয় অসিমক্তি সাহিত্যদা মপান নাইদবা শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গা ঐগী অহানবা মিৎনা উবা পরিচয়।

মথক্তা পল্লিবা থৌদোক অসিগী মতম অদু শরৎচন্দ্র মীয়াম মমক্তা পাক-শন্না কাওরবা মীশক অমা ওইত্রে হায়বদি য়াই, অদুম ওইনমক যমুনাদা 'রামের সুমতি', 'পথনিদেশ' অমসুং 'বিন্দুর ছেলে' অসিনচিংবা য়াবী ইদুনা মতোন্দা সাহিত্য-সেবক খুদিংমকী মিৎয়েং চিংশিনখ্রবনি। মসিগী চহী থরগী মমাংদা ভারতীদা মাগী থোইদোক্লা কাওরবা 'চরিত্রহীন' গী মেনুস্ক্রিপ অদু মতম অদুদা কজদবা রা য়াওই হায়বগী মরালদা বাংলাদেশকী মথিং লৈরবা থাগী চেকোওগী ওফিস অদুদগী হন্দোরক্লুনা যমুনাদা উৎলবা হৌরয়ে অমসুং মদুগী অহানবা ভাকক শাবদা ঐখোয়গী মরক্তা কাহেন্না চয়াংনবা অমা থোকখি। মহাকী 'চন্দ্রনাথ' অমসুং 'নারীর মূল্য'সু লোইখিবদা ভাইরি। অদুম ওইনমক মতম অদু কাওবা শরৎচন্দ্রগী পরিচয় পীরুনিংডাই ওইবদি থোইদোকপা করিসু লৈত্রি হায়বা য়াই। মেক্সুন্দা সরকারগী ওফিসতা থাগী লুপা মরিফুতয়া নত্রগা চান্দকা টেম্পররি ওইনা থবক তৌরম্মী। একাউন্টেন্টসিপ একজামিন্দা পাস তৌবা ভমদে হায়দুনা মহাকী থবক পার্মিনেন্ট ভাখিদে। মহাক্না বর্মাদা চৎলগা উকিল ওইনবসু হোৎনখি হায়না ভাখি, অদুবু বর্মী লোন হৈতবনা লোগী অরুবা পরীক্ষা অদুসু মায় পাকখিদে। মওং অমদা হিংননবগী লানকমদা মায় পাকখিদবা অসিনা মহাকী মকমদদি শাপ্পা বয় ওনবা হায়বদু ওইখি। মরমদি, সরকারগী থবক্তা পার্মিনেন্ট ভাবা নত্রগা উকিল ওইরম্বা থোক্লবদি মহাক মপুংফানা সাহিত্যকারগী পুন্সি লৌদুনা লৈরম্বা ওইথোক্লমদবা য়াই।

শরৎচন্দ্র হুমিৎ খুদিংগী যমুনা ওফিসতা লাকপা হৌরম্মী অমসুং হুমিৎ থরনিদংগী মদুদা ঐহাক মহাকী অশেংবা মরুপ ওইজবা ফংদুনা ধন্য ওইরম্মী। মহাক্না ঐগা চহীদদি য়াম্না থেথে, অদুবু থেম্নবা অদুনা ঐখোয়গী মরুপ ওইবদা অপনবা পীবা ভমখিদে।...

# শরৎ নিংশিংবা

সুরেন্দ্রনাথ মৈত্র

Flint ( মৈখা চিংনবা নুং ) দা মৈরিক লোৎতুনা লৈ। অদুগা অতোপ্পা ফ্লিন্ট অমগা খেংনবদা অমদি তক্কুবদা মঙাল অমা থোরকই, মতৌ অদুম্না ঐখোয়না মুমিৎ খুদিংগী ওইবা পুন্সিদা খেংনরুবদা তক্করুবদা ঐখোয়গী লোৎতুনা লৈবা জ্ঞানগী নুংদা খেংলু খেংলুবদা মিৎকুপকী ওইবা মচু মচুগী মঙাল থোরকপগুম্মী। মিৎকুপ অদুগী মঙালদা ঐখোয় অমনা অমগী পরিচয় কংই ঐখোযগী ভাব চিন্তা সংস্কার শক্তি অয়াম্বা পুম্নমক কম কন চোংথোরকই অঙকপা মঙাল অদুদা। শরৎচন্দ্রগা শকখঙ-মাংখঙনবা কংথিবা মখোয় খুদিংমক্কা ভাইহাকী ওইবা চাংদা মহাকী আত্মপ্রকাশতা মতেং পাংথিবনি মখোয় মখোয়গী রারী-রাতাইদা করেন্ট কাওদুনা। মহাকী মমল নাইত্রবা লাইরিকশিং লৈহৌরে লাক্লিবা মুঙকী তন্নবা নৈননবা ওদনা। মদুগী মমল লেপকদবদি ওইরক্লিবা কিভমগী ইহৎ অমদি পুক্লিং থৌগৎপনা; অরা-মুংঙাইগী অঙকপা থৌশিল্লগী শরৎচন্দ্রগী পোকপদা লোয়নরক্লবা মস্তিক-মমাই অমদি মীমুং-শিনা মথৌ শংথিবনি মহাকী মুংদগী চেষ্টরকপা মনীংতম্বা ঈচেলদা; অক কক্ত খোদোক-রাখোক পরেং অমদি কৈরোষ্ট-লৈকায়গী মকমদগী কংঙমত্রবা মচাক কয়া মহাক্না তানশিনখি— মদুগী শামিল কংবা দরকার ওই। পুম্নমক অসিনা মালমসলা ওইগদৌরিবনি মহাকী পুন্সি মশক খঙনবা লোনগী।

থোইমুগী মমিং অমনা লৈচিচুম্বা কৌই, মরমদি মহাক্না লৈরাংশিংদা কোইনা চৎতুনা লৈহি চুপ্পি অমস্তুং মাগী অতোপ্পা মমিং অমনা মধুকর কৌই, মতুনা মরম ওইদুনা মথল মথলগী লৈগী লৈহিদগী মশাগী ওইবা থোইহি শেম্মী। শরৎচন্দ্রনা বাঙ্গালীশিংগীদমক খোইরা শেম্বিরম্বনি, থোইহি অদু কয়ম্বা লৈকোলদনো করম্বা উমংদনো অচিকপদা পৈশিল্লুনা

থম্বিরম্রবনি। মতু খিবা কংলবদি ঐখোয়না উবা কংগনি বঙ্গদেশ অপূম্বগী থুংলং অমদি শহরদা মাগী নিংখিনা পাক-চাওরবা রাজ্য।

লিপী-অঙাং অহল-লমনবু থম্মোয়দা য়াইকনবা থনবা সাহিত্যকারগী বৈজ্ঞানিক ওইবা দার্শনিকপু ঐখোয়না শ্রদ্ধা তৌই, অদুম ওইনমক মখোয়বু মুয়া থগুগে হায়রবদি থোইদোকপা শিক্ষাগী দরকার ওই, আধুনিকী মকমদদি মখোয়গী হৈ-শিংবা পণ্ডিতশী মেডল অমা লৈ। মেডলহুবু ময়াম পুম্নমক্না ঈকাইথুম্নখিবনি। বিশ্ববিদ্যালয়গী অরাংবা ডিগ্রিশু ওইসন্থু নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা মখলগী উপাধিশু ওইসনু— থম্বক্রবা তৌদনা মহুনা ময়াংগী মকমদগী সম্মান কংলিবনি। ঐখোয়না লৌনরি, মুপাহু মার্কা থারবনি— অচম্বা নত্তে। অদুবু ওঝা উকীল ইঞ্জিনিয়রগী মতৌগুম সাহিত্যকারদি উপাধি কংলগা ওইগদবা নত্তে। মপালগী ওইবা পোৎচংদা মাগীদি গুপ্নগী কলমগা চেগদনি, অদুগা লৈখি মুংগী ওইবা মতিক-মযাই। তাৎ য়াওদবা আত্মশক্তি অমদি লেপ্পা নাইদবা সাধনাগী পাঙ্গলনা মহাক্না মগাকী ফম্কম কংজৈ, মালেমদা লাম্বা লৈতবা ওই। তুরেলগী মতৌগুম মশাগী মচিন থোরবা ঈচেলনা লম্বী শেমজত্নুনা চেইন্থে, হিদেন হিদেন্দা অমৃতধারা য়েল্লি। মহাক্তি ঈচেলনি, মনীংতম্বা ঈচেলনি, মশাগী ব্যাক্তত্তনা মাগী তানশিঙ্বা সম্পত্তিনি।

থুদোংথীবনা শৌ শারবা. মীচম্না চৎগুমদবা অমদি অথিংবা লম্বী অদুদা মহাক্কী লাকগুম-কাগুমত্রবা থোঙচৎ চথৈ। থরায় মাংবা য়াবা মকম কয়াদা মাগী পুন্সি-হিরেন হোন্দুনা চৎলি। নোংলৈ-নুংশিৎ হিরাক্কম ঈরৈ থুদোংচাদবা মকম কয়াদগী মথরায় হিংতনা মহাক ললোনপোৎ শাম্না পাত্র থম্না পুহুনা হল্লকই, ঐখোয়না নিংঙাইদনা য়ুমদা কমদেংহুনা মাগী লনগৈহু কায় কায়হুনা চারি। প্রোমিথিউসনা স্বর্গদগী মৈ হুহুনা পুথরকখি। মহুগী মহৈগী মশক ওইনা চীংন্থু-মান্নুংদা বন্দীদশা তাখি অমস্তুং লংজা উমাইবীগী মচিন্না শেৎ শেৎতুনা চাখি। অদুবু মহাক্কী থৌজালদগী য়ুম য়ুমদা থাউমৈ থান্নখি, চাকশঙ্গী লৈরংদা থোং-থাক্নবা মৈ হৌনখি। ঈরুম্না হৈবনা করিগুম্বা মথরায় পাম্মুবা লৈতনা অরুবা ঈশিংদা ঈরুপ্নমত্রবদি সমুদ্রদগী রত্ন কনানা কল্লমগদগে?

শরৎচন্দ্রগী অনুভূতি অমদি রাখল্লোম কোক্তদোকপা রাওই লীপাং-শিংনা ইথবা মাগী রচনাদা, বর্নাগী নত্রগা রবীন্দ্রনাথকী ঈশৈদা অচুম্বা রা অমদি শুর কাপ্লিবোক ওইনা উবা ফংই। মৈচাক্কা লোয়নবা লীরাং, অশোকপগা লোয়নবা ঈ থোক্কপা, সুংশিবা কংবগা লোয়নবা পুক্লিং মকালাম্বগা মতম চুপ্পদা মরি লৈনবত্তুম তাইবং পুম্নিদা মহৈ য়ানবা কংব্রবনি, মৈথু চেন্দবা মৈরিমক্কী মত্তোত্তম মঙাল চেনব্রবনি। মৈ নিংথিনা চাক্তবা লীংদা মৈরি থোক্তে, শুপ্নগী মৈথুদমক ওমহুনা কায়কই।

শিবপুর কলেজদা তম্বা মতমহুদা শরৎচন্দ্রগা ঐগা শক খঙনখিবনি। মতম কুইরবগী মমাংগী রানি। ঐ মহাক্না ইবা অহুগী তক্ত ওইরম্মী, মশামক শং শং দর্শন কংহনবিরব। মতম অহুদা মাগী অশেংবা শক্তমচু ঐগী মিংতা মমেক লানা উবা কংলম্মী। তক্তবু চানবিহৈবঃ মহাক্না নুংশি-চানবিবদি মহোশানি, ইকুই কুইদনা থম্মোয় খঙনবা মরুপ ওইরকখি। ঐদি পোকপদগী শহরদা বন্দী ওইরক্লবনি, অহুগা লম্বীদা লমুক্লরবা লম্বী চৎপনি, খুঙ্গংবু থোরাংজরবা ঐগী থম্মোয়দা মহাক্কী মক্তবা থম্মোয় কংজবদা স্বর চনিং তানা হোক্লবা ফংহুনা হিংলম্মী। মতম অহুদা য়াম্না তোইনা উনরম্মী, অহুগা লেম্না লৈতনা চৎতুনদা লৈরিবা মহাকা মল্লযুদ্ধ তৌরম্মী কম্প্যাকথকসিদা। মশা মত্তোমদা মঙাল থক্তোকচবকপা রেডিয়মগী করেন্ট জিশিং জিশিং চেনশিল্লকই ঐগী মঙবা পুক্লিংগী পর্দা মথক্তা, মৈরিক মৈরিক্কা ঙাল্লকই মঙাল বিন্দুশিং। পুং কয়া কয়া চুপ্পা য়ারী শাহুনা অহুগ। মরৈ য়েৎনহুনা লৈরম্মী। মাগী জ্ঞানবৃক্ষগী মশাশিংদা মুনা মুনা য়েংহুনা এক্সপরিয়েন্সগী হৈমুন কায়বা হৈরাংগী মশক ওইরবা অইবা লাইরিক্কী বিদ্যালয়দা, অত্তোম্বনা ইবা চিনফা থিবা নত্তে— কোং কোং শারিবা অরা মুংডাই মপৈ মপৈ হৈথবিরকই কুপ্না মিংশিং শক্তি চেন্নবা মহাক্না। সিনেমা ফিল্মদা য়েকপা ফোংজিমথৈ পেয়াইন্নবা চিত্রাবলীদা থোদোক মথল মথলগী পরম্পরাগী ওইবা মীনুংশি চাওবা থম্মোয়গী নুংশিবা য়াসনা থনবা অহুওম্মী। মনীংতম্বা পুজিদা অঙকপা ঈথক্কী মনীংতম্বা লীলা মত্তৌ অহুম্না, অহুম ওইনমক চৈথেং কম্নাকা ফুমদংলবা নুংশাম্বম পুজি-ঈচেলদা য়াওবি

থবনিক্ষুংগী মতুংদা মপুক্তা মতং অমগী অনাথা য়ুম্না কাওককখি। এমখা-মিন তৌহনা য়েংবদা থিখিনা 'কেন্সর' তৌরে হায়বা খঙলকখি। মাখক অসি মতোম্বা লোৎতুনা থরম্মী।

লায়েংবশিং অচৌবা থুদোংঙাইবদা তারম্মী। মৈমেংংদা লেপকখী. ষ্টু (নং ২৪, অশ্বিনীকুমার দত্ত রোড) দগী বাবু নর্সিং হোম অমদা থম্লা মদা থমা কনথঙলকপা মতমতুদা অপরেশন তৌননবা। অমুক্কা লেপকনা মতুংথক্তদা মহাকপু ডিসেম্বরগী তারিখ ২৮, ১৯৩৭ ইং দা পার্কষ্ট্রিটকী য়ুরোপিয়ান নর্সিংহোম অমদা পুরম্মী। থকমতুদা মতোম্বা স্ত্রেইটোক্লা থুদোংচাবকমগী জানুবারী পনদা, ১৯৩৮ দা মহাক্না মকম অহু থাদোক-তুনা চৎননবা অমা অক্রকপনা বাবু অতোপ্পা নর্সিং হোমদা থাজককপা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈখিদে। মহাক্না হায়রম্মী, "ঐহাক্কা করিগুম্বা মকম অসিদগী পুহনা চৎত্রবদি ঐ মাথা চোয়রক্লগনি। নর্সশিংনা ঐতোম্বা য়াম্না ওৎলি।" (হায়বদি মতোম্বা হিদাক থকপা অহুগা কানি চাবা থিংই।)

মহাকপু থাজদোরক্লিবা মকম অহুগী মমিং 'পার্ক নর্সিং হোম' কৌই। কেপ্টেন সুশীল চট্টোপাধ্যায়গী ভবানীপুরদা লৈবা নং ৪, ভিক্টোরিয়া টেরসকী বিল্ডিংগী লৈমায়গী মরোলদা মহু লৈ। মহুমকী নং ১গী কাদা থম্মী।

মকম অসিদা মতম শাংনা লৈরবা মতুংদা জানুবারী তারিখ ১১, য়ুমশকৈশ নুমিৎকী পুং ১২ তাবদা য়াম্না লোপ্পা থিরিন্দা অপরেশন তৌরম্মী। মসি কেন্সরদা থুংলায় থাবা নত্তে। মচিন্দা করিগুম্বা থম্না শীজবা য়ানবা থৌরাং তৌবনি। থুংলায় থাবা থোদোক অসিগী মতুংদা মহাক্না ওাংথোক-শক্তোয়কপা য়াদগী থঙবা ওম্মী, শিবগী মতাংদা মহাক্না লুংবাংবা করিমত্তা লৈখিদে হায়বা। লায়েংবশিংনা মহাক হিংলকখিগনি হায়বগী আশা থমখিব্রবনি, অদুনা মথোয়না থুংলায় থাবা পাম্লমদে।

অদুবু শরৎচন্দ্রদি য়াম্না অনথকল্লি, থুংলায় থাদবা য়াকোই হায়। মহাক্না চেৎনা হায়রম্মী, "ঐনা হায়ম্বিবলিনি, নথোয় থুংলায় থাও, নথোয়গী করিগুম্বা দায়িত্ব অমত্তা লৈতে—কৌক্লবিংতাই করি লৈ। I am not woman."

ঙাহৈরা পৈন্থবা অমত্তি থৈদেঙ্গনি ।' শক লৌহৎলুনা মীহির-মীৎয়েংগী থুদোং-থীবা মরক্তা প্রাণখরি অমসুং মহৎ কয়া মপৈ মপৈ থীবা খিৎকোং মরুমদা। বংলাদেশ 'অলিপ্পি মনুংদা লৈরি অমসুং মচুগী উক্তি কংখি খঙেদোয়া লেখা .ভাংলক-শরৎকপদা,. মশী যুক্তি-বিচারগী; মাওথোকপা চেনবা ইন্দ্রিগী ওইবা জ্ঞানগী লেঙদবা থাজবা লৈরম্মী মশাগী কুমবা অনুভূতিগী মখক্তা। ওইহন্নিংবা ওইকম থোকপা অমুমক ওইদ্রে হায়না ভাবনা চেৎনা খান্নরা প্রেমিকশী মিৎয়েং অদুমক শরৎচন্দ্রগী লৈরম্মী। মুর চাম্নবা মুংগী ওইবা মুমুৎ মাগী নাকোংদা হৈরে। মাগী থম্মোয়গী মক্তবা মীহুংশি অমদি আশা চাওবা অদুনা ঐবু খাউদগী হেন্না ওকহনখি। মীওইবগী অকবা অমসুং কন্নবা অনীমু মচাক্তা চপ চানা উবিখি, অদুনা অশেংবগা ভাংকা অঙকপা কংনা খেন্নবছু মুন্না খঙলিখি। মচাকী রাথল্লোন্দা— আদর্শদা— মিৎয়েংগী মতাংদা, পুন্সি খোঙচৎকী লৌচৎতা ঐখোয়গা চানদবা কয়া লৈরম্মী, মরৈ য়েৎনবগী ওমথৈ লৈরমদে ; অদুবু মদুগীদমক ঐখোয়গী মরক্তা পুক্নৌ-পাওরোনবা লৈরমদে। মীসুংশি চাওবা মাগী প্রেমগা খল্লবা থম্মোয়না খেন্নবা পুম্নমক নমথেক্লুনা থম্মোয়গী ঈন্তৌনকম বিন্দুদদা শৎ চংশিনখি। মা মচা-মচু অম-অনীদা তোলহাই-মন্নকপা ময়াওখি খঙ-উরবা পুন্সিগী মোংথাং মতাম।

## প্রনাম অমম্ম জীবন

সুজিতকুমার নাগ

লম্বা লৈত্রবা শিল্পী শরৎচন্দ্র থুপঞ্জবদা বঙ্গাব্দ ১৩৪৪ গী ৱাকচিংগী তারিখ ১১ দা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা দেশবাসীশিংবু খেমজিন্দুনা কবিতা অমা ইরম্মী —

লেঙদবা মকম লৈত্রবা প্রেমগী 'আসন্দ',
মাঙলবসু মাবু মাঙজবা নত্তে অশিবগী শাসন্দা।
পুন্নবসু ইরৈবাক ইরমদমদগী হরিনা,
খন্নি মাবু থাগোমহনা ইরৈবাকী থম্মোয়না।

শরৎচন্দ্র মকনা ১৯৩৪ গী মাকচিংগী তারিখ ২ দা অমরলোকতা মচন্না চৌখি।

মাগী অরোইবা মাহিপ তামবগী মা মতম অমুগী অবিনাশ ঘোষালনা সম্পাদন তৌবা 'বাতায়ন' চেকোক্তদা কোক্তলকখি, মহুগী বিবরণ অদু মখাদা উচ্চখি।

দিল্লিতে চহী অনীগী মমাংদগী শরৎচন্দ্রগী লায়থুংগী থুদম কাপরকই। মতম থুদিঙমক্তা মহাক্না হায়রম্মী,"ঐগী হকচাংদা করিগুম্বা লায়না অমত্তা চেক্নে, অমগী মুংশংদদি মমক মমক্তা মকা কোক্তলকই। মতম অমুক শাংনা শাগোয়মক্লবা মুংশংগী লায়না অসিমু কোকহনবা ওমপনি হায়বা ঐ খাক্তবা ওমদে। অদুবু ডাঃ কুমুদতি (ডাঃ কুমুদশঙ্কর রায়) মহুগী থাইদগী থেক্লখনি। মদুবু কোকহনবিগনি হায়না মহাক্না হায়।' মাকম অসি মতোম্দা থওহল্লমদে। মহাকপু মপুক্কিং মকালায়া লৈহন্নবা নোংমদা পুং কয়া-চুম্মা ঐ মনাক্তা লৈবা তারম্মী। মহুগী মথক্তা মহাক্না করিগুম্বা মাওৌয়কপা থোক্লবদি ঐগী কিতম করি ওইগদগে হায়বা তাব তাখিরম-লগনি। ...মুংশংগী মা হৌদোক্লমক্লবদি মহাক্না থুদক্তা কাগী তাহনি!

মতম হৌখিবগা লোয়নবা মুংশংগী লায়নাহু মাগী অমিবা মীনাইগী মতৌগুম মহাকা লোয়নহুনা অহুম লৈরম্মী। নোংমা ডাঃ কুমুদশঙ্কর রায়না তমখীবা মওংদা মাগী হকচাংদগী মহু ককথৎতুনা লৌখোকখি। মকাক্ল হায়রম্মী,—হিংলে, মতম অহুক কুইমগী ভুংদা মহাক্না ঐবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। অদুবু মুংশা খি, লমন খুমনবা মহাক্না কুমুদপু কায়গত্রা হায়বগী।

থওহৌদনা মাগী মশা শাগৎপগা থুমিৎ থুদিংগী মাগী লাইবক্তগী মকোক কাওবা মওং অমগী অন'-মৈচাক কাওরকপগী লায়না অমা কাওরকখি। মশা শাগৎপদু কররুমোইদবমাল্লে—অনা-মৈচাক অহুম্ম কোক্লবোইদবমাল্লে। নোংমা শাগৎপদু কল্লে, অদুবু অনা-মৈচাক অহুদি লেওদনা লৈন লায়েংবশিংনা হায়রম্মী, নোউমলোজিক পেমি। ...লাকেং মথল মথল চৎখরম্মী—মথৈবংদা মৈচাক অহুম্ম কোকল্লে। অদুবু মুমিৎ

ঘাংলেপনা !

মুক হৌলংলম্মী। চেম্মুনা চৎকদবগী তৌবদা মমাহুলনা লাওথনা হায়রকই, "করি তৌরবগে মামা ?"

"ঐ চৎতবা য়াজে।"

"চা লোয়রে।" হায়রগা স্টোভ থাগৎলকই।

চা থক্লে, মতম অমুদগুম্ রাম্না মরি। চেম্মুনা চৎলম্মী।

য়োবদা উরম্মী, শরৎচন্দ্র ওথরগি অমম্মুং মৃত্যুঞ্জয় (মৃত্যুঞ্জয় চট্টোপাধ্যায় কৌবা শরৎচন্দ্রগী য়াম্না চানবা মুপা অমা) মনাক্তা লেপতুনা লৈরম্মী। কাদা চংবমক্তদা মহাকী মশক উথিদে।

"করিনো শরৎ।"

"ঐনা চিন্দা কানিগী ঊশিং থকউবদা —"

মায়কৈ মরীমক মমা উরম্মী।

ডাঃ সুশীলদা কোন তৌরগা মহাক লাকই।

মহাক্তা কুমুদবাবুদা কোন তৌরম্মী।

মহাক লাক্লে।

ওথবগী লেপ্পা নাইদে। মমৈথংদা শরৎচন্দ্র জ্ঞান মাংখি। ঐখোয়না হোৎনজরকপা পূম্মক অরেম্বদা তারম্মী।

ললিতাবাবু লাক্লম্মী।

হনখি।

মতাংসিদা শরৎচন্দ্রগী পুন্সিগী লায়মা চেজবগী নাটক লোইশিনখি।

শরৎকী অরোইবা পুংজাদা অশি-কমুং ময়াদা লৈরম্বা ডাঃ কুমুদশঙ্কর রায়, সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়, হরিপদ চট্টোপাধ্যায়, নরেন্দ্র দেব অসিনচিংবা মরূপ-মপাং কয়ানা মায়থিবা পীওমক্রবা কথাশিল্পীগী অশিবা হকচাং গাড়ীদা হাপ্পুনা বালীগঞ্জদা (নং ২৪, অশ্বিনীদত্ত রোড) পুরম্মী।

নোংথাংগী মতৌগুম পাউহু শঙ্গোকখি।

অমর কথাশিল্পী লৈখিদ্রে হায়বা পাউ অসি তাবদা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা শান্তিনিকেতন্দগী পাউজেলকখি —

"বাঙালী পুন্সিগী অরা-মুংওাইবু চেৎনা থাগোয়হনা চঙরহনখিবা লৌকিক মতমগী মুংশিথোইরবা লেখক্তা নোঙ্গাখিবদা ইরৈবাক'চাশিংগা লোয়ননা ঐওোন্দসু থম্মোয় পুক্তমদবা মৈচাক কাওই।

শ্রীগোপালচন্দ্র রায়না মাগী 'শরৎচন্দ্র' কৌবা লাইরিকদা কায়ন-মৈচাক্কী পাউগী য়া ইবদা পনখিবা অদু অসিনি :—

উনা উনা মায়কৈ মরীদগী মণীং খিঙমচ্রবা মীয়াম লাকুনা শিংবা শরৎকী মকমদা মখোয়গী শ্রদ্ধা উৎলেখি। মখোয় অয়াম্বগী মায়কৈদগী অহুগা ভোংঙান ভোংঙানবা সংস্থান কয়াগী মায়কৈদগী অশিবা হকচাংদা লৈ পরেং কৎনরখি।

মুংখিল পুং ৩-১৫ তাবা মতমদা মণীং খিঙমচ্রবা লৈ পরেং অমশুং লৈগী মপেনা লৈতেংলবা অশিবা হকচাং পুহুনা শোভাযাত্রা চৎপা খোয়কই। শোকযাত্রা অসিগী লমজিংগী থৌদাং থা-কলিকাতা কংগ্রেস কমিটিনা লৌখি। বন্দেমাতরম খোল্লাও অমদি শরৎচন্দ্রগী জয়ধ্বনি তৌনা তৌনা মুপা-মুপী লিশিং লিশিং অশিবা হকচাংগী মাংদা ভুংদা চৎলি। শোকযাত্রা অদু অশ্বিনী দত্ত রোড, মনোহর পুকুর রোড, লেন্সডাউন রোড, এলগিন রোড চৎতুনা সুভাষচন্দ্র বসুগী য়ুম মমাংদা অমসুং আশুতোষ মুখর্জী রোডতা আশুতোষ মুখোপাধ্যায়গী য়ুম মমাংদা অশিবা হকচাং থাম থামহুনা য়ুম অনী অসিগী মায়কৈদগী অশিবা হকচাংদা লৈ পরেং কৎলৈ।

কেওড়াতলা মহাশ্মশানদা পুং মঙাগা মিনিট মঙা চৎপা মতমদা শরৎচন্দ্রগী চিতাদা মৈ চুখি। মৈ চুখিবনা শরৎচন্দ্রগী মনাওমচা অভোপ্রকাশচন্দ্রননি।

শরৎচন্দ্র শিবগী পাউ তাবদা মশক মাইবা মীশক অমসুং সাহিত্য-কার পুম্নমক লাকখি, মখোয় অদুদি— কলিকাতাগী মেয়র অদুগী মেয়র সনৎকুমার চৌধুরী, অনরেবল সত্যেন্দ্র মিত্র, শরৎচন্দ্র বসু, শ্যামল মুখো-পাধ্যায়, কিরণশঙ্কর রায়, রমাপ্রসাদ মুখোপাধ্যায়, নলিনীরঞ্জন সরকার, জ্যোতিময়ী দেবী, জে. সি. গুপ্ত, নির্মলচন্দ্র, রাজা ক্ষিতীন্দ্র দেব রায় মহাশয়, জ্ঞানরঞ্জন নিয়োগী, কুমার মুনীন্দ্র দেব রায় মহাশয়, মিঃ বি. কে. আমেদ, মিসেস মুকুল দে, রায়বাহাদুর জলধর সেন, যতীন্দ্রমোহন বাগচী, কালিদাস রায়, কুমুদরঞ্জন মল্লিক, চারুচন্দ্র বন্দোপাধ্যায়, শৈলজা-নন্দ মুখোপাধ্যায়, প্রবোধকুমার সান্যাল অসিনচিংবা।

শরৎচন্দ্র দোস্নাপ্পবা মতমহৃদা ভারতবর্ষ, বসুমতী, সাহানা বিচিত্রা, বাতায়ণ, খেয়ালী, চরণিকা অসিনচিংবা চেকোক্তদা শরৎ নিংশিংবগী মশক ওইনা কোঙ্কনরকখি। চেকোঙ পুন্নমক অহুদা বাংলাদেশকী মস্নিং চৎলবা অইবা পুন্নমক্তা নোম্নুকপা উৎনরকই

মরু ওইনা পন্নিংঙ্গাই ওইবদি থাগী চেকোঙ ভারতবর্ষদা শরৎ নিংশিং-বগী শরুক য়াবিহনা ইবিরকুবা রবীন্দ্রনাথকী মকমদা হারজখি রারেং সাহিক্যদ' মমিং লৈরবা প্রবোধ কুমার সন্যালনা। রবীন্দ্রনাথনা মন্নুগী পাউথুম ওইনা ইবিখিবহুগী শরুক থরা পঞ্জরি—

"ঐঙোন্দগী শরৎকী ফংনিংঙাই লৈখিবা অহু থোইদোক্না থম্নক্লনিং-ঙাই ওইত্রবা মঙংদা শরৎ শিংখিত্রিবঙ্গী মমাং-ক্তদা লিকশিন্দবা খুৎই-মক্তদা লোইশিন্দুনা থমত্রবনি। ঐ শিরব তুংদা শরৎকী লাইরিকমক্তা রাকম অহু তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা নিংশিংগনি, কল্লকপা আশা থম্মোয়নুংদা ফুমহুনা লৈরম্বা য়াই। ঐগী লাইবক্তা ওয়-তৈনবদা থোক্রে, অহুনা ঐনা হিংলিঙৈ মতমদা বিচার চুম্না তৌবিক্রে, করিগুম্বা মতম চানা বিচার তৌবিরম্নবদি চিংনবা লৈতনা মতিক চাবা মঙংদা মরাল লৈতনা মরাল শিরুবগী দোষ অহু ঙাকপিরমগদবনি।"

রবীন্দ্রনাথনা অমুক্তম্ন ইরম্মী, "·· আধুনিকা মহাক্তা নকশিন্নখিবা মতৌ অহুগুম্না কনানসু নকশিন্নরুবা ওমদে। মহাক্তা মপুংফানা মশাগী মরৈবাক অমদি মতমগা ····

"ভাংব-শকপা লৈতে, শরৎ চংশিল্লকখি বাংলা সাহিত্য মণ্ডলীদা। শক খঙনরমদবদগী শক খঙনরকপদা মতম চংখিদে। মশক-মশা উত্রি-ঙৈদগী মমাংদগী মহাকপু মশক খঙবা মীশক ওইনা লিংখি।

"মকম অহুদদি থবক্তী লীচিংদা অহুগা চহী য়াম্না খেয়বনা ঐ থাম্না হন্দোকলুই। থাদোকখি কলিকাতাগী লৈকং। ·· মতম অহুদা শরৎ ফুৎ কাওগৎলকখি। শান্তি কংনবগীদমক অচিকপা মকম অমদা চংজকম লৌহুনা ইশাগী খোদাংনা পুনশিন্দুনা ইশা জোহত্তুনা লৈরুবা মকম অহুদগী শরৎকা নকশিন্নরুমবা করিগুম্বা খুদোংচাবা অমত্তা ফংখিদে।

"কনা কনাগুম্বী মত্তাংদফি হকথেংনন কংবা পরিচয়দগী পাউ ওইনা তাবা পরিচয়মা হেন্না মরিক চুম্মী, শরৎতি মহুগুম্বা জগৎকী মী নত্তে

হায়না তাখি, মহাক্কী মনাক্তা চৎপু চৎলায়বদি মহাকপু নকশিন্না কংজ-য়মগদবনি। অদুনা ঐগী ওইজবা শিংখিবনি। অদুম ওইনক মহাক্কা ঐগ; উনদে য়ারী-রাজাক শানদে হায়বদি নত্তে, অদুবু মহাকপু খন্ডবদি ওমখিদে ওন্নগী উবা তাবা নন্ডনা কবিগুন্না খন্ডবা ওন্নবা থোক্রবদি করমগদবনি। নকশিন্নবগী খুবোংচাবস্থ কংলমগদবনি। ওইখিদে, অদুবু মতম অদুদা চন্ডক্কুনা হন্নাওনা অথান্নদগী ঐনা পাখি মাগী বিন্দুর ছেলে, বিরাজবৌ, রামের সুমতি, বড়দিদি। মীওইবা কংজবগুম পুন্নিংদা কাওখি। মীয়ুংশিগী মতাংদা মসি মতিক চায়বনি।"

বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী চিঠি অসিগী মফুংদা কথাশিল্পীগী মকমদা মহাক্কী ওমথৈ নাইদনা চানবিবা অদুগা য়ুংশিবিবগী ঈচেল অমা য়াওরি।

অরোইবা মিৎকুপ্তা শরৎচন্দ্রগী রা :—ঐঙোন্দা পীয়ু—ঐঙোন্দা পীয়ু।

হীরম অসিদা হেমেন্দ্রকুমার রায়না মাগী 'সাহিত্যিক শরৎচন্দ্র' কৌবা লাইরিক্তা ইরম্মী :—

কনানা মঙোন্দা কবি পীবা লাকখিবগে, কবিগীদমক মহাক্কা অদুক হাক্না লাংতক্লখ্রিবনো? —

"শরৎচন্দ্র মতম চুপ্পদা রা ঙাংগন্দে, শরৎচন্দ্রগী খুৎই মতম চুপ্পদা লেঙদবনি। মাগী পঙথরবা হকচাংগী অরোনবা পাউথোং অদুগী রা কনানসু কোঙবা ওন্নরোই।"

## স্মরণ-স্মৃতি-ছবি

গিরিজাকুমার বসু

মোংমা অমুক ওস্তাদা লাক্লুনা শরৎদানা য়াম্না কিংনা ঐবু কৌরকই, ঐনা দোতলাদগী হায়বন্তী, "অদুক কিংলিবা করিগীনো?"

মহাক্না হায়রকই; "কুমথরকউ হায়রিবসিনি।"

মোজাফুরিৎ লিৎশিন্নগা মথাদা কুমথদুনা মহাক্কা লোয়ননা মাগী য়ুমদা চৎমিয়ৈ। লম্বী চৎনা চৎনা হায়রকই, "কবিতা ইবে।"

ঐনা হায়রম্মী, "থৌলেতনা অহুত্তরা থৌনা কনা শাক্করিবা করিগীনো ? ওইনিংবা ওইজরলম্বু, পাক্নুনা য়েংবা হায়বহনি।"

খুমকই, "কবিতা টরে, অহুবু চাশিন্নহনবা ওমত্রে, অহুনা নহাক দরকার ওইরিবনি।"

অসিগুম্বা মওংদা কাগী ত্তৌহুনা রা ওাংই মহাক্তি, থম্মোয় জন্না, পূকচেল শেংনা। কবিশিংগী মফমদা মহাক্না শ্রদ্ধা লৈরম্মী। মহাক কবিতা য়াম্না পাই অহুম ওইনমক রবীন্দ্রনাথ অমসুং অথয়বা মী অনীঃ অহুমগীদনি। মমিং হায়দোকপা মহাক্না খিংই। মহাক্না হায়,"য়েংজোই, পুক্লিং চানবা মথোয় অহুগী মফমদা ঐনা শ্রদ্ধা য়াম্না তৌই, করিগীনো হায়রবু চানবা হায়বা য়াকম অসি য়াম্না অকবনি।"

নোংমা খুরুটকী ছাত্র-ছাত্রীশিংগী শৈরেং থিবগী অথোই-অহেন তান্নবদা শরৎদানা সভাপতি ওইবা চৎলম্মী। ঐথোয় মহাকী তুং ইন্দুনা চৎলম্মী।

অথোই-অহেন তান্নবগী বিচার তৌননবগী থৌদাং শ্রীযুক্তা রাধারাণী দেবী, শ্রীযুক্তা তমাললতা বসু, শ্রীযুক্তা পুষ্পমালা দেবী, শ্রীযুক্ত নরেন্দ্র বসু অমসুং ঐহাকী ইথক্তা নল্লম্মী। পুষ্পমালাগা ঐগা য়াম্না কুইনা রারী শান্নরবদা শরৎদানা মীয়াম তীনবা সভাগী মন্নায়মক্তদা মত্তোন্দা হায়রম্মী, "পুষ্প, ঐথোয়বুম্ভ থরমথৈ জুংশিবিবা চুবনি।"

ঐনা ওশেংনা হায়বা ওমগনি, মীয়াম তীনবা সভা অমদা খোঞ্জেল হৌনা অসিগুম্বা রা ওাংবা অতোপ্পা কনানম্ভ ওন্নোই; মরমদি মসিদা থম্মোয়গী মক্তবা চম্বা পুকচেল চাওবগী মাধুর্য্যনা লৈজেংই, মহু তাইবংপানসিদা তাংনা থোকই। অহুগা তোররিংবা পুকচেল অমদি মাধুর্য্যগী গুণমক্না মী পুম্নমকপু মাগী মান্নকৈদা চিংশিনবনি।

মাগী চেকোঙ অমনা হম্না হম্না থৌরকপদগী ঐহাক্না নোংমা কমহুনা রারী ইরম্মী। থঙহৌদনা শরৎদানা লাকপগা হংলকই, "করি ইরিবনো ?"

ঐনা হায়রম্মী, "রারী।"

খুদক্তা পাউথুম পীহুনা হায়রকই, "নথোয়না রারী ইগদৌরিবা করিগীনো ?"

ঐনা মতোম্মা হন্না যেংহনা পীমিংবা পাউথুম অমত্তু কোক্তদোক্তনা তুমিন্না লৈরম্মী। ডাক্টরহাক লৈরগা মহাক্না হায়রকই, "নহাক্কী বাবীগী লোম্নু কক্কগনি হায়রবা থক্তই।"

মপুক্লিংবী বা কোঙদোক্লকপা অমুদম্মু রাহং অমত্তা হংখুব্রবদা মহাক মশানা অমুক হায়রকই, "ঐ থক্তই, কবিশিংগী পদ্ধগী লোন্দা য়ায়বা ভক্তিং-ঙ'ইমি হাঙবা।"

বাংলাগী কবিশিংদা মসিদা চাওখোকচবা পোক্লরবা য়াই। কবি-শিংগী অরমদা অশিঙবা অমাংবা রাখল্লোন মহাক্কী লৈরম্মী।

মচন্নাগী মতাংদা মহাক্না কয়া য়াম্না থৌশারমজবগে হায়রবা সভা-সমিতি কয়াদ জলধরদাদাগী মকমদগী ময়াম্না তাখিল্লবনি। তারকেশ্বরদা মী হাংপগী মতৌগুম জলধরদানা কমুংদা ছিপতুনা শংলম্মী শরৎদানা শিবপুরগী যুমগী ভ্রাইংরুমদা ইম্বিমত্তু লৌননবা হোৎনখিবদ। অসিগুম্বা থৌদোক ঐগী মিং-মাংমকুদা ঐনা লৈরিবৈভেদ কযারক চম্না খেংকপ্রবনি। অতুম ওইনমক মতম খুদিংমক্তা জলধরদানা হোৎনজবা খুদিংমক্তা মহৈ য়ানখি, মতুমক্তি নত্তে 'গৃহদাহ'গী অরোইবা চাপকদা শরৎচ্ছু ঐমক্না 'ভারতবর্ষ' কার্য্যালয়দা থিল্লুই। জলধরদানা শিবপুরদা চৎলম্মা মতু লৌমনবগীদমক, অতুবু ঐগী খুথাংদা কোপি থারক্নি হায়বা রাফমসি থওহনখিবদনি, অইবত্তু পীখিবা নত্তে। হায়রদোকখিবা রাতু মহাক্না ডাকখি।

## কাশীনাথকী মতাংদা

হরেকৃষ্ণ মুখোপাধ্যায়

ঐখোয়গী সাহিত্য সাধনা হৌগৎলক্লপদা মতাংদি— বঙ্গাব্দ ১৩১৯ গী রাকচিং ৮াদ স্বর্গীয় সুরেশচন্দ্র সমাজপতিনা সম্পাদন তৌবা 'সাহিত্য'দগী 'বাল্যস্মৃতি' কৌবা রায়ী অমা কে.গুপ্ত কই; অইবা শ্রীশরৎচন্দ্র চট্টো-পাধ্যায়। খুদংগী লাইরিকবা বাখোন অমা কলিকাতাগী মকম কদায়দনো বোর্ডিং অমদা চাক খোংবগী থবক তৌরম্মী, মহাক অহুমী মরমদা

থবক অহুদা সেটেটকী য়াইকনবা য়েংশিন্নবশীদমক ছাম্লম্মী, মহাক্কী এসিস্টেণ্টশিংগী মনুংদা ঐস্ু অম' ওইরম্মী। ভাণ্ডার মথায়দা কেম্পাতা লৈবা তারম্মী। করি করিগুম্ব মতমদা রাজকুমার মকম অহুদা লাকই। সেটলমেণ্টকী অচৌ অ'চৌবা ওফিসারশিংগী কেম্পাতা বার্ণন তৌদুনা জগোই-ঈশৈগী সভা চথরম্মী। মতম অহুদা মহু ঐভোন্দা য়ান্না মুংঙাইনা থোক্লম্মী শিব মন্দিরগী মায়কৈত্তুম্ব চিকই।

অহানবা শকখঙনব মুখিংমক্তদা মভৌ অসুম্ন থম্মোয় শেংনা য়ারী শারকপা অহুদ' খোইদোক্না হরাওরম্মী।

# নিংশিংলি

বিভুতিভূষন ভট্ট

নিংশিংলি, নো মা ঐথোয় অহাংবা কাগী সাহিত্যসভা অহুদা নহা ওইরিবা শরৎচন্দ্রগী রচনা অমগী মতাংদা মৈ কন্না য়েংনরকপদগী খুৎ থোক্লগে তৌরম্মী। ঐনা হকচাংগী পাঙ্গলদা খাইদগী শোল্লবস্ু খোঞ্জেল কনবদদি কনাদগীস্ু হম্ছরমদে। থরমথৈ চেল্লম্বস্ু য়াই, অহুনা ঐগী পিকপ্রবা থনাও-তিন্থলদগী য়াহৈ থরা চেন্না থারকথি অমসুং ঐনা চোংথৎতুন' চায়রম্মী, —বঙ্কিমদগী হেন্না শরৎদাগীনা কজবা হেল্লি। তশেংবনি, সাহিত্যসম্রাট বঙ্কিমচন্দ্রনা মশক নাইদবা নহা ওইরিবা সাহিত্যকার অমগী খুৎইগী মতাংদা ঐগুম্বা পাথং অমগী হৌন-খঙদবা ইতৌহু উবদা নুমিং অহুদা নোংমদোন্দা লৈচিন খোঙনেংনহুনা তশেং-নমক মুংশি-চানবিনা খৌশাদবা মীনোক্না নোক্লমগনি। অহুবু মহুগী মতুংদা ঐগী হোংলক্লিবা পুক্নিমক্তদা উরম্মী, শরৎচন্দ্র অহুগী সাহিত্য-সাধনাগী মমল লেপ্পগী থোরমদা সাহিত্যকারনা চৈগী লান-পাঊ লাওপ্রে অমসুং মহুথক্তা নত্তনা হৌজিক মতমগী সাহিত্য সম্রাটনস্ু য়েংনবগী উথুল্লক্তুদ' ঋষিগী মশক ওইরবা মহাক্কী মায়থোংহু চেপথ চেপথ য়েংলিংঙৈ মতমহুদা ঐস্ু নোকথোক্লম্মী।

অদুবু 'য়িরবা তুংগী 'শোকপ্রকাশ' কী মরক্তা য়াওরিবা খুদং অমা ঐবু খাদজিল্লকই। মরমদি হায়নবা লৈ,— হিংলিউবদি তাও-থকউ হায়দে, শেংলু ইন্নু হায়দে, শিরগা তৌগনি দান সাগর!'

'দান-সাগর' অসি অয়াম্বনা তৌনরক্লিবনি অখন্নবা মহু বিশ্ব-সাহিত্যগী দরকারদা অচৌবা মকম ফংগ্রবনি। অদুম ওইনমক পুস্তক দান-সাগরগী মতৌগুম্না শুপকান কায়দবনি — মহু Tennyson গী In memorinm মকম্নু ওইজরনু, অদুগা Shelly গী Adonals-মকম্নু ওইসনু, মরমদি পুন্সি-য়ায়ী অপুম্বদুগী মগুংদা থরাম্বদি পান্দব-মক্লি—লৈহৌই য়াহৈগী লাং-লোনবা, কাওরোইদবযু কারুনবা অয়েবদা হোৎনবনি।

ঐগী হৌখিবা পুন্সিগা লোয়ননা শরৎদাগী য়া তম্মুবগী অর্থদি— ঐগী পুন্সিগী খ্বাইদগী হেনবা থরায়গী মশক ওইবা শরুক অতুমকপু নিংশিংজবনি। অদুবু মহু কনানা মপুংফানা নিংশিংব' ঙম্বগে? থরায় হায়বা পোৎ অদু মশক-মওং নাইবা নত্তে, মরমদি মদুগী মতৌগুম্ব অতৈ কৱিস্থু লৈবা নত্তে, মহু তশেংনা 'অহাংবা' মূর্ত্তিনি। মাগী হকচাং লৈত্তে, —চাংদম্নকনিংঙাই লৈত্তে, মহু ঙাইহাক্কী ওইনা ভাবনা শাবা নত্তনা অতোপ্পা কৱিগুম্বা মওং অমতদম্মু উবা ফংবা নত্তে। মদুদা মত্তমা পুন্সিবু নিংশিংবা য়াব্রা য়াদব্রা হায়বা হীরম অসিদম্মু চিংনিনংঙাইদনি। থৌদোক নিংশিংবদি য়াই, অদুবু পুন্সিদি নত্তে। থরায় পান্দবা থৌদোক্কী ইতিহাস লৈবা য়াই; অদুবু ঙসি অচুম্বা মওংগী অরা-নুংঙাই য়াখলনা লাকশিনবা—মদুদা মদুগী মকমদি কদায়। ঙসিগী মীকপ-মীরাওখোলনা বাংলাগী সাহিত্য-অত্তিয়া শিনপ্রে, মদুগী মরক্ত' অপৎপা অমনবা অদুগী মকম কদায়? অদুনা ঙসি ঐগী অহানবা যৌবনগী য়া নিংশিংদুনা ইল্লনবগী য়া হায়রকপা মতম অদুদা ঐনা চঙক্রনা খনখি—.হাঙ্গবা পুন্সি অদুগী মরক্ত' চংশিল্লুনা থুপচাননা লৈব্রবা নিংশিং-লায়ুমদু অমুক হন্না য়াকাইহনবা ঙাবব্রা? ঙমগদ্রা? ঙম্মোই। থুপচিনব্রবদুবু লেমহৌ-রিব্রা? Myrtle and ircy অদুগী অচুম্বা মওংগী Sweet two twenty গী নুমিৎশিংদু হৌরে — লৈহৌরিবদি শুধগী ওম্বোকপনি

অমম্বা কাংলি লোনববনি। হৌখিক হৌখিক মাঙলা শিন-চুনা-থুমহাকার লম্বাকনী মরক্তা হৌখবা মীশকী পুক্নিঙ্গী হাহাকারগী অখম চৈথেঙ-তশেংনা চৈরাবমক্কি।

শরৎচন্দ্রগা ইহান হান্না থেংনখিবা মতম অমুদা ঐহাক ভাগলপুর তেজনারায়ণ জুবিলি কলেজদা তম্লমী। ঐনা লাইব্রেরি অধিকারবা ওইনা থেংনখিবা মতেং—থেংনখিবসু রাজেন্দ্র-খোদাবা, মখোং শিবা মীশক অমা ওইনখি। ঐহাক মতম অমুদা কুলগী ছাত্র ওইরি অমসুং মাস্টর-পণ্ডিতশিং মক ওইনা দাদাশিংগী অকনবা রারক-রাতেম মরক্তা শাসন তৌখিরকপনি অমসুং য়োকখিরকপনি। অমুবু কুলগী ছাত্র ওইরগা কৈদৌনি, কবিতা ইনিংবগী ঈথক্তি পিক্লিঙ্ঙৈদগী হৌরকই হায়বদ মীওইবনা খঙনরিবনি। ঐগা ঐগী ইচলগুপী নিরুপমা ইখানিমক্তা মহু খঙজবা তম্লমী — মক ওইনা ঐগী ইচলমুপীনা মতম অমুদা ঐখোয়গী ইমুংগী জ্ঞান ভাণ্ডশিংনা থাগৎপিবা খোইদোক্তা খরমথৈ কংজরম্মী। ঐদি মতমদুদা ইমুংগী সাহিত্যকার কাংবুদগী পুক্নিং খোঁপৎপিবা কন্নিমতা কংলমদে, অমদগী লোমা লোম্না ইংরাজী কবিতাগী অনুবাদ মত্রগা বাংলা কবিতাগী অনুবাদ তৌখোক-তৌশিন তৌবদনি। মতম অমুদা ঐ:খোয়গী ইমুংনা রবীন্দ্রনাথপু শিংথানত্রি। মতম অমুদসু মহাক্কী মমাংগী কবি অমসুং লেখকশিংগী প্রভাব কন্না তারি। ঐখোয় ইচিল-ইপন্না অনীমা রবীন্দ্রগী মমাংগী অইবদগী শেমদোক-শাদোকপসু ওইসনু, অমুগা মতৌ তৌবসু ওইসনু — কবিগুরুবা খরদি তৌরম্মী। দাদাখোয় নত্রগা এবাশিংনা কবিগুরুদা থাগৎপিরকপসু য়াওরম্মী, কবিগুরুদনা কয়েম-কথাইনবিরম্মী, অহুম ওইনমক লোমা লোম্না ঐখোয়গী কবিতাগী থাতাদি পৈথৎলক্রম্মী। অমুবু কমদোননো খঙদে অইবা পুন্নমক অমু মরুওইনা নিরুপমাগী থাভাহু শরৎচন্দ্রগী খুৎতা ভাখি। দাদাখোয়গী মরক্তা কবানবো মহু শরৎদাদাদা পীখিবা ওইরমগনি। শরৎচন্দ্রবু মতম অমুদা মহাক্কী চহী লোজাগী মরক্তা অরাংবা জগৎকী জীব অমগী মশক ওইনা অমুগা অঙকপা 'লোয়ভা' মিংদা খঙনরম্মী। মহুগী মথক্তা মতম অমুদা মহাক্কী মহি তৌবা মিংদি Sl. Clara Lara নি। খঙদে, মতমদুদা

কবি Dyron গী Lara কবিতা পারমগন্না পারম্লোটক্রা, অদুবু বায়রোনগী মওং অদু মহাক্না কংলকনি হায়বা অদুমক্তা মওতাক ওইরম্লা মহাক্কী চহীচুগী মতুংদসু কোক্ঙদোকপা ওইরম্বা য়াই। ঐখোয় মহা-য়োলনা মতম অদুদা অওকপা মীশকুবু অয়াম্লদগী অপনবা লৈতনা দাদাখোয়গী রিডিংরুমদা লাকখোক-লাকশিন তৌবা অদুগা শরৎ-চৌবর শান্নবা উখিবদনি।

অদুবু হায়রিবা শরৎচন্দ্র অসি Lara অদুমক্তি হায়বা খঙখিবদু নোংমা ইখঙ-খঙহোদনা ঐগী কা মচাগী ময়ায়দা থারিবা অপিকপা টেবিল মচাহুগী মনাক্তা চংলকপদনি ঐ কীনা কীনা হৌগৎতুনা লেপ্লম্মী, মহাক্না ঐগী কবিতাগী খাতাদু টেবিল মথক্তা মখোল হৌনা থাদরগা হায়রম্মী,— "উৎ ঙাক্তা ইরিবদি করিগীনো, গুপগী অনুবাদ— মচুদসু অমুক অয়ান-অহুইনা থনবা। নহাক নশাগী চনিংঙাই কহিসু লৈতব্রা?"

ঐদি মচু তাবদদা অশিবগী পাংথক ওইরম্মী। অদুবু করম্বা কালদা ঐখোয় য়ারী শানবদা লুপখিবগে অমসুং করম্বা মতমদা মহাক্কী লাওনা হাংলিবা য়ুমগী লাইব্রিক অমদি খাতানা থম্লবা টেবিল ময়াদা কমজনবগী অধিকার কংহনবিখিবগে হায়বা অদু ঙসি নিংশিংবদা থোক্লে; গুপ্তদগী অসিথক্কংদি নিংশিংলি, মহাক্কী অহানবা পুক্সিগী সাহিত্য-সাধনাগী শঙলেন মনুংদা য়ায়া লায়না ঐখোয়গী খক্কম কংজখি। নুমিৎ কয়া কয়া মহাক্কী লমজিং-লমতাক মখাদা রবীন্দ্রনাথকী কাব্যকানন্দ। চংশিল্লনবা অধিকার কংজখি।

## শরৎচন্দ্র

মনোজিৎ বসু

মীগী অরাবদা অরা য়ায়েং চৈবা শরৎচন্দ্রনি।

সমাজদা থোওইবিক্রবা তুহৎশিল্লব। নুপা-নুপী পুম্নমক অহুগী মৈচাক-মৈশাবু থম্মোয়গী মীকুংশিগা লোয়ননা মশামকী ওইনা লৌশিনখিল্লবা মহাক্না সাহিত্য শেম্লবা অহুনা য়ায়া মসুং হুজিন্না অপাবশিংগী থম্মোয়বু

শুমহৎলিবনি। মীওইবগী অন্না-অনা উবদা শরৎচন্দ্রনা থোইদোক্না থাংগৎমজরমদে। মীওইবগী মকমদা মতুমক মহাক্কী থক্তোক্লগী মমুং ছজিনবা মীতুংশিনি। শরৎচন্দ্রগী মীতুংশি অসি শুপ্পগী মীওইবথক্তদা তুংশিন্দুনা লৈরমদে। মীহোন-খোক্তবা শা-উচেক্কী মকমদসু মহাক্না চপ চানা মখোয়গী অন্না-অনাগী শকক য়ারম্মী।

য়ারী অমা তমজগে—

শরৎচন্দ্র মতম অমুদা রেঙ্গুনদা থবক তৌরি। নোংমা অহিংদা কমদৌতুননো ইংগু থঙহৌদনা মাগী লৈকম অমু মৈ চাক্লম্মী। মহাক্না লেরিবা ক্লোর অমুগী মথাদা থোবী লৈরম্মী। মৈমু ইহান হাপ্পা কা অমুদগী হৌবকপনি। শরৎচন্দ্রদি মতম অমুদা ইশি শিনা তুম্লম্মী।

থঙহৌদনা থংনবশিংনা কন্না খাও-খোংনবকপদা মহাক মিৎকপ থোক্লম্মী। মতম অমুদদি মৈ মথাদগী মথাক্লামদা তাংথক নাইদনা ফুকৎলক্লবনি। রেঙ্গুনগী য়ুমদি উগী ঙাক্তনি। মবম অমুনা য়াম্না থুনা য়ুমদু চাকথৎলকই।

শরৎচন্দ্রনা মতম অমুদ থুনা য়াংনা মুপীশিং অমসুং অয়োকপা উচেকশিংনু মকম চাবদা থঙহৌদাকপগা মাগী আলমারিদা য়াওরিবা লাইরিক ময়াম কন্নবা চেপ্লম্মী। লাইরিকশিংদু মাগী মকমদদি মথারায়দগীসু হেল্লি।

মৈরি নোংথাং কুপ্পগী মতৌগুম শৎ য়াংথৎলকই। মতম থোইনা লৈরমদে। অমুম ওইনমক চৈরক অমুগী মনুংদা থগুমদ্রবা অতাংবা অমদি থোইদোক্না দবকার ওইবা লাইরিক কয়ামকুম অমা অহাংবা ট্রঙ্কদা হাপচিল্লম্মী। অমুগী তুংদা, সিঁড়িদা মহাক ট্রঙ্ক অমু পুতুনা কুমথগে তৌবা মতম অমুদা উরম্মী, সিঁড়ি অমুদসু মৈ য়াইরম্বা। কুমথনবা অতোপ্পা লম্বী লৈরমদে।

শরৎচন্দ্রনা মতম অমুদা অতোপ্পা উপায় লৈত্রতুনা ট্রঙ্ক অমু মথক্তগী লৈবাক মথাদা ছুম্থরম্মী। অমুগী তুংদা চাকথৎলক্লিবা সিঁড়ি অমুগী চাকথাংথ্রিবা নাকল্লা লেপশিন্দুনা মৈরিদগী মশা য়ানা কন্দুনা কল্লিগুম্বা মওং অমদা থরা কুমথরক্লগা মথাদা চোংথরম্মী। ওসাক্তুমথৈ

মপুক্লিং চরাং-চথক্লনা মথাদা ভাইরম্লিবা মখোয়হু পেঞ্জবগী হুংশাশোর হোন্দোকচরম্মী।

অহুগী মথংগী মিৎকুপমক্তদা অতোপ্পা থৌদোক অমা থোক্লম্মী। শরৎচন্দ্রনা কুমথরকপমক্তদা তারম্মী, মথাগী কাদা লৈবা থোবীহু মাগী গধাহু পুন্নুনা থোরক্লে হায়বদি য়াই, অহুবু হাথু হাথুবদা মাগী অয়োকপা হামেংহুদি পুথোরকপা ভমহৌক্লে।

মসি তাবমক্তদা শরৎচন্দ্রনা মহাক মশাগী মথরায় পাম্মুবা লৈভনা থোঝীগী অচাকপা কান্নুদা চেনশিনখি। ময়াম্না থাম্বা থিংবা মনাদা হাপখিদে। সহায় লৈত্রবা হামেং মচাহু মথাদা কোন্দুনা ইমুংদগী মপাল্লদা থোরকখি। থংনবা মিৎকুপমক্তদা চাক্লিবা য়ুমহু শোরো শোরো প্রেক-প্রেক তেকথরকখি।

খজিক্কং খিন্থরম্বা থোক্লবদি হুমিৎ অহুদা ঐখোয়গী শরৎচন্দ্র মাংজরম্বা য়াই।

## শরৎ প্রসঙ্গ

জলধর সেন

শরৎ মতম অহুদা শিবপুরদ লৈরম্মী। নোংমা অমুক ভম্তা ঐ শিবপুরদা শরৎচন্দ্রগী মনাক্তা চৎলম্মী।

হুমিৎ অহু নোংমাইজিংনি।

ঐহাক অয়াম্বদা নোংমাইজিং থুদিংগী শরৎকী লৈফমদা চৎলম্মী।

নুমিৎ চুম্মা মকম অহুদা লেল্লগা নুমিদাং পুং নিপাল-মাপলদা কলিকাতাদা হল্লকই।

মতম অহুদা অযুক্তা থুংলুবদা উরম্মী, ইমুংদা মিল মচা-অচৌবগী কৈজোম অমসুং সাড়ী মপৈ অমা শন্দোক্লুনা লৈরম্মী।

শরৎচন্দ্রগী মীনাই নুপানা মহুশিংহু লোইশিন্নুনা পুনশিন্নবা থোরাং তৌরম্মী।

শরৎনা চেয়ারদা ফমদুনা মমাংদা লৈরিবা টেবিলদা পেন্সা মরী চৎপী, আনা, সিকি মশীং খি খিদুনা মপৈ মপৈ পৈখৎলম্মী।

ঐবু উবমক্তদা হায়রকই, "দাদা, ঐহাক পুং তরাগী গাড়ীমক্তদা ইচেম্মী য়ুমদা চৎপা তারে। মতুংনি হায়দুনা দাদা লেঙবিখিগনু। মহৌশাগুম হোরেক্ল পুং তরাদা হনখিগদবনি।

ঐনা হায়রম্মী,—খঙলে, নচেনা ব্রত কৎতুনা করিগুম্বা অমা পাংথোকদবা লৈরিনিনে? অদুনা কি অমুক য়াম্না পুগদৌরিব্রা, অদুগা লৈঙ-লাইরশিংদা দক্ষিণা তৌননবা পৈসা মরী চৎপি আনা অসি থোরাং তৌরম্রিব্রা?

শরৎনা ঐঙোম্বা য়েংদুনা হায়রকই,— নত্তে দাদা। ইচেম্মী পাংথোকদবা থৌরম করিস্ত লৈতে।

অসি হায়রম্বা মহাক তুমিন্না লৈখি, অশেংবা য়াকমহু কোঙদোকপা মহাক্না পামদমাল্লে।

ঐনা হায়রম্মী,—থৌদোক-য়াথোকস্ত নত্তবা, অদু ওইরবদি কি অহনবা অম্বুক য়াম্না কৈদৌনবা পুগদৌরিবনো?

শরৎনা মায়থোং য়াম্না মকশিন্না হায়রকই,—ইচেথোয়গী খুঙংগী অদুগা মদুগী অকোইবদা তারিবা খুঙংশিংগী লাইর-অনংবশিং শাথীনা খুদোংথিবদা তারে। মথোয়গী চানিংঙাই চেং লৈতে, শেৎনিংঙাই কি লৈতে, য়ুম কুপ্পবা ই লৈতে। মদু কয়াদা।...

শরৎনা অমুক মথা তাথবা ওয়মদে, মাগী মিৎলু নাপোম অনীদগী পী অর-র শিন্থরকই।

য়সিন্নি ঐগী শরৎচন্দ্র।

শরৎচন্দ্র অসিবু ঐনা সুংশি। ভক্তি তৌজে।

শরৎচন্দ্র অসিবু ওসি ঐনা থাগৎচরি।....

# শরৎ-দা

রাধারাণী দেবী

থরানগী তারিখ ৩১ নি। লমদম অসিগী খ্বাইদগী অতোনবা কাওবগী মীয়াম্না নুংশিনরবা শরৎচন্দ্র পোকখি। লেখক্না মশাগী অহানবা ইবা সাহিত্য কোঙদোক্নুনা খোঞ্জেল থোক্নুনা হায়খিরঙুম্মী. 'ঐ লাক্লে, লেপ্লরে, জয় তৌরয়ে'। মায়কৈ মরীদা কাহেম্না চঙক্লহন্দুনা মহাক সাহিত্যক্ষেত্রদা খোঙদারখি।

বাংলাদেশ বাসীগী থোইদোকপা মঙংগী রাখল্লোন অদুগা থোইদোকপা মঙংদা শেমগৎপা চরিত্রগী মতেংনা মতম লৈবা খিবিক্তা মীওইবগী থম্মোয়গী মখল মখলগী রাখল্লোনশিং চিংনবা লৈতনা অথিংবা লৈতবা মঙংদা লাম্হোরকই। মচুগী মরু ছুনকমদি থম্মোয় নুংনি,—গুপ্তগী মপালখোঙগী নত্তে। থোপ্লা লেখক্না মতেং পাংবখক্তনি। ঙসিগী থোপ্তা য়ুক্ষম ওইবা য়াম্না লংবা সাহিত্যগী মতম অসিদসু মচুমক্না শরৎচন্দ্রবু মীয়াম্না কাউবা ঙম্নদ্রিবনি। কাউথোকপসু লুই। মরমদি থম্মোয় নুংগী ঈথিনবু য়ারুদবা ওইথোকপা নত্তে।

শরৎচন্দ্রগী মপোক নুমিৎতা শরৎচন্দ্রগী রামক তমজগে। মাগী সাহিত্যদি ঐখোয়গী য়ুমথোঙ য়ুমথোঙদা লৈনরি তরাম্নসু ওইসনু অদুগা থোওইদনসু ওইসনু। সাহিত্য নৈনবদি অখণ্ড-অহৈশিংনা নৈনজসনু, মমল লেপচসনু। থম্মোয় পানবা মীশক অদু সংসারদগী মাংগ্রে,—মতম থরগী মমাং কাওবা ঐখোয়গী ইরক্তা ঐখোয়মক্তী মতৌঙুম হিংজুনা লৈরম্মী।

শরৎচন্দ্রবু মশক খঙহৌবা মীশক হৌজিকসু বাংলাদেশতা য়াম্না লৈরি। মতম থরগী মতুংদদি কনাসু লৈরোই। মাইকেল মধুসুদনবু নত্রগা বঙ্কিমচন্দ্রবু খঙচৌ-উহৌবা কনাসু লৈত্রবঙুম্মা। মতমগী ঈচেলনা মাগী অকক্নবা নিয়মদা সংসারদা খোঙদারম্বা মীগী থুদম য়ুৎথৎখি।

মতুমক্তী মমুংদা মীওইবগী মতিক-মগুণদা খরমখৈ ঈকাই-খুম্নবা মখোয় অছুদং খনগৎতুনা থমহৌই। মখোয়হুগী মতিক-মগুণগী থুদম খরা খরা মতম মতমহুগী মীওইশিংনা খোমজিল্লগা খনগৎতুনা খনস্খী তুংদা .চীরকপা মীওইশিংগীদমক। খোমজিনবা অতদা অশোয়-অণ্ডাম য়াওহন্দবা তণ্ডায়ফদে।

মতম কুইনগী মমাংদগী মীশক কয়ানা ঐঙোন্দা শবৎচন্দ্রগী মরিদা ইননবা তাকপিরকখি। ঐ ইবা ঙম্মদে। ইবা ঙমদগী মরমদি—ঐনা খল্লি, কনাগুম্ববু নুংশিজবনা থুমহৎতুনা অমদি শ্রদ্ধাদা লুপতুনা লৈরবদি মহাক অহুগী মরিদা মতামত ফোঙদোকউনবগী অধিকার হইহে, তশেংনা মসিনা পম্থিং ওইরবনা ইবা ঙমদবা ওইবা য়াই। য়াম্না নুংশিজবা মীশক্তী মরিদা রা ঙাংবন্দনা কমহৌনি। ইশানা খঙজদনা থম্মোয় শুমহৎখিহুনা মচু শংজিনখিবা য়াই। অহুনা র ঙাংব মী ওইদনা অতাবা অমা ওইনা হিংলিবনি।

শবৎচন্দ্রদি য়াম্না চয়া হিংলম্বা মীনি। মপালখোঙদা পুন্সি-খোঙ-চৎতা, রারী শানবদা, লোনচৎতা— অহুক হাক্লা চম্বনা অয়াম্বা মতমদা অয়াম্ব মীনা শরৎচন্দ্রবু উবদা অফাওবা লেখক অমনি হায়বদা নিংবা কায়রম্বা য়াই। লৌথুপ-লোকোই য়াওদবা য়াম্না সাদাসিদা ওইবা খুঙংগী মীনি। খুঙংগী অশং-অমেং চেল্লি মাগী থম্মোয়দা, রারী শানবদা লোন-চৎতা কদায়দসু করিগুম্বা অপাম-মীহৌগী মচু মরিক অমতা শংদে। মঙোন্দা খবমখৈ চাওখোকচবা চেল্লম্বা য়াই খুঙংগী ওইবদা, কাগী পুবগী মতাংদা। হীরম অসিদা মঙোন্দা রাকৎলুরবা নত্রগা মহাকপু চেকশিল-হল্লুবা পায়রবদি খোইদোক্লাহুম মশাবু নুংগী ওইবা ইন্দ্রিয়বু থৌশাদবা কাগী চেনবা মীশক্লি হায়রবা প্রমাণ মথং মথং উৎলকই। মহুদা ঐখোয়না হায়,—অহু ওইরবদি কদায়, কদায়দসু, করিগুম্বদসু অহুগুম্বা ইন্দ্রিয়বু থৌশাদবা কাগী উবা ফংদেনা।

মহাক্লা নোক্লুনা হায়রম্মী,—কলমগা চিনগদি অমতা নত্তে বাপু। কলমগী ঈ তোংশা লৈত্রা। লৈদা য়াম্না ঈংবা নত্রগা য়াম্না শাবনা খেংবদা শং তিংখোরকই, মোরোক শাবা কাওই, অথুম্বদা শুমচৎলি;

কলমদি মশক মঙং হোংবা লৈতে অতুনা কলম থক্তনি ভদ্রলোক্তি— লৈদি ভদ্রলোক নত্তে।

মতাক্না হায়রম্মী,—কলম্না ইবদি থল্ল-থোৎলগা হিসাব তৌনা চাং ওন্দুনা ইবমি। অয়াম্বা থয়া হন্দোয়িংলবস্তু মখোয়ি চপ্তুনা কাত্তিন্দুনা থম্বা য়াই। মাগী ঙাংবগী মকমদি ইথা থাজিনবা শুমাংদনি। লৈগী অচিকপা লমহাংদি থাজিন্দবা অহাংবনি। ঙাংনিংবা ঙাংখোকখিবগা পাইথোকখিছুনা কদায়দস্তু থুদম কাওবা লৈতৌদে। কয়াদা থুদোং-চাগ্রবনো হায়মুদনা তাসি! মরম অসিনা শাস্ত্রদা ইরি—'শতং বদ মা লিখ'।

শরৎচন্দ্রগী মুংগী প্রকৃতিদি য়াম্না থুপ্না লৈ। করিগুম্বা অরাবা অমগী মিৎকুপ্তা নত্রগা লৈত-লাইরা থন্নবদা মহু থঙব ওয়ী। মহাক মশাগী মরমদা নত্রগা মশাগী সাহিত্যগী মরিদা মশানা থক নৈনদে। অতুবু অতোপ্পগী মকমদগী তাবদি য়াম্না পামজরম্মী। অঙাংগী মতৌগুম মায়থোং লংনা তোরবিংনা হয়াও তয়াম্না মশাগী থুৎইবু থাগৎতুনা নৈনবা মপূক্লিং য়াম্না চংনা তারম্মী। মপূক্লিং চংবা অহু উবদা মঙোন্দা করেম্নহুনা হায়খি,— মতৌ অস্তুম্না ঙকচানবা মায়থোংদা মুংঙাইবদা তাওনা অদোম্না অচৌ অচৌবা ওঝাশিংগী মমাংদা ইশাগী থুৎইগী মরমদা মখোয়না থাগৎপা তাবদা শুমহৎতুনা লৈবি, অদোম্না অকাওবা ওইবা য়াম্না পামজবা, থাগৎপিনবা লৈজদবা ওইনা মখোয়না থনখিবা য়াই।

পাউখুমদা হোৌনা নোক্লগা হায়রকই,— পণ্ডিত ওইবা গুণগী রস করিগুম্বা মুর্খ ওইবা অইবদগী পণ্ডিতশিংনা চিংথোরক্রবদবু ওক্রোইজনে? খন্দুনা য়েংউ, নোংমাইজিংদা স্কুল লেথোকপ। অঙাংগী রাথল্লোনবু চিন্তাবু রারেং-শৈরেংবু হৌজিক অচৌ অচৌবা পণ্ডিতশিংনা রাংল-রাংলবা চীংজাও কয়া ওইহল্লি। ঐখোয়মক মখোয়গী বিদ্যা-চীংজাওগী মায়কৈদা ঙক থাঙৎতুনা য়েংবা হোৎনবদা ঙক্লি নাতঞ্জরিবনি। মখোয়না থাগৎলকপদা হয়াওরোইদ্রা?

মতৌ অস্তুম্না তৌই মাগী রায়ী-রাতাইগী মওং।

শরৎচন্দ্রগী মুংগী অথোৎপদি মমা ওইবীগী থম্মোয়গী মতৌগুম তাৎ চেন্দে অমস্তুং মপাল নাইদে। তশেংনমক অম্তুম্না থোৎনা মমতা চেল্লবা

থম্মোয়দি ভাইবংপান্দা ভাংনা উবা কংই। অদুবু মতুঙ্গী মঙ্গংদা লেঙদনা অচেৎপা অমস্থু লৈ। মকম অদুদা মহাকপু মঙক নোলকনবা ওমদে। মরৈবাকপু মথয়ায়দগী হেন্না নুংশিজরম্মী। মরৈবাকীদমক মমতাদা ককণ্ডাওনরবী সহায় লৈত্রবী মমাগী মতৌগুম্না ওন-থোইরম্মী মরৈবাকী দশা উবদা। কুসংস্কার, লাটরিক হৈতবা, কুশিক্ষা, লাইরবা, তুহংপিবা অসিগী মত্তাংদা মহাক লৈতাকম খঙলমদে অমস্তুং ওমথৈ নাইদনা মৈশা লাংলম্মী। লৈবাকী মীয়াম্বু মুন্না খঙলম্মী, মথোয়গী মায়কৈ মরীদা কোক্তশিল্লিবা অশোনবশিংছু য়াম্না মুন্না খঙলম্মী। অশোনবছুবু মহাক্না থম্মোয় শোক্না য়ানিংলমদে,অদুবু য়েংথিবমদে, তুকচ্চরমদে। থোইদোক্লদুম সহায় লৈত্রবা মীনুংশি অমা কাওবম্মী। মসি মাগী সাহিত্যদগী মথল মথলগী চবিত্রগী মমুংদা হন্না হন্না কোঙদোক্লম্মী। নুপীশিংগী মকমদা লৈবা শ্রদ্ধা পোকদগী লোয়নরপগুম্মী। শ্রদ্ধা অসিনা মহাক মশাগী পুন্সিগী অঙাং ওইরিঙৈ পুংকক চাওরিঙৈ অমস্তুং পাথং ওইবগী মতম লাম্মোরকখি। নুপীশিংগী অশোনবগী মরিদস্থু কুপশিন্ন খঙলম্মী। মকম অদুদা মঙোন্দা চৈথেং কংবদি কল্লি, অদুম ওইনমক মনা-মনিল নাই-রমদে। নুপাগী চবিত্রগী অশোনবছু কোঙনা থোঙ্গেল শেংনা য়ানিংদবা উৎলম্মী, নুপীশিংগী মতাংদদি মছু ইঙ্গিতনা উৎলম্মী। মাগী সাহিত্যদা মসি উবা কংই।

শরৎচন্দ্রগী পুন্সিদা মৈচাক চেনবা রারোবা অমা লৈরম্মী।

মৈচাক অসি নক্ষ্রগা রারোবা অসি মহাক মশা মথন্দগী ওইরম্মী। মকম অদুদা মহাক্না করিগুম্বদস্থু কনাবুস্থ চংতনখিদে, শরুক য়াহনবা পামখিদে। মশাগী পুন্সিগী এক্সপবিংেন্সন ভানশিংখিবা মৈচাক অসিমক্না মাগী সাহিত্যনা মীওইবগী থম্মোয় শোকহনা ওম্লিবনি হায়বসি মহাক্না থাজরম্মী। মহাক্না মশাগী পুন্সিগী মায়কৈ কয়াদা নিংব কায়বা নংলকখি-রমজ্রবদি নুং য়োনা হকচিম্না থম্মোয় শোকপা সাহিত্য অসি ঐখোয়না কংজরম্মোইদবনি।

শরৎচন্দ্র পোকখিবসি ঐখোয়গী লৈবাক্তা অমাং-অতা লৈতনা শতাব্দীদগী শতাব্দী শাম্না লেঙদনা লৈহনবিসম্ব হায়বসিমক প্রার্থনা তৌজরি।

# শরৎ নিংশিং-মথি

ফিলদার

কথাশিল্পীবু সাহিত্যকাবশিংনা নিংশিংবদি সনাদা মুক্তা থিনবনি। শরৎচন্দ্রগা য়াম্ন' নকশিন্নখিবা তোৎন-ভীন্নখিবা মথোয় কয়াগী রাকম ঐ মতাং অসিনা তমজগে।

শরৎচন্দ্রগী মামা সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গা শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস ইবগী থুংই মওংগী রা পন্নবগী মতাংদা শরৎচন্দ্রনা নোক্তুনা তম্নকই,—নহাকপু মনিংলোমদগী হনগৎতুনা চরিত্রহীন ইরিব্রা হংলকই।

—নহাক্না করি হায়না থুংবিগে? মতুবু য়াগত্র'?

—অতুবু অরোইবগী চেনা অহুম-মরী ইথোক্তুনা থমখি। রা অসি তাবদা মহাক ওক্লম্মী, হায়রকই. হায়রিবতু করিনো শরৎ?

—রাকম অতু করিনো শেংনা তম্মু।

—চরিত্রহীন মথং মথং ইথবদা থক-খা ওনবা কয়া থোকপা য়াই। অহুম ওইনমক ইবা মতাংদদি ঐগী memory য়াম্না strong ওই …ইশানা ইবগী মতমদদি ঐনা খাতা কয়া রাখলদা ইথোক্তুন থম্বা ওম্মী, মতুশিংতু ইথোকপা মতমদা ওরো-রো চেম্নরকই. থকখিবা লৈতে।

বঙ্গাব্দ ১৩৫৬ তা 'মাসিক পত্র' দা হীরেন্দ্রনাথ বন্দোপাধ্যায়না 'শরৎচন্দ্রের রসালাপ' কী মতাংদা নৈনবা অমা চথরম্মী, মহাক্না হায়বম্মী, ড্রোইংরুমদা ইজি-চেয়ারদা হিপতুনা হিদাক থক্লম্মী. চংশিন্দুনা থুকম্মুবদা হায়রকই,— চংলকউ, ওরাং রবীন্দ্রনাথকী মনাক্তা চৎলুই।

খওনিংবনা থোইদোক্না পুক্নিং চরাংনরম্মী, কবিগা মহাক। উনবগী মরম তানিংবনা। শরৎবাবুনা মীনাইগী মমিং পন্দুনা কৌরম্মী অমসুং মীনাই চংলক্লবদা হায়রম্মী,—চৎলো হীরেনগী চা লোল্লবউ হায়রুচো। ঐগীসু খিত্তা য়াওরকউ হায়য়ু।

মীনাই চৎখিবগা মহাক্না কাগী তৌহুনা হায়রম্মী,— য়ুমদা চা কপ অমদগী হেন্না থকে হায়বদা পীথক্কে। নথোয় লাক্লবদি মতৌ অম্নয়া

ঐগী শরুকন্থু তাল্লি। হায়রগা মহাক্না মপুংফানা তোপ্তোপ্না রাগী চথরকই।

শরৎবাবুগী পোৎশক অমা অয়াম্বদা উরম্মী, করিগুম্বা চিন্তা তৌনিং-ঙাই রাকম অমা হৌদোক্লুনা তারিবশিংবু মপুক্লিং লাংতক্লহনবগা মহাক্না রাকম অদু শৎ তোকখোক্লুনা অতোপ্প মরি লৈনদবা রাকম হেক্তা হৌদোরকই। ঐস্থু থাদোক্কনবা মীশক নত্তে। মমৈথংদা রবীন্দ্র-নাথকী রাকমদুদা তাথরক্লুনা হায়রকখি মহুদি, কবি চন্দণনগরগী গঙ্গা রাংমরোমদা বোটে ( পুন্দুনা থম্বা হিদা শাবা য়ুম )দা লৈরম্মী। হরেন ঘোষনা ঙরাং লাক্লুনা মাবু কবিগী মনাক্তা পুরুই।

শরৎবাবুনা হায়রকই,—কবিগী মনাক্তা পুং অনী লৈরুই। কবিনা পুংথায় থুদিংমকী চা, অচাপোৎ পীজ-পীথকপগী মমিংদা ঐবু অনিলচন্দ্রগী কাদা থাজিল্লি। ঐ চা তোইনা থকল্লি হায়বা কবিনা তাপ্রমাল্লে।

শরৎচন্দ্র কাহেল্লা মৈথু শিজিন্নৈ অমসুং য়াম্না তোইনা হিদাক থকই। রবীন্দ্রনাথনা রাকম অসি খঙলম্মী।

শরৎচন্দ্রনা রবীন্দ্রনাথকী মকমদা শ্রদ্ধা লৈবনা মাগী মাংদা মৈথু শিজিন্নরমদে। অদুনা রবীন্দ্রনাথনা শরৎচন্দ্রদা মৈথু শিজিন্নবগী থুদোং-চাবা কংহন্নবগীদমক পুথায় থুদিংগী চা, অচাপোৎ, অদু-অদা হায়হনা মাগী সেক্রেটরীগী কাদা শরৎচন্দ্রবু থাজিল্লম্মী।

রাগী রাপাদা শরৎচন্দ্রবু নিংজবা অতোপ্প: অমনা হায়রম্মী,—শরৎদা, কবিনা রারৌরিবদু উবিরেদনা? কবিনা দাদাদগী লৈথোকপা য়াননবা রারৌবদু উৎলক্লিব্রা নিংই।

শ্রীগোপালচন্দ্র রায়না 'রবীন্দ্রনাথ অমসুং শরৎচন্দ্র' লাইরিক্তা রবীন্দ্রনাথকী মতাং পল্লহুনা 'শরৎচন্দ্রগী কাগী' কৌবা লৈনবা অমা ইরম্মী—

... রবীন্দ্রনাথনা ঐগী মাংননবা করি তৌরবগে হায়য়ু? ঐনা মাগী মাংহনখিবদুগা চাংদম্নরুরবদি মহুদি করিস্থু নত্তে।

শরৎচন্দ্রগী রা অসিদা লৈরিবা মী পুন্নমক ঙক্লম্মী।

অমনা হায়রম্মী,— শরৎদা, গুরুদেবগী ম্যংননবা তৌরব্রা?

—হোয় তৌগ্রে।

—মাংননবা করি তৌগ্রবগে হায়রিয়ু?

—মহু তারগা নখোয়দা করি কান্নগদগে?

—অহুম ওইনমক তানিংই।

মতম অহুদা শরৎচন্দ্রনা হায়রম্মী,— মাংনবা করি তৌগ্রবগে হায়রবা তানিংব্রা? রবীন্দ্রনাথকা গিরিজা বোসকা শক খঙনহনগ্রে।

—মহুদা রবীন্দ্রনাথকী মাংজগদৌরিবদি করিগীনো?

—মাংজরোইদ্রনে? নখোয়না মহু খঙগদ্রা? মাংজগদৌরিবা মহাক্নদি খঙজরক্কনি।

অহুগী তুংদা শরৎচন্দ্রনা অমুক্তা হেন্না শককম হজিন্দুনা হায়রম্মী,— খঙইদনা গিরিজাহু কয়াগী মতিক রারী শাবা পাম্বগে হায়রবা। মহুগী মথক্তা কবিতা ইবগী লায়না চেল্লি। রবীন্দ্রনাথমক্তা শকখঙনগ্রে, অহিং-নুংথিল অনীমক্তা মহাক্তি রবীন্দ্রনাথকী মনাক্তা চৎকদৌরিবনি। অহুগা রবীন্দ্রনাথকী স্বভাবসু খঙইদনা। মশাগী খুদোংচাদবা কনা লৈহুনসু কনাগী চিন্থক্তা রা অমা হায়হুনা বিদায় তৌবা ঙমজদে, অহুনা গিরিজা হৌজিক্তগীদি রবীন্দ্রনাথকী মনাক্তা তোইনা চৎলগনি, মহুগী কল্লনা রবীন্দ্রনাথনা অমুক হন্না লাইন অমা কাওবা ইবা ঙম্রোই।

শরৎচন্দ্রনা মথুৎ-মশা চৎতুনা 'অমুক হন্না লাইন অমা কাওবা ইবা ঙম্রোই' হায়রকপা মওং-মতৌহুদা তীল্লিবা মী পুন্নমক থিক থিক নোক্লম্মী।

শরৎচন্দ্রগী য়ুমগী সভা অহুগী ড্রোইংরুমগী রারী খঙদবা কনা লৈবগে?

ঐ রারী অনীথক তমগে। রারী অনীহু নোল্লক্লিংঙাই ওইরবা নোঙ্গাগ্রবা মণিলাল বন্দ্যোপাধ্যায়গী মফমদগী ঐনা তাখিবনি।

অমুক্তি শরৎচন্দ্রবু করিনো সভা অমদা সভাপতি ওইহন্নবগীদমক কলেজগী মুপামচাশিং লাক্লম্মী। শরৎচন্দ্রবু পুহুনসু চৎখি।

সভা অহুদা শরৎচন্দ্রদা ঈশৈ তাহন্নবগীদমক ঈশৈ-শকপা মী থোরাং তৌরম্মী।

মখোয়হুগী মরক্তা খোঞ্জেল য়াংনা শকপা শৈশকপা অমা য়াওরম্মী। ঈশৈ হৌরমদায় মিংকুপ্তা শরৎনা কাগী ভৌদুনা হায়রম্মী,—ভাইখো বাপু, ঈশৈ শকপদি হৈরমগনি, অদুবু লোইশিনবদি হৈত্রা ?

শরৎচন্দ্রগী য়া অসি তাবদা ময়াম হৌদুনা নোক্লম্মী। শরৎচন্দ্রনা হায়রম্মী,—ঐগী মতম অমুক লৈত্রে। অদুনা ঈশৈদু কোম্না শকহৌরো।

অসি হায়রগা শরৎবাবুনা খোঞ্জেল লুম্না হায়রম্মী,—মঙ্গুংদা গিরিজা বসু কম্নি— মানা ঐবু করি তৌগদৌরিবনো কনানা খঙগনি—

অমুক্লা শরৎচন্দ্রবু মাবু নিংজবা কয়ামকম্না খোঙউপকী দুকান অমদা পুরম্মী। শরৎচন্দ্রনা হায়রম্মী,— চৎসি চিনা বাজারদা, মখোয়গী খোঙউপ্প্রি কনস্থু কল্লি, খাংস্থু খাংই।

মদু তাবদা নুপা অমনা হায়রম্মী,— হায়রিবদু করিনো দাদা ? অদুক নিংথিজবশিংদু থাদোক্লমদুনা—

উপায় লৈতদুনা শরৎচন্দ্রস্থু চৎপদা তাখি। অপাম্বা খোঙউপ অমা খল্লগা মমল হংলম্মী। দুকান্দার অদুনা অহানবদা হায়রকপা মমল অদুদগী মমৈথংদা য়াম্ন হস্থনা হায়রম্মী।

শরৎচন্দ্রনা হায়রম্মী,— নত্তে ! মকম অসিদগী লৈবা য়াজে।

—করিগীনো দাদা ? পাম্বীত্রব্রা ?

—পাম্মী। অদুবু হাম্না হায়দোকপ্রব মমল অদুদগী তাথরব্রিবা করিগীনো ? থারি 'অরেপ্পা মমল'। অদুগা তাথনা হায়রি।

উপায় লৈত্রদুনা চীনা বাজারগী দুকান অমগা লাক্লগা মমল হন্দোক-হন্জিন য়াম্না তৌনরবদস্থু পৈসা অমা কাওবা তাও হায়বা য়ারমদে, মমল অদুমক পীবা তারম্মী।

শরৎচন্দ্রনা দুকান্দগী থোয়ক্লবা মতুংদা হায়রম্মী,— উরেদনা ? মখোয়দি হায়দোকপ্রবা য়া হোংদে, অদুগা ঐখোয়গীদি—

অসি হায়রগা শরৎচন্দ্রনা মপূক্লিং পেম্না নোক্লম্মী।

# বাংলা সাহিত্যদা কথাশিল্পী

গোপাল ভৌমিক

বাংলা সাহিত্যদা ঔপন্যাসিক শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী ফিভমদি অয়াম্বনা ফুঙ্গা রারীগী যাত্রুগর নেক্স ক্রিশ্চিয়ান এণ্ডরসনগী রারীগী নিংথৌমচ গী মতৌগুম্বী। পুন্সিদা অপনবা খুদেংথীবা অমসুং অরা-অনা কয়া লাস্তোকতুনা নিংখৌমচানা খোইদাজরকখিবা রাজকন্যাবু ফংখিবা মতৌ অদুগুম্বা শরৎচন্দ্রসু শক লোৎতুনা মশাগী পুন্সিদা অরাব-খুদোংথীবা কয়া মায়োক্নরক্লগা মীযাই চল্লকপদা বাংলা সাহিত্য কম্প্যাক্তা খোঙদায়কপগা অতিং লেপ্পনা সাহিত্য সরস্বতীগী বরমাল্য হুকখি। মতৌ অসুম্না মায় পাকপগী খুদম বাংলা সাহিত্যদা তাংনা থোকই। শরৎচন্দ্রগী মমাংগী অমদি মহাক্কী মতমগী বাংলা সাহিত্যগী নিংশিংনিংঙাই ওইবা মীশকশিং হায়বদি মাইকেল মধুসুদন দত্ত, বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় অমসুং রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর— মখোয় পুম্নমক নুংঙাই-য়াইকবা ইমুংগী মচানি অমসুং পুন্সিগী অতোপ অতোপ্পা হীরম কয়াদসু মচিন কয়া লোংবা মতিক-ময়াই লৈরকখি। সাহিত্য-কম্পাক্তা খোঙদারক্লিবৈগী মমাংদা সমাজদা অদুগুম্বা মওংগী করিগুম্বা মতিক-মগুণ অমতা হান্নদি শরৎচন্দ্রগী শুপ্নে লৈখিদে, থোইদোক্লদুম পুন্সিদা শেল লৈতবগী অকনবা মৈশাদ ছাত্র-জীবন মপুং ফাদনা পুন্সিগী খাংভমদবা চৈথেংদা অচম্বা কেরানীগী থবক তৌদুনা থাপ্লবা ব্রহ্মদেশতা চৎপা তাখিবনি। বাংলা সাহিত্যদা শরৎচন্দ্রনা খোঙদারকপা মতম অদুদা রবীন্দ্রদি মতিক-মগুণগী মঙালদা মায়কৈ থুংনা ঙানথ্রবনি। পুন্সিবু কোইশিল্লিবা লমথুংকম লৈতবগী পল মমথেক্নুনা রবীন্দ্রগী যুগতা ইথঙ খঙচৌদনা শরৎচন্দ্র ফুৎ কাওগৎলকপা অমসুং চাওরাক্লা মহুগা লোয়ন-লোয়ননা মতিক-ময়াইগী মতোন য়ৌনা কাখৎলকখিবা অদু বাংলা সাহিত্যগী ওইথোক্তবা ফংবা থৌদোক অমনি। মীরৈবাক্তা নত্রবসু ইরৈবাক্তা ঔপন্যাসিক অমা ওইনা শরৎচন্দ্রবু মীনা

পাম্নরকপনা ঔপন্যাসিক রবীন্দ্রনাথপু পাম্নরম্বা অদু কাওব খঞ্জিনখি। মদু ওইরবস্মু রবীন্দ্রগী মতিক-মঙালগুম্বগা শরৎকা মতিক-মঙালগা চাংদম্নক্রবমক্তি য়াদে। বাংলা সাহিত্যগী মুক্ষমদা রবীন্দ্রনাথতি সব্যসাচীনি— ঐখোয়গী সাহিত্যদা মাগী মতিক-ময়াইগী যাহুগী চৈনা শোক্তনা লংখৎতল্লমদবা অদুগুম্বা মায়কৈ অমতা লৈতে। অতোপ্পা মায়কৈ অমদা য়েংলবদি শরৎচন্দ্রগী মতিক-ময়াইদি মাচন অমতনি— মদু ঙমখৈ নাই ঐখোয়গী রারেং সাহিত্য মনুংদা, মাগী মতিক-ময়াই শন্দোকপগী এরিয়া পিকচরবস্মু মহাক্না লৈশেন্নবা জগৎতদি মহাকী লম্বা লৈতে হায়বা য়াই।

বাংলাগী রারেং সাহিত্যদা শরৎচন্দ্রগী দান চাং ওনবগী মতাংদা মহাক হিংলিঙৈদা য়েৎনবা লোইবা ঙমখিদবগুম ঙসিস্মু য়েৎনবা অদু লোইশিন্দ্রি। শরৎচন্দ্রগী মতাংদা য়েৎনবা অসিদগী প্রমাণ অসিদি ফংলে, বাংলা সাহিত্যদ' মাগী দান অদুদা ঙমখৈ নাইদবা লৈ, তোংঙানবা খবমখৈ লৈ। মহাক্না করিগুম্বা থাইনদগী চৎনবক্লিবা ঈচেল মতুংইন্না চেস্থরম্বা থোক্লবদি মহাকী মতাংদা অস্মুক হাক্না য়েৎনবগী ঈথক হৌরম-লোইদবনি। অদুম ওইনমক মহাকী মতাংদা হৌখিবা চহী য়াঙ্খৈ অসিদা য়েৎনবগী শক্লোন য়াম্ন' হোংলক্লে। মহাক্না ইবা হৌগৎলকপা অহানবা পুন্সিদা কজদনা খন্ন-নৈনবা মায়োক্লখিবা পূম্নমক অদু মকওইনা মাগী রাখল্লোনগী মতাংদনি। খন্ন-নৈনবদু মকওইনা সমাজ ঙাক শেল্লিবা মায়কৈদগীনি, মখোয়গী রাখল্লোন্দা মাগী সাহিত্যদি অচেৎপনি অমস্মুং লৈবাকী নহাবোলবু সমাজগী চৎনবী থুগায়হন্নবা অচৌবা মচাক অমা ওইহল্লি হায়বসিনি। হায়দুনা কান্নদে, শরৎচন্দ্রনা শেম্নম্বা নুপীগী চরিত্র— অচলা, কিরণময়ী, সাবিত্রী, চন্দ্রমুখী অসিনচিংবসিনি মখোয়গী রাকৎকী মরু ওইবা মরম ওইরিবসি। ঐখোয়গী সমাজদা নুপীগী মরিদা সতীত্বগী চৎনরক্লিবা মহুদগী নারীত্বনা য়াম্না হেন্না রাংই, য়েক্লম্নিবা চরিত্রশিংগী থুখাংদা শরৎচন্দ্রনা রাকম অসিমক চপ চানা ঙাকপা পাম্নম্মী। অদুবু চৎনবক্লিব সামাজিক মতবাদতা চৈথেং পীকবনা মহুদা কাহেন্না চুশিন্নদনা উহল্লি, মরম অদুনা সমাজগী চৎনবী থুগায়বদা মায়কৈ অমগী সমর্থন

কংবগুম্ন চংনবী ওক্রিবা মায়কৈদগী য়ানিংদবা মহাক্কা থাংবা তাখি। অদুম ওইনমক অপনবা অসি নমহৎতুনা হৌগৎলকপদস্থু মঙোন্দা থিম্বনা খোকখিদে। করিগীনো হায়রবদ্ যুগ ওল্লকপগী মতুংইন্না অচুম্বা পাম্বা সাহিত্যকার শরৎচন্দ্রগী রাখল্লোন্দুবু সামাজিক্তা অয়াবা কংলকই অমস্থুং মচু য়ানিংদবশিংগী খোঞ্জেল চুপ লুপত্রে।

শরৎচন্দ্র কথা সাহিত্যকার ওইবনা মাগী রারী অমস্থুং উপন্যাস হিংহন্নবগী মরুদি মীনি। মী অদুদি তোখায় তোখায় তাননা পুন্সি লেল্লিবা ঐখোয় অমস্থুং কাংলুপ কাংলুপ নাইনা পুন্সি লেল্লিবা আদিবাসী পুন্নমক অসিনি। মদুগী মহেনা ঐখোয়গী সমাজগী বেকগ্রাউণ্ডদা মথল-মথা কয়াগী মওংদা মহাক্কী সাহিত্য শেম্নকখিবনি। অদুগা মহাক্কি মরু ওইনা অচুম্বা ধর্ম্ম চৎপা লেখক ওইরবস্থু গুপ্তগী মঙাল উৎপিরম্বখক্তা নত্তে, মরম অদুনা তোখায় তানদনা অমদি পুন্না হিংমিন্নন-বগী মরমদা মহাক্কী ধ্যান রাখল্লোন মাগী রারী অমদি উপন্যাসকী খুথাংদা ফোঙদোক্লম্মী। মহাক মশাগী পামজবা অমদি রাখল্লোনগা চৎনরিবা খুন্নাইগী অপাম্বা অমদি রাখল্লোনগা চানদে—সংস্কার অমদি চৎনবী নীতি-নিয়ম কয়াবু মঙোন্দা কাওরক্লিবা রাখল্লোন্না পম্থিং ওইখিদুনা অইবগী থম্মোয়দা য়ানিংলুবা ওন্নমদে। অদুনা মহাক্কা মহুদা কন্না মখুৎ থাদুনা চৈথেং পীরম্মী। সমাজগী ওইনা লেঙদবা য়ুম্ফম লৈ হায়না লৌরিবা মীওইশিংনা অনৌবা রাখল্লোন খুদিংমকপু চিংনবগী মিৎয়েংনা য়েংই অমস্থুং মায়োক্তা লেপ্লি। শরৎচন্দ্রগী মতাংদস্থু সমাজগী চুক্লি পায়রবশিংনা মতৌ অদুম্না মায়োক্তা পল শানা লেপ্লম্মী, অদুবু খোল্লিবা পল অদু কাঁচা ওইবনা মতম শাংখিদে।

শরৎচন্দ্র নোঙ্গাগ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা মহাক্কী মতাংদা অতোপ্পা মওংগী থন্ন-নৈনবা অমা চথখি। অদুগুম্বা থন্ন-নৈনবা অদুদা পণ্ডিত কাংলুপকী মীওই কয়া শরুক য়াবা ঐখোয়না উথি। অসিগুম্বা মখলগী সমালোচকশিংগী মরু ওইবা ভাষণদি অসিনি, অপাবশিংগী মকমদা শরৎ-সাহিত্যবু পান্নবা খোক্রবস্থু মতমগী বিচারদা সাহিত্য অসি মতম শাংনা চৎকনি হায়নিংঙাই লৈতে। মসিবু শৌগৎলিবা অদুগী য়ুম্ফম

মখোয়না উৎলিবা পূম্নমক অদু চাওরাক্না মথাগী অসিগুম্মী—(১) শরৎ-সাহিত্যদি শক্তোকপনা ধর্ম্ম ওই, (২) শরৎ-সাহিত্যদা বুদ্ধি শিজিন্নবদগী হেন্না থম্মোয়গী ওইবা ঈথক্না রাংনা লোই, (৩) শরৎ-সাহিত্যদা ভাইহাক ভাইচাক্নী ওইবা সমাজগী থৌশিন অমদি থৌদোক-রাথে খী প্রভাবতবু থোইদোক্না ময়েক শেংনা উৎলি। অসিগুম্বা রাকৎপু কণ্ঠিগুম্ব-দসু অদুবনি হায়না লৌরুদে, মদু ওইববসু মতমগী য়াওলদা শরৎ-সাহিত্য তশেংনা মাংখিগনি হায়বা অসিগুম্বা রাদি থৌ পোংনা হায়রুবা ঙমদে। ঐখোয়গী সমাজগী ওইরক্লিবা কিন্তম অসিগা শরৎচন্দ্রনা খোঙদারখিবা অদুগগী চৈরক অদুদা মদুগী য়াওল কয়া লাকপ্রে। সামাজিক সমস্যা পূম্নমক অদু শরৎচন্দ্রগী রারীদা উপন্যাসতা ঙাল্লখি, মদুশিংদুগী অয়াম্বা শরুক ভসি লৈতবা য়াই। মদুনি হায়দুনা শরৎ-সাহিত্যবু চৈরকসিদা পাঠক-পাঠিকাশিংগী মফমদা লায়গুং ওনথ্রব্রা? শরৎচন্দ্রবু তশেংনা মীয়াম্না চাল্লিবা অসিনদি মদু তায়দে। হৌজিকসু লাইরিক মথল কয়া অসুক হাক্না শিংলিবনিনা হিংলিবা অরাংবা ৭/৮ খী ঔপন্যাসিকশিংনা কল্লক্লিংঙাই মচাক ওইরি।

লাক্লিবা চহী য়াঙ্খ্রে নত্রগা চাম্মগী মতুংদা শরৎ-সাহিত্যগী ফিভম করি ওইরগদগে হায়বা সমালোচক পণ্ডিতশিংনা হায়বা ঙমদবগুম ঐসু হায়বা ঙমদে। অদুম ওইনমক ঐনা থাজৈ, নুমিৎ অদুদা মাগী রারীদা উপন্যাসতা উৎলিবা ফিভম অদ্রগা কাহেন্না তায়োন্নরবসু শরৎ-সাহিত্যবু ইম্থোক্নুনা থম্নোই, মদুগী মবমদি প্রাণধর্ম্মদা সাহিত্যনা রাংখৎলক্লিবা প্রাণধর্ম্ম অদুদা সাহিত্য সৃষ্টি লংখৎকনি অমসুং মাগী রাকৎ যুগ যুগ থুদিংদা লেঙদনা লৈরগনি। মওং অমদা হায়রবদা রারী অমদি উপন্যাস ইবসি মতম মতম অদুগী পন্দুংদনি। মতম মতম অদুদা থোক্লিবা থৌদোক-রাথোকা মরি লৈনবা রারী অমদি উপন্যাস ইদবা অদুগুম্বা রারেং-সাহিত্যার য়াম্না তাংনা থোকই। অদুম ওইনমক মহাক মশামক যুগ অদুগী মপালদা কমদোনা হিংদুনা লৈগদগে? হিংদুনা লৈহৌই মখোয়গী সাহিত্য মতমগী খোঙচৎতগী রাংখৎনা, লৌশাংশিংনা মখোয়না সহি তৌদুনা থনম্মী মদুগী পাঙ্গলনা।

মতু করিগুম্বা ওইরমদবা থোক্লবদি ডিকেন্সকী রারী অমদি উপন্যাস ভূসি ঐখোয়না পারম্লোইদবনি, পারম্লোইদবনি শরৎচন্দ্রগীসু। ডিকেন্সকী মতমগী সামাজিক বেকগ্রাউণ্ড অমু মতম কুইনগী মমাংদগী হোংপ্রবনি। মতুনি হায়দুনসু মহাক্না য়েক্লম্বা চরিত্রশিংগী মমল খজিক্তম্ব হুন্দদে। করি-গুম্বা অসুম্বা লৌরবদি, শরৎচন্দ্রগী মমা অমদি রমেশকী খুদম ফাওবা ভূসি লৈত্রে হায়না, মতু ওইরবদি মখোয়গী পুন্সিগী ট্রেজেডিনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা করিগুম্বা লৈই অমতা চিংলরোইদ্রা ? ঐখোয়না মতৌ অসুম্বা সাহিত্যগী বিচার তৌবা মতমদা পোৎশক অমা হেক হেক কাউথোকই, সাহিত্যগী অচুম্বগা পুন্সিগী অচুম্বগা অমতা নত্তে হায়বা। করিগুম্বা রারী নত্রগা উপন্যাস অমগী চরিত্র বিচার তৌরুবা তারবদি ঐখোয়না অহানবমক্তদা য়েংই— লেখক্না মাগী চরিত্রশিং অমু শাগৎলক্লিবা অমুদা অচুম্বা ওইরিব্রা অমসুং মথরায় হাপ্না ভূম্লিব্রা হায়বা। মতু করিগুম্বা ওইরবদি সাহিত্যগী জগৎতা মখোয় শিবা নাইত্রে— তশেংনা তাইবং-পান অসিদা মখোয়গী শরীর কংসনু নত্রগা ফংদসনু। মায়কৈ অসোমদগী বিচার তৌরবদি ঐখোয়না উবা ফংই, শরৎ সাহিত্যদা হায়রিবসি থোই-দোক্না অখন্নবা কনাগুম্বা জাতি নত্রগা কাংলুপ অমতগী মফমদা নত্তে, মতুদা নত্তনা থোইদোকপা করিগুম্বা অকক্লবা মতম অমদি মফমদসু নত্তে, মতুনা হায়রিবদি মীওইবা পুম্বগীনি অমসুং মতম পুম্নমক্কীনি। মীওইবনা করিগুম্বা মখোয়গী থম্মোয়গী ধর্ম্ম কাউথোক্লবদি মখোয়না কমদৌনা শরৎ-সাহিত্যনা হায়রিবমুদা খুমদনা লৈবা ভূম্নমগন্রা ?

শরৎচন্দ্রগী মায়োক্তা অতোপ্পা সমালোচক কাংলুপ অমনা অসি হায়না রাকৎ থাঙৎলকই মতুদি, মাগী সাহিত্যদা সমস্যা মথল মথল কয়াগী ইঙ্গিত পীরকই, অদুবু মতুশিংমুদা সমাধানগী লম্বী অমতা তাক্লমদে। ঐগী ইকমদদি অসিগুম্বা সমালোচনাসু আদর্শ য়াওদবনি হায়না লৌই। শরৎচন্দ্র সমাজ-সংস্কার তৌবা মীশক নত্তে— মহাক্তি রাখল লৈবা রারী ইবনি। লৈবাক্কী অরা-অনা, নৈহৎপিবা, কুসংস্কার উবদা মওোন্দস্ন অতৈ রাখল লৈবা মুপা-মুপীগী মতৌগুম মৈচাক কাওখি অমসুং মৈচাক অদুমক্তা মাগী সাহিত্য থোকহনখিবনি। মহাক তশেংন ৩

সাহিত্যকারনি, সমাজগী অমোৎপা শেংদোকপা মীশক নত্তে। সমাজ শেমগৎপগী দরকার ওইরকপা পূম্নমক অহুনা মাসু সামাজিকী ওইরিবা কিভম অদুদা আশ্রয় 'লৌব' তাখিবনি— সমাজ সংস্কারগী পান্দম নত্তে। সমাজ সংস্কারগী পান্দম মহাক্কী করিগুম্বা লৈরম্ব থোক্লবদি মদু অরেম্বমি। মাগী মরু ওইবা পান্দামদি মসি শম্বনি। মসি শেম্বদা মহাক মায়পাকপা থোক্লবদি মাগী সংস্কারগী পান্দম খরমখৈ মচৈ য়ুম্লবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লাই। সমাজ সংস্কারগী ময়েক শেংলবা লমজিংদি শরৎ-সাহিত্যদা লৈতে মদু দোষকী রাকম নত্তে, থোক্তদোরদুম শিল্পী অমা ওইনা মহাক্কী পুক্নিংগী থোইদোকপা ঈথিল্লি।

ওইনিংলা ওইজসমু, শরৎচন্দ্র বাংলাগী রাগী অমদি উপন্যাসকী কম্পাক্ত নিংশিংনিংঙাই ওইবা মীশক অমনি অমসুং ঐখোয়গী রারেং সাহিত্যদা শ্রদ্ধাগী আসন ফংলিবা মহাক অদু অমর ওইরগদবনি। বঙ্কিমচন্দ্র অমদি রবীন্দ্রনাথকী মতুংইন্দা চৌরম অসিদা শরৎচন্দ্রগী মতিক-মগুণ শিংথাদুনা লোইব ঙম্বা নত্তে। রাগী নত্রগ উপন্যাসকী প্লোট শাগৎপদা মহাক্না তশেংনা করিগুম্বা বিপ্লবকী মশক ওইবা শেম-গৎপগী তোংঙানবা মওং অমা পুথোক্লমদে। রাবী অমদি উপন্যাসকী চৎনরক্লিবা পথাপ মতুং ইন্দুনা মহাক্না মদুদা অহৌবা থরায় হাপ্লম্বনি। রাগী অমদি উপন্যাসকী কম্পাক্তা অওনব পুরকখিবা বিপ্লবীগী ওইবা অদু হকচাংগী ওইবা নত্তে— মদু মরু ওইনা ভগবত অমসুং ইন্দ্রিয়গী ওইবনি। থুপচানবা লৈরিবা মীওই পুন্সিগী রা মহাক্ক ঐখোয়গী মাংদা অহানবা ওইনা থাঙ্গৎতুন উৎলম্লিবা অদু মদুগী মমাংদা বঙ্কিমচন্দ্র অমগা রবীন্দ্রনাথকী রারেং সাহিত্যদা উবা ফংদে মদুগী মতিক-মঙালনা যাদুগী চৈনা শোকপগী মতাঙুম লৈবাক্কী মীচমশিংদা ইহান হানবা ওইনা মশাবু সাহিত্যগী দর্শনদা মমি তাবা উখি। ঙসি তশেংনা সাহিত্যকার পূম্নমক্কী রাবী অমদি উপন্যাসপু হিংহল্লিবা মরুদি লৈবক্কী মীচম্নি। হৌজিক্কী গণতন্ত্রকী ভিকম শেমগৎপদা শরৎ সাহিত্যমক্না থাইদগী চাঙনা তেংবাংনি হায়বা রাকমসি রাক্রদনবা উপায় লৈতে। অদুনা থুদোংথীবা লম্বী অদুগী লমজিংলিবা মীশক অদুবুসু ঐখোয়না কাউ-থোকপা চুম্লোই। শরৎকী অনীশুবা মতিক-মগুণনা মাগী মপ-লৈত্তবা

হৈ-শিংবনি। মাগী রারীগী হীরমদি ওইনিংবা ওইজসনু, অসুক তাক্লা চংখোন্না রারী লিবনা করিগুম্বা রারী অমবু অমুক্তং পাবা হৌরু-রবদি মতু লোইনা পারুদনবা উপায় লৈতে। অসিগুম্বা মওংদা রারী লিবগী হৈংশিংবা মসিগী মমাংদা অতৈ বাঙলা রারী অমতগী মনুংদা ঐখোয়না উবা ফংদে। চৌজিক্কী মতমদসু ঐখোয়না মায়কৈ অসোমদদি শরৎচন্দ্রবু থিগৎপা থোক্তনা খুমাং-চাওশিল্লুবা ঙমদ্রি। খোইদোক্তুম মহাক্লা উহল্লম্লিবা রারী অমদি উপন্যাসকী রীতি অতুমক ঐখোয়না খোঙ্গুল লিত্তুনা চৎপদনি। যুগ ওল্লকপগী কলনা ঐখোয়গী মিৎয়েং হোংলম্বা য়াই, মতম অতুগী সমাজগী শক্লোন হোংলম্লগনি। মতুগী কলনা ঐখোয়গী মতমগী রারী অমদি উপন্যাসতা অনৌবা মখলগী রারী অমসুং অনৌবা মহাও লাক্লে। মসি নত্তনা রারেং সাহিত্য চরিত্রগী ওইবা অনৌবা য়াওল লাক্লি। রারী অমদি উপন্যাস ইবগী style গী মায়কৈ-দসু ঐখোয়না চৌজিক ফাওবা অঙকপা ফংবা করিগুম্বা মখলগী খুৎই অমতগী পরিচয় পীবা ঙমদ্রি। মরম অতুনা শরৎচন্দ্রগী শিবা নাইবা ৬কচাং মাংপ্রবসু মাগী সাহিত্যগী ওইবা আসন্দি ঙসি ফাওবা ঐখোয়না মওং কয়াদা চোয়জায়ননা থারি।

যুগ যুগ খুদিংমক্তা অতাবা খুদিংমক্লা অমুক হন্না মমল লেপ্পা দরকার ওই। মাথকৈ অদোমদা শরৎ-সাহিত্যগীসু অমুক হন্না মমল লেপ্লকই, লেপ্লি অমসুং তুংদসু লেপ্লকখিগনি। অতুম ওইনমক নৌহৌননা মমল লেপ্পা অতুদা মীচং-মীখায় নাইদবা মিৎয়েং থম্বা চুম্মী। রবীন্দ্র-নাথকী য়াম্না লুথবা অমদি পাক-শনবতু শরৎ-সাহিত্যদা লৈরমদবা য়াই। অতুবু মাগী অথুবা পনুংতুগী মনুংদা শরৎচন্দ্রগীসু জোড়া শুনা লৈতে। খোইদোক্লা ঙসি ফাওবা শরৎচন্দ্রগী অহাংবা মফম অতু মেনশিন্নবগী শক্তি চেনবা সাহিত্যকার অমত্তা পোক্লি। মতুগী অচুম্বা মমল খরতুদং করিগুম্বা ঐখোয়না পীবা ঙম্ব থোক্লবদি শরৎচন্দ্রগী মাংজবা অমতা লৈরোইদবনি — ঐখোয়না ঐখোয়গী সাহিত্য-জ্ঞানগী হিসাব অচুম্বা লান্দবা পরিচয় পীবা ওইরমগদবনি। শরৎচন্দ্রবু নিংশিংবগী অর্থদি ঐখোয়গী রারেং সাহিত্যগী অরাংবা সম্মানবু নিংশিংবনি।

# অহানবা পুরস্কার

যোগেশচন্দ্র মজুমদার

···করম্বা কিতমদা রারী ইথিবগে হায়বা অচু গিরীন্দ্রনাথকী মকমদগী মতম অচুদা ভাখি।

সুরেন্দ্রনাথ অমসুং গিরীন্দ্রনাথ মতম অচুদা বহুবাজারদা ভাড়াদা লৈচুনা লাইরিক তম্লম্মী। শরৎচন্দ্রদি অয়াম্বদা মহাকী মামাখোয়গী লৈকমদা লাক্লম্মী।

গিরীন্দ্রনাথকী কাদা লৈরম্মী। মখোয় অনী সাহিত্য নৈনবা চথরম্মী। রারী শানবদগী কুন্তলীন পুরস্কারগীদমক রারী থাগৎপগী অরোইবা তারিখ নুমিৎ অচুমক্তি হায়বা নিংশিংনরম্মী।

গিরীন্দ্রনাথনা শরৎচন্দ্রদা অথোই-অহেন তান্নবা অচুগী রারী ইননবগীদমক তক্লরম্মী। রারী ইবা লোইরবদি সন্ধ্যা মতমদা মচু এইচ. বসু মহাশয়দা পীববু পীক্লরবদি য়ারে। অঙকপা মখলগী থন্নবা অসিগী পাউথুমদা শরৎচন্দ্রনা করি হায়খিবগে হায়বা খঙদে। অচুম ওইনমক মহাক্না বাজারদগী চে লৈহল্লুই অমসুং রারী ইবদা মপুক্লিং থিংজিনখি।

রারীচুগী মমিং মন্দির কৌই।

মচু লোইশিনবদা সন্ধ্যা ওইরম্মী। সন্ধ্যা মতমচুদা শরৎচন্দ্র অমসুং গিরীন্দ্রনাথ কুন্তলীন ওফিসতা চৎলম্মী। মতম অচুদ' চুকান পূম্নমক মৈ থাঙৎনরে। এইচ. বসুদা রারীচু পীক্লবদা মহাক্না অহানবদা হায়রম্মী, অরোইবা নুমিৎকী অরোইবা পুংকমদা রারীচু মতোন্দা পীরবনি হায়না। রা অচু তাবদা শরৎচন্দ্রনা য়ানিংদবা লৈরবদি মচু হন্দোকপিরক্লবগী রা পল্লম্মী। মচু ওইরবসু বসু মহাশয়না রারীচু লৌশিনখি।

রারী অচু শরৎচন্দ্রনা মশাগী মিংদা কোঙদোকহনখিদে। মহাকী মামা সুরেন্দ্রনাথকী মিংদা মচু কোঙদোকখি। থোদোক অসিগী মতুংমক্তদা মহাক বর্ম্মাদা চৎখি।

# শরৎচন্দ্র

নলিনীকান্ত সরকার

রেডিওদা ঐথোয়না মমিং নাইরবা বংগেং ইবা সাহিত্যকার শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মপোক নুমিৎ পালন তৌরম্মী।

সংস্থান অদুগী মমিং 'শরৎ শর্বরী' কৌই। বাংলাদেশকী শরুক ইবা সাহিত্যকারশিং সংস্থান অদুদা য়াওরম্মী।

অমুক্তি 'শরৎ শর্বরী'গী অধিবেশনদা নিমন্ত্রণ কৎতুনা দাদাঠাকুর কলকাতা বেতার (রেডিও) কেন্দ্রদা লেঙুশিনরকখি। প্রোগ্রাম হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা তৌল্লিবা সাহিত্যকারশিংদা শরৎচন্দ্র অনী—শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় অমসুং শরৎচন্দ্র পণ্ডিত (দাদাঠাকুর) না কাগী-জুগাই তৌনরম্মী। দাদাঠাকুরনা শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়দা দাদা হায়বা মিংগৌ ভাবদা সাহিত্যকার অমনা দাদাঠাকুরদা হংলম্মী,—করে, ওজা অনীগী মরুংদা কনানা হনবগে?

কথা সাহিত্যকার শরৎনা পাউখুম পীরম্মী,—ঐনা।

দাদাঠাকুরদগী শরৎনা চহী মচারোম হল্লি, অদুবু শরৎচন্দ্রনদি রাকম অদু খঙলমদে, নত্রগা মায়কৈ অদুনা মহাক্কা খম্বহৌনা য়েংলুনবগী দরকার ওই হায়না খল্লমদবা য়াই।

শরৎচন্দ্রগী পান্দমদি—কোৎচি কোৎতুনা দাদাঠাকুরগী মুংদগী খরা চিংখোরক্কুবনি। মহাক্কী পান্দম অদু মহৈ য়ানখি।

কোম্না তমজগে।

শরৎচন্দ্রগী মপোক কুমওন্দা রাক্তেশ্বিরিবদি জলধর সেন মহাশয়নি।

রাধারাণী দেবী, নরেন্দ্র দেব, নাটোরাধিপতি যোগীন্দ্রনাথ রায় বহাদুর, অঘোর অধিকারী অসিনচিংবা মশক নাইবা মীশক কয়া সংস্থান অদুদা তৌরম্মী। বক্তা কয়ানা ভাষণ পীরবা তুংদা দাদাঠাকুরগী মিং লাওথোরকই। লাওখোকপনা হায়রম্মী,—শরৎচন্দ্র মহাশয়গী

মপোক মুম্বিং অসিদা হন্দক্তি শরৎচন্দ্র পণ্ডিতনা করিগুম্বা থরা তাকপিগনি।

দাদাঠাকুর মাইক্রোফোনগী মমাঙ্ডা কেপ্লম্মী। মতম অদুদদি রেডিওগী সংস্থান্দা বক্তাশিংগী ভাষণ অইবা ওইনা অয়াবা লৌননবগীদমক রেডিওগী থৌবুবগী মকমদা থাগৎনরমদে। সংস্থান্দা বক্তাশিংগী ভাষণমক পীরম্বনি, অইবা ভাষণ পাথোক্লরমদে।

দাদাঠাকুরনা লাওথোকখিবদু থোক ওক্লনা ভাষণ পীবা হৌরম্মী।

ঐগী মিংমু শরৎ কৌই। মহাক্কী মিংমু শরৎ কৌই। মহাক্তি লৈবাক অসিদা চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা মীশক অমনি। মিং মান্নবদনা ওইব' য়াদে—কালি মখল অহুম্নি। ইমা-ইবেম্মা' কালী, মুকফুগী কালি (মুক), অদুগা' থোঙউপকী কালি (কাপ)। ভক্তশিংনা ইমা-ইবেম্মা কালীগী পূজা তৌই, সরস্বতী পূজা মুমিত্তা মুকফুগী কালিনা লৈ তিংথৌ কংই থোঙউপকী কালিদি মীগী থোঙগী লৈতেং চেনগৎহনবদদা মানা মুংঙাইজে। ঐখোয় শরৎ অনীগী মরক্তা কাহেন্না খেন্নৈ। অদুম ওইনমক মহাক্তি ঐখোয়গী খ্বাইদগী ইশাগী ওইবা মীশক্তি, অদুনা মপোক মুমিত্তা মাবু ঈকাই-খুম্নবা উচ্চনবগীদমক ঐখোয় পূল্লিবনি।

রাহৌদোক অসি পীরবা তুংদা দাদাঠাকুরনা হায়রম্মী,—ঙাইহাক্কী মমাংদা শরৎদানা রাগী রাপাদা তাকপিখি, মহাক্না ঐঙোন্দগী হল্লি। রাকম অসিদা য়ানিংদবা কোঙদোকহৌবা চুম্মী। ওইজসনু মহাক্না ঐঙোন্দগী চহীদা অহল, ওইজসনু মহাক লৈবাক্কী নশক নাইবা মীশক, মহাকপু লৈবাক হুম্মনা' রাংনা লৌনরবসু মহাক্তি য়াম্না অঙাংনি।

মসিগী মমাংদা বক্ত' অমনা কজদবা রা অমা হায়রুনা শরৎচন্দ্রবু রারৌচনব' অম' থোকহনখি। অদুগা দাদাঠাকুরনা অসিগুম্বা থোম্থোক শিঙ্জিন্নরক্লনা মচুদা বেতারগী কর্মচারী অমসুং তৌল্লিবা সাহিত্যকার কাংবুবু থরমথৈ থকহনখি।

দাদাঠাকুরনা মথা তাথরম্মী,—ঐনা ঙসি প্রমাণ পীগনি—শরৎদা শিক্লি হায়ব' তাই—খ্বাইদগী চেম্না পিকই। রারী অমা তমজগে, নোংমা নারদনা বৈকুণ্ঠদা চৎলগা নারায়ণদা হংলম্মী, 'কনানা খ্বাইদগী

চেন্না চাওবগে ?' নারায়ণনা পাউখুম পীরম্মী, 'খাইদগী হেন্না শিকপনা ঐনি অদুগা নারদ নঙনা খাইদগী চেন্না চাওই। ঈশিং কংকাল গুন-শুবং অসি ঐনা শেম্বনি, অদুগা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি শাসন তৌরিবসু ঐনি। মরম অসিনা নহাক্না খল্লম্বা য়াই, ঐনা চাওই, অদুবু নঙনা ঐঙোন্দগীসু চেন্না চাওই। ·· মরমদি নঙগী থম্মোয়দা ঐ লৈ। অদুনা ঐনা চাওবা য়ারোই। ভক্তগী থম্মোয়দা ঐগী আসন লৈবনা মকম অদুদদি ঐনা কমদৌনা শিক্লোইদগে ?'

শরৎচন্দ্রদা নোঙ্মুকপা মিৎয়েংনা য়েংদুনা দাদাঠাকুরনা হায়রম্মী,— মশীং থিঙমজ্রবা ভক্তগী থম্মোয়দা শরৎদাগী আসন লৈ, ঙসি মকম অদুদা মহাশক্তি নারায়ণগী পাংথক্তি — য়াকম অসি য়াবমক তাবনি।

অদুগী তুংদা শরৎদানা দাদাঠাকুরবু মথাদা চেজেৎ কোনবিখি।

# শরৎচন্দ্রবু উখিবা মওং

অখিল নিয়োগী

মতম অদু ঐখোয়গী মখোক কারকপগী যুগ চথুরি।

স্কোটিশ চর্চ স্কুলদা মথাগী ক্লাসতা তম্লি। অদুবু বাঙলা লাইব্রিক খরা খুৎতবু কংলবদি চরাম্নরবা নৈহৎপিরবা মীগী মতৌগুম অক-কত্তা থম্বকদনা য়োৎশিল্লম্মী।

য়ুমদা প্রবাসী, ভারতবর্ষ অসিনচিংবা থাগী চেকোঙ লৌই। মদুশিংদু লোম্না লোম্না পারম্মী।

যুগ অসিদা খঙহৌদনা নোংমা অপিকপা লাইরিক মচা অমা টেবিলদা তাদুনা লৈরম্বা থেংনরম্মী। নুংথিল কোইখোকপা চৎপগী য়াকম লৈরম্বনি। অদুবু য়াশক অদু থাদোক্লুনা লাইব্রিক অদু পুদুনা ছাদ মথক্তা কাখৎলম্মী। লাইব্রিক অদুগী মমল মথায়দনি— মমিং 'অরক্ষণীয়া' কোই।

লাইরিক অদুগী চেনা কাকৎলিবমথৈ মশক খঙদবা চমুরা অদুগী অয়াবদা থম্মোয় ফুনগৎলকখি।

মথৈথংদা ইশামক তাঙ্গা অমদা চক্রবর্তীগী—লাইব্রিক পাবদা ঐ কপম্মী। মাগী পাবদা মিংতগী পী শিন্নবদা কংলিবা খুংঙাইবদু পুক্কিদা সুমিৎ অহুদা অহানবা ওইনা থম্মজবা ঙম্মী। মাগী লোইরবা মতম অহুদা মায় লৈথোক্কনা য়েংলম্মী—মোংচুপকী তঙাং-ঙঙাংবা মচুগী লৈচিনগা লোয়নর্না ঐখোয়গী পুক্কিং ইঙাং পাক্করবা মৈচাক্কা তশেংনা তীয়খ্রবগুম্মী।

জ্ঞানদা অহু, মৈথাক অহু—মতম চুম্নদা খঙলক্রবা মী পুম্নমক অহুনা ঐগী খংঙোয়দা কনাসু খঙদনা মহুম হাইরবগুম্মী।

মহুদগী হৌনা শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়না ইবা য়ুমদবু লৈরম্নবদি লোয়্না হেক্তা পাই।

মপা অসিগা হকথেংননা উনখি—থোদোক অসিগী মতম কুইনগী তুংদা।

রামমোহন লাইব্রেরীদা শরৎচন্দ্রনা মাগী 'পল্লীসমাজ'গী ময়মদা নৈনগনি — মা অসি তাবদা ছাত্র কাংলুপ্তা খঙহৌদনা মথুম-ময়াং হৌনখি।

ঐখোয়সু কাংবু নাইনা মকম অহুদা চৎলম্মী। অশেংবা মা হায়বা তারবদি, শরৎচন্দ্রগী তাথণ তাবদা সুমিৎ অহু শুপহাও তরাওখিদে খোইদোক্রহুম নিংবা কায়বগী চৈথেং পুহনা য়ুমদা হল্লকখি।

মিংকোক মিংকোক লাওঙ্গনদা লৈরম্মী,—খুৎচগী কৈ-শি-খগী শুপনা মাওইবগী মিত্তগী পী শিন্থহল্লিবা অহুঙবা অইথগী তাথণগী মতাংদনা মহাক্না অমুক হাক্না শোল্লিবা করিগীনো?

শরৎচন্দ্রদা হায়নিংলম্মী, রমাগা স্নেশকা করিগীদমক্তা মহাক্না থুংনহল্লিবনো—মসিগী মতাংদা চাওরাক্না মাগী মফমদা মারৌবা অমদি রাকং খাজংনরকই। রাকং অহু ককথংমবগীদমক্তি মাগী তাথণ অহু। অহুবু ঐখোয়গী চহী লোঙ্গানা পুক্কিংদা থম্মম্মী, করিগুম্বা মা অমত্তা মথং-মনাও নাইনা শেমজিন্দুনা মহাক্না ঙাংবা ঙমদে।

নুমিৎ অহুদা ছাত্র সমাজগী পেয়দবগী ঙমথৈ নাইরমদে।

শরৎচন্দ্রবু অমুক হন্না নকশিন্নবা কংজখিবদি থোদোক অসিগী অাঃ মতুংদনি।

দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জননা লিংখৎলম্বা 'বঙ্গবাণী' সুংতিগী চেকোংদা ঐ য়াওরম্মী। হৌজিক হৌজিক সরস্বতী প্রেস লৈরিবা য়ুম অদুমক্তদা লৈরম্মী— কোররার্ড, বঙ্গবাণী অমসুং নবশক্তিগী কার্য্যালয়। চাম্র-থোকপা মরুপ গোপাল সন্যালনা মতম অদুদা বঙ্গবাণীগী সম্পাদক ওইরম্মী। চাপ্পরবা মরুপ প্রেমেন্দ্র মিত্রনচিংবা নত্তা ওইরিবা সাহিত্য-কারশিং মফম অদুদা পাউগী বিভাগতা শরুক য়ারম্মী। নবশক্তিগী সম্পাদক মতম অদুদা নাট্যকার শচীন্দ্রনাথ সেনগুপ্তনা ওইরম্মী। চৎথোক-চৎশিন তৌরম্মী— দেতোপাগী কাদা চাগী পুনফম অমসুং সাহিত্য নৈনফম ওইরম্মী।

নোংমা গোপাল সান্যাল মশাইন তফিং তফিং চংলক্লগ হায়রে, "শরৎচন্দ্রগী চহী য়াইখ্রে শুবদা লৈবাক্তা চংশিনখিব ইরাল অদু মাগী য়াইখ্রেহুমদোইশুবা চহীদা চুমথোকপা তাবনি। য়াম্না চাওনা শরৎচন্দ্রগী মপোক কুমওন পাংথোকদৌরি।"

গোপালবাবুনা নমহুনা ঐবু কমিটিগী এসিস্টেণ্ট সেক্রেটরী হাপচিনবিরে। মরম অদুনা চেথোক-চেনশিন নোম্ব-লিকপা য়াম্না তৌবা তারম্মী। লৈবাক্তা মশক নাইবা পুন্নমক ঈকাই-খুম্নবা উৎপা সমিতিদা য়াওবিরে। 'নির্বাসিতের আত্মকথা' গী উপেন্দ্র বন্দোপাধ্যায়, কাজী নজরুল ইসলাম, দিলিপ রায় অসিনচিংবনা খ্বাংচেৎ লাক্তুনা থবক নোম্মী। ঐখোয়সু মখোয়গা লোয়ননা খ্বাংচেৎ লাকখৎতুনা থবক নোম্মী। লৈবাক হুপ্পগী ছাত্র-সমাজনা মতম অসিদা বয়াদা ইচং থোন-রকখিবা। কাজী নজরুল ইসলামনা অনৌবা ঈশৈ শক:—

"কবম্বা শরত্তা পূর্ণিমাগী থাজনা খোঙপাবিররবা মালেম থকসিদা!"

য়াম্না চাওনা শরৎচন্দ্রবু ঈকাই-খুম্নবা উৎপগী থৌরম পাংথোকখি —মাগী চহী য়াইখ্রেহুমদোইশুবদা।

বেহালগী মণীন্দ্র রায়না শরৎচন্দ্রবু থোইদোক্না নিংজরম্মী। শরৎ-চন্দ্রবু ঈকাই-খুম্নবা উৎপগী থৌরমদা থৌবুরেন ওইখিবা অমসুং শু-নাম-খিবা মখোয় পুন্নমকপু বার্ত্তন তৌহনা মণীন্দ্র বসুনা চাকলেন অচৌবা অমা লাংলম্মী। মাগী মুমদা ঈশৈগী সভা অমা সন্ধ্যা অমদা থৌরাং

তৌরম্মী। মতুগী মতায় তাংবল লৌখিবত্থু শরৎচন্দ্রে মশামক্তি। খম্মোয় য়ৌনা ঈশৈ শরম্মী— দীলিপ রায় অমুগা কাজী ইসলাম্না। ঈশৈ লোইরবা মতম অতুদা শরৎচন্দ্রগী রস চেনবা ঈশৈ চৎথরম্মী। মণীন্দ্র রায় মশাইনা চাকলুক খুদিংমক্তা অমুম্না তৌরম্মী মতুদি, বয় কাংবু লাকপগী মতৌ ঙম্মী। ঈশৈদ, রারীদা, চাক্লেন্দা নিংশিংনিংঙাই ওইবা সন্ধ্যা অমনি। চাক্লেন অতুগী িংখিজবা বিবরণ ঐনা মতম অতুগী নোংমগী চেকোং 'বঙ্গবাণী'দা কোঙদোকখি।

"রসচক্র" দা ঐখোয়না শরৎচন্দ্রবু অমুকা হেন্না নকশিন্নবা অমুকা হেন্না চান্ন-চিন্নবা ফংখি। কবিশেখর কালিদাস রায়না 'রসচক্র' অসি লিংখৎখিবনি। চয়োল খুদিংগী মকম অসিদা অহল ওইরবা অমুগা নহা ওইরিবা সাহিত্যকার ময়াম পুল্লম্মী। শরৎচন্দ্রনা সংস্থান অসিগী ময়াম-তাংবল লৌরম্মী। বিশ্বপতি চৌধুরী, অসমঞ্জ মুখোপাধ্যায়, প্রবোধ, প্রেমেন শৈলজা, সুনির্মলদগী হোরগা পূম্নমক মকম অসিদা লাক্লুনা সাহিত্য তীর্থগী শেংলবা লাইজদা লুপ্নরৈ। ঐখোয়সু খুদোংচাববু ফংলবদি চৎলম্মী। শরৎচন্দ্রগী রারী অমুগ বিশুদাদা (বিশ্বপতি চৌধুরী) গী টিম্নী থোইদোক্লা নুংঙাইনা থোকই। 'রসচক্র' গী মায়কৈদগী মরক মরক্তা উত্তান-সম্মেলন চৎথরম্মী। মতুদা থরায় য়াওবা শরৎচন্দ্রনা খ্বাইদগী হেল্লি। মহাক হিদাকফু মখুৎতা পায়দুনা উ অমগী মথাদা ফম্নম্মী—অমুগা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী রারী, লিন ফাবগী রারী, যাত্রা-রালীগী রারী, রেঙ্গুনগী রারী, পূম্নমক তপ্না তপ্না মথং-মনাও নাইনা তম্নম্মী। মতু কয়াদা ওকপনা থল্লবা রারীগুম্মী— মতম অতুদা ইশিন্দুনা থল্লমবদি য়াম্না মরুওইব লাইরিক অমা ওইরমগদবনি।

অসিগুম্বা মথলগী উত্তান-সম্মেলন অমদা শরৎচন্দ্রনা নোংমা ঐখোয়দা হংলম্মী, "নখোয় কনা কনা কবিতা ইবগে— নখুৎ থাঙ্গৎলু।"

ঐখোয়না চাওথোকচবগা লোয়ননা খুৎ থাঙ্গৎলম্মী। শরৎচন্দ্রনা মতম অতুদা ময়াম্বু চঙকুহন্দুনা হায়রম্মী, "ঙসিদগী হৌনা নখোয় পূম্নমক কবিতা ইবা থাদোকদবনি।"

নহা ওইরিবা সাহিত্যকার পুন্নমক শুকপনা খম থেংলম্মী। শরৎ-চন্দ্রনা অশুম্না হায়রিবসি কন্নিগীনো ?

ঐখোয়ময়ামগী ইয়োং-ইতৌ উবদা শরৎচন্দ্রনা হায়রম্মী, "য়েংঙোই, ঐনা হায়রিবসি অচুম্বা য়ামক্নি। রবীন্দ্রনাথ পোকপ্রবা লৈবাক অমুদা নৌহৌননা কবিতা ইরুবগী কন্নিশুম্না অর্থ অমতা লৈতে। ঐহাক অহান-বদা কবিতা ইমুনা হৌরকপনি। অমুগী তুংদা রবীন্দ্রনাথনা ইবা কবিতা পাক্নবদগী খুদক্তা খাদোকখিবনি। করে, নখোয়মক হায়মুদনা, নৌহৌ-ননা অমুক ইরুনিংঙাই লৈরিব্রা— রবীন্দ্রনাথকী তুংদা ? ইকম থোকপা লোইনমক মানা চংখোম্লা ইবিরম্লে।"

তশেংবদি, মমুগী তুংদা নহারোল সাহিত্যকার কনাম্ব কবিতা ইবা হৌকখিদে। অমুম ওইনমক শরৎচন্দ্রনা মুমিৎ অমুদা তশেংনা য়াম্না চুম্বা রা তাকপিখিবনি।

রসচক্র অমুদা মহাক্না সাহিত্যকার কয়াবু ঈকাই-খুম্নবা উৎপগী থোরম শিনবিরম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, "নৌনা ইনখৎলক্লিবা মখোয়দা প্রেরণা পীবা দরকার ওই। ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈদা করিশুম্বা মখলগী পুক্নিং থৌগৎপিবা নত্রগা প্রেরণা কংখিদে ইবগীদমক।"

শরৎচন্দ্রনা খা-কলিকাতাদা মশাগী য়ুম শারবা মতম অমুদা মাগী মুংশিজরবা মচা-মনাও সাহিত্যকারশিংদা নিমন্ত্রণ তৌরকখি— য়ুম অহনবা অমুদা। ঐখোয়স্ব অখোইবা থোরম অমুদা শরুক য়াক্নবগী খুদোংচাবা ফংলম্মী।

শরৎচন্দ্রগী লাইরিক্কী নায়িকাগী মতৌগুম্নমক মহাক্না ময়াম পুন্নমকপু পীজ-পীথকপদা য়াম্না হরাওরম্মী। দোতলাদা চাকম-থককম শিল্লম্মী। মহাক মশামক্না করিশুম্বদনা মোড়াদা কমমুনা করিশুম্বদনা কোইনা চৎতুনা চাব-থকপা য়েংশিল্লম্মী। কনাগী চাক-লুক্তা করি য়াংলবগে— মায়কৈ অদোমদা মহাক্না থোইদোক্না মিৎয়েং থম্লম্মী। শরৎচন্দ্র মশানা শংমুনা পীজরম্মী— অসিগুম্বা ফংগমত্রবা লায়বক কবা অসি ঐখোয়না ফংজখি।

মসিগী মতুংদস্ব শরৎচন্দ্রগী য়ুমদা কয়ারক চৎলুই, মহাক লৈবা মতমদা, অমুগা করিশুম্বদনা মহাক লৈরমদবা মতমস্ব য়াওই— অমুবু

মহাক্কী নুংশিজবন থল্লবা মথোং অহু করিগুম্বদসু কাওথোকপা ওমদে। সাহিত্য নুংশিবিবনা মহাক্কা বাংলাদেশকী সাহিত্যকারশিংনুসু মশাগী মী ওইনা লৌবিরম্মী।

রূপবাণী হৌদোকপদগী ঐহাক মহুগী পাব্লিসিটি সেক্রেটরী ওইরকই। নিউ থিয়েটর্সতা মাগী 'দত্তা' উপন্যাসকী মতুংইন্না 'বিজয়া' ফিল্ম নম্লম্মী, মতম অহুদা রূপবাণীমক্তদা বিজয়া অহু কোঙদোকপা হায়না লেপ্লম্মী।

ঐগা অবিনাশ ঘোষালগনা রূপবাণীগী ওইনা শরৎচন্দ্রদা নিমন্ত্রণ তৌরম্মী, মহুদা হাংদোকপগী থৌরমদা মহাক য়াওবিরনবা শরৎদাদি খরগৈথে ঈকাই থিগনবা স্বভাবকী মীনি। মহাক্তি মীয়াম তীনবা মফমদা লাকউ হায়বা য়াগন্দে. অহুগা ঐখোয়সু মাবু থাদোকদবা লৈতে। টগ-ওক-রার অমা চৎথংগুম্মী। মমৈথংদা ঐখোয়না কয় হায়জবদগী মহাক য়াবা তাবম্মী।

থৌরম নুমিৎতুগী নুংথিলদা ঐখোয়না গাড়ীদা মহাকপু লৌকই। মহ ক্লা সন্ধ্যাগী শোদা 'বিজয়' য়েংলম্মী। থৌরম লোইহুনা দোতলাগী মাঙ্গোলদা থোরক্লুনা কপ্পবমক্তদা ঐনা খাত্তা অমা মাগী মাংদা লানশিল্লম্মী।

"শরৎদা, 'বিজয়া' অসি অদোমগী মফমদা কমদৌনা থোকপগে থিত্তা ইবিয়ু।"

ওসায়মথৈ শরৎচন্দ্র তপথনা করিগুম্বা মঙং অমদা তুমিন্না লৈরম্মনি। হন্দক্তি তশেংন মৈ হৌবকই। হায়রম্মী, "মহুান নখোয়গী দেষ অখিল, রাকম থুদিংমক্তা তশেংনা থুদক্তা মত কোঙদোদউ হায়। তৌজিকমক ঐ করি ইয়ু হায়রিবনো?"

তশেংনা থুদক্তা ইহন্দুনা লৌবগী মতাংদা ঐগী পান্দম অমা লৈরম্মী। মুংদাং অহুমক্তদা শরৎদাগী অভিমত লৌরগা মথংগী নুমিৎকী পাউ-চেদা হাপকদৌবিবনি,—মসিন ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বা। শরৎদানা অহানবদা শাওগে শাওজসনু কৈদৌনি,—ঐনা য়াম্না কুইনা তক্লহনা থবক পাংথোকহল্লম্মী। মথংগী নুমিৎকী পাউ-চেদা শরৎদাগী মথুংমক্তা ইবা অভিমত অহুমক কোঙলম্মী।

রবি-বাসরদসু ঐখোয়না শরৎচন্দ্রবু য়াম্না নকশিন্না কংজখি। রবীন্দ্র-নাথতগী হৌহনা মমিং চৎপা সাহিত্যকার নিফু রবি-বাসর অতগী সদস্য ওইরম্মী। অধিবেশন খুদিংমক্কী সদস্য অমমমগী য়ুমদা চাকৌনরম্মী। অহুগা মহুদা মথেল-লুকোইগী হাওবা তান্নবা অমা চথনরম্মী। অহুগুম্বা সভাশিংহুদা সাহিত্য নেনবা, ঈশৈ-নোংমাই অসিনচিংবা চথরম্মী, অহুগা শরৎচন্দ্রগী রারীসু চথরম্মী। মহু নুংঙাইবা মশক অমনি—মায়োক্কনা তাক্কবদি নুং য়ৌনা লৌশিনবা ঙম্মদে। ঐখোয়না খনবদা ঙক্না খোক্লম্মী, সভা-সমিতিদা ভাষণ পীবা শুপঙম ঙমদবা মহাক্না পুং কয়া চুপ্পা রারী তৌবদা মীয়াম কায়হন্দবা ঙম্মী।

রবি-বাসরগী চাওরাক্লা অধিবেশন খুদিংমক্তা শরৎচন্দ্রবু য়াওহন্নবা হোৎনরম্মী। খঙহৌদনা মশা ফংলক্কবদগী মহাক লাকপা ঙমখিদে। মহুদা নঙনা অরোইবা পুন্সিদা মহাক পানিত্রাস তুরেল মপান্দা লৈখি। মতম অহুদা মহাক রবি-বাসরদা লাকপা ঙমখিদে।

মমৈদা মহাক চাওরাক্লা লায়না কয়ানা নারম্মী।ময়ামগা উনবা ফংদে হায়হুনা মহাক মথরায় নুংঙাইতবগী ঙমখৈ লৈরমদে। নুপী অঙাংগী মতৌগুম হায়রম্মী, "ঐ য়ুমদা কোন পুশিল্লে, নখোয় পূম্মক ঐগা কোন্দা রারী শাসি।" মীওইববু মহাক্না কয়াগী মতিক নুংশিবিবগে হায়বা পূম্মক অহু মাগী রারী মচা মচাদগী খঙবা ঙম্মী।

অহুগা মহাক্না হুই লুনা তৌবগী রাদি রারী ওইনা লৈ।

ওঝা খগেন্দ্রনাথ সেনগী য়ুমদা রবি-বাসরগী অধিবেশন চথরি—অসিগুম্বা মতমদা ঐখোয় ময়ামগী নুংশিজরবা শরৎদা অরোইবা য়াংহিপ তানথ্রে হায়না পাউ লাকই। মহু তাবগা লোয়ননা অধিবেশন্দু খুদক্তা লোইশিন্দুনা ঐখোয় পূম্মক লম্বীদা খোক্লম্মী।

শরৎকী শ্রাদ্ধদা মচা-মনাও সাহিত্যকার মচা-মগু ঐখোয়বুসু বার্তন তৌবিরক্তুনা মকমহুদা চৎপদা উরম্মী, শিল্পী অমনা শরৎদাগী মপূংফাবা মূর্তি শাহনা খিল্লম্মী—শরৎদানা ফমহুনা হিদাক থকপগী। মহু উবদা মায় লৈখোকপা ঙম্মদে।

খোদোক অসিগী মতুং য়াম্না কুইনা লৈরগা শরৎচন্দ্রগী খুঙ্গংগী য়ুম পানিত্রাসতগী বার্তন লাকই— মকম অহুদা মুপামচা-মুপীমচাশিংনা

শরৎচন্দ্রগী মুমদা থৌরম অমা পাংখোক্কদৌরি। থৌরম অহুগী মমিং 'শরৎ-চন্দ্র সব সেরেছির আসর' কৌই।

মসিদগী হেনবা মুংঙাই-পাউ ঐগী ইকমদা অতৈ কবি লৈখিগদগে? হিংলিঙৈদা মঙং কয়াদা মাগী মুংশি-চানবিবা কংজহৌহ্নুনা ধন্য ওইরবনি। ওসি কবিগুম্বা মাগী খুঙংগী মুমদা মীকম অমা শিল্লবদি মহাক অঙাংশিংগী মরক্তা হিংহ্নুনা লৈরগনি। পাউ অতৈস্থু কংলগ্মী, শরৎচন্দ্রগী মপোক-কুমওন-থৌরম অমদি মজলিস লিখেৎপগী থৌরম নোংমতদা পাংখোক্কনি।

মতম চানা অঙাংশিং লাক্কুনা ঐবু পানিত্রাসতা শরৎদাগী মুমদা পুরম্মী। মুম মমাংমক্তদা পুক্রী অমা লৈ। মহু উবদা থল্লম্মী, ঈশিং অসিদা 'কার্ত্তিক-গণেশ' হৌজিকস্থু কোইতাক্ত তাউহ্নুনা লৈরম্বা মাই। থৌশা-লীশাদবা মায়া হৌজিকমক ভোলাগা লোয়নহ্নুনা থৌরম পাংখোক্কমদা থুংলরগনি। মমাংদা পুংতোন পাম্বী অমা হৌরি। পুংতোন পাম্বীসিদা কাখৎলগা মায়া নারায়ণীগী মপুকচেল মরুবী মমাদা পুংতোন্না থাখিত্রা? পুক্লিংদা আশা তৌরম্মী, মনুংদা চংবমক্তদা মখোয়গা উনগদবগুম।

শরৎদানা কমহ্নুনা লাইরিক ইরম্বা কাহু মহৌশা শিজিন্নরম্বা মঙং অহুমক শুপকায় কায়দনা লৈতেংহ্নুনা থনম্মী।

লাপ্তক্লা ভুরেল মপান্দা শরৎচন্দ্র অমস্তুং ময়াম্বা সন্ন্যাসীগী অস্থি-উৎ থম্মি। মুম্বী মচা অনী শাহ্নুনা লৈ। নুংঙৌগী মুম্বীদা পোকপা শিবগী তারিখ হক্কুনা লৈ।

মুমিৎ অহুগী থৌরমদা মী য়াম্না তীল্লম্বা উবদা খঙজবা ওম্মী, খুল্লক অসিদস্থু ঐখোয়গী শরৎদাবু মীয়াম্না কয়া য়াম্না মুংশিবগে হায়বা। শহর মচাশিংগী মকমদগী মখোয়না মখোয়গী দাদাঠাকুরগী রা মরিক চুম্না ভাজবা পাম্মী। উমাপ্রসাদ মুখোপাধ্যায় থৌরম অহুদা শরুক য়ানবা কলকাতাদগী লাকই। মহাক বেঙ্গোল টাইগর স্যার আশুতোষকী মচানুপানি। মহাকমক্লা পুখোকপা থাগী চেক্কোঙ বঙ্গবাণীদা নোংমা শরৎচন্দ্রগী 'পথের দাবী' ঈচেল লাইনা হাপখি। মুমিৎ অহুদা বাংলা-দেশতা কয়াদা হৌ হৌ চোংনখিবা!

থৌরম লোইরবা তুংদা উমাপ্রসাদকা ঐগবু ঐখোয়গী পূজা তৌনিংঙাই ওইরবী ইচৈম-বেম্মা হিরণ্ময়ী দেবী (শরৎকী সহধর্ম্মিনী) না মথক্তা দোতলাগী ভেক্তা থাগৎলম্মী।

চান-থক্নবা য়াম্না মরাং কায়না লাংলম্মী। মহাক্না ঐখোয়গী নাক্তা শংদুনা তাং-শক্লুনা ঐখোয়বু পীজ-পীথকই। শরৎচন্দ্রগী য়ায়ীগী মুপীগী চরিত্রগী নুংশি-চানবিবা প্রীতি-মমতাগী রা নৌহৌননা নিংশিংলক্লুনা ঐখোয়গী মিৎলুদা ঈরা চেন্নকখি।

হন্নমদায়দা মনা-মনিল নাইদনা ঐনা মহাক্কী খুয়া-উফুল লৌরকই।

পুক্নিংদা য়াহং অসি কাওরকখি, ঐখোয়না খুক্কনজবা অসিবু শরৎচন্দ্রগী মফমদা য়ৌরোইগ্রা?

# শরৎচন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙৈ

সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়

ঘোষালখোয়গী ইখোল অহাংবগী মচি অমদা অরাংলোমদা গজা মপান্দা লৈবা য়ুম অমগী মনিংদা নিম পাম্বী অহুগা তিথংলৈনা লম মচেৎ অমা খঙিন্দুনা য়াম্না শুক্লম্মী।....

নিমগী মশা-মরেং অহুগা তিথংলৈনা শৌ শাহুনা মায়কৈ ময়ীদা কোইশিন্দুনা লৈবনা মহুগী মনুংদা মী চংবা ওমগনি হায়বা কনাস্যু থোইদোক্না খাজবা ওয়োই। মরক মরক্তা দলপতিদি কদায়দনো হেক্তা য়াই য়াই মাংখি, হংলুরবদি খুয়কই, "তপোবন্দা লৈরুই।"

খঙহৌদনা ঐগী লায়রক কবা অমা থোকখি হায়বা য়াই। ঐবু 'তপোবন' য়েংহনগনি হায়বা তাবদা ঐগী খঙোয়দা হরাওবনা মথুম-মরাং হৌরম্মী।

অহুবু মমৈথংদা শরৎচন্দ্রনা হায়রকই, "নঙনা অতৈ কনাদস্যু তমথোক্লোইগ্রা?"

নোংপোক ওন্দুনা মুমিৎপু সাক্ষী থমহুনা ঐনা হায়রম্মী, "কনাদস্যু তমথোক্লোই।"

অহুবু মহুখক্তনা খুৎলায় থাদোকহনবা ৱমখিদে, হায়রকই, "অরাংলোমদা ওন্থু, অহুগা গঙ্গাগা, হিমালয়গা পন্থুনা রাশকউ।"

ঐনা মহুমক তৌরম্মী।

মতম অহুদা মহাক্না ঐবু যাম্না চেকশিন্না পর্দা হায়দোক্লুনা নিংথিনা শেম্লবা মকম অহুদা পুহুনা চৎলম্মী। ... অশংবা উনারক্তা হুমিৎকী মঙাল-মশেক কাওজিল্লকপা মরিক-মরিক্না নিংথিজহল্লবা মকম অহুদা মিৎ অমদি পূক্নিংবু মিৎকুপ্তা ঈংথহন্লুনা মঙ-লৈবাক অমদা খোঙদাহল্লম্মী।

অচৌবা মূংজাও অমগী মথক্তা কম্লগা মহাক্না নুংশিবিবগা লোয়ননা কৌশিনবিরম্মী, "লাও।"

মহাক্কী মনাক্তা কমথরগা মখাদা য়েংথরম্মী, ঈচেল কল্লবী গঙ্গা চেন্থিন্রি। লাপ্না —অসোম রাংমদা শংবানবা উপাল-ম্রাপাল লৈচিনগী মরক কাওনা উই।

ঈংলবা নামিবনা লিরি লিরি হুন্নি।

মহাক্না হায়রকই, "মকম অসিদা কমহুনা ঐনা রাংল-রাংলবা রাখল কয়া থল্লি।"

পাউথুমদা ঐনা হায়রম্মী, "অহুনা ওইরিনিনে মহাক্না অঙ্কদা চাম্মদা চাম্না কংলিবা?"

মহাক্না রাখল তাউনা হায়রকই, "করিগুম্বা নুমিত্তম্থু মকম অসিদা নতোমদা লাকহু।"

"করিগীনো?"

"কীনিংঙাই লৈ।"

"ভূত?"

মহাক্না খোঙেল লুম্না হায়রকই, "ভূত-প্রেত করিমত্তা লৈতে।"

"অদু ওইরবদি —?"

"মফমসিদা লিন লৈ।" ...

# মীরমদ লৈরিঙৈগী নিংশিংবা

সতীশচন্দ্র দাস

নোংমা মহাক (শরৎচন্দ্র) না চাগী দুকান (হোটেল) অমা কপ্পা হৌরগা ওফিসতা লাকপদা তউরে,— চাগী দুকান অমা হাংলে। য়েংলুসি চৎসি।

অহানবদদি মরূপশিংগী মরক্তা কনানসু থাজরুবা ওয়রমদে হায়রবা য়াই, অদুবু ওফিস ছুটি থারবা তুংদা···· নমদুনা মরূপ অহুম-মরীবু মাগী চাগী দুকান য়েংহন্নবা পুরম্মী।

মহাক্কী (শরৎচন্দ্রগী) লৈকমদগী থোইনা লাপ্তনা উগী শঙ মচা অমদা উরম্মী, চাগী দুকান অমা নৌনা হাংলম্মী।

মরূপশিংগী মরক্তগী অমনা হংলম্মী,— মহু ওইরবদি শরৎবাবুবু ওফিসকী থবক থাদোকপিবা তারব্রা? চাগী দুকান্দা ইশানা কমজক্কবদি তুমিৎ নিনিদা মুৎকনি।

—নত্তেনে নত্তে। মুৎলোই। ঐনা থৌরাং কম্নি তৌরিবগে থওব্রা? শঙ্গোম কৌটা অমদা চিনি কয়া য়াম্না চংগদগে, মদুনা চা কপ কয়া থোক্কদগে, ঐনা পুম্নমক থওজিন্দুনা থম্নবনি। অমুক্তা শঙ্গোম কৌটা লৈরগা পীরমগনি, তুমিৎ চুপ্পদা শঙ্গোম কৌটা কয়া শিজিন্নরগে, সন্ধ্যাদা হিসাব তৌবদা পোৎশিং থওবা হেক্তা ওমগনি।

রেঙ্গুন্দা মতম অদুদা বগগী শঙ্গোম্না চা লোন্নরমদে। পৈসা খরচ তৌহনসু অশেংবা শঙ্গোম কংলমদে।

শরৎনা রেঙ্গুন্দা লৈরিঙৈ মতমদা ঐগা লোয়ননা থোইদোক্লা চহী তরুক-তরেৎ মরূপ ওইনা লোয়নরম্মী। মদুদা নত্তনা য়ুম অসিদসু পুম্না লৈমিন্নরম্মী।

# অথোইবা পুন্সি অমা

খগেন্দ্রনাথ মিত্র

শরৎচন্দ্রনা হিংলিঙৈ মতমদা লুনা তৌবিবা, সম্মান, অকবা মিংচৎ কংখি। মহু অয়াম্বা মীগী লায়বক্ত' পাক পাক থোক্লে। বাঙ্গালী নুপা-নুপীশিংগী থম্মোয়-আসন্দা মহাক্না রাজ-সম্মান কংখি। নহারোল-শিংগী থম্মোয়দা মহাকী নিংথৌরেনগী খুডম কংল্লবনি। নহারোল অমসুং অহল্লোন পূম্মমক্না মহাকপু চাংদম্নিংঙাই লৈতনা মতিক-মণ্ডল লৈ হায়বা চপ মান্নবা য়াল্লবনি। তশেংনা মতিক চানা খল্ল-নৈনবিবা মাগী লায়বক্তা কংখিদে, মহু নংদে। সাহিত্যদা অরিবদবু পাম্বা, অরিবগী মীচংদা লেম্না অমসুং আদর্শবাদী ওইবা মখোয় অহুনা শরৎচন্দ্রবু সুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিবমদে। অনৌবা ঈথক্না সমাজতন্ত্রদা হন্থবা রাখল্লোন চেলহল্লি হায়না লৌহুনা পেঙদবা মখোয়না শরৎচন্দ্র খোঙ-দারকপদা চিংনবা পোকখি, রাকম অসি তাচুম্বনি। অহুবু শরৎচন্দ্রগী মতিক-ময়াইগী শক্তম অসি সমালোচনা তৌবা নত্রগা চিংনবা ফোঙ-দোকপা আচরণদা মকশিনখিদে, রাকম অসিসু অচুম্বনি।

শরৎচন্দ্রনা হীরম অসিদা তুমিন্না ককচিন্দুনা লৈরম্নবসু করি করি-ঙুম্বদা মহুদা খরমথৈ কাওবা ফিঙ্গৎলয়্রোই, মহু হায়ক্লবা য়াদে। নোংমা প্রেসিডেন্সি কলেজগী ছাত্রশিংনা ঈকাই-খুম্নবা উৎনবগীদমক মহাকপু বার্তন তৌহুনা কৌরম্মী. মহোন্দা অভিনন্দন তৌননবগী থৌদাং ঐঙোন্দা নল্লম্মী। ঐনা তশেংনা মহাকী মকমদা মহাকী ফংকম থোকপা সম্মান মতিক চাবা মওংদা উচ্চখি, অহুবু মহাক্না ভাষণ পীবা হৌগৎলকপা মতম অহুদা মহাকী মায়োক্তা তৌরিব. সমালোচনাগী রাকম অহুমক পল্লকই। মহাক্না হায়খিবশিং অহু ঐহাক মুন্না নিংশিং'ল। মহাক্না হায়রম্মী, "ঐগী খুৎত্তসি মওং চাদবা দোষ থিবিক্না তীল্লবা কৎতবনি, অসুম্না কনা কনাগুম্বশিংনা খল্লি। অহুবু মখোয়না মওং চাদবনা

থল্লবনি, হায়রিবহু মরুমদদি মহুম্না থল্লমদবসু য়াই। অদুগা অসুম্নদি ওইরম্বা য়ারোইজ্রা, ঙসি কনা কনাগুম্বগী মকমদা মহু তাবদা কজদবা ওইনা থোকপা ?" মতৌ অসুম্না মপূক্লিংগী রা কয়া মহাক্না হুমিৎ অদুদা অমস্তুং অতৈ মতম কয়াদসু কোঙদোক্লম্মী। মসিদগী ঐগী পুক্লিংদা থল্লকখি, চৈথেং-চৈনাদগী মহাক্না মাগী থম্মোয়বু মপুংফানা নাম্মোকহনবা ঙমখিদে। মহুগী হীরমহু মহাক্না মাগী থম্মোয় সুংদা ফুমজিন্দুনা থম্বা ঙম্নমদে অমস্তুং মহাকী পুন্সিদা থোদোক-রাথোক অদুগা মাগী লোনচৎ-শাজংতগী অসিগুম্বা প্রমাণ কয়া ফংখি। মহাক্তি থম্মোয় থোৎলি, মীগী অরা-অনাদা থাংঙমজদে অমস্তুং খজিক্তুং চৈথেং ফংবদা মৈচাক অদুনা মাবু য়াম্না মৈশা লাংহল্লি।

মহাকী সাহিত্য পারবদি খঙবা ঙম্মী, মহাকী মীসুংশি শুপ্নগী সুং য়োবদা নত্তে, মহাকী সুংগী মিৎয়েংসু য়াম্না মচিন থোই। অদুগা মহাকী উপন্যাসকী চরিত্র থুৎশেমদা অমদি থোদোকী ওইরিবা মওংনা অচম্বা মওংদা অসুম্না খঙহল্লি মহুদি, শরৎচন্দ্রগী এক্সপরিয়েন্স মপাল নাইদনা লৈবগুম। এক্সপরিয়েন্স অসি মাগী হোৎনবা কনবা সাধনাগী ফল্লা নত্রগা মাগী ইন্টুইশনলা মহু ঐখোয়না হায়রুবা ঙমদে। থোদোক মথং মথংনা মাগী সাহিত্য শেম্মী— থুদিংমক মিৎতা শং শং উবা হীরম-গুম্মী, বায়োস্কোপকী পিকচরগুম্মী। ময়ামগা মান্নদবা শক্তি অসি মহাক্না মতৌ কমদৌনা ফংগ্রিবনো ? কনা কনাগুম্বনা হায়, শরৎচন্দ্রনা নহা ওইরিবৈঙদা য়াম্না থিজিল্লম্মী, চোকথবা নাইদনা খিজিন-হুমজিনবগী পাম্বৈনা জ্ঞান তানশিল্লম্মী। ঐখোয়গী ইক্ষমদদি মহু লম্বী লমুক্লবা ওইনা থোক্কনি। ঐখোয়না মহাকপু হোৎনবা কনবদগী মায় পাকখিবা মীশক অম ওইনা উদে— ঐহৌয়না মহাকপু ফংজখি বীনাপাণিগী বর ফংলবা মীগী মতৌগুম্না মতিক-মমাই চেল্লবা হকচাংদগী থক্তোরকপা মঙালগী মতৌগুম।

মহাক সাহিত্যগী তম্পাক্তা খোঙদারকখিবা হুমিৎ অহুমক্তদা সুর তাংথক নাইদনা শন্দোরকখি। সুর চেনবা মখোয়না তাকপিরম্মী, সুর চেনবদনা য়াদে, সুরহু তাম্বা চানহনবা ঙম্বদি য়াম্না লায়বক ফবগী রানি।

করিগুম্বা অমুক্কং স্থুম্ন চানপ্রবদি সুংঙাইবগী মুৎনাইজ্রবা ঈফুৎ মপা মতোকপা চেঞ্জরকমি। শরৎচন্দ্রগী মতাংদা রাকম অসি চাদে। শরৎ-চন্দ্র অকবা বক্তা নত্তে। মহাক্কী মুপাথোকপস্থ অহানবদা থোইদোকপা করিস্থ লৈরম্বা নত্তে। অদুবু উপন্যাস সাহিত্যনা মহাকপু অতুম হেক্তা খুজং অমনা স্থুম চেলহনখি, ইকুট কুটদনা বাঙ্গলাদেশপুম্বদা শন্দোকখি।

শরৎচন্দ্রদি ঈং-তম্না মখলগী মীনি। য়োৎচাবী অতুগী মাংদা চংলকপা মখোয়দু চিংশিনখি। মতৌ অস্থুম্না মহাক্না মাগী মরুপ-মপাং-শিংগী মকমদা সুংশিবা মরুপ ওইখি। মহাক্কী ব্যবহারদা ভৌশিন্নবমা থল্লবা তাৎকী কুয়োম য়াওরমদে, অদুবু মহাক্কী অসিগুম্বা স্বভাবনা লৈতেং ওইবা মাধুর্য্য অমা চেন্নম্মী, মতুগা হাটকেত্তং শকখঙনরুবদা অপনবা চিংনবা থিবিক কোকই।

মহাক্কী স্বভাবকী ওইবা মীন্নুংশিগী মরমদা ঐহাক থোদোক অমা নিংশিংলি। ঐনা চহী থরগী মমাংদা বিলাত্তগী যোম্বেদা থুংলবা নুমিৎ অতুদা ঐগী মরুপ অমনা পাউ-চে অমা য়েংহল্লম্মী, মতুদা উরম্মী, শরৎচন্দ্রনা ঢাকাগী সভা অমদা ঐঙোন্দা অতম্বনা কজদবা ভাষণ শাংনা পীখিবা। মহাক্না সভা অতুদা হায়রম্মী, মহাক্কী মহেশ কৌবা রারীহু ইউনিভর্সিটিগী তম্নবা লাইরিক্তগী ইথঙ থঙহৌদনা লৌথোকখ্রে। মরমদি মতুদা হিন্দুগী চৎনবীগী মায়োক্কী থোদোক হায়বদি যণ হাৎপা য়াওই হায়তুনা মতুগী মহুত্তা হিন্দুগী রাখল্লোন চেনবা রারী হাপচিনখ্রে। ঐনা মতু পারগা থল্লম্মী, ঐগী য়াইফনবা থনবিবা কনাগুম্বা মরুপ্না মঙোন্দা মমল নাইজ্রবা রাকম অতু থিদোক্লগা তমশিল্লদ্বা য়াই। অদুমতু কোঙদোক্লবদি শরৎবাবুনা ঐবু লাম্না লৌরিবতু কোকখিগনি। মতুগী তুংদা কলকাতাদা সভা অমদা শরুক য়াবা ফংজখি। শরৎচন্দ্র, জলধর সেন অসিনচিংবা কয়া সভা অতুদা য়াওরম্মী। সভাদা নৈনরিবা হীরমদি—'রারীমচা'। করিগুম্বা থম্না ঙাংজনবা থুদোংচাবা ঐঙোন্দা পীবিরক্লবদা ঐনা রাগী রাপাদা মহেশকী রা পল্লম্মী, রারীতুবু থাগৎলম্মী। মতম অতুদা শরৎচন্দ্রনা হায়রকই, "ঐনা থঞ্জরগদি 'মহেশ' কী মতাংদা অদোমগী রাখল্লোন তোংঙাল্লমগনি।" মতম অতুদা ঐনা গুগায়না

হায়রম্মী মহুদি, 'মহেশ' মতম শাংনা হাপ্লক্লে হায়মহুনা মহুগী মতুংদা অশাংবা রারী 'রামের সুমতি' হাপচিনখিবনি। অমুম্না তৌবা অসি ইউনিভর্সিটিগী নিয়ম মতুংইন্না অমুগা বোর্ডকী পাউত্তাক মতুংইন্না তৌখিবনি। থোইদোকপা মীশকী অপাম্বদা য়ুম্ফম ওইদে। নিয়ম অসিগী মতুংইন্না থোইদোক্লা মমিং লৈরবা রারী 'কাবুলিৱালা' লৌথোকখি। 'মহেশ' লৌথোকখ্রগা ঐগী 'প্রেমের ঠাকুর' হাপরিনপ্লে হায়বা রাকম অসিমক তশেংনা মরম চাদবনি : করিগীনো হায়ববু রারী অনী অমুমক চাওরাক্লা চহী তরুক তরেৎ থংন-থংনা পাঠ্যপুস্তকতা য়াওরক্লবনি। অসিনচিংবা।

পূম্নমক অসি তারবা তুংদা শরৎচন্দ্রনা ভাইহাক রাখল তৌরম্মী। অমুগী তুংদা ঐভোন্দা থোইদোক্লা অচম্বা খোম্থোক্তা হায়রম্মী, "ঐনা লাম্না লৌরুরে। করিস্সু খনবিরুনু।"

ঐগী পুক্নিংদা খল্লকখি, রাখল্লোনগী মওংনা পোকহল্লকুনা মহুগুম্বা রাশিংত্তু মহাক্না তাকপিখিবনি, মহাক্না মহুমক নিংশিং-লম্বীদা পুশিল্লরুবা হোৎনখি। অমুবু মহাকী মায়থোংদা অসিগুম্বা দোষ পঙ্ফবা তোয়-খিংবা অরংবা মতাম ফাওরকপা অমু উবদা ঐনা খওজবা ওরম্মী, অমু-গুম্বা ফংওবা রাখল্লোন্দুগীদমক মহাকী দায়িত্ব শুপশিং ফাওবা লৈবা নত্তে। মথংগী নুমিত্তা পাউচেদা সভা অমুগী পাউদম পীরকপা মতুংইন্না অয়াম্বনা মহুমক উনখি। অমুবু মহাকী স্বভাবকী ওইবা অচুম্বা চৎপনা পামজদবা অপনবমুবু থৌশাদনা মতৌ বমদোনা লাম্থোকখিবগে হায়বা অমু গুসি শ্রদ্ধা অমদি নোল্লুকপগা লোয়ননা পাউদমজরি।

ফাগী পামজবদস্ু মহাকী লৈরম্মী মপাল নাইদবা। মী থরগী মরক্তা ভাইহাক্তংগী মনুংদা মহাকী অমুগুম্বা রারীদা শুমহৎনবা মতৌমু নিংশিংলুবদা অতোপ্পা ১রুপ অমস্ু নিংশিংলকই, মহাক অমুস্ু তমথীরবা মাংহল-তাকহনবা লায়নাদা মনুং-মতম চাদনা ভাইবংপান থাদোকখি …ঐনা পঞ্জরিবসি করি রজণীকান্ত সেনগী রানি। মহাক্না তৌন্নজবগী খুদোংচাবা ঐনা ফংজখি। মহাকুম্বা ফাগী চেনবা, ময়াম পূনবা পামজবা মরুপ থোইনা থেংনরক্লি। শরৎচন্দ্র অমসুং রজণীকান্তনা মশাগী

রসতা তাওহনবা ঙমখিবহু মখোয়গী মক্লবা থম্মোয়গী মীয়ুংশি চাওবা অহুমক্লনি, মীয়ুংশি অহুদা জগৎ-সংসার পূম্নমক, লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমকপু নুংঙাইবগী ঈশ্বরিক খিকপিহুনা রসকী মশক ওইনা, নোক্লিংবগী মশক ওইনা সভাগী লৈতেংগী মশক ওইনা লৈশাৎ তম্লকই।

## শরৎচন্দ্র

সুকুমার সেন

শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী খুৎইগা ঐগা খঙনখিবসি স্কুল তম্মিঙৈদনি। শরৎচন্দ্র মশা কোঙদোরকপদা মঙাইরি। ঐ থার্ড ক্লাসতরা নত্রগা সেকেণ্ড ক্লাসতরা তম্মি। অতোপ্পা স্কুলদগী মহৈরোই অনৌবা অমা লাকই। মহাক্না পুকচেল-খোইজেল তীন্নরম্মী। নোংমা মখোয়গী য়ুমদা চৎলুবদা থাগী চেকোঙ য়াম্না থেংনরম্মী। অদুগী মনুংদা মমিং কয়ামরুম কাওবা ঐদি খঙলমদে। স্কুলদা চংদ্রিঙৈগী মমাংদগী হৌনা ঐ রারী য়াম্না পাম্নকই। স্কুলদা চংবদা নেশা অদু হেনগৎপা নত্তনা হন্থরমদে। মতম অদুদদি রারী উপন্যাস অনৌ-অনৌবা খুদক্তা পাবা তারবদি থাগী চেকোঙগী থোঙজিন্দা চংবা তাবনি। ভারতী, সাহিত্য অমসুং প্রভাসী চেকোঙ অহুম অসি নিয়ম নাইনা পারম্মী। লাইরিক তম্মিন্নবা মরুপ অদুগী কাদা থেংনরম্মী, গল্পলহরী, মালঞ্চ, যমুনা অসিন-চিংবা। ঙাইহাক লৈতনা চাক্নী থোরাং তৌরম্মী। মরুপ্পা হায়জবা চাক্নী থোরাংতুদগী ঐ নাম্থোক্লমদে। যমুনাদা ফংলম্মী, রামের সুমতি, পথনির্দেশ, পরিণীতা অসিনচিংবা রারী পাক্লবদা চঙরুরম্মী। অইবগী মমিংদি মশক খঙবা নত্তে। মতম অস্লক কুবইসি মহাক কদায়দা লৈরম্বগে?

শরৎনা ইবা পাবদা খ্বাইদগী হেন্না শুহৎলবা চহী মতাং অহুমক্তদা মহাক্না ইবা ঐনা অহানবা ওইনা পারম্মী। মতম অহুমক্তদা খঙজবা ওম্লম্মী, মহাক রারী ইবা হৈ হায়বা। অহুগী তুংদা ভারতবর্ষ অহুগা অত্তোপ্পা চেকোঙদা শরৎচন্দ্রনা ইবা পাপ্রে। থোইদোক্না নুংঙাইনা

থোক্লম্মী, অদুবু মথোক কারকপগী অহানবা সুংঙাইবা অদুম্মদি সুংঙাই-খিদে। হৌজিক রাকম অসি ইশানা য়াজবদা ঈকাইদে।

শরৎচন্দ্র রায়ী চংখোয়া ই। নোংমা ঐখোয়গী লৈবাক্তা রায়ী লিবসি শিক্ষা পীবগী থৌদাং অমগুম্মম্মী। ইবগী থবক্তা শরৎচন্দ্র মায়-পাকখি। অসিমক্তনা মসিগী সাহিত্য-কীর্তিগী রাকম শনবদা খাইদগী হেয়া মতিক চাবনি হায়না ঐনা খল্লি। শরৎচন্দ্রনা রায়ী লিবগী তাঙ্গা কংখিবা মতাংদুদা মহাক মনীংতম্ব রাখলদা তাউরম্মী অমম্থং নুংগী অথুপ্পা রা ঙাংবদা রায়ীগী লংল-লংজিন মাংখিদুনা ঈচেল খৈখিবগুম্মী। মসি দোষ গুণগী রা নত্তে। শরৎচন্দ্রনা নুংগী অথুপ্পা রা পল্লম্লিবসি মশানা পামজবদগীনি।

বাঙ্গালীদি মতম চুপ্পদা পাখংদা ওইবা জাতনি। মতম চুপ্পদা পাখংদা ওইরগদবা শরৎচন্দ্রগী রায়ীগী রস যুগ যুগ খুদিংদা থরুগনি।

# কথাশিল্পী শরৎচন্দ্র

হরিহর শেঠ

মদু চাওরাক্লা চহী কুন্থারোম ওইরম্লগনি, য়াম্না মুন্না নিংশিংজি, প্রবর্তক সম্ঘগী রাং-চাওরবা মন্দির মমাংদা লমদমদুগী মশক নাইবা নাইদবা মীওইশিং শুমহৎখি ঈকাই খুম্নরবা মনীষী শরৎবাবুগী নুমিৎ অদুগী মোমোম্নবা শকক্ষম উবদা। মমাংদা মতম অদুদা মাগী ভাষণ তানিংবগী রাকম হৌদোকলুই, মহাক্লা ভাষণ পীবা ওমদবগী রা খঙহল্লকখি, মহাকী রা মতুংইন্না খম্ন-নৈনবগী সভা অসি শিনখিবনি। অমর সাহিত্যকার অসিবু হান্না উজনবগী, মহাকা রায়ী শাজনবগী খুদোংচাবা লায়বক কবা কংখিদুনসু ময়াম্না শরৎচন্দ্রবু চপ চানা খঙনবগী তাঞ্জা নুমিৎ অদুদদা কংখি।

নুমিৎ অদুগী খম্ন-নৈননবগী লেপ্পখিবা হীরম থোইদোকা করিন্থু লৈরমদে। সভা-সমিতিগী মতমগী ওইবা মওং-মতৌ শুপম্লাও য়াওরমদে। অদুক রাংসবা সাহিত্যকারদুবু ফংজবদা থোইদোক্লা ঙমুংগী মীগী মতৌগুম ময়াম্না মঙোন্দা কোইশিন্দুনা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা রায়ী শানবগী ঈপোমদা তাউরম্মী। উনবগী সভা অসিগী অথোইবা থৌবু চারুচন্দ্র

মহাশয়না অহানবদা শম্লগ্ন' রাহৌদোক্কী মশক ওইনা' সতাগী পান্দমগী মতাংদা রাহৈ অনী-মরী চাংলবা তুংদা ঈকাই-থুমজরিবা অতিথিনা পুংকক চাওরকপদা মহাক্কী মবোক্কা লোয়নন্না চন্দননগরদা নোংমা লাকখিবগী নিংশিং রারী তমকই। মতম অমুদা মহাক্কী (শরৎচন্দ্রগী) মপুক্লিংদা বোড়াইচণ্ডী মনাক্কী পুত্রী ময়াদা কুণ্ডু মহাশয়খোয়গী মমোল অমগী য়ুম অচৌথক্তং নিংশিংলম্মী। মচু থুলং অসিগী নোজাশ্রবা হরিপদ অমসুং কালিপদ কুণ্ডু মহাশয়খোয়গী য়ুম্মক ওইরমগদ্রা কনানা খঙগনি।

অতুগী তুংদা রাহং-পাউথুমগী তাক্কক হৌরকই। নিংশিংলিবদা হীরম কয়াদা নৈনরবস্তু মতুগী মনুংদা অযাম্বনা সাহিত্য অমদি রচনান-চিংবগী রাকমদা য়ুম্মম ওইবনি। শ্রীযুক্ত বসন্তকুমার বন্দোপাধ্যায় মহাশয়না মঙোন্দা মহাক্কী শাগৈগী পরিচয় অমদি সাহিত্যিক কেরিয়রগী মরমদা তাকপিনবা হায়জরুবদা হীরম অতুদা মরিক চুম্মা শন্দোক্লা তম্লিংবগী হৈনিংবা পোকপা মঙোন্দা উবা ফংদবগুম্মী।

মহাক্লা অহানবমক্তদা হাযবম্মী, শাগৈগী কাংগুম্বা চাওথোকচনিং-ঙাই ওইবা পাউ অমত' মহাক্লা লৌরুদে, মখোয়গী শাগৈদা ধর্ম্মগী মতাংদা কাওখিবা অমদি লৈ। মীরোল নিপাল চুপ্লঃ শাগৈ অতুগী মুপা অমমম সন্ন্যাসী ওইরকই। মহাক্কী মনাওনুপা অমা সন্ন্যাসী ওইখি। মচাক্কা হাইকেৎ কয়েমবগুম হায়বম্মী, মচাকসু কয়ারক হন্না সন্ন্যাসী শাহুনা কোইচৎ চৎলুরবনি। ফব-করবা সন্ন্যাসীশিংনা তৌবগুম হায়বদি গঙ্গা থকপা কাওব' থাদোকখিদে। অতুবু মহাক্লা ময়েক শেংনা' হায়-রম্মী, মচাক লম্বী অতুদা চৎপ ঙমখিদে, ধর্ম্ম ঙাক্ল। চৎননবগী লম্বী মাগী শুপ্লে লৈবমদে। রাকম অসিগী মতাংদা মতিবাবুদা চৈথেং থরমখৈ দাবগী মতাঙুম মচাক্লা ধর্ম্ম, ভগবদ্ভক্তি, সাধন পূর্মমক অসিগী করিগুম্বা মকম অমতা থিবদা ফংখিদে। শুপ্নগী ধর্ম্ম সাধনা থক্তা নাত্তে, ঐখোয়গী থাইনগী চাওথোকচবদা তাউড্রুনা লৈবা মহাক্লা শুপ্পাম পাম্লমদে ; মসি মহাক্কী রা কয়াগী মনুংদগী মশেক শেংনা থঙবা ওম্মী। মতম অতুগী চৎনবী অয়াম্বদা মহাক্লা য়ানিংদবা লৈরম্মী অমসুং মাগী 'শেষ প্রশ্ন' মতম অতুদা ইরি, মতুদা মহাক্লা রাকম অসিসু পল্লম্মী। ধর্ম্মবু মোরামক্ত

তৌবা হায়বদি শেমদোক-শেমজিন তৌবা নত্তে, ইনৌ নৌবা শক্তমদা শাগৎপমক দরকারনি হায়বা অসিনি মতাকী রা।

ঐখোয়না মুল্লা নিংশিংলি, নুমিৎ অহুদা মহাক্না শেংনা হায়খি, মহাক্না অরিববু মাংহন্নবগী লম্বীমক লৌগনি। মাগী রাদি, ঐখোয়গী লৈরম্বা পুন্নমক অহু কাউথোকক্রো। মী তরানা চৎনহুনা অচৌবা ওইখিবা লম্বী অত্ত চৎতুনা অচৌবা ওইবা— চহী লিশিং লিশিংগী মমাংদা ঐখোয়গী করি লৈরম্বগে হায়বগী চাওথোকচবগী মায়োক্তা মহাক্না লেপ্লম্মী। শুপ্নগী ধর্ম্মগী হীরমদদা নত্তে, অরিবগী অয়াম্বা শক্তক্তা মহাক্না য়াওন পুরকপা পাম্লম্মী। মতমগা চানবা য়াওন পুরকপা পাম্লম্মী, থোইদোক্লহুম মহাকপু বিদ্রোহ বিপ্লব হায়বা য়াই।

ধর্ম্ম, অয়ান-খুত্তম অসিনচিংবা হীরমদা মতিবাবুনা য়াম্না নৈনখি। শেমদোক-শেমজিন তৌবগী রাদা মতিবাবুনা হায়রম্মী, শেমদোক-শেমজিন নত্তে, নৌহৌননা মশক হোংবনি। শরৎবাবুনা ইরিবগী মনুংদা অচুম্বগী পরিচয় য়াওরি, মাংহন-তাহনবগী মনুংদসু মহুগুম্বা পোজিটিভ খরা উবা ফংগনি হায়বগী থাজবা মহাক্না পল্লম্মী।

নিংশিংলি, মভৌ অসুম্না অসুম অসুম রা শাংথবা হেল্লকপনা মতম অসুম অসুম তৌখিবা উরক্লুনা খম্ন-নৈনবহুগী ঈচেল হাম্নগীদা অমুক হঞ্জিল্লকই। শরৎচন্দ্রনা অহানবমক্তদা মরৌ থাংবা মওংদা হায়রম্মী, "ঐ সাহিত্যকার নত্তে। পূকচাকীদমক ওইবা সাহিত্যকারনি।" মহুগী তুংদা মহাক্না হায়রম্মী,— অঙাং ওইরিঙৈদগী থম্মোয় নুংদা অমদি মপালদা মখল মঙা থোক্লা উবা য়াবা মহুগুম্ব শক্তম অমা পাম্লকই। মসিদগী খঙহৌদনা নোংমা ইবা হৌখিবনি। অহানবদগী মহাক্না খল্লকখি, এক্সপরিয়েন্স লৈজবদি নিংথিন। ইবা ঙম্মোই, অহুনা এক্সপরিয়েন্স অহু তানশিনগদবনি। থবকী মতাংদা বর্ম্মা, জাভা, বোর্ণিয় অসিনচিংবা মকম কয়াদা মহাক চৎপা তারম্মী। মহাক্না হায়রম্মী, এক্সপরিয়েন্স মপাল নাইদনা ফংখি, অহুগা মহুগী মহৈগী মশক ওইনা 'পথের দাবী' ইখিবনি।

নুমিৎ অহুগী মাগী রানি, ইজিচেয়ারদা ফমহুনা সাহিত্য লেংবা য়াদে। কোপি তৌবদি য়াই, অহুবু অশেংবা মী উরগদি শেম্বা ঙমগনি।

মীওবগী মুংগী ওইবহু থওবা ঙমবা হোৎনগদবনি। অতোপ্পা মপালগী চরিত্রবু থরমথৈ ওস্তোক-ওনশিন তৌবা, মতু য়াদে। মহাক্না হায়রম্মী, য়ায়া মওং চাদবা কক্সদবগী মথুংদসু অসিগুম্বা মীওইবগী ওইবা গুণ খিবিকী পরিচয় মহাক্না কংখিবহু কল্পনানা শাগৎলুবদা ঙমগদবা নত্তে।

মহাক্কী রচনাগী রারীগী মচাক, চরিত্র য়েকপা অসিনচিংবা অসি সাধারণ ওইনা কল্পনানা শাগৎপা নত্তে। মহাক্না হায়রম্মী, মহাক্না য়েক্লিবা চরিত্রশিংগী চাম্মদা মঙ্গীফুত্তরাদি অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইবনি। অচুম ওইনমক অচুম্বথক্তনসু সাহিত্য শেমগৎপা য়াদে হায়বা রা অসিসু মহাক্না পল্লম্মী। মহাক্কী রাদি, অচুম্বদা য়ুম্ফম থোঙ্গবদি চরিত্র অহিংবা ওইদে। মহাক্কী রাদগী থঙবা ঙমথি, মহাক্কী রারী পূম্নমক্কী নত্রগা অয়াম্বা শরুকী মরুদা অচুম্বা শরুক থরা য়াওই। মহাক্না হায়রম্মী, 'প্লোট কংদহুনা ইত্রে' হায়না অয়াম্বনা হায়। মসিগী মতাংদা মহাক্না পল্লম্মী, অস্নুক চাওবা পৃথিবী লৈরি, অঙক-অঙকপা কয়া লেরি, অদুগা মখোয়না প্লোট থিবা কংত্রি। মধুগী মরম তাকপদা মহাক্না হায়রম্মী, অইবা কয়ানা কমদৌ-রগা পাঠকপু হরাও-তয়ামহনবা যাগদগে হায়বগী মায়কৈদা মপূক্লিং চংই। মাগী মীতুবু লৈশাং তমহনবদগী হেন্না রারীগী মায়কৈদা মিৎয়েং থম্মী। মহাক্না চেকশিন-রা পল্লম্মী .... হায়রম্মী, রসকী পোৎশক অদু অকাম্বগী থাক্তা তারৈ। কঞ্জবা অমদি অকাম্বগী মরক্তা অসিগুম্বা লৈই অমা লৈ, মতুদগী ইম্ফি অমতং মায়কৈ অসোমদা চংশিনখিবমক্তদা পূম্নমক অদু Vulger ওই—মংহুনা তৌকই। মহাক্কী রাখল্লোন্দি Vulger সাহিত্য মতম চুপ্পদা থাদোক্কদবনি।

মহাক্না আলোচনা চথবদা হায়রম্মী, শাগৈ-জাত রাংবা ব্রাহ্মণশিংগী রাকমদা য়ুম্ফম ওইহুনা 'বামুনের মেয়ে' হায়না মমিং থোন্দুনা লাই-রিক অমা ইথি, অমসুং ইত্রিহৈগী মমাংদা রবীন্দ্রনাথকা হীরম অসিদা রারী শানথি। মতুদা কবিগুরুনা থোইনা মপূক্লি .থৌগৎপিরকথিদে। মহাক্না হায়রকথি, "হৌজিক্তি শাগৈগী ইজৎ হায়বহু অমুক লৈত্রে, চাম্মা লুহোংবসু চৎনত্রে। প্লোটকীবুদি রাক্তনিংঙাই লৈতে, অদুম ওইনমক ইনিংলবদি ইমু, কল্পনা শাগৎলুগন্নু।" লাইরিক অদুগী প্লোট শেমখিবগী

য়ারোল অহু ঐগী য়ুমদা কম্রিদৌদা মহাক মশামক্তী মকমদগী তাননবগী লায়বক কবা কংজখি, মহু মতাং অসিদা পনবদা মতাং চাজবম্ব পম্লিংবগী মীহৌবা কাথবা ঙমদ্রে। নোংমা খঙহৌদনা খুল্লক কোইনিংবগী অপাম্বা পোক্লক্লুনা স্টীমর তোংহুদা মহাক কাটোয়াদা চৎলম্মী। মকম অহুদা ক্ষুমথবা মতম অহু নুমিৎ য়াম্না থেংলবনা অরাম-খোয়রাংবনা খাংহুম্লমদে। খুল্লক্তা চংলগা মকম অহুগী হুকান অমদা ঙাইহাক পোৎথারগা অচম্বা খরা চারম্মী। মহুগী তুংদা খরা চৎলগা খুল্লক্তা লৈবা ব্রাহ্মণ অমগী য়ুমদা থুংলম্মী। মকমহুদা চহী য়াম্নবী য়ুম্বুয়েনবী লুপ্রাবী অমনা নুমিৎ য়ুংলবা কাওবা চাক চাংত্রিবা অতিথিবু কংজবদা ঈরুজনবা অমদি লুক হাবিনবা হায়জরম্মী। শরৎচন্দ্রনা পুত্রীদা ঈরুজরুরগা কায়কপদা উরম্মী, থোংথাক্লবগী থোরাং পূম্নমক লোইশিল্লম্বদা নত্তনা লৈরং কাওবা মৈ থাগৎতুনা মহাক লাকপা ঙাইরম্মি। মহাক্না চাক থোংননবগী রা হায়রুবদা শাগৈ-জাত র'ংবী ব্রাহ্মণ-নিংঙোলহুন' মঙোন্দা মখুৎমক্না থোংজনবা হায়রকপদা য়াকমহুগী মরম খঙহুমদহুনা শরৎ হাইকেৎ হুকচানরম্মী অমস্থুং নিংজিং-মাংজিংনবগা লোয়ননা চাক থোংহুনা চারগা বিদায় লৌরম্মী। হল্লকপগী লম্বীদা ঙসায় লৈহৌবা হুকান্দায় অহুনা হায়রম্মী, ঠাকুর, জাত তাহল্লরবোইরে? মহুগী তুংদা মহাক্কী মকমদগী খঙলম্মী, শাগৈ-জাত য়াংবী ব্রাহ্মণনিঙোলনি হায়রিবা নুপীহু জাত অতোনবা শূদ্রদা লুহোংখিবনি। থোদোক অসিমক্তদগী লাইরিক অসিগী য়ুক্ষম থোনবা হৌখি, য়ারাগী ঈচেল অহু কল্পনানা শাগৎতুনা শেম্বা নত্তে হায়না খঙবা ঙম্লম্মী।

সন্ধ্যা ওইশিল্লকপগা চাঙয়াক্না সভা লোইশিল্লক্লে হায়বা য়াই, মতম অহুদা শ্রীযুক্ত নারায়ণচন্দ্র দেনা পোলিটিক্সকী মরমদা মহাক্কী য়াখল্লোন ফোঙদোকপিনবা হায়জবা অমস্থুং পোলিটিকেল মুভমেণ্ট কদোমদা থোক্লগদৌরিবগে হংবদা মহাক্না খুম্লম্মী, "করিগীনো অদোম্মু অশিন-অয়াংঙ্গা ? নিংথিবা চৎনবা য়াগনি, অহুবু হীরম অসিদদি ঐহাক করিস্থু হায়জবা ঙম্লোই।" অসিগুম্বা পাউখুমদগী লায়না খঙবা ঙম্লম্মী, পোলিটিক্সকী য়াকস্থু মহাক্না থোইনা পাম্নবা লৈতে হায়বা। অহুবু নুমিৎ খরনিগী মমাংদা হাওড়া কংগ্রেস কমিতিগী সভাপতিগী কমদা

ঙাম্মোক্টবিরম্মী। অদুবু তশেংনা অশিগুম্বা থবক্তা অমুক হৈনিংলক্তবম্মু ওইরম্বা য়াই। মরমদি মহাক্না অতোপ্পা রাকমদা পল্লম্মী, মহাক পোলিটিক্সতা য়াওরুমগা মতমদুদগী অদুম পোৎথারক্লবনি।

মসিগী মতুংদা ননীলাল দে'গা মুংশি রাইথুংনবগী মরমদা থরমথৈনৈনবগী লোইশিল্লবদা খ্বাইদগী অহল ওইরবা পূর্বোক্ত গোস্বামী মহাশয়না সংস্কৃত শ্লোক অমা থিজ্রিজৈগী মমাংদা আশীর্ব্বাদ পীরগা সভাগী থবক লোইশিল্লম্মী।

## সাহিত্যগী খোজৈ-লৈকোন্দা

রণজিৎকুমার সেন

মীওইবনা কয়া য়াম্না চম্বা অমদি তোররিংবা ঙম্বগে হায়বা অদুগী খুদম শরৎচন্দ্রনা ওইরি। নোংমতম্মু মঙোন্দা অভিভাবক ওইবগী রাখল্লোন চেনখিদে। ইমুং-মনুংগী মতৌগুম পুকচেল শেংনা ব্যবহার তৌনা মনাক্তা চিংশিল্লম্মী। রাজনীতিদগী তৌরগা রারেং-সাহিত্য, ঈশৈ-নোংমাই— হীরম মখল মখলগী মরিদা রা য়াম্না তাখি। লাইরবনা মরম ওইদুনা মহাক মপুন্সিদা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লখি, রাগী সুম শানবদা মহাক্না রাকমদু পনবদা নীংহন্নবা লৈখিদে। অদুবু লাইরবা অসিমক্তা নোংমা মহাকপু সম্রাটকী খুডম কংহনখিবনি। মহাক্না মুন্না থজলম্মী, মশীং থিজমল্লবা মীয়ামদা মহাক উরম্মী, মায়কৈ অমদা মীওইবনা মীওইববু খোঁওইবিদবা, অদুগা অতোপ্পা মায়কৈ অমদনা থম্মোয় শোক্লবা কায়নবা। শরৎ-সাহিত্যদা অরা-নুংঙাই অসিগী ইতিহাস থম্না য়াওরি। ইতিহাস অদুমক পুদুনা মহাকী নাক্তা চংশিন্দুনা লেপচরুই। মহাক্না মনাক্তা কৌশিনবিরগা হরাও-তয়াম্বা কোঙদোরকই। মহাক্না মীওইবগীদমক অরাবদা কয়াগী মতিক রাবিবগে হায়বদু কোঙদোকচনবা লোন থিবা কংদে। লোন শিজিন্নরুরবদি মহাকপু হম্বনা উহনবা ওইনা থোকনি। মহাক লোনগী যাদুকর ওইরম্মী, মহাকী মকমদা আধুনিক বাংলাগী থম্মোয়গী লোন কাওবা মায়থিরিবনি।

বাংলাগী চৎনবিবা সাহিত্য ঈচেলদা মহাক্কী লাংলৈগী সুর অমত্তা ওইনা তীনখি। বাংলাগী লৈবাক্কা মহাক্ক চন্দন থিল্লম্মী, ঈমা-লৈবাক্কী অশেংবা মচা ওইরম্মী শরৎচন্দ্রহু। বাংলা লৈবাকপু অহুননি মহাক্কা পূক্নি কৎথোকচবমখৈ হুংশিজরম্বা। সাহিত্যদা অসুক কুইবাসি দেবতাগী চরিত্রগী পাংথক ওইহল্লম্বা মখোয়না অসুক কুইরবগী তুংদা লাক্কুনা মহাক্কী সাহিত্যদা শক উৎলয়ে, অরা-মুংঙাই অমদি পাপ-পূণ্যদা য়েংশিন্নবা অশেংবা মীশক ওইনা ইশাগী নৎতবা নত্রগা ইউরোপিয়ান পোৎতা কনসু রোমাঞ্চ চেঞ্জসনু কমদৌনি, মহুগা সাধারণ পুন্সিদা চাশিন্নহনবা থক রারোই। মীওইবনা মীওইবা ওইনা হিংবা তারবদি লৈবাক্কা মহাক্কা অমত্তা ওইশিলহনবা দরকার ওই, শরৎচন্দ্রনা মহুগী প্রমাণ থনম্মী। বাংলাগী ঙাক-শেল্লিবা সমাজনা শরৎচন্দ্রবু লৌশিনবিবা নত্রগা খাংবা ঙমখিদে, অদুবু বাংলাগী বিপ্লবী যৌবন্না মাবু লৈরাংপরেংনা লৈতেংবিখি। ঙাক-শেন্দুনা থম্লিবা শাগৈ-জাত রাংবগী মরদা মহাক্কা শীংজংনা য়াম্থৎলম্মী। সমাজগী মীনম্ব জাত রাংবগী নাপল খুগাবদুনা উফুল ভাহল্লম্মী। মতম চুম্নদা থো ওইবিরক্কুবা, খুঙ্গোয়নবিররক্কুবা, তুকচ্চবিরবা, লৈখা তারবা অমসুং বার্ত্তন ককপিপ্রবা লৈবাক অদুমক্কী মীয়াম্বক্পু শরৎ-সাহিত্যগী নায়ক-নায়িকা ওইনা পুশিল্লক্লি। সাহিত্যনা পুরকই ডিমোক্রেসিগী সুব, বাংলাগী ওইরগদা মীয়ামগী সাহিত্যগী লমজি বদি মহাক্নি।

নৈহৎপিরবা মীয়ামগী মীতৌ ওইদুনা সংসারদা মখোয়গী দাবী পুখৎপিরম্বনি শরৎচন্দ্রনা। মায়কৈ সোমদদি মহাক গোর্কি অমদি ডোস্টোয়েভস্কিগা গোত্র অমতনি। 'Crime and punishment' লাইরিক্তা শিক্ষা কংলবা হৌন খঙবা পাখং—Rascolnikof না চৎতুনা থুরুম্লুই, লৈখা তারবী লমচৎ মাংলবী Sonia দা। মশাগী পরিচয় কোঙদোক্কুনা খায়নবা চাৎনৈ সোনিয়ানা, অদুবু মহাক্কা খাম্বহু য়াখিদে য়েসকোল্নিকোফনা, I did not bow down to you personally, but to the suffering humanity in your person. অর্থদি, ঐ নঙোন্দা খুরুমদে, নহাক্কী মুংদা লৈরিবা নৈহৎপিরবা

মাহুৎশঙ্গুবু পুক্নমজবনি। য়েসকোল্‌নিকোককী খুৎথাংদা তোঙ্গৌয়েতক্নি-মকী বা ঙাংহল্লি— কমল, সাবিত্রী, কিরণময়ী, গফুর অসিনচিংবু শরৎচন্দ্রনা ঙাংহনবা অহুঙুম ঙাংহনবনি। সমাজ-সংসারদা কাজিনবা ঙমদবা শক্তি পুহনা পৃথিবীদা খোঙদারবা নৎত্রবস্থ সামাজিকী মওং চাদবা অহনা মীওইবগী লৈখা তাবহু মিৎত্তা খুদোঙ্গী থিন্দুনা উহনবি-রম্মী শরৎচন্দ্রনা। শিল্পীগী থবক্তি সমস্যাহু মিৎয়েং মাংদা পুখোয়কপনি, কর্মীগী মথৌদি সমস্যা অহুগী কিশি থোকপনি। ইরৈবাকী আম্মাগী বাণীমূর্ত্তি ওইরম্মী শরৎচন্দ্রনা। রাহৈ মথং মথং লেংশিন্দুনা মহাক্না ঙুপ্পগী মায়াজালদমক রচনা তৌরম্বা নৎতে, বাংলাগী মুংগী মায়কৈহু খোইদোকপা মওংদা মায়খুম হাইদোকপিরয়ে বাঙালীশিংগী মকমদা— শকাব্দী কয়া কয়া ঈশিংদা তাউবা ফুমগী মতৌঙম মহুগী মায়োক্তা মুংদদি নাপলনা চাকথেক্লম্মী।

অনীশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদা পৃথিবীদা ঙসি লৌশিং চাওবশিংগী অচৌবা ঈথক অমা লাক্কুনা ঐখোয়গী সমাজগী মাথাবু লমুক্লহল্লে। খোঙথাং খুদিং চিংনবগী মিৎয়েংনা য়েংহনা ঐখোয় মাংদা চংশিল্লি। মহুদা ঙসিগু সাহিত্যিক-সমাজগী পাক্কনা শন্দোরক্লিবা সমস্যা অমদি ভৌগলিকী ওইবা ঙমখৈনা কাজিন্দুনা থম্লিবা মীওইবগী চৎনমোল অমদি মীমুংশিগী রাথল্লোন রাৎপনা মপূংফানা মহৈ য়ালহল্লবগী লম্বীদি থিবা ফংলমদে। লম্বী অহু থিদোকপিরয়ে শরৎচন্দ্রনা, অহনা মহাকপু ঙসিসু মায়থিবা পীক্লবা ঙমজ্রিবনি। অখোইবা শিল্পীগী মায় পাক্লিবসি মফম অসিমক্তদনি।

# লাইরিক মশক তাকপা

রঘুমণি শর্ম্মা

## বড়দিদি

শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরগী খঞ্জরপুর খুলংদা লৈবা মতমদা য়ুমথংনবা বিভূতিভূষণ ভট্টখোয়গী য়ুমদা লৈহুনা লাইরিক তম্লম্মী অমসুং মথং মথং রারী কয়ামরুম ইরম্মী। মাগী রারী ইবা খাতাশিংহু মতম অহুদা ভট্টখোয়গী য়ুমদা তাহুনা অহুম লৈরম্মী।

সাহিত্যকার সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায় ভাগলপুরদা এফ. এ. তম্লম্মী। মহাক্না এফ. এ. পরীক্ষা তাপ্রবা মতুংদা ভাগলপুরদগী কলিকাতাদা মশাগী য়ুমদা হল্লমদায়দা শরৎচন্দ্রগী অয়াবা লৌরগা বিভূতিভূষণ ভট্টগী মকমদগী শরৎচন্দ্রগী রারী ইবা খাতা অনী পুরকখি। সৌরিনবাবুগী পান্দমদি মহাক্না কলিকাতাগী মাগী মরূপশিংবু রারীশিং অহু পাহন্দুনা ওকহন্নবনি। সৌরীনবাবুনা শরৎচন্দ্রগী রারী ইবা খাতা অনী অহুগী মতুংদা কোরেল, চন্দ্রনাথ, বড়দিদি অসিনচিংবা য়াওই।

অহুগী মতুংদা সৌরীন্দ্রমোহন্না ভট্টখোয়গী য়ুমদা শরৎচন্দ্রদা মাগী রারীগী খাতা অনীহু হন্দোকখিবা মতমদা 'বড়দিদি' কৌবা রারীহু শিন্দোক্লুনা কোপী অমা মশাদা থমহৌই। মহাক্না খল্লম্মী, মখোয়গী খুৎনা ইহুনা ফোঙবা 'তরুণী' কৌবা চেকোঙ অহুমক্তদা বড়দিদি মথংক মনাও নাইনা ফোঙগনি। অহুবু মহু ওইখোকখিদে। অহুম ওইনমক বড়দিদিগীগী কোপিহুদি সৌরীন্দ্রমোহনগী মনাক্তা অহুম লৈখি।

অহুগী তুংদা সৌরীন্দ্রমোহন্না চেকশিন্না থন্নিবা বড়দিদিগী কোপিহু মতৌ কমদৌনা 'ভারতী' চেকোঙদা হাপখিবগে হায়বা অহুগী মরমদা মহাকী রায়েং 'শরৎচন্দ্র অমসুং ভারতী' মথক্তা থেংনবিপ্রে। ময়াম অহুনা মতাং অসিদা মহু অমুক হন্না হাপচল্লে।

সৌরীন্দ্রমোহনা ইবা মহাক্কী 'শরৎচন্দ্রের জীবন রহস্য' কৌবা লাইরিক্তা ভারতীদা শরৎচন্দ্রগী বড়দিদি কোঙবগী মরমদা ইরম্লিবা অদুদগীস্ন খঙবা ঙম্মী, ভারতী মতম অদুদা রেঙ্গুনদা নাইদবনা বঙ্গাব্দ ১৩১৪ গী ইঙা থাগী চেকোঙ মেরা থাদা হায়বদি খ্রীষ্টাব্দ ১৯০৭ কী ওক্টোবরদা পুথোকখি

ভারতীদা বড়দিদি কোঙদোকপ্রবা চহী কয়াগী মতুংদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯১৩ গী সেপ্টেম্বর থাদা লাইরিক ওইনা কোঙদোরকই। অকোঙবনা যমুনাগী সম্পাদক ফণীন্দ্রনাথ পালনি।

বড়দিদি কোঙবগী মরমদা ফণীবাবুনা বঙ্গাব্দ ১৩৩৫ গী লাংবনগী তাং ৬ তা চয়োলগী চেকোঙ 'স্বদেশী বাজার' দা মাগী 'পনের বৎসর পূর্বের শরৎচন্দ্র' ( চহী ১৫ গী মমাংগী শরৎচন্দ্র ) প্রবন্ধদা ইরম্মী—'শরৎচন্দ্রগী য়ানিংদবা অথিংবা লৈহনসু মহাক্কী বড়দিদিবু ঐনা লাইরিক ওইনা কোঙদোকখিবনি। মসিগী মমাংদা মহাক্কী করিগুম্বা থুৎই অমতা লাইরিক ওইনা কোঙখিদ্রি।'

বড়দিদি লাইরিক ওইনা থোরক্লবা মতম অদুদা লাইরিক খরা রেঙ্গুন্দা শরৎচন্দ্রদা থারম্মী। লাইরিক অদু ফংলবা মতুং হুমিৎ কয়ানি-রোম লৈরগা শরৎচন্দ্রনা তাং ১০/১০/১৯১৩ ইংদা রেঙ্গুন্দগী ফণীবাবুদা চিঠি ইরকখি— 'নহাক্না থারকপা বড়দিদি ফংলে, পূরিংদা নুংঙাইতবা লৈতে। অদুম্নদি ওইরগা, মহু অঙাং ওইরিঙৈগী রচনানি, নম্নমদবনা করম্বা য়াই।'

শরৎচন্দ্রগী স্কুল-পুন্সিগী অঘোরনাথ অধিকারী ( তুংগী পুন্সিদা মহাক রায় বহাদুর উপাধি ফংখি ) কৌবা ওঝা অমনা বঙ্গাব্দ ১৩৫০ গী থবানগী 'পাঠশালা' চেকোঙদা শরৎচন্দ্রগী 'বড়দিদি' উপন্যাস অহুগী মতাংদা প্রবন্ধ অম ইরম্মী। মহুদা মহাক্না ইরম্মী—

শরৎচন্দ্রনা মাগী 'বড়দিদি' উপন্যাসতা পাবনা জিলাগী বারেন্দ্র ব্রাহ্মণশিংগী মতাংদা রারী ইবনি। শরৎচন্দ্রগী 'শ্রীকান্ত' গী ইন্দ্রনাথ তশেংবদি শরৎচন্দ্রগী ভাগলপুরগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ রাজেন্দ্রনাথ মজুমদার নত্রগা রাজুনি, মখোয়গী য়ুম পাবনা জিলাদনি অদুগা

মখোয়স্তু বারেন্দ্র ব্রাহ্মণনি। রাজুগী ময়াম্বা অতোম্বা শরৎ মজুমদারনা শরৎচন্দ্রবু য়াম্না নুংশি-চানবিরম্মী। শরৎচন্দ্রনা অয়ুক-নুংঙিগী ওয়াম্বা শরুক মজুমদারখোয়গী য়ুমদা লেল্লম্মী। শরৎচন্দ্রনা মখোয়গী য়ুম্নক্তদা বড়দিদিগী রারী শুংখিবা ওইরম্না য়াই।

অঘোরবাবুনা অমুকস্তু হায়রম্মী— রাজুগী ময়াম্বা অতোম্বা শরৎ মজুমদারগী মচানুপী অমা মহাক্কী মমৌনুপী ওইরম্মী। অঘোরবাবু মশামকস্তু বারেন্দ্র ব্রাহ্মণনি অমসুং পাবনা জিলাগী মীনি।

পনবা য়াবা অমদি—'বড়দিদি' হায়বা রারীসি শরৎচন্দ্রনা অহানবা ইবদা 'শিশু' কৌরম্মী হায়না নিরুপমা দেবীনা হায়রম্মী।

## বিরাজ বৌ

ভারতবর্ষ চেকোওদা শরৎচন্দ্রগী অহানবা হাপখিবা রচনাদি 'বিরাজবৌ' নি। মহু বঙ্গাব্দ ১৩২০ গী পোউষ্ট অমসুং রাকচিংগী চেকোওদা হাপখিবনি। গুরুদাস চট্টোপাধ্যায এণ্ড সন্সনা তাং ২/৫/১৯১৪ ইংদা 'বিরাজবৌ' লাইরিক ওইনা পুথোকখি।

ভারতবর্ষ চেকোওগী এডিতোরগী পাউতাক পীবা মরুপ প্রমথনাথ ভট্টাচার্য্যনা হায়জবদগী শরৎচন্দ্রনা অহানবা ওইনা ভারতবর্ষদা অইবা পীখিবনি। চেকোও অদুদা বিরাজবৌ ফোংদোক্লিবগী মমাংদা শরৎচন্দ্রনা হীরম অসিগী মতাংদা প্রমথনাথবাবুদা চিঠি অমা ইখি, মতুংইন্দুগী মকম অসিদা মচেৎ অমা হাপচরি— তাং ১৭/৭/১৩১৩ বঙ্গাব্দদা মহাক্না ইরম্মী, '... করে, লাংবন থাগী রারী অমা এনা পীবক্লগনি, নুংশা-থিরুরন্নু। অদুম ওইনমক থরমথৈ শাংগদৌরি। ...'

জুলাই থা মোটিশিল্পকপদ হুমুক ইরকখি 'পূজাগী চেকোওগী-দমক এনা ওমজবা মতমদা রারী অমা ইদুনা থাদকনি, অদুবু মহাক্ কাওন-নবগীদমক কনাগী মকমদস্তু হায়বদি সম্পাদক অনীদা রাচৎ-রাংগে মুখ। ঐগী অচেৎপা ফিরেপ্নি। কনিগীনো হায়বদা নচেং নবু কজনা থোরগদি মহু মখোয়গী মকমদস্তু কজনা হেক্তা থোকনি হায়বদি কোওদোকপা

য়াবা ওইগনি— য়াকম অসি করিগুম্বা মঙংদস্থু ইচংথোনা হায়রুবা য়াবা নত্তে।'

মতম অমুদা ভারতবর্ষগী সম্পাদক জলধর সেন অমস্থুং অমূল্যচরণ বিদ্যাভূষণনা ওইরম্মী। শরৎচন্দ্রনা পূজাগী অথন্নবা চেকোঙদা অইবা পীবা ঙমখিদে। অমুন' পূজা মতুংদা তাং ৩০/৯/১৩১০ বঙ্গাব্দদা অমুক ইরকখি— 'য়ারী মচেৎ থরদি ইরে, অদুবু নহাক্কী মিংগী মতিক-ময়াইদা মহু তশেংনা লৈনাং থাংগ্রে, লোইশিন্ত্রিবথর্ৈ করিগুম্বা মঙংদস্থু নত্রদা মতিক চাবা ওইগদ্রা হায়বা ঙমদে। য়েংসি, করিগুম্বা কজরবদি নহাক্কী মিংদা কোঙগদবনি। হিয়াঙ্গৈদা হায়া হায়বদুনি।'

মতম চানা ইবা লোইখিদবনা হিয়াঙ্গৈ থাদস্থু হাপখিদে। পোইমু অমস্থুং য়াকচিংদা হাপখি।

'বিরাজবৌ' লাইরিক ওইনা কোঙহ্রিঙৈগী মমাংদা শরৎচন্দ্রগী 'বড়দিদি' উপন্যাস অমুমক লাইরিক ওইনা কোঙখি। লাইরিক অমুগী ওইনা শরৎচন্দ্রনা প্রকাশক যমুনা সম্পাদক ফণীন্দ্রনাথ পালগী মকমদগী পৈসা অমা কাওবা কংখিদে নত্রগা লৌখিদে। শেল-থুমগী মতাংদদি অনীগুবা লাইরিক 'বিরাজবৌ' অসিগী মতাংদস্থু চাওরাক্লা মমুমক্তি। লাইরিক অসি মহাক্লা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সতা শুপ্নদগী লুপা চনীদদা য়োল্লোকখি। লাইরিক অসি য়োল্লোকপ্রবা তুংদা মহাক্লা প্রমথ বাবুদা ইরকখিবা চিঠি অমুগী মরোলদু অস্থুম্না তোই —'ঙসি লুপা চনী কংলে। অতেনবশিংস্থু থাগ্রবনি। অপাম-মীহৌ লাংদা থুরব্রা, মদুস্থু অমুক খল্লিবনি। সাহিত্যকায়না শিন্নিবসি মসিদনি হায়বা য়াই।'

চিঠি অসিদা 'অতেনবশিং থাগ্রবনি' হায়রি, অতেনবশিং অদুদি— শরৎকী রামের সুমতি, বিন্দুর ছেলে অমস্থুং পথ-নির্দেশ য়ারী অমুম্নি।

## বিন্দুর ছেলে ও অন্যান্য গল্প

ভারতবর্ষদা 'বিরাজবৌ' হাপত্রিঙৈগী মমাংদা যমুনা চেকোঙদা শরৎ-চন্দ্রগী 'রামের সুমতি', 'পথ-নির্দেশ' অমস্থুং 'বিন্দুর ছেলে' য়ারী অমুম অসি মথং-মনাও নাইনা বঙ্গাব্দ ১৩১৯ গী কাইরেন অমদি লমতাগী চেকোঙদা, বঙ্গাব্দ ১৩২০ গী শজিবু অমদি থরানগী চেকোঙদা হাপখি।

'বিন্দুর ছেলে ও অন্যান্য গল্প' লাইরিক অসিগী অরোইবা রারী পথ-নির্দেশ পারুবদা আচার্য জগদীশচন্দ্র বসু মখানা ইনিংবা মতম অদুদা শরৎচন্দ্রদা ইখিবা চিঠি অদুগী মচেৎ অমা মতাংসিদা পঙ্গরি। আচার্য জগদীশচন্দ্রনা ইরম্মী— 'মায় পাকপা হায়বসি কয়াদা কুপপ্রবা, মায়থিবনা কয়াদা পৌপ্রবা! অদোমগী পথ-নির্দেশ পানা পানা মুংশাথিবা পোক্লম্মী, অদুক হাক্লা রারবা তুংদা মায়পাকপগী মীহৌবা কাউথোকপা ওয়োই; অদুবু উবদা হয়াওই, অথোইবা লম্বীদু তাকপদা কাউথোক্তে।"

শরৎচন্দ্রনা তাং ১০/৫/১৩ ইংদা রেঙ্গুন্দগী উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়দা ইরকখিবা চিঠি অদুদা রামের সুমতি অমদি পথ-নির্দেশ পন্দুনা হায়রম্মী— কলকাতা অদুদা লৈবাক অদুগী মীয়ামগী .রায় মতুংইন্না রারী অনীথক্তমক সুপরলেটিভ ডিগ্রীদা এক্সেলেণ্ট ওই।

লাইরিক অদু গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা তাং ৩-৭-১৯১৪ ইংদা অহানবা থুংনম পুথোকখি। শরৎচন্দ্রনা শুপ্পদগী লুপা চনীথক্তদা লাইরিক অদুসু য়োম্বাকখি।

শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরদা লৈরিঙৈদা মতমদুগী অকাওবা ইংরাজ লেখিকা মিশেস হেনরি উডকী 'ইষ্টলীন' উপন্যাসকী মমি হৈজিন্না ভাবা 'অভিমান' কৌবা উপন্যাস অমা ইখি। শরৎচন্দ্রনা তুংদা মাগী 'বাল্য-স্মৃতি' প্রবন্ধদা 'অভিমান' উপন্যাস অসিগী মরমদা ইরম্মী—

'ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী লাইরিক কয়ামক্লম মকম-মরাং থঙদনা মাংখি। লাইরিকশিং অদুগী মমিং নিংশিংদ্রে। অমদি 'অভিমান' নি। রায়া থাবা খাতাদা তক্ল-তহেন্না ইবনি।'

শরৎচন্দ্রগী 'অভিমান' উপন্যাস অসিগী মরমদা ভাগলপুরগী মাগী সাহিত্য-শিষ্যা নিরুপমা দেবীনা ইরম্মী— 'নায়িকা বিমলানা কাথবা ওমত্রবা রারোবনা থুদ্রুম চনখিদ্রনা হিন্দু নুপীগী শক্তিনা তৌওমদনা থবক তৌরম্মী (তশেংবদি মহাক ব্রাহ্ম-নিঙোলনি)। মপুরোইবা সতীশপু থাদোক্লগা মুকুন্দ মিত্রদা লুহোংখি।'

নিরুপমা দেবীনা অসুমসু ইরম্মী— 'অভিমান পাবদা ঐখোয় পুম্নমক শুমহৎলম্মী, মতম অদুদা তামোয়াইমনা রারী লীরকই, লাইরিক

অসি পারুবদা মী অমনা হ্যাড়াবু ফুগদবগী তাম্নরম্মী। মতম অদুদা পাঠক অদু কীবদগী মহাক মুমিৎ কয়ানি কোইচেন চেন্দুনা লোৎলম্মী।

নিরুপমা দেবীগী মবুংম্নাইমা অসি শরৎচন্দ্রগা কলেজ তমিন্নরকপা ইন্দুভূষণ ভট্টনি। মহাক্না শরৎচন্দ্রদা অয়াম্বদা কৌবা মিংদি হ্যাড়া হায়না কৌরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা অভিমান হৈবা মতম অদুদা ভাগলপুরদা ব্রাহ্ম য়াম্না তারম্মী। 'অভিমান' উপন্যাসতা ব্রাহ্ম-নুপীবু নায়িকা ওইহন্দুনা মতৌ অদুম্না ইরুবদা কনাগুম্বা ব্রাহ্ম-নহারোলনা ফুগদবগী তাম্নরম্বা য়াই।

ঐখোয়না শরৎচন্দ্রগী 'পথ-নিদেশ' ৱারীদা অদুম ওইনমক উই— মহাক্না ব্রাহ্ম পাখং গুণীবু থোইদোক্না লৈবাকমচা তাবা, মীগী য়াইফনবা তৌবা, পুকচেল চাওবা অমসুং পুক্নিং ফাথবা ওম্বা ওইনা য়েন্নম্মী।

## পরিণীতা

ৱারী অশাংবা অসি অহানবদা বঙ্গাব্দ ১৩১৩ গী ফাইরেনগী যমুনা চেক্লোওদা হাপখি। মতুংদা তাং ১০/৮/১৯১৪ ইংদা রায় এম. সি. সরকার বহাদুর এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা অহানবা খুৎনম পুথোকখি।

শরৎচন্দ্রনা মাগী 'পরিণীতা' কৌবা ৱারী অশাংবা অসিদসু 'পথ-নিদেশ' কৌবা ৱারীগী গুণীগী মতৌগুম গিরীন কৌনা মপুকচেল চাওবা অমসুং মীগী য়াইফনবা তৌব ব্রাহ্ম সমাজগী পাখং অমগী চরিত্র হেন্নম্মী।

শরৎচন্দ্রনা ইরম্মী— 'ঙসি নহাক (গিরীন) চৎখিবমক্তদা শেখরনা হৌগৎতুনা লাক্লগা লৈমায়দা হন্না হম মঙক নোন্দুনা শকওদবা ব্রাহ্ম পাখংহবু ভানমা লাকশিন্দুনা থুকয়নই। মীওইবনা মনা-মনিল নাইদনা কয়া য়াম্না স্বার্থত্যাগ তৌবা ঙম্বগে, মোমোন নোক্না থম্মোয় মৈচাক থাংবা ঙম্বগে হায়বা ঙসি অহানদা ওইনা মহাক্না উরম্মী।

শরৎ-সাহিত্যবু কুপ্না লৈনবা কাংবুশিংনা খঙই, শরৎচন্দ্রনা মাগী মরি-মত শিংগী (মরুওইনা মমাগী মপামগী) অমসুং মরুপ কয়াগী মিংবু মহাক্না তোংভান তোংভানবা লাইরিক্তা মখল-মখলগী চরিত্রগী মমিং ওইনা থোল্লম্মী। ঐখোয়না 'বড়দিদি' দা সুরেন মিং থেংনৈ। সুরেন

অদু শরৎচন্দ্রগী মামা অমগী মিংনি হায়বদি সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়নি। মচাক শরৎচন্দ্রগী মম' পোকপা মধৌ কেদারনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী মনাও অতোপ্পা অঘোরনাথকী মচানুপানি।

শরৎচন্দ্রগী মামা সুরেন্দ্রগী মনাও অমগী মিং গিরীন কৌই। শরৎ-চন্দ্রনা মাগী 'পরিণীতা' গী গিরীন কৌবা মিংদু তশেংনা মাগী মামা গিরীন অদুমক্তি হায়বদা লাপ্লোই। মরমদি— শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা 'পরিণীতা' ইরিবৈ মতম অদুদা মাগী মামা গিরীন অদু বিহারগী বাঁকি-পুরদা লৈরম্মী। মতম অদুদা তাং ১০/৫/১৯১৩ ইংদা শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দগী মাগী অতোপ্পা মামা উপেন্দ্রনাথদা ইরকপা চিঠি অমদা গিরীনগী রা পল্লকখি— গিরীনবু বাঁকিপুরদা হনগ্রব্রা ?

'পরিণীতা' গী গিরীনসু বাঁকিপুরদা লৈ।

## পণ্ডিত মশাই

বঙ্গাব্দ ১৩২১ গী শজিবু অমসুং ইংরেন থাদা ভারতবর্ষ চেকোংদা 'পণ্ডিত মশাই' অহানবা ওইনা হাপখি। তুংদা রায় এম. সি. সরকার বহাদুর এণ্ড সন্স কৌবা লাইব্রিকী প্রতিষ্ঠান্দগী তাং ১৫/৯/১৯১৪ ইংদা ফোঙলকই।

লাইব্রিক অসিদা বৃন্দাবনগী খুঙ্গং ওইনা বাড়লগী মিং পল্লি। রাড়ল হায়রিবা খুঙ্গং অদু দেবানন্দপুরগী নোংচুপ্তা থোইনা লাপ্তুনা লৈ।

সরস্বতী তুরেল লাল্লগা বারেকপুর খুঙ্গং ফাওরগা নোংচুপলোমদা মাইল নিপাল চৎলগা দিল্লী রোড তাই। দিল্লী রোডকী মতুংইন্না মাইল অমরোম অরাংদা চৎলবদি জম্বীগী নোংচুপ্তা য়োৎকী খুঁটি অমদা টিন মচেৎ অমদা ইংরাজি অমসুং বাংলাদা ইদুনা থেৎলম্বা থেংনগনি— মালিনপুর। মকম অদুদগী নোংচুপ পাংনা চৎলবদি অহানবদা থেংনবা খুঙ্গং অদুমক বাড়লনি।

তোংঙান তোংঙানবা জিলাদা নক্রগা জিলা অমতদা মমিং মান্নবা খুঙ্গং কয়া লৈ, অদুবু বঙ্গদেশ অপুম্বদা বাড়ল কৌবা অতোপ্পা অমা লৈরমগনি নিংদে। অদুনা শরৎচন্দ্রনা মাগী পণ্ডিত মশাইদা পল্লিবা বাড়ল অদু মদু ওইগনি হায়বদা চিংনরুনিংঙাই লৈতে।

হৌরম অসিগী অমুক হেন্না ময়েক শেংবা প্রমাণ লাইরিক অসিদা য়াওরি। শরৎচন্দ্রনা ইরম্মী— বৃন্দাবন্না মাগী পুত্রীদা তারিণী মুখুয্যেগী ইমুংগী নুপীশিংনা কোলেরা তৌরিবা অনাবগী মকি-মরোল শুজিন-চাম শিনবা থিংলুবদা তারিণী মুখুয্যেনা হায়রম্মী,—বাড়লদা লৈরগা কি তৌবা বস্তিবাটীদা চৎকন্ত্রা ?

হুগলী জিলাদা বস্তিবাটী পুক্লং বাড়লদগী মাইল খরা লাপ্পা লৈ। মসিদা নত্তনা প্রমাণ অমনা—লাইরিক্তা য়াওরি কুঞ্জ বোস্টম (বৈষ্ণব) গী নুপী-মপাম নলডাঙ্গাদনি, দেবানন্দপুরগী থাদা লৈবা ব্যাণ্ডেল স্টেসন লৈরিবা অদু হায়রিবা নলডাঙ্গা অদুমক্তদনি। বৃন্দাবনগী মথাদা বাড়লগী নলডাঙ্গাদা কুঞ্জগী মৌ হায়বা চৎলম্মী।

দেবানন্দপুরদা মতম অদুদা বৈষ্ণবকী য়ুম খরা তারম্মী, অদুগা কুঞ্জ বৈষ্ণবকী মতৌগুম্বা কেরিয়াল্লা বৈষ্ণবস্তু লৈরম্মী। কুসুম্না চরণবু পুন্থনা য়ুম ময়াগী তুরেলদা ঈরুজবিরুই হায়রিবদু তশেংনা দেবানন্দপুরদা চেল্লিবা সরস্বতী তুরেল ওইগনি। লাইরিক্তা বাড়লদগী নলডাঙ্গাদা কুঞ্জনা মণগাডীদা চৎথোক-চৎশিন তৌবগী রা পল্লিবদু হলুদপুরদা সরস্বতী তুরেল মথক্তা লৈবা পাকাগী থোং অদু লানবনি।

## মেজদিদি

লাইরিক অসি তাং ১২/১২/১৯১৫ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা অহানবা থুৎনম পুথোকখি। মহুদা মেজদিদি, দর্পচুর্ণ অমসুং আঁধারে আলো—রারী অহুম অসি য়াওই। রারী অহুমসি লাইরিক ওইনা পুথোক্লক্রিবগী মমাংদা বঙ্গাব্দ ১৩২১ দা 'ভারতবর্ষ' চেকোওদা মথংশিংনা মেরা, ৱাকচিং অমসুং লাংবন্দা হাপখি।

তাং ১১-৭-১৮ ইংদা 'দি টাইম্‌স্‌ লিটরেরী সপ্লিমেণ্ট'তা বিন্দুর ছেলে অমসুং মেজদিদি রারী অনী অসিগী মরমদা কোওদোয়কখিবা অদুগী চাওরাকপা খরা মতাং অসিদা পঞ্জরি—

'ভারতবর্ষ'গী মতাংদা' ঐথোয়না খওউদবা য়াম্না লৈরি। হন্দক্ত' ব্লেক উডস মেগাজিন্দা ইউরোপিয়ান অমনা 'জেরিম' হায়বা অরোনব। মমিংদা

ইরম্মী—মায়ী-সাহিত্যদা রবীন্দ্রনাথকা মাননবা কয়া লৈ, কনা কনাগুম্বদি মতৌলশিংগী কাওবা হেল্লি হায়না খল্লি। হন্দক্তা বাংলা সাহিত্য-ক্ষেত্রদা নহা ওইরিবা মতিক-ময়াই লৈবা অমা চোংথোরকই। মাবু মোপাসাঁগা চাংদম্নবা য়াই। লায়বক কবা য়াকল্লি, মিঃ চেটার্জিগী সাহিত্য খুৎশেমদি করাসী য়াম্নেং সাহিত্যগী sax-তা য়ুক্নম ওইবা অমু নত্তে। মুপীগী চরিত্র অমসুং অশাংগী পুক্নিং-ইহুন নৈনবদা মহাক্না উৎলিবা মতিক-ময়াই অমু গুপ্তদগী বাংলা সাহিত্যদদা নত্তে, পৃথিবীগী সাহিত্য পুম্নমক্তা অতাংবনি। ভারতবর্ষগী মকুওইনা বাংলাদেশকী মুপীনা মপাল থোক্তবা সমাজদা লৈবী মুপীবু শাংহন-শকহল্লিবা অমুদা মমল নাইজবা য়া কয়া য়াওরি। ভারতকী কনাগুম্বা লেখক অমতনা অমুক হাক্না মহৈ য়াম্না ইবা ঙমজি। মাগী পাত্র-পাত্রীগী য়ায়ী শানবা কয়াদমু অশোয়-অশাম য়াওদে। চরিত্র খুদিংমক মথরায় পাল্লি। ...”

— বাতায়ণ—শরৎ-স্মৃতি সংখ্যা, ১৩৪৫

## পল্লী-সমাজ

শরৎচন্দ্রগী পল্লী-সমাজ লাইরিক্তা তাঙ্কক তরামাপল য়াওই। শরৎনা অহানবদদি তাঙ্কক ৯ দা লাইরিক অসি লোইশিনগে খল্লম্বনি।

‘পল্লী-সমাজ’ লাইরিক ওইনা কোন্তজিবৈদা বঙ্গাব্দ ১৩২২ গী লাংবন, হিয়াঙ্গৈ অমসুং পোইন্নু, থা অহুম অসিদা ভারতবর্ষ চেক্নোওদা হাপখি। লাংবন্দা গুপ্নগী তাঙ্কক অনীথক কোন্ডলকই অমসুং অনীশুবা তাঙ্ককী মনিংদা ‘মথং-মথং’সু থারকই। হিয়াঙ্গৈগী চেক্নোওদা ৯ শুবা তাঙ্কক কাওবা হাপ্লকই, অমসুং মথং-মথং থারক্তে।

মতম অদুদা তাং ২২ ৯/১৫ ইংদা শরৎচন্দ্রনা ভারতবর্ষ চেক্নোওগী স্বত্বাধিকারী হরিদাস চট্টোপাধ্যায়দা চিঠি অমা ইরম্মী—‘পল্লী-সমাজ মতৌ অসুম্না লোইশিন্দুনা থাদ্রবনি।’

মসিগী তুংদা শরৎচন্দ্রনা করি খল্লক্কুনদো নত্রগা কনাগী য়া লৌহু-নদো তরাশুবা তাঙ্কক ইথরম্মী অমসুং তরাশুবা তাঙ্কক অহুমক মথংগী পোইন্নুগী চেক্নোওদা ভারতবর্ষদা হাপ্লকই।

তারকেশ্বরগী হুধপুকুর (শঙ্গোম-পুখ্রী) গী সিঁঙ্গিদা থম্ম অমস্তুং রমেশ উনবদগী ভরাশুবা তাক্কক হোই। তারকেশ্বরগী হুধপুকুর অসি শরৎচন্দ্রনা হান্না উপ্রবনি। মহাক্না এন্ট্রান্স পাস তৌরগা মাগী মমানা লেপচখিবা মতুংইন্না তারকেশ্বরগী তারকনাথকী মফমদা শম কৎপা লাক্লম্মী।

তাক্কক ভরামাপললদা লাইরিক অমু লোইশিল্লি। মতম অমুদা পল্লী-সমাজ তাং ১৫/১/১৯১৬ ইংদা লাইরিক ওইনা কোণ্ডই। কোণ্ডখিবনা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সননি।

শরৎচন্দ্রনা পল্লী-সমাজগী মতাং অমদা ইরম্মী,— মধুদি করিগুম্বদম্মু কলিকাতাদা চৎলুদ্রি। মেদিনীপুর শহর অমুস্মু সাক্ষী পীবা অমুকথক চৎলুবদা উরকখিবনি।

শরৎচন্দ্রনা উপন্যাস অসি মরুওইনা কুঁয়াপুর খুঙ্গংগী থৌদোক ওইনা ইরম্বনি। উপন্যাসতা রাধানগর খুঙ্গংস্মু পল্লম্মী।

মেদিনীপুর শহরদদি মাইল ২৩ লাপ্পা ঘাটাল মহকুমাদা কুঁয়াপুর অসি লৈ। অমুগা কুঁয়াপুর অসিগী মনাক্তা রাধানগর লৈ। শরৎচন্দ্রগী লোয়নবী হিরণ্ময়ী দেবীগী মচে অনী কুঁয়াপুর অমুদা য়ুম পাল্লম্মী। মহাক্না লমদম অমুগী থৌদোক থরা অমস্তুং মহাক্না থেংনখিবা মী খরগী রাস্মু মাগী উপন্যাসতা চাপচিল্লম্মী।

## চন্দ্রনাথ

শরৎচন্দ্রগী অঙাং ওইবিদুগী রচনা অসি অহানবদা বঙ্গাব্দ ১৩২০ গী শজিবু থাদগী লাংবন থা ফাওব যমুনা চেকোতদা মথং মথৎ হাপ্লকই। মতুংদা চহী অমুমক্তদা তাং ১২-৩-১৯১৬ ইংদা রায় এম. সি. সংকার বহাদুর এণ্ড সন্সদগী লাইরিক ওইনা পুথোরবচ।

যমুনাদা চন্দ্রনাথ অসি হাপ্পগী ইতিহাস মচ অমা লে, ইতিহাস অমু মসিনি —

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দ চৎত্রবৈঙৈদা অঙাং ওইরিবৈগী রচনা পুম্নমক মামা সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী মফমদা থম্লম্মী।

শরৎচন্দ্রগী অতোপ্পা মামা উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়না স্মুরেন্দ্র-নাথকী মকমদগী শরৎচন্দ্রগী অঙাং ওইরিঙৈগী রচনা উপন্যাস 'কাশীনাথ' কৌবা রারীহু শিন্দোক্নুনা পুরক্লগা শরৎচন্দ্রদা তাক্নুনা বঙ্গাব্দ ১৩১৯ গী ফাইয়েন অমস্থুং লমতা থাগী চেকোঙদা সাহিত্য পত্রিকাদা হাপখি।

উপেন্দ্রনা স্মুরেন্দ্রগী মকমদগী শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস 'চন্দ্রনাথ' কীস্থু শরুক খরা শিন্দোক্নুনা পুরকখি। অদুগা 'যমুনা'গী সম্পাদক কণীন্দ্র-নাথ পালদা পীরম্মী অমস্থুং অরাৎপা শরুক্তু পুরকপা ঙমগনি হায়রম্মী। মদুদা কণীবাবুনা 'চন্দ্রনাথ' যমুনাদা হাপ্লগনি হায়না এভর্তাইজ তৌরম্মী অমস্থুং উপেনবাবুনা পুরকপা চন্দ্রনাথকী শরুক অদু বঙ্গাব্দ ১৩২০ গী শজিবু থাদা হাপস্থ হাপখি।

যমুনাদা চন্দ্রনাথ মচেৎ খরা হাপথ্রবা তুংদা শরৎচন্দ্রনা হায়রক-পদগী স্মুরেন্দ্রনাথনা রেঙ্গুন্দা শরৎচন্দ্রগী মকমদা চন্দ্রনাথ শিন্দোক্লগা থাখি, শরৎচন্দ্রনা 'চন্দ্রনাথ' শেমদোক-শেমজিন তৌরগা কণীন্দ্রনাথকী মকমদা থারকখি। মদুগী মরমদা ফণিবাবুদা ইরকপা শরৎচন্দ্রগী চিঠি অদু মসিনি—

অদোমগী চিঠি ফংজরে, মানসী, ভারতী, সাহিত্যনচিংবা পুস্তক শুনা ফংজরে। চন্দ্রনাথকী শেমদোক-শেমজিন তৌকম থোকই হায়না খনবমখৈহু তৌরবনি অমস্থুং মতুংদদি কুপ্পা শেমদোক্লগা পীরক্কনি।

## বৈকুণ্ঠের উইল

'বৈকুণ্ঠের উইল' বঙ্গাব্দ ১৩২০ গী কালেন, ইঙা অমস্থুং ইঙেনগী চেকোঙদা ভারতবর্ষদা অহানবা ওইনা হাপখি। মতুংদা চহী অদুমক্তদা তাং ২৮/৮/১৯১৬ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা ফোঙখি।

শরৎচন্দ্রগী বৈকুণ্ঠের উইলদা বাবুগঞ্জ অমস্থুং চুচুঁড়' স্টেশনগী রা য়া'ওরি। বাবুগঞ্জ অসি গঙ্গা মপান্দা হুগলী শহরগী শরুক অমনি, অদুগা হুগলী স্টেশনগী মথংদমক চুচুঁড় স্টেশন লৈ · দেবানন্দপুরদগী বাবুগঞ্জ য়োবা মাইল মরীগী লম্বীনি। রারীগী মকম লমদম অসিমক্তদনি।

রবীন্দ্রনাথকী 'বৈকুণ্ঠের খাতা' কৌবা রারীগা 'বৈকুণ্ঠের উইল' গা চানবা খরমথৈ উই। বৈকুণ্ঠের খাতাগী অথোইবা চরিত্র অনীনিঃ মচিল-মনাও অনী— বৈকুণ্ঠ অমপুং অভিনাশ। বৈকুণ্ঠের উইলদসু অথোইবা চরিত্র অনীনি, মচিল-মনাও অনী—গোকুল অমসুং বিনয়।

বৈকুণ্ঠের খাতাদা উই, অভিনাশকী নুপী মপামগী মীশিং লাক্লুনা মুমদ: উৎপাত তৌবা হৌরৈ। বৈকুণ্ঠের উইলদসু গোকুলগী মকুবোক অমসুং মশেন-নুপা লাক্লগা উৎপাত তৌবা হৌবৈ।

বৈকুণ্ঠের খাতাদা অভিনাশনা মাগী নুপী মপামগী মীশিংবু তান-থোকখি অমসুং মমৈদা মচিল-মনাও চান্ন-চিন্নখি। বৈকুণ্ঠের উইলদসু কোকুলনা মাগী মকুবোকপু ঈকাইবা পীখি অমসুং মমৈদা মচিল-মনাও চান্ন-চিন্নখি।

## অরক্ষণীয়া

অশাংবা রারী অসি অহানবদা বঙ্গাব্দ ১৩২৩ গী লাংবন থাগী ভারতবর্ষ চেকোওদা হাপখি। মতুংদা তাং ২০/১১/১৯১৬ ইংদা গুরুদাস চট্টো-পাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা পুথোকখি।

শরৎচন্দ্রনা 'অরক্ষণীয়' রারীগী তশেংনা অরোইবা শরুক্তা জ্ঞানদাবু হিংহন্দনা গঙ্গাগী ঈরোঙ্গ্দা লুপহন্দুনা শিহল্লম্মী।

অরক্ষণীয়াবু ভারতবর্ষদা হাপ্পবগীদমক্তা পুরক্লবদা ভারতবর্ষগী অতোপ্পা স্বত্তাধিকারী হরিদাস চট্টোপাধ্যায়না রারী অদু পারগা শরৎ-চন্দ্রদা হায়রম্মী,—দাদ', কায়নবগী খমথেংবা চৈথেং পীদুনা রারী লোইশিনবিরি, মতৌ অসুম্না তৌদনা জ্ঞানদাবু হিংহন্দুনা অতুলগা থুংন-হনবদি কমদৌই ?

হরিদাসবাবুগী পাউতাক অদু শরৎচন্দ্রনা য়ানিংদ্রুনা রারীগী অরোইবা শরুক্ত ওন্থোক্লম্হনি। মদুগী তুংদা চেকোওদা হাপখিবনি। অরক্ষণীধাবু লাইরিক ওইনা কোওলবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরবা তুংগী থোদোক্লি।

নোংমা ঈশৈ-নোংমাইগী ক্লব অমদগী হরিদাসবাবুদা চিঠি অমা লাক্লম্মী। মদুদা ইরম্মী—অরক্ষণীয়া লোইরবা মতুংগী মতাংদা ঐখোয়গী

ক্লবতা নোংম্বা কন্না য়েংনখি। শেল থানবা কাওবা চংথনখি। ঐখোয়গী ময়ক্ত' কাংবু অমগী রাখল্লোন্দি— জ্ঞানদাবু মোংকমদগী পুহনা চংগ্রগা অতুলনা মাবু লুহোংগনি, শরৎবাবুনা মসিমক্তী ইঙ্গিত পীরম্মী। অতোপ্পা কাংবু অমনা হায়— নত্তে. মহু করিগুম্বদম্সু মত্তে।—অদোম্না কম্বিগুম্বা খৌজালম্বিরবদি শরৎবাবুগী মকমদগী মশাগী ওইবা মত খঙদোকপিরগা খঙহনবিরক্লবদি নুংঙাইজগনি।

হরিদাসবাবুনা শরৎচন্দ্রদা চিঠি অহুগী রারোল তম্নবদা নোক্লা নোক্লা হায়রম্মী— অদোমগী রা লৌরুবদগীম্দিনা থুদোংথীবা অসি! কররবনি জ্ঞানদাবু ঈশিংদা লুপহন্দুনা শিহল্লবহনা। মহু ওইরম্লবদি অতুলহু কুহু মুবী নিঙোলগী মথুংতগী হিংলমগদবনি, অহুগা লেখক অমাদি অকোঙবম্সু নাম্থোক্লমগদবনি। হৌজিক পাউথুম করি পীগদগে হায়বিয়ুদনা? মতৌ অম্সুম্না চিঠি অতৈম্সু লাক্লবদি কমদোগনি।

তুংদা হাইকেৎ থল্লগা হায়রম্মী—করে, জ্ঞানদাগা অতুলগা মোং-কমদগী চংগ্রবা মতুংদা করি ওইখিবগে হায়বা মখোয়না খঙনিংলিব-নিদনা। অদোম্না ইবিশ্বো— শরৎবাবুদা হংবদা মহাক্লা হায়রকই,— মহুগী তুংদা অতুল নগ্রগা জ্ঞানদা কনাগম্সু মাগা অমুক হম্না উনখিদ্রে। মরম অহুনা মখোয় কমদৌখিবগে হায়বা মহাক্লা করিম্সু হায়বা ঙমদ্রে।

## দেবদাস

মসি শরৎচন্দ্রনা অঙাং ওইরিবৈদা ইবনি। শরৎচন্দ্রন রেঙ্গুন্দা লৈরিবৈ মতমদা মহাক্কী অথিংবা লৈহুনম্সু ভারতবর্ষগী খোইদোকপা খৌবুরেন মরূপ প্রমথনাথ ভট্টাচার্য্যনা দেবদাসকী থুৎই লাইরিক অহু শরৎচন্দ্রগী মামা সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী মফমদগী ভারতবর্ষদা হাপখিবনি। বঙ্গাব্দ ১৩২৩ গী লমতা অমসুং ১৩২৪ গী শজিবু, কালেন, ইঙা থাগী ভারতবর্ষ চেকোঙদা অহানদা ওইনা হাপখি। মতুংদা তাং ৩০-৬-১৯১৭ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা পুথোকখি।

'দেবদাস' ভারতবর্ষ চেকোঙদা হাপ্লকপা মতম অহুদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯০০ থারকই। মসিদগী খঙবা ঙম্মী, খ্রীষ্টাব্দ ১৯০০ দা হায়বদি মশাগী চহী ২৪ দা শরৎচন্দ্রনা লাইরিক অসি ইখিবনি হায়বা।

সাহিত্যকার অসমঞ্জ মুখোপাধ্যায়না বঙ্গাব্দ ১৩৪৪ গী লমতাগী 'বঙ্গলক্ষ্মী' চেকোৎশদা মাগী 'বঙ্গলার শরৎ' প্রবন্ধদা ইরম্মী, শরৎচন্দ্রনা নোংমা রাগী রাপাদগী মঙোন্দা হায়রম্মী,— মহু ইবা লোইশিংদৈ মমাং-দগী লোইরবা মতুং মুমিৎ কয়ানি লৈরবা কাওবা ঐগী থম্মোয় কাহেম্না রাবা রাখল অমদা লুপ্লম্মী।

শরৎচন্দ্রগী মামা অমম্বুং অঙাং ওইদিৈঙগী মরুপ সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গো-পাধ্যায়না মাগী 'শরৎ পরিচয়' কৌবা লাইরিক্তা ইরম্মী,— শরৎচন্দ্রনা চরিত্র অয়াম্বা বেচ তৌরিবা মিংশিংসি পরিবার (মানাখোয়গী পরিবার) অসিদগীনি হায়না খল্লি। মহাক্না বেচ তৌবা অসি পরিবার অসিদা নত্তনা মীনাই-মীশল কাওবা থাদোক্কে। শরৎচন্দ্রগী দেবদাসকী ধর্ম্মদাস অসি পরিবার অসিগী মীনাই মুশাইহুনি। মুশাইগী মতৌত্তম থাজনিংঙাই ওইবা মপু নিংবা মীনাই মতম চুপ্পদা তাংনা থোকই। মহাক গয়াদগী লাক্কুনা ইমুং অসিদা লৈরখিবনি অমম্বুং চাওরাক্না মহাক চহী ৩০ থবক তৌরম্মী। মুশাইবু অমম্ব ওইহন্নবগীদমক মাগী 'দেবদাস'তা ধর্ম্মদাসকী চরিত্র অসি য়েকখিবনি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা থোদোক-রাথোক থরমথৈ অইবা মশাগী পুক্নিংদা থোকখিবা থোদোকশিংগা য়াম্না চানৈ হায়না লৌনৈ। শরৎ-চন্দ্রনা অঙাং ওইরিবৈঙদা য়ুমথংনন৷ লৈবী নুপীমচা অমগা শান্নমিন্নহুনা চান-চিন্নরা চাওরকখি। অঙাং ওইরিবৈঙদা শরৎচন্দ্রনা মহাকপু বাগান্দা হিদাক হালহন্দুনা লোন্না থক্লম্মী। মপুং-মহৈ কাক্লবদা মখোয় অনীগী অচম্বা চান-চিন্নবহু অপাম-নুংশি ওল্লকখি। অহুবু লৈশাবী অহুদি য়াম্না ঈনাক-খুনবা মচা ওইবা অহুগা শরৎচন্দ্রন লাইরবা মচা ওইবনা নুংশি-পম্বুং য়ৌবা ঙমখিদে, খাংউথক্ত কায়নবা তাখি। অহুনা মশানা দেবদাস অহুদা নুপীমচা অহুনা পারুগী শক্তম ওইনা নুংশি-মৈশা লাংলবা শরৎ-চন্দ্রনা মতম অহুদা 'দেবদাস' হায়না মিংথোনবা উপন্যাস অসি থম্মোয়গী পাউদম ওইনা ইখিবনি হায়নৈ।

শরৎচন্দ্রনা মাগী মরুপ ঈনাক-খুনবা মচা অমগা লোয়ননা ঈশৈ তাবা মিংচৎ থিরবী নুপী অমগী য়ুমদা হেক হেক চৎলম্মী। নোংমদি

মখোয় বু কাহেন্না ভাওবনা মাগী মরুপ অতুনগী মুংপ' অসু চংগী মপুনমক্তি কাপ্রবা অমা তাহোবা থক্তনমদে। অতুবু মখোয় অনী মথংগী পুক্নিংতা মকম অতুদা চৎলুবদা ঈশৈ শকপী অতুনা লোথুপ-লোকোট লৈতনা মখোয়গী তাহোবা শেলকম অতু ওরাং তাহোবনি হায়তুনা শীরকখি। মপূকচেল শেংলবী ঈশৈ শকপী অসিমকপু শরৎচন্দ্রনা লেম্না মাংহন্দনা দেবদাসতা চন্দ্রমুখী ওইনা পুখোক্লয়নি।

## শ্রীকান্ত

শরৎচন্দ্রগী 'শ্রীকান্ত' উপন্যাস অতু বঙ্গাব্দ ১৩২২ গী রাকচিংদগী হৌনা ভারতবর্ষ' চেকোংদা অহানবদা ঈচেল নাইনা হাপ্না হৌরম্মী। মতম অতুদা মেগুক্ত্রিপ অতু 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' (শ্রীকান্তগী লমকোই রারী) হায়বা মিংদা হাপ্লম্মী অমসুং অইবগী মিংনা 'শ্রীশ্রীকান্ত শর্মা' হায়না থারম্মী। রাকচিং অমসুং কাইরেন থা অনী অসিগী অইবগী মমিং শ্রীশ্রীকান্ত শর্মা ওইরম্মী। থা অনী অতুগী মতুংদা শ্রীশরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় হায়না মমিং ওন্থোরকই। অতুগী তুংদগী লিশাংশিংনা শ্রীশরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় হায়বা মিং অসি থারকই।

'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' বঙ্গাব্দ ১৩২২ গী রাকচিংদগী হৌরগা লেপ্তনা মথং মথং ওইনা বঙ্গাব্দ ১৩২৩ গী রাকচিং কাওবা চৎথরকই, চেকোং ১৩ কাওবদা হাপখিবা শরুক অতু 'শ্রীকান্ত ১ম পর্ব' হায়না মমিং থোন্দুনা লাইরিক ওইনা কোংলকই। কোংলিবনা 'ভারতবর্ষ' চেকোংগী মপু গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনি। কোংবগী তাংনা ১২/২/১৯১৭ ইংনি। 'শ্রীকান্ত ১ম পর্ব' অসি কোংবদা ভারতবর্ষ চেকোংদা হাপখিবা 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' দা য়াওখিবা অতুগী হৌগৎলকপা শরক্তা খরা লোথোকখি।

মসিগী তুংদা 'শ্রীকান্তগী ভ্রমন কাহিনী' অমুক হন্না ভারতবর্ষ'দা বঙ্গাব্দ ১৩২৪ ইংগা থাদগী হাপ্না হৌই। বঙ্গাব্দ ১৩২৫ গী লাংবন থা কাওবা চৎথৈ। বঙ্গাব্দ ১৩২৪ গী লাংবন অমসুং মেরা, অতুগা ১৩২৫ ইংগেন— থা অহুম অসি লেপখি। লাংবন থা কাওবদা হাপখিবা শরুক

অহুনা 'শ্রীকান্ত ২য় পর্ব' হায়না লাইব্রিক ওইনা পুখোয়কই। কোঙ-বনা তাং ২৪/৯/১৯১৮ দনি। অকোঙবনা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সমক্নি।

'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' অহুমগুবা শরুক অমুক হন্না ভারতবর্ষ চেকোঙদা বঙ্গাব্দ ১৩২৭ কী পোইন্থু থাদগী হায়। তৌই অমসুং ১৩২৮ গী পোইন্থু কাওবা ভাল্লি। হন্নকসু ঈচেল নাইনা কোঙবদা বঙ্গাব্দ ১৩২৭ কী লমতা অমসুং ১৩২৮ গী কালেন, ইঙেন, মেরা অমসুং হিয়াঙ্গৈ থা লেপ্লি। বঙ্গাব্দ ১৩২৮ গী পোইন্থুগী চেকোঙদা অহুমগুবা শরুক্তা 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' গী মাপল গুবা তাঙ্কক কোঙলকই। মহুগী অয়োইবা য়াহৈদি— 'মহাক্তসু করিমতা হায়বা ঙম্মদে,— অহুম মপী তৈথোক তৈক্সোক্লা মনা-মনিল নাইদনা মপালদা থোকখ্রে।' অয়োইবা য়াহৈ অসিগী মখাদা হায়গী মতৌগুম মথং মথংসু থাই।

থা কয়া হৌখ্রে। অহুবু শরৎচন্দ্রনা 'ভারতবর্ষ' দা লোইশিন্নিবা 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' অহু লোইশিন্নমদে। মশীং নাইজবা পাঠক-পাঠিকাশিংনা কনা হায়জহুনসু শরৎচন্দ্রনা 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' অমুক মখা চৎথনা ইরমদে। ইদবগী মরমদি, মহাক মতম অহুদা মহাত্মা গান্ধীগী অসহযোগ আন্দোলনদা য়াওরম্মী অমসুং ভয়েং অমদি খদ্দরগী পাউজেল শন্দোকপদা মথৌ চিল্লম্মী।

অহুমগুবা শরুক্কী 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' ভারতবর্ষদা লোই-শিন্দনা তৈলেখিবহু চহী মঙা হেল্লবনি। মমৈথংদা য়াংহৌরিবা তাঙ্কক তরুক অহু ইরগা ভারতবর্ষদা ঈচেল নাইনা হাপ্রনা তাঙ্কক ১৫ অহুনা লাইরিক অমা ওইনা 'শ্রীকান্ত ৩য় পর্ব' কোঙলকই। ৩য় পর্ব কোঙবগী তারিখনা ১৮/৪/১৯২৭ ইংনি। কোঙলিবনা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনি।

'শ্রীকান্ত ৩য় পর্ব' লাইরিক ওইনা কোঙলবা তুংদা অমুকসু চহী মঙা হৌখি 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' গী ৪গুবা শরুক ভারতবর্ষ চেকোঙদা অমুক হাপখিদে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা মমৈথংদা খঙহৌদনা উরকই, বঙ্গাব্দ ১৩৩৮ গী কাইরেন থাদা 'বিচিত্রা' থাগী চেকোঙদা 'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী'গী

মহুৎতা 'শ্রীকান্ত ৪র্থ পর্ব' ঐচেল নাইনা নম্বা হৌই। 'শ্রীকান্ত ৪র্থ পর্ব' অসি লেপ্পা লৈতনা বঙ্গাব্দ ১৩৩৯ গী রাকচিং কাওবা চৎথে। শ্রীকান্তের ৪র্থ পর্বগী অরোইবা লামায়দা লোইরবা থাক্মদা তাৰিখ অমসুং মতম ওইনা ইরম্মী—সামতাবেড়ে, পোইসুগী তারিখ ২৩, ১৩৩৯ বঙ্গাব্দ। মুমিদাং পুং ১১।

বিচিত্রাগী ১২ রক তুবা চেকোওদা লোইশিনবা 'শ্রীকান্ত ৪র্থ পর্ব' গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা তাং ১৩/৩/১৯৩৩ ইংদা পুথোকই।

শরৎচন্দ্রনা বঙ্গাব্দ ১৩৪০ গী কালেনগী তাং ৪ দা সামতাবেড়েংগী দিলীপকুমার রায়দা চিঠি অমা ইরম্মী— 'শ্রীকান্ত পঞ্চম পর্ব ইরগা লোইশিনগনি। অভয়নচিংবগী ময়মদা ইগনি। অদুবু করিগুম্বা নথোয়না ৪র্থ পর্ব অসি কজদে হায়রবদি মতাং অসিদা রথ লেপ্পসনু।'

শ্রীকান্ত ৪র্থ পর্ব য়াম্না কজে, দিলীপকুমারনা রা অসি হায়হনস্থু শরৎচন্দ্রনা শ্রীকান্ত ৫ম পর্ব অমুক ইথখিদে। শ্রীকান্ত ৪র্থ পর্ব য়াম্না কজে হায়না দিলীপবাবুনা শরৎচন্দ্রদা খণ্ডহনখিবা রাকম অসি দিলীপ-বাবুদা ইবা শরৎচন্দ্রমক্কী চিঠি অমদগী খঙব' ঙম্মী। মহাক্না সামতা-বেড়েদগী বঙ্গাব্দ ১৩৪০ গী থরানগী তাং ১৪ দা দিলীপবাবুদা ইরম্মী— 'শ্রীকান্ত ৪র্থ পর্ব' নহাক্না অমুক হাক্না কজে হায়রকপসিদা কয়াগী মতিক হরাওবগে হায়বা তক্ষম খঙদে,— ময়মদি লাইরিক অসি ভশেং-নমক চেকশিন্না থরায় য়াওনা ইখিবহু থম্মোয় পামবা পাঠক্কী মফমদা নুংঙাইনা থোক্লনবগীদমক্তি।'

অদুগী ৪র্থ পর্বথক্তা করিগীনো, শ্রীকান্তগী পর্ব খুদিংমক শরৎচন্দ্রনা পাঠক-পাঠিকাশিংবু নুংঙাইহন্নবগীদমক চেকশিন্না পূক্লিং চংনা ইখিবনি, মহুদা চিংনক্লনিংঙাই করিসু লৈতে। অহুম্নদি ওইরগা শ্রীকান্ত ভারত-বর্ষগী ওইনা ইবা হৌখিবা মতম অদুদা লাইরিক অসিগী মতাংদা মহাক মশামক্কী নিংজিং-মাংজিংনজবা অমা লৈরম্মী, লাইরিক অসি ভারতবর্ষ চেকোওদা হাপ্পদা মতিক চাবা ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা হায়বগী। অদুনা মহাক্না মতম অদুদা য়েঙ্গুন্দগী ভারতবর্ষ চেকোওগী অতোপ্পা স্বত্বাধিকারী হরিদাস চট্টোপাধ্যায়দা চিঠি ইরম্মী—

'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী' অসি তশেংনমক ভারতবর্ষদা হাপ্লদা মতিক চাবা ওইবগনি হায়বা ঐ খাজরমদে—হৌজিকসু খঙ্জিদে। অদুম ওইবমক কদি ওইবা ফজায়দনো কনাগুম্বনা হায়রিগদ্রা খঙহুনা উথিবনি। থোইদোক্লা মহুদা হৌবদগী অচোম্বা রা য়ায়বা য়াওই, মহুদি খঙদ্রবা য়াকপি। অদুম ওইনমক কনাগুম্বগী চেকোওম্বা মহুদা য়ানিংদবা লৈমদবশু য়াই, হায়নিংঙাই রাদি য়ায়বা লৈতি। অদুম ওইনমক অচোম্বা কঁরেম্বা রা পূম্নমক শেংনা হায়দোকপা ভাবনি।

ঐগী মিংদি করিগুম্বদশু কোওদোকপিরোইদবনি। অহুদা নঙনা অদোমগা উপেনবাবুগা নওনা ( মঙোন্দগীদি অক-কত্তা রাহৈ অমা কাওবা থোরক্রোই—মত অকববু ওইরবসু, কত্তবু ওইরবসু ) অতোপ্পা কনাদসু খঙহনবিব্রবদি য়ায়বা লুংঙাইজগনি। মহু করিগীনো? তশেংনমক শ্রীকান্তগী পুন্সি য়ারীগা লোয়ননা ঐগা মরি কয়াস্থ লৈরগদবমক্তি, মহু নংলমত্রবদি লমকোই য়ারীখক্তা ওইরমগদবনি। অদুম ওইনমক ঐদা ঐ য়াওদে। কনাগুম্বগা হেওশেক ভৌবা, কনাগুম্বগা চকথেংননা কম্মিম্নবা—অসিগুম্বসি য়াওদে।'

মতাংসিদা পঙ্জরিবা চিঠি মচেৎ অসিদা উপেনবাবুগী রা য়াওরি, মহাক অসি উপেন্দ্রকৃষ্ণ বন্দোপাধ্যায়নি। মতাক মতমহুদা থোইদোকপা সম্পাদক ওইরম্মী। অতোপ্পা সম্পাদক্লা জলধর সেনা ওইরম্মী। উপেন্দ্র বাবু হরিদাসবাবুগী মরি-মতানি।

'শ্রীকান্তের ভ্রমন কাহিনী'বু শ্রীকান্ত ১ম পর্ব হায়না মমিং থোম্নুনা লাইরিক ওইনা কোঙলকপদা হায়বা কোওখিবদগী লোথোকখিবা শরুক অহুদা থোক্তোপ য়ায়বা য়াওরম্মী।

## নিষ্কৃতি

বঙ্গাব্দ ১৩২১ গী শজিবু থাদা যমুনা চেকোওদা লাইরিক অসিগী হৌগৎলকপা শরুক থরা হাপ্লকই। যমুনাদা কোওবা মতম অহুদা 'নিষ্কৃতি' কৌরমদে, 'ঘর ভাঙ্গা' কৌরম্মী। যমুনাদা হাপ্‌খিবা শরুক অহু য়াওনা নিষ্কৃতি মপুংফানা বঙ্গাব্দ ১৩২৩ গী থবান, মেরা অমসুং পোইসু থাগী

'ভারতবর্ষ' চেকোঙদা হাপ্লকই। মতুগী তুংদা তাং ১/৭/১৯১৭ ইংদা গুরুদাস এণ্ড সন্সদগী লাইব্রিক ওইনা কোঙলকই।

দিলীপকুমার রায়না 'ডেলিভরেন্স' হায়না মমিং থোম্নুন শরৎ-চন্দ্রগী 'নিষ্কৃতি' বু ইংরাজিদা হন্দোকখি।

বিলীপকুমারগী গুরু শ্রীঅরবিন্দন্দা ইংরাজি অনুবাদ অসু য়েংশিল-হনখি অমসুং দিলীপকুমারনা হায়জরকপদগী রবীন্দ্রনাথনা ইংরাজি লাইব্রিক অসুগী রাহোদোক ইবিরম্মী।

দিলীপকুমারনা রবীন্দ্রনাথতা রাহোদোক অমু ইবিনবা হায়জবা মতম অসুদা রবীন্দ্রনাথনা ইবিরোইদ্রা হায়না শরৎচন্দ্রনা চিংনরম্মী। অসুবু চিংনবা অমু অরানবা রাখল ওইহন্দুনা রবীন্দ্রনাথনা দিলীপ-কুমারগী 'ডেলিভরেন্স' লাইব্রিকী রাহোদোক ইবিরম্মী। রবীন্দ্রনাথনা ইরম্বা অসুগী অরোইবা শরুক মখাগী অসিনি—

'.. The latest of the leaders who through this path of liberation, has guided Bengali novels nearer to the spirit of modern world literature is Saratchandra Chatterjee. He has imparted a new power to our language and in his stories has shed the light of a fresh vision upon the too familiar region of Bengal's heart revealing the living significance of the obscure trifles in people's personality. He has achieved the best reward of novelist : he has completely won the hearts of Bengali readers,'

## কাশীনাথ

কাশীনাথ অসু লাইব্রিক ওইনা তাং ১/৯/১৯১৭ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা অহানবা ওইনা কোঙই। লাইব্রিক অসুদা পুম্নমা রারী তরেৎ য়াওই। রারীশিংমু লাইব্রিক ওইনা কোঙখিদ্রিবদা হান্না করম করম্বা চেকোঙদা হাপখিবগে হায়বা অমু তারিখকা কোম্না মখাদা পীজরি।

কাশীনাথ—'সাহিত্য' দা বঙ্গাব্দ ১৩১৯ গী কাইরেন অমসুং মমতা আলো ও ছায়া— 'যমুনা' দা ইঙা অমসুং থবান, মন্দির— কুন্তলীন পুরস্কার— বঙ্গাব্দ ১৩০৯, বোঝা—'যমুনা' দা ১৩১৯ গী মেরা-পোইসু, অনুপমার প্রেম — 'সাহিত্য' দা ১৩২০ গী মমতা, বাল্য-স্মৃতি —

'সাহিত্য' দা ১৩১৯ গী ৱাকচিং, হরিচরণ— 'সাহিত্য' দা ১৩২১ গী ইঙ্গাদা হাপখি।

লাইরিক অসিগী কাশীনাথ কৌবা ৱারী অসি শরৎচন্দ্রগী অহানবা খুৎথাবা রচনা ওইরম্বা য়াই। মসি মশাগী চহী ১৭ তা পোক্লকম লমদম দেবানন্দপুরদা লৈরিঙৈদা ইখিবনি। ৱারীগী মমিং থোনখিবনা খুঙ্গংগী পাঠশালাদা তম্মিন্নরকপা কাশীনাথকী মিংদনি। শরৎচন্দ্রন দেবানন্দপুরদগী লাক্লগা ভাগলপুরদা মমাগী মপামদা লৈবা মতমদা ৱারী অসি অমুক হন্না শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা ইথোকখিবনি।

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনদা চৎলমদানদা মাগী মামা সুরেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গী মকমদা কাশীনাথকা লোয়নন অঙাং ওইরিঙৈদা ইখিবা অতৈ রচনাশিংসু থম্লম্মী। মাগী অতোপ্পা মামা উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়না শরৎচন্দ্র খণ্ডহন্দনা সুরেন্দ্রনাথকী মকমদগী কমদোননা কাশীনাথ অমসুং বাল্য-স্মৃতি কৌবা ৱারী অনীদু লৌরগা 'সাহিত্য' চেকোঙদা হাপখি। সাহিত্যদা ৱারী অনীমু ফোঙলকপদা শরৎচন্দ্রনা উপেন্দ্রনাথপু থোইদোক্ল ৱারৌখি।

উপেন্দ্রনাথকী মতৌগুম্বা শরৎচন্দ্রগী অতোপ্পা মরূপ অমগা লৈ, সুরেন্দ্রনাথকা লাইরিক তম্মিন্নরকপা সৌরীন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায়নসু সুরেন্দ্রনাথকী মকমদগী শরৎচন্দ্রগী 'বোঝা' কৌব ৱারীদু লৌরক্লগা 'যমুনা' দা হাপখি। মতুদসু শরৎচন্দ্রনা সৌরীন্দ্রমোহনগী মথক্তসু ৱারৌখি।

শরৎচন্দ্রগী কাশীনাথ মতু লাইরিক ওইনা কোঙ্ক দাক্লিঙৈদা সাহিত্যদা হাপখিবা ৱারী অদুদগী মশামক্লা শেমদোক-শেমজিন তৌখি

## চরিত্রহীন

শরৎচন্দ্রগী 'চরিত্রহীন' উপন্যাস লাইরিক ওইনা অহানবা থুংনম কাঙখিবদু তাং ১১/১১/১৯১৭ ইংদনি। অকোঙবনা এম. সি. সরকার এণ্ড সন্সনি।

চরিত্রহীন লাইরিক ওইনা কোঙক্লিঙৈগী মমাংদা বঙ্গাব্দ ১৩২০ গী মেরাদগী লমতা ফাওবা অমসুং ১৩২১ গী থা খরা 'যমুনা' চেকোঙদা মচেৎ ওইনা কোঙখি।

চরিত্রহীন বঙ্গাব্দ ১৩২০ গী মেয়াগী চেকোঙদা যমুনাদা অহানবা ফোঙবা ওইরবসু মরুওইনা মহুগী অয়াম্বা শরুক্কি ইবা য়াম্না কুইপ্রবনি। থিজিন-হৈনজিনবা কয়াদগী খঙবা ওন্মী, খ্রীষ্টাব্দ ১৯০১/২ গী মতুংদা উপন্যাস অসিগী থোইদোকপা শরুক অহু ইরগা লোইশিন্দনা তাহনা লেখিবনি। মহুগী মতুংদা শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুন্দা চৎলগা ১৯১১/১২ দা অমুক হন্না ইথবা হৌখিবনি। লানায় ৫০০ পানবা খাতা ইবা লোইরবা মতম অহুদা রেঙ্গুন্দা মহাকী উগী দোতলাগী য়ুমদা থম্লম্মী, য়ুম অদুগী দালান মখাদগী মৈ হৌরক্লুনা তাং ১৫-২-১৯১২ ইংদা য়ুমহু চাকখি। মহুদা পোৎ-চৈ ময়াম অমগা লোয়ননা চরিত্রহীনগী মেনুস্ক্রিপসু চাক্লুনা উৎ ওনখি।

মতম অহুদা শরৎচন্দ্রনা মাগী মরুপ প্রমথনাথ ভট্টাচার্য্যদা থাবা চিঠি অমদা ইরম্মী,— মৈনা চাকপ্রে ঐগী লৈজবা পুম্নমক। লাইব্রেরী অমসুং চরিত্রহীন উপন্যাসকী manuscript ’

মহাক্না অমুক মহু ইবা হৌরম্মী অমসুং খ্রীষ্টাব্দ ১৯১২ গী ও'ক্টোবর থাদা ওফিসতগী ছুটি লৌরগা মরৈবাক্তা লাকপা মতম অহুদা চরিত্রহীনগী মেনুস্ক্রিপ অহু পুরকই অমসুং মরৈবাক্তা লাক্লুনা হাওড়া শহরদা লৈরবা মতমদসু চরিত্রহীন ইথরম্মী।

মতম অহুদা মহাকী মামা উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়না শিন্দুনা মহাক্না যমুনা চেকোঙগী সম্পাদক ফণীন্দ্রনাথ পালগ শক খঙনহন্‌খি।

ফণীবাবুনা মাগী ‘যমুনা’ চেকোঙদ হাপ্পনবগীদমক শরৎচন্দ্রগী মফমদা ‘চরিত্রহীন’ পীয়ু হায়রম্মী। ফণীবাবুন হায়রকপা অহুন শরৎচন্দ্রনা মহোন্দ পীগনি হায়না য়াথোকখি। মতুংদ রেঙ্গুন্দ চৎপ্রব তুংদা মহাক্না ফণীবাবুদা থাবা চিঠি অমদা ইরম্মী— এহোন্দা ‘চরিত্রহীন’ গী মতাংদা ইরকপা চিঠি কয়াসু কংলে। কনানা শেলগী মীহোৎ, কনানা সম্মানগী মীহোৎ, কনা'মনা মরুপ ওইনা হায়জবগী ফাং থাক্লকই, ঐ করিসু পামদে— অদোমগী মফমদা হায়দোকপ্রবনি, অদোমগী মঙ্গল ওইগদবা অহুমক তৌজগনি। ঐ হায়দোরপ্রবা রা হোংলোই।

‘… গুরুদাসবাবুগী মচানুপানা মাগী অনৌবা চেকোঙগীদমক ঐবু

উহল্লবা য়াম্না কন্না হোৎনরকখি, মরুওইনা ঐগী চান্নরবা মরূপ প্রমথকী মায় য়েংহুনা', অদুবু ঐগী য়াদি খঙ্‌ খিরিবহুনি।'

চিঠি অসিদা হায়রিবা গুরু দাসবাবুগী মচানুপা অসি 'ভারতবর্ষ' চেকোঙগী মপু হরিদাস চট্টোপাধ্যায়নি অমসুং মরূপ প্রমথ হায়বা অসিনা প্রমথনাথ ভট্টাচার্য্যনি। প্রমথবাবুনা 'ভারতবর্ষ' চেকোঙগী মরু-ওইবা থৌ পুবা মীশক্নি।

এম. সি. সরকার এণ্ড সন্সদগী চরিত্রহীন উপন্যাস লাইরিক ওইনা অহানবা থুংনম পুথোরকপা মতমদা লাইরিক অদুগী কোপি ৪৫০ য়োল্লম্মী। মতম অদুদা লাইরিক অদুগী মমল লুপা অহুম-মথায়নি। মতম অদুদা লুপা অহুম-মথায় পীবা লাইরিক নোংমদা কোপি ৪৫০ শিংপা হায়বসি ওইথোক্লিংঙাই ওইবা নত্তে।

বঙ্গাব্দ ১৩৭৪ গী থরানগী তাং ১৫ দা শরৎচন্দ্রনা মাগী লাইরিকী পব্লিসর গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সকী মপু অমা ওইরিবা হরিদাস চট্টোপাধ্যায়দা থাবা চিঠি অমদা ইরম্মী—'.. চন্দ্রনাথ অমসুং অরক্ষণীয়া কংজরে। য়াম্না থুনা শেমদোক-শেমজিন তৌরগা থাজরগনি।'

শরৎচন্দ্রনা চন্দ্রনাথ শেমদোক-শেমজিন তৌরগা লাইরিক অদুগী য়াহৌদোক অমা ইদুনা হাপ্লম্মী। য়াহৌদোক অদু অসিনি—

'চন্দ্রনাথ কৌবা য়ারী অসি ঐনা য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা ইখিবনি। মতম অদুদা য়ারীদা উপন্যাসতা য়ারী শানবদা শিজিন্নরম্বা লোন অতুমক লাইরিক অসিদা শিজিন্নরম্বনি। হন্দকী থুংনম অসিদা মহুথক্তং ওন্থোকচরে। ইতি— লাংবনগী তারিক ১৮, ১৩৪৪ বঙ্গাব্দ।

গ্রন্থকার।'

অইবগী য়াহৌদোক অসি মতম অদুদা চন্দ্রনাথকী শেমদোক্লবা ১৪শুবা থুংনমদা হাপখিবনি।

শরৎচন্দ্র শিখিবসি তাং .৬-১-১৯৩৮ ইং ( য়াকচিংগী তাং ২, ১৩৪৪ বঙ্গাব্দ ) দনি।

পব্লিসরগী মকমদা ইবা শরৎচন্দ্রগী চিঠি অসি উবদা খঙবা ঙম্মী, শরৎচন্দ্রনা শিগদবা থা থরগী হমাং কাঙবা মাগী লাইরিক চুমথোক্লম্মী

হায়রবা। মহাক্না মাগী চন্দ্রনাথকী মতৌগুম্বা অঙাং ওইরিঙৈদা ইখিবা লাইরিক্তা চুমথোক্লম্বা নত্তে, করি করিগুম্বা লাইরিক্তা থরমথৈ শেমদোক শেমজিন অমস্তুং হোংদোক-হোংজিন কাওবা তৌরম্মী। অহুগা ভশেংনা মহুগা লোয়ননা লাইরিক্কী খুৎনম মওং কাওবা শেমদোক্লম্মী— খুদম —'দত্তা' উপন্যাসকী ৬শুবা খুৎনম কোঙবা মতমদা মহাক্না দত্তাগী ৫শুবা খুৎনমদা য়াওরম্বা অরানবদি চুমথোক্লম্লবমক্তি, শেমদোক-শেমজিনস্তু থরা তৌরম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৫ দা কোঙবা দত্তগী ৬শুবা খুৎনমগী রাহৌ-দোক্তা মরম অহুনা শরৎচন্দ্রনা থঙহল্লবা ওইনা ইরম্মী—

তরুকশুবা খুৎনমগী থঙহল্লবা

তনবা অহুগা থৌশারুদবদগী মমাংগী খুৎনমদা অরান-অচুই য়াম্না য়াওখি। হন্দক্তি ইশানা য়েংশিন্দুনা ওম্বমথৈ চুমথোকচরবনি। মরক মরক্তা থজিক-থরাক হোংদোক-হোংজিনস্তু তৌবা তাখি।

শ্রীশরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

শরৎচন্দ্রনা দত্তাগী মতৌগুম মাগী অতোপ অতোম্না লাইরিক কয়াস্তু শেমদোক-শেমজিন তৌরম্মী।

## স্বামী

'স্বামী' লাইরিক ওইনা কোঙবা মতমদা 'একাদশী বৈরাগী' গা পুনশিন-নখি। স্বামী অসি বঙ্গাব্দ ১৩২৪ গী ইঙেন অমস্তুং থরানগী চোকাঙদা নারায়ণ পত্রিকাদা অহুগা একাদশী বৈরাগীনা বঙ্গাব্দ ১৩২৪ গী মেরা থাগী চেকোঙদা ভারতবর্ষ'দা হাপখি। মতুংদা রারী অনী অসি পুন্না তাং ১৮-২-১৯১৮ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা পুথোকখি।

নারায়ণগী সম্পাদক চিত্তরঞ্জণ দাসনা ( মতম অহু কাওবা দেশবন্ধু ওইত্রি ) হায়রকপদগী শরৎচন্দ্রনা নারায়ণদা স্বামী কৌবা রারীহু পীখি-বনি। মতুদা চিত্তরঞ্জন্না য়াম্না হয়াওহুনা রারীহুগী সম্মান-দক্ষিণা ওইনা শরৎচন্দ্রদা ব্লেঙ্ক চেক অমা থারম্মী। পান্দমদি, শরৎচন্দ্রনা চেক অহুদা ইনিংবা লুপা মশীং ইবা য়ানবনি। শরৎচন্দ্রনা মহুদা লুপা ১০০/- ইখি।

থোক্লোক অসিগী চহী অনীগী তুংদা অসহযোগ আন্দোলনগী মতমদা শরৎচন্দ্র কংগ্রেসতা চংলবদা দেশবন্ধুনা মহাকপু হাওড়া জিলা কংগ্রেস কমিটিগী সভাপতি ওইহনখি। লৈবাক্কী থবক অসিনা মরম ওইদুনা মখোয় অনীগী চান্নবা-চিন্নবা অমুক হেন্না চেৎশিন্নখি। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৩দা দেশবন্ধুনা নিখিল ভারত কংগ্রেস কমিটিগী সভাপতিগী কম থাদোকখি। কংগ্রেস মনুংদা লৈনা লৈনা মহাক্না স্বরাজ্য দল লিংখৎখিবা অমদি শেল রাৎপগী থুদোংচাদবা কন্না মায়োক্নরকপা মতম অদুদা শরৎচন্দ্র দেশবন্ধুগী মনাক্তা লৈরম্মী অমসুং স্বারাজ্য দলদা মশাগী চান্দা ওইনা মহাক্না দেশবন্ধুদা ব্লেঙ্ক চেক অমা পীরম্মী। মহুগী পান্দমদি দেশবন্ধুনা ইনিংবা লুপা মশীং ইবা য়াননবনি। দেশবন্ধুনসু স্বামীগী য়াকমহু নিংশিংদুনা মহুদা লুপা চাম্নদমক ইরম্মী।

## দত্তা

লাইরিক অসি বঙ্গাব্দ ১৩২৪ গী পোইন্নুদগী লমতা কাওবা অদুগা বঙ্গাব্দ ১৩২৫ গী শজিবুদগী থরান কাপ্পবদা ভারতবর্ষ চেকোয়দা অহানবা ওইনা মথং মথং ছাপখি। অদুগী তুংদা চহী অদুমক্তদা হায়রবদি তাং ২-৯-১৯১৮ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা পুথোকখি। অতৈ থুৎনমদা য়াওরবসু অহানবা থুৎনমদা য়াওই, শরৎ-চন্দ্রনা উপন্যাস অদু মাগী মচে অনিলাদা কত্থোকপা হাপ্পি।

কত্থোকপগী লামায়দা অস্মুম্না ইরম্মী—

পরমপূজনীয়া—

শ্রীমতী অনিলা দেবী

শ্রীচরণকমলেষু—

মতাং অসিদা পনব' য়াই, ভারতবর্ষ দা 'দত্তা' কোওবা মতম অদুদা ভারতবর্ষদা 'গৃহদাহ' উপন্যাস অদুসু ইচেল নাইনা হাপ্লম্মী, অদুগা উপন্যাস অনী অসিমক্তদা মহাক্না' ব্রাহ্ম-চরিত্র য়েক্লম্মী।

শরৎচন্দ্রনা মাগী উপন্যাস দত্তা হৌগৎলকপদা ইরি—মতম অদুগী হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুলগী হেডমাস্টরবাবুনা বিদ্যালয়গী মতুনি হায়না লৌরিবা

হুপামচা অহুম অহু তোংভান তোংভানবা খুঙং অহুমদগী মুখিৎ খুদিংগী য়ুথক অমগী লম্বীদা মথৌঙনা লাইরিক তম্বা লাকই। ·· জগদীশনা সরস্বতী থোং লান্দুনা দীঘড়া খুঙংদগী লাকপনি, অহুগা বনমালী অমসুং রাসবিহারীনা থংননা লৈবা কৃষ্ণনগর অমসুং রাধাপুর কৌবা খুঙং অনীদগী লাকপনি।

তশেংনমক হায়রিবা হুগলী ব্রাঞ্চ স্কুল ( শরৎচন্দ্র মশামকসু স্কুল অসিদা চহী কয়া লাইরিক তম্লম্মী ), সরস্বতী থোং, দীঘড়া অমসুং কৃষ্ণ-পুর ওসিস্থ লৈরি। রাধাপুর খুঙংদি লৈতে, কৃষ্ণপুরগা থংননা লৈবা দেবানন্দপুরবু রাধাপুর হায়বা ওইরমগনি নিংই। অহুগা দীঘড়াদি তশেংনা মাইল কয়া লাপ্লি।

## ছবি

রারী অসি তাং ১৬-১-১৯৬০ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা পুথোকখি। মহুদা ছবি, বিলাসী, মামলার ফল রারী অহুম য়াওই। রারীশিংসি লাইরিক ওইনা কোঙখিদ্রৈদা মথং-মনাও নাইনা বঙ্গাব্দ ১৩২৬ গী পূজা বার্ষিকী আগমনীদা, ১৩২৫ গী শজিবুদা ভারতী চোকাঙদা অমসুং ১৩২৫ গী পূজা-বার্ষিকী পার্বণীদা হাপখি।

ইংলণ্ডদা থোকপা থৌদোক ওইনা ইবা 'কোরেল' কৌবা শরৎ-চন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙৈদা ইবা রারী অমা লৈ, শরৎচন্দ্রনা কোরেল কৌবা রারীঙু থরমথৈ শেমদোক-শেমজিন তৌহুনা ব্রহ্মদেশতা থোকপা থৌদোক ওইনা 'ছবি' হায়না মমিং থোন্দুনা ইথোক্লম্মী।

রবীন্দ্রনাথনা হায়রকপদগী শরৎচন্দ্রনা বঙ্গাব্দ ১৩২৪ গী লমতাগী তাং ১৪ দা কলকাতাদা জোড়াসাঁকোদা 'বিচিত্রার আসর' দা বিলাগী কৌবা রারী অহু ইহুনা পুরগা পাথোক্লম্মী। সভা অহুদ ভারতীগী সম্পাদক মণিলাল গঙ্গোপাধ্যায়সু মহৌশাঙুম য়াওরম্মী। সভা লোইরগা মহাক্না শরৎচন্দ্রগী মকমদগী বিলাসী কৌবা রারীঙু লৌরগা মথংগী থাদা ভারতী চেকোঙদা হাপখি।

সভা অহুমক্তদা শরৎচন্দ্রগা নগেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায়গা শকথঙনখি। মতম অহুমক্তদা বঙ্গাব্দ ১৩২৫ দা নগেন্দ্রনাথনা 'পার্বণী' কৌবা

পূজা-বার্ষিকী সংকলন পুথোক্লবা হোৎনরম্মী, মহুদা শরৎচন্দ্রগী মকমদগী 'মামলার ফল' কৌবা য়ারীমু লৌরগা হাপখি।

শরৎচন্দ্রগী মামলার ফল হায়বা য়ারী অসি মাগী মচেগী মুম হাওড়া জিলাগী গোবিন্দপুর লময়মগী য়ারীদা মুক্ষম ওইবা মাল্লি। য়ারী অসিদা য়াওরিবা পাঁচলা হায়বা খুঙং অমু গোবিন্দপুরগী মনাক্তনি।

## গৃহদাহ

উপন্যাস অসি লাইরিক ওইনা কোওক্লিদ্রিদা বঙ্গাব্দ ১৩২৩ গী য়াকচিং-লমতা, ১৩২৪ গী শজিবু-লাংবন, হিয়াঙৈ-কাইরেন, ১৩২৫ গী পোইন্তু-লমতা অমসুং ১৩২৬ গী ইঙা-য়াকচিংদা ভারতবর্ষ চেকোওদা হাপখি।

'গৃহদাহ' অসি লাইরিক ওইনা তাং ২০/৩/১৯২০ দা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা অহানবা খুৎনম পুথোকখি।

ভরেতবর্ষদা থা মাপল চুপ্পা গৃহদাহ ইথবা ওমদবনা মরম ওইদুনা বঙ্গাব্দ ১৩২৪-২৫ দা শরৎচন্দ্রনা ভারতবর্ষদা মাগী 'দত্তা' অমসুং শ্রীকান্ত ২য় পর্ব উপন্যাস ইচেল নাইনা ইবা হৌরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা অহানবদা ৎরুম্বা য়াই—উপন্যাস অহুম্মক ঈচেল নাইনা ইথগনি, অদুবু মহাক্না মদু ওমখিদে।

'গৃহদাহ' উপন্যাসত 'ডিহিরি' গী য়া পল্লি। শরৎচন্দ্রনা অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী মপা মতিলাল 'ডিহিরি' দা মতম খরা থবক তৌদুনা লৈরম্মী, মতম অদুদা শরৎচন্দ্রসু ডিহিরিদা মপাগী মনাক্তা লৈরম্মী।

গৃহদাহদা য়াওরি, কলকাতাদগী ইরাপ-লাপ্তনা রাজপুর খুঙংদা মহিমগী য়ুম লৈ।

তশেংবসু কলকাতাদগী থোইনা লাপ্তনা সোনাপুরগী ময়াদা রাজপুর খুঙং লৈ। মতম অমদা মায়কৈ অদোমদা কৈ খয়া লৈরম্মী।

গৃহদাহদা য়াওরিব মৃণালগী মনেম্মোক্লা শিনিংবগী মওং অমু শরৎ-চন্দ্রগী মচে অনিলা দেবীগী য়াম্না অহল ওইরবী মনেম্মোক্লা শিনিংদুনা থৌনিবগী চিত্র অমু য়েকপনি।

গৃহদাহদা য়েক্লিবা কেদারবাবুগী চরিত্র অমু মশামক্তা মমা পোকপা মথৌগী মিং অহুমক ওইরম্বা য়াই।

## বামুনের মেয়ে

শরৎচন্দ্রগী অতৌ রারী-উপন্যাস কোঙজিংবৈদা ঈচেল নাইনা হান্না থাগী চেকোঙদা হান্না অহুগুম্না 'বামুনের মেয়ে' অসিদি করিগুম্বা চেকোঙ অমতদা হাপাখ্রে। তুশেংনা লাইরিক ওইনা কোঙখি। খ্রীষ্টাব্দ ১৯২০ গী ওক্টোবর থাদা শিশির পব্লিশিং হাউসনা লাইরিকসি অহানবা ওইনা কোঙখি। মতাংসিদা পলহৌনিংঙাই ওইবদি, গৃহদাহ কোঙবা মতম খরদংগী মতুংমক্তদা শরৎচন্দ্রগী বামুনের মেয়ে অসি কোঙখিবনি।

ময়াম্না খঙনরিবনি, 'অভিমান' ইরুবগীদমক ব্রাহ্ম পাথং অমনা শরৎচন্দ্রবু ফুগদবগী কোইথি থিরম্মী। 'গৃহদাহ' ইরুবদদি কনাগুম্বা ব্রাহ্মনা শরৎচন্দ্রবু ফুগদবগী থিখিব্রা খিখিদব্রা খঙদে। অহুবু মীনা অস্তুম হায়নৈ, ব্রাহ্ম-সমাজগী মীওই কয়ানা চৈ-থাংবা, থিনা ছাংবা অমস্তুং কীহনবগী চিঠি কয়া মখোন্দ থারকখি। 'অভিমান' ইরুবা মতুংদা মীনা হাংকনি-তুপকনি হায়রকপগী কীহুনা শরৎচন্দ্র মতম খরা লোৎতুনা লৈরম্মী। 'গৃহদাহ' ইরবা তুংদা মহুম্না থোকখিব্রবস্তু মহাক্না মশাগী শাগৈ-জাত করবা ব্রাহ্মণগী চাওথোকচবদা হামুক তৈশিন্দুনা 'বামুনের মেয়ে' ইখিব্রা ?

গৃহাদাহ খ্রীষ্টাব্দ ১৯২০ গী মার্চ থাদা কোঙখিবনি। ব্রাহ্মশিংনা গৃহদাহ পাক্লবদা শাওনরকপা মতম অহুমক্তদা মহাক্না বামুনের মেয়ে ইখিবনি। মতম অহুদা মহাক্না ইবা উপন্যাস ঈচেল নাইনা 'ভারতবর্ষ' চেকোঙদা "হাপ্লম্মী, অহুবু 'বামুনের মেয়ে' গী মতাংদদি মহাক্না মহুম্না তৌখিদে। মরমদি, শরৎচন্দ্রনা য়াম্না মুন্না খঙলম্মী, ভারতবর্ষ চেকোঙগী মপু ব্রাহ্মণ হরিদাস চট্টোপাধ্যায়না মাগী চেকোঙদা ব্রাহ্মণশিংগী সম্মান্দা শোকপা য়াবা কৈদৌগুংদস্তু হাপ্লোই। শরৎচন্দ্রনা মসিস্তু খঙলম্মী, হরিদাসবাবুনা মতমহুদা লাইরিক থুদিংমক কোঙলবস্তু লাইরিক অসিবুদি করিগুম্বদস্তু কোঙলোই। অহুনা শরৎচন্দ্রনা মতমহুদা 'বামুনের মেয়ে' ইরগা লাইরিক ওইনা হেক্তা কোঙননবা থৌরাং তৌরম্মী। অহুনা লাইরিক অহু ব্রাহ্মণ নত্তবা শিশিরকুমার দত্তবু কোঙহল্লম্মী।

'বামুনের মেয়ে' কোঙবদা ব্রাহ্মণশিংনা থিনা থিনা চৈ-থাংহুনা শরৎচন্দ্রদা চিঠি ইরম্মী অমস্তুং রারক্লম্মী। মতম অহুদা শরৎচন্দ্রনা

'বামুনের মেয়ে' উপন্যাসকী ড্রামা ইবা হৌরম্মী। কনা বাম্না ইখৎলম্রবনি, অহুবু যত্থ লোইশিল্লমক্তে। লোইশিন্দবা ড্রামা অমুগী মরমদ' গোপাল-চন্দ্র রায়না 'শরৎ-সমগ্র' গী গ্রন্থ পরিচিতিদা অস্রম্না ইরম্মী—'লোইশিন-দনা নাটক অমু ঐনা খিগৎতুনা লৌশিল্লে। মতুদা উই— উপন্যাসতা য়াওক্রবসু শরৎচন্দ্রনা নাটক অমুদা ব্রাহ্মণশিং অমুক পুশিল্লকই। বামুনের মেয়েদা ব্রাহ্মণশিংগী সম্মান্দা শোকপা শরুক অমু লৌথোক্লনবা মহাক্না নাটক অমু অমুক ইবা হৌগৎলম্লিব্রা কনানা খঙগদগে?'

শরৎচন্দ্রনা 'বামুনের মেয়ে' ইবগী মতাংদা হরিহর শেঠকী আর্টিকল 'কথাশিল্পী শরৎচন্দ্র' মথক্তা থেংনবিপ্রবনিনা মতাংসিদা অমুক হন্না পাউদমজক্রবনি।

## নারীর মূল্য

শরৎচন্দ্রনা তারিখ ১২/২/১৩১৩ বঙ্গাব্দদা রেঙ্গুন্দগী যমুনাগী সম্পাদক ফণীন্দ্রনাথ পালদা থারকপা চিঠি অমদা ইরম্মী—

'ঐগী মিং অহুম্নি—

সমালোচনা, প্রবন্ধ অসিনচিংবা—অনিলা দেবী।

নারীমচা—শরৎচন্দ্র চট্টো।

নারী অশাংবা— অনুপমা।'

শরৎচন্দ্রনা মাগী মচে অনিলা দেবীগী মিংদা যমুনা অমসুং ভারতবর্ষ চেকোড়দা সমালোচনা অমুগা প্রবন্ধ য়াম্না ইরম্মী। 'নারীর মূল্য' প্রবন্ধ অসুসু মহাক্না অনিলা দেবীগী মিংদা মমিং লোৎতুনা ইরম্বনি। 'নারীর মূল্য' লাইরিক ওইনা কোঙক্রিঙৈদা বঙ্গাব্দ ১৩২০ দা শজিবু, কালেন, ইঙা, থবান অমসুং লাংবন থাগী চেকোড়দা যমুনাদা হাপখি।

তাং ১৮/৩/১৯২০ ইংদা এম. সি. সরকার এণ্ড সন্সনা পুথোকখি।

নারীর মূল্য যমুনাদা হাপ্পা লোইক্রিঙৈদা শরৎচন্দ্রনা তাং ১৪/৯/১৩১৩ বঙ্গাব্দদা রেঙ্গুন্দগী যমুনাগী সম্পাদক ফণীন্দ্রনাথ পালদা চিঠি অমদা ইরম্মী—'নারীর মূল্য চন্দক লোইশিল্লগা অতোপ্পা অমগা অমুক হৌরগনি। নারীর মূল্য য়াম্না মমিং চৎলে। ঐ খল্লিবনি, অসিগুম্বা মথলগী মূল্য ১৪ ইগে। হন্দক্তি প্রেমের মূল্য, মতু নত্রগা ভগবানের মূল্য,

ঈগনি। অদুগী ভুমলা মথং মথং ওইবা ধর্ম্মের মুল্য, সমাজের মুল্য, আত্মার মুল্য, সত্যের মুল্য, মিথ্যের মুল্য, সংখ্যের মুল্য অমসুং বেদান্তের মুল্য ঈগনি।

নারীর মুল্য বমুনাদা হায়রা লোইশ্রবদা শরৎচন্দ্রনা কণীবাবুদা অমুক ইরম্মী— 'রা অমা খণ্ডজনিংই। নারীর মুল্য লোইখ্রে। মসিদা অমুক হাকু মিংচৎ কংগনি হায়বা খনবা কাওবা খমুদে। অদুবু যৌক্তিক খণ্ডনবা খণ্ডনদবা মীগী মকমদগী আলোচনা অদুগা চিঠি কয়া ফংবদা খল্লিবনি, মীগী মিৎয়েং চিংশিল্লে। ঐহাক মপুংফানা হকচাং কনা লৈরম্বা খোল্লবদি হায়া সক্কম তৌখিবা অদু তশেংনা পাংথোকপা ওক্লমগদবনি।"

শরৎচন্দ্রনা নারীর মুল্যগী মতৌগুম্বা অতৈ মুল্য ১৪মু ঈগনি হায়রম্বসু ওপদগী 'সমাজের মুল্য' নত্রগা 'সমাজ-ধর্ম্মের মুল্য' নত্তনা অতৈ অতোপ্পা 'মুল্য' অমত্তা ইরমদ্রে।

শরৎচন্দ্রনা মাগী 'সমাজের মুল্য' প্রবন্ধমকপু 'সমাজ-ধর্ম্মের মুল্য' হায়না মমিং ওম্বোক্তুনা ভারতবর্ষ'দা হাপ্লনবগীদমক থারম্মী। 'সমাজ-ধর্ম্মের মুল্য' প্রবন্ধসু বঙ্গাব্দ ১৩২৩ গী শজিবু অমসুং কালেনগী চেকোওদা ভারতবর্ষ'দা হাপখি।

## দেনা-পাওনা

উপন্যাস অসি বঙ্গাব্দ ১৩২৭ কী ইঙা, ইঙেন, থবান, পোইনু অমসুং লমতা; ১৩২৮ গী কালেন, ইঙা, মেরা অমসুং লমতা; ১৩২৯ গী শজিবু, কালেন, ইঙা, ইঙেন, লাংবন, মেরা অমসুং লমতা, অদুগা ১৩৩০ গী শজিবু, ইঙা অমসুং ইঙেনগী ভারতবর্ষ' চেকোওদা হাপখি। অদুগী তুংদা তাং ১৪/৮/১৯২৩ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা থোওই।

মকম অসিদা উপন্যাস অসিগী রচনাগী মশক তাকপা ওইনা শরৎচন্দ্রগী রা অনীদং তমজরি—

'আসামগী সুরমা ভ্যালেগী তম্পাক লমদসুনি সুরমা তম্প্রাক হায়রিবসি। শ্রীহট্ট অমসুং কাছাড় জিলানা কোনব, লমদসুনি সুরমা তম্পাক হায়রিবা অসি। তাং ২০/৬/১৯২৬ ইংদা কাছারগী শহর শিলচরদা

পাংখোকপা জুমধা উপত্যকা ছাত্র সম্মেলনগী অহানবা অধিবেশনদা শরৎচন্দ্রনা সভাপতি ওইরম্মী।

শরৎচন্দ্রনা খোঙচৎ অতুদা শিলচরদগী গৌহাটিদা চৎলম্মী। গৌহাটিদা চৎলগা মকম অহগী মিনিউসিপালিটিগী হেল্থ ওফিসার সিলেট-মচা ( শ্রীহট্টদা লৈবা ) মনোরঞ্জন চক্রবর্ত্তীগী য়ুমদা লুংলম্মী।

শরৎচন্দ্রনা মকম অতুদা লৈরিঙৈদা নোংমা গৌহাটি শহর মরাদা লৈবা কামাখ্যা মন্দিরদা চৎতুনা কামাখ্যা দেবীগী পূজা কৎলম্মী।

মতম অতুদা নোংমা কলেজগী ছাত্র কয়ামকম্না শরৎচন্দ্রগা উনবা লাক্লম্মী অমুম য়ারী শানরম্বদগী মখোয়না শরৎচন্দ্রদা হংলম্মী,— অদোম্না হৈবিবা দেনা পাওনা উপন্যাসতা অচুম্বা কয়া য়াম্না য়াওবগে ?

মতুগী পান্ডখুমদা শরৎচন্দ্রনা হায়রম্মী,— ঐ অমুক্তি বীরভূমদা চৎলুরে। মকম অতুদা চণ্ডীগী মঠ অমা উরকই। মতুগা লোয়ননা জমিদারগী ওক্ত-লমচৎকা চয়েৎনবা অমা লৈরম্মী। জমিদারতুনা কনা-গীনো সম্পত্তি কংমাল্লে। দেনা-পাওনাগী জীবানন্দসু মতুমক্কি।

মুমিৎ অতুগী ছাত্র কাংলুপ অতুদা চন্দ্রেশ্বর চৌধুরীসু য়াওরম্মী। খ্রীষ্টাব্দ ১৯৭৬ কী ফেব্রুয়ারী থাদা শরৎচন্দ্রগী চহী চাম্মগুবা মপোক কুমওন থৌরমদা গোপালচন্দ্র রায় (শরৎ সমগ্র, গ্রন্থ পরিচিতিগী অইবা) না শিলচর অমসুং হাইলাকান্দিদা ভাষণ পীবা চৎলম্মী, মতম অতুদা শিলচরদা হায়রিবা চন্দ্রেশ্বরবাবুতুগা মহাকা য়ারী শানখি। য়ারী শানবদা চন্দ্রেশ্বরবাবুনা গোপালবাবুদা য়াকম অসি তম্নকপজি। চন্দ্রেশ্বর মতম অতুদা শিলচর কোর্টতা উকিল ওইরম্মী।

খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৭ তা শরৎচন্দ্রনা মাগী 'দেনা-পাওনা' উপন্যাসকী নাটক ইরম্মী। নাটককতা ওস্পোকপদা 'ষাড়শী' হায়না মমিং থোল্লম্মী। ষোড়শী লাইরিক ওইনা থাওলবা তুংদা শরৎচন্দ্রনা মতুগী লাইরিক অমা রবীন্দ্রনাথতা থারগা নাটকতুগী মবমদা মহাক্কী য়াথল্লোন থগবা পাল্লম্মী। রবীন্দ্রনাথনা পারগা হায়রম্মী,— মসি শরৎচন্দ্রনা থোইদোক্লা অচুম্বা অশেংবা থৌদোক্ত থুক্কম ওইহনা ইবনি।

## নবঁবিধান

নববিধান ভারতবর্ষ চেকোঙদা বঙ্গাব্দ ১৩৩০ গী রাকচিং, কাইরেন অমসুং ১৩৩১ গী শজিবু, ইঙা, লাংবন অমসুং সেরাদা হাপখিবনি। অদুগী তুংদা চহীতুমক্কী হায়বদি খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৪ গী ওক্তোবরদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা পুথোকখিবনি।

নববিধানগী লাইরমদায়দা উবা ফংই, বিলাতী ডিগ্রী ফংলবা দর্শনগী ওঝা শৈলেশ্বর ঘোষালনা এলাহাবাদতা চৎপদা ইখঙ খঙহৌদনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা দীক্ষা লৌহুনা অশেংবা বৈষ্ণব ওইখি। শরৎচন্দ্রনা নব-বিধান ইবা মতম অদুদা শৈলেশ্বরবু মতৌ অসুম্না বৈষ্ণব ওইচল্লিবা অসি উবদা খল্লকই, শরৎচন্দ্রগী পুন্সিদা মতাং অদুমক্তুবা রাখল্লোন্দা অহোংবা থরা লাক্লম্বা য়াই হায়না। রাখল্লোন তোংলকখিবা অদুগী ইতিহাসকী মতাংদা 'শরৎ সমগ্র' লাইরিক্তা গোপালচন্দ্র রায়গী আর্টিকল 'শরৎ পরিচিতি'দা মথাগী অসুম্না ইবি —

শরৎচন্দ্র বঙ্গাব্দ ১৩৩১ গী থবানগী তারিখ ৬ তা দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জন দাসকী মকমদগী রাধাকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা খুদোল ওইনা ফংলম্মী। মদুগী সুমিৎ থরনিগী মতুংমক্তদা শরৎচন্দ্রনা মেরা থাগী 'ভারতবর্ষ চেকোঙগীদমক 'নববিধানগী ইখিবা শরুক অদুদা শৈলেশ্বরবু বৈষ্ণব ওইহনখিবা উই। মসি মচাক মশামক মতম অদুদা নৌনা বৈষ্ণব ওইরুবা নত্রগা বিষ্ণুভক্ত ওইরুবমক্কী প্রভাব ওইগনি খল্লি। অদুম ওইনমক মহাক্না পোৎ খুদিং-মক্তা কাহেল্লিনববুদি পাম্লমদে, মফম অসিদসু মতৌ অদুম্না বৈষ্ণবশিংগী গুরুবাদ অমদি মপালগী ওইবা আচারগী হেল্লিনবগী মায়কৈদসু অকুপ্পা মিৎয়েং থরমথৈ থম্বা, মদুনি হায়বা য়াই। ★

## হরিলক্ষ্মী

রারী অসি তাং ১৩/৩/১৯২৬ চংদা গুরুদাস এণ্ড সন্সনা লাইরিক ওইনা অবানবা খুৎনম পুথোকখি। লাইরিক অসিদা হরিলক্ষ্মী, মহেশ অমসুং অভাগীর স্বর্গ কৌবা রারী অহুম য়াওই। মদু'শংদু লাইরিক ওইনা কোঙত্রিথৈগী মমাংদা অহানবদা বঙ্গাব্দ ১৩৩২ গী শারদীয় বসুমতীদা অমসুং ১৩২৯ গী লাংবন অমসুং রাকচিংদা বঙ্গবাণী চেকোঙদা হাপখি।

মহেশ কৌবা রারী অদুদি গুপ্তদগী বঙ্গবাণীদদা নত্তে, বঙ্গাব্দ ১৩২৯ গী লাংবনগী চেকোৎদা পল্লীশ্রী পত্রিকাদসু ছাপখি।

'হরিলক্ষ্মী' লাইরিক্তা য়াওরিবা রারী অহুমদুগী মনুংদা 'মহেশ' অমুনা অথোইবনি। অসিগুম্বা মশক নাইবা রারীদি বিশ্ব-সাহিত্যদা য়াম্না তাংনা কংলমগনি নিংই। অদুনা কনা কনাগুম্বশিংনা লাইরিক্কুগী মমিং 'হরিলক্ষ্মী' থোন্দনা 'মহেশ' থাল্লম্বনা হেন্না করমগনি হায়নৈ।

বঙ্গাব্দ ১৩৩৮ গী শজিবু থাদা ত্রিপুরা জিলাগী (হৌজিক্তি স্টেট ওইবে) কুমিল্লা শহরদা পাংথোকখিবা ত্রিপুরা জিলা ছাত্র সম্মেলন অদুগী সভাপতি ওইবা শরৎচন্দ্র চৎলম্মী।

মতম অদুদা সভা লোইশিল্লকপদা কুমিল্লাগী সঞ্জয় ভট্টাচার্য্য (মতুংদা কবি, উপন্যাসিক অমসুং পূর্বাসা পত্রিকাগী সম্পাদক ওইখি) মরুপ-মপাং কয়াগা লোয়নদুনা অমুক্তি শরৎচন্দ্রগা উনবা লাক্লম্মী। মুমিৎ অদুদা মথোয়না শানখিবা রাবী-রাতাই অদু 'শরৎ-প্রসঙ্গ' হায়না মমিং থোন্দুনা মতম অদুগী 'নবশক্তি' পত্রিকাদা প্রবন্ধ অমা ইরম্মী। সঞ্জয়বাবুনা মাগী প্রবন্ধদা ইরম্মী, '...ঐখোয়গী মরুপ অমনা হংলম্মী.—করে অদোমগী মহেশ কৌবা রারী, ওরিজিনেল্লা ? স্পেনিশকী মসিগুম্বা লাইরিক অমা পারে। শরৎবাবুনা হংলম্মী.—মদুসু যণগী মতাংদরা ? ঐখোয়গী মরুপগী অত্তোপ্পা অমনা হায়রম্মী,— য়াহং অসিমক্তা প্রমাণ ওইরে—মহাক্তা মদু পাদে হায়বগী

মহাক্তা হায়রম্মী.— থোদোক্তু ঐখোয়গী খুঙ্গংমক্তদা থোকখিবনি। অদুম ওইনমক পোলোইদি অত্তোপ্পা মওং অমদনি।' ●

## পথের দাবী

তাং ৩/৮/১৯২৩ ইংদা লাইরিক অসিগী অহানবা খুৎনম কোৎই। লাইরিক কোৎখিবনা উমাপ্রসাদ মুখোপাধ্যায়ননি অমসুং নম্বনা কটন প্রেসকী সত্যকিংকর বন্দোপাধ্যায়ননি।

লাইরিক অসি কোৎবা ইকুই কুইদনা ভারতকী মতম অদুগী ইংরাজ সরকারনা লাইরিক অসিবু Preaching of sedition দা মরাল শিন্নুনা Under section 124A of the Indian Penal Code

জাখিল্লনা খিংজিনখি। অদুবু শরৎচন্দ্র শিগ্রবা তুংদা খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৯ গী মার্চ থাদা কজলুল হকনা মন্ত্রি ওইবা মতমদা অখিংবহু লৌথোকখি ( Gazette Notification of the Govt. of Bengal. dated March 1, 1939)। চহী অহুমক্তদা লাইরিক অসিগী ২শুবা খুৎনমন্নু পুথোকখি। অখিংবহু লৌথোকপ্রবা তুংদা তাং ১৩/৫/১৯৩৯ ইংদা 'পথের দাবী' ড্রামা ওইনা শান্নখি। অদুবু লালহৌবদা মতেং পাংই হায়না মরাল শিহুনা অমুক হন্না বৃটিশ সরকারনা Dramatic Perfomance Act পানশিন্নুনা তাং ৯/৫/১৯৪০ ইংদা অমুক হন্না অখিংবা থমখি।

'পথের দাবী' লাইরিক ওইনা কোঙব্রিইগী মমাংদা বঙ্গাব্দ ১২২৯ গী কাইরেন, লমতা, ১৩৩০ গী শজিবু, ইঙ', থরান-কাইরেন ; ১৩৩১ গী কালেন, লাংবন, মেরা, পোইন্নু, রাকচিং ; ১৩৩২ গী শজিবু, কালেন, থরান-কাইরেন অমসুং ১৩৩৩ গী শজিবুগী 'বঙ্গবাণী' চেকোওদা অহানবা ওইনা হাপখি।

শরৎচন্দ্রনা মতম অমদা পথের দাবীগী খণ্ড অমা খজিক-খরাক শেমদোকুন্নী। মহাক শিগ্রবা মতুংদা মহাক্কী মুপী হিরণ্ময়ী দেবীনা শেমদোক্লবা খণ্ড অদু উমাপ্রসাদ মুখোপাধ্যায়দা পীরম্মী।

কবি সঞ্জয় ভট্টাচার্য্যনা 'নবশক্তি' চেকোওদা মাগী 'শরৎ-প্রসঙ্গ' প্রবন্ধদা ইরম্মী—

শরৎচন্দ্রদা হায়গ্রবনি সব্যসাচীবু অয়াম্বনা অনমেচরেল ওই হায়না। কাহেন্না হৈথোই-শিংথোইবা মীশকপু অনৌবরা, মহু নত্তে।

রাকমহুদা শরৎবাবুনা খরমখৈ কিক্সৎলকখি হায়রম্মী—অসিগুম্বা থবক তৌবিবা মখোয়নদি এৈঙোন্দা নত্রগা নঙোন্দা হায়ররোই, ঐনা মসি তৌই, মহু তৌই। মখোয়হু উবদদি ঐখোয়গুম্বনি— মীথোই-মীহেনবদা করিগী ওইগদগে, মখোয়দি মীথোই-মীহেনবদগীসু হেন্না রাংই। ঐ খেংনয়ে।

পথের দাবীগী অনীশুবা শরুক ইনিংবগী অপাম্বা মঙোন্দা কনখৎলকখি। অহুগা মাগী স্কিম অমম্মু হায়রম্মী। রেঙ্গুনগী নায়ক-নায়িকাশিংবু বঙ্গদেশতা পুরকপা পাম্মী—অহুগা অনৌবা চরিত্র অম-অনীসু হাপচিনবা পাম্মী। ●

## ষোড়শী

মসি শরৎচন্দ্রগী 'দেনা-পাওনা' উপন্যাসতগী ড্রামাদা ওন্থোকপনি। নাটক অসি অহানবদা লাইব্রিক ওইনা কোঙখিবসি তাং ১৩-৮-১৯২৭ ইংদনি। কোঙখিবনা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনি।

চপী অসিমক্কী হায়বদি বঙ্গাব্দ ১৩৩৪ গী ফেব্রুয়ারিগী তাং ২১ দা কলকাতাদা নাট্য-মন্দির লিমিটেডনা নাটক অসি অহানবা ওইনা শান্নখি। ষোড়শীদা জীবানন্দগী শক্তমদা মশক নাইবা শিশিরকুমার ভাদুড়ী অমসুং ষোড়শীগী শক্তমদা চারুশীলা দেবীনা শক্তম লাংদুনা শান্নখিবা অভিনয়না মতমদুগী নাট্য-জগৎতা য়াম্না অমা পুক্কখি। শরৎচন্দ্র মশানা ইবা চিঠি অমগী মচেৎ অমা মতাং অসিদা পল্লোগে। শরৎচন্দ্রনা মাগী মুংশিজরবা মণীন্দ্রনাথ রায়দা ইবা চিঠিনি। মহাক্না ইরম্মী,— 'ষোড়শী' অভিনয় ঐ অমুক্তি য়েংউরে অমসুং মতুমক্কী য়েংলনবা চথুরি। ···· নহাক থুদোংচাদবা লৈত্রবদি অমুক্তা য়েংলু। তশেংনমক শিশির অমসুং চারুগী (জীবানন্দ অমসুং ষোড়শীগী) অভিনয় য়েংবা য়াবা পোৎনি।' ●

## রমা

নাটক অসি শরৎচন্দ্রগী 'পল্লী-সমাজ' উপন্যাসতগী মশামক্না ইথোক্লম্বনি। নাটক অসি লাইব্রিক ওইনা অহানবা পুথোকখিবা অসি তাং ৪-৮-১৯২৮ ইংদনি। অকোঙবনা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনি।

'রমা' অহানবা উৎখিবনা বঙ্গাব্দ ১৩৩৫ গী ইংগেনগী তাং ১৯ দা কলকাতা স্টার থিয়েটরদনি। আর্ট থিয়েটর লিমিটেডনা শান্নবা ড্রামানি। আর্ট থিয়েটরগী অতোপ্পা মপু অসি শরৎচন্দ্রগী লাইব্রিক অয়াম্বা কোঙবা অমসুং ভারতবর্ষ চেকোঙগী মপু হরিদাস চট্টোপাধ্যায়নি ●

## তরুণের বিদ্রোহ

খ্রীষ্টাব্দ ১৯২৯গী ইস্টারগী ছুটিদা রংপুর শহরদা বঙ্গীয় প্রাদেশিক রাষ্ট্রীয় সম্মিলনীগী অধিবেশন পাংথোকই। প্রাদেশিক সম্মেলন তৌরিবগী মমাংদা মফম অসুমক্তদা বঙ্গীয় যুব অধিবেশন পাংথোকই। যুব সম্মেলন অসুদা শরৎচন্দ্রনা সভাপতি ওইরম্মী। শরৎচন্দ্রগী মুমিৎ অসুগী

অভিভাবশচু কলকাত্তাগী সরস্বতী লাইব্রেরীনা 'তরুণের বিদ্রোহ' হায়না মমিং থোন্দুনা লাইরিক্কী মওংদা নম্লম্মী। লাইরিক অসি অহানবা পুথোকখিবনা তাং ১৮-৪-১৯২৯ ইংদনি।

বঙ্গাব্দ ১৩২৮ গী কাইরেন-লমতা চেক্কোংদা নারায়ণ পত্রিকাদা শরৎচন্দ্রগী 'সত্য ও মিথ্যা' কৌবা প্রবন্ধ অমা হাপখি। কলকাতাগী আর্য পব্লিসিং কোম্পানীনা সরস্বতী লাইব্রেরীদগী শরৎচন্দ্রগী 'তরুণের বিদ্রোহ' লাইরিক্তু লৌরগা মতুগা লোয়ননা 'সত্য ও মিথ্যা' প্রবন্ধ অচু হাপচিন্দুনা চাওথোকহল্লবা 'তরুণের বিদ্রোহ' লাইরিক্তুগী অনৌবা খুৎনম শমা পুথোকখি। নৌহৌননা শেমদোক্লবা খুৎনমচু অহানবা পুথোকখিবনা তাং ২৫-৮-১৯৩২ ইংদনি।

## শেষ প্রশ্ন

'শেষ প্রশ্ন' লাইরিক ওইনা পুথোক্লিঙৈগী মমাংদা মতম শাংনা চংনা মরক্তা লেপ্লা লেপ্লা ভারতবর্ষদা হাপ্লম্মী। চেকোংদা হাপখিবগী তারিখ অচু মসিনি— বঙ্গাব্দ ১৩৩৪ গী ইঙেন-মেরা, ৱাকচিং-লমতা ; ১৩৩৫ গী কালেন-ইঙেন, মেরা, পোইন্নু, ফাইরেন ; ১৩৩৬ কী শজিবু, ইঙেন, মেরা, পোইন্নু, ফাইরেন, লমতা ; ১৩৩৭কী লমতা অমসুং ১৩৩৮ গী শজিবু।

শরৎচন্দ্রনা শেষ প্রশ্ন ইখিবসি মাগী অরোইবা পুন্সিদনি। লাইরিক অসি ইবা মতমদা মহাক অৱাম্বদা মথল মথলগী লায়নানা নারম্মী। অদুগা ইবদসু থোইনা হৈনিংবা পোক্লুবা মতম্নি। মরম কয়া অসিমক্তদগী শেষ প্রশ্ন ঈচেল নাইনা থা খুদিংগী ইবগী ৱাকম লৈহ২নসু থা অস্রক হাক্লা কাম্ন-কান্ননা চেকোংদা হাপপ্রিবনি।

শেষ প্রশ্ন লাইরিক ওইনা কোঙদ্রিঙৈদা শরৎচন্দ্রনা মাগী লাইরিক অয়াম্বা শরুক্কী প্রকাশক গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সকী মপু হরিদাস চট্টোপাধ্যায়দা চিঠি অমা ইরম্মী— 'ভায়া, লাইরিক অসি অকবা লুমিৎ শজিবুগী পয়লা তারিখ, ১৩৩৮ বঙ্গাব্দদা ফোঙবা পাম্মী। ওইথোকহনবা য়াগদ্রা? ফোরৱার্ড মচেৎ অমগা ইরক্কনি।...'

'শেষ প্রশ্ন' গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা বঙ্গাব্দ ১৩৩৮ গী শজিবুমক্তদা লাইরিক ওইনা পুথোকখি। অদুম ওইনমক শজিবুগী

পরলা তাখিখতকি কোঙখিদে। কোঙখিবহু শজিবুগী থায়াইদনি ( তাং ২-৫-১৯৩১ ইং )।

শেষ প্রশ্ন ভারতবর্ষদা হাপ্লকপা মতম অহুদা আধুনিক ওইবা মী খরনা লাইরিক অসি ইবগীদমক শরৎচন্দ্রদা খাগৎপা কোঙদোক্লরকপা মতৌ অমুয়া হিন্দু সমাজগী কেনাটিক কাংবুনা খুৎইহু পাবদা শরৎচন্দ্রবু নিন্দা তৌবদা পেনব মাইরমদে। লাইরিক ওইনা পুখোরবদ মখোয়না অমুক্তা হেন্না য়াবৌখি। মহুদা নত্তনা লাইরিক অকোঙবদস্থ শাওরম্মী।

মতম অহুদা শরৎচন্দ্রনা মাগী লাইরিক্তী পব্লিসর হরিদাসবাবুদা মুংশাখিবা কোক্লবা ইখিবা চিঠি অহুগী মচেৎ খরা মচাগী অসিনি —

'চৈ থাংবগী ঈথক উবদা অদোম্না মুংশাখিবা পোকপিরম্বা য়াই ; অহুবু অহুম হেক্তা পণ্ডিত অমনা লাইরিক অসি কজৈ হায়রম্বগুম্না মখোয়নস্থ বিচার তৌদনা কম্বে হায়রিবনি। ভারতবর্ষদা কোঙই হায়বগীদমক অদোম্না করিস্থ ঈকাইক্লনিংঙাই লৈতে। মসিনি হায়জগদবা। খৌরম খুদিংমক্তা মায়কৈ অনী-নী লৈ। মখোয় কাহেন্না য়ানিংদবা মায়কৈদা লেপ্পা, মহু ওইরমদবস্থ য়াই। অহুগা মতমগী বিচারদা মচোয়না চুম্লমদবস্থ য়াই।'

উপন্যাস অসিগী পান্দমগী মরমদা দিলীপকুমার রায়দা চিঠি অমা ইরম্মী—'শেষ প্রশ্ন অসিদা য়াম্না আধুনিক ওইবা সাহিত্য করম্বা মখলগী ওইবা চুম্বগে হায়বা অহুগী ইঙ্গিত খজিক-খরাক উৎননবা হোৎনবদনি। হেজিনব র ইগদবনি, লাও খোংহুনা খোক্কোপ শিজিন্নগদবনি, রাখলপোন অসি আধুনিক য়াম্না ওইবা সাহিত্যগী pivot নস্তে— মহুগী নমুনা খিত্তং উৎপদনি।' ●

## স্বদেশী ও সাহিত্য

মসি শরৎচন্দ্রনা ইবা প্রবন্ধ, অভিভাষণ অসিনচিংবা খরা পুনশিনবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসি খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩২ গী আগষ্ট থাদা কোঙবনি। অকোঙবনা কলকাতাগী আর্য পব্লিশিং কোম্পানীনি।

লাইরিক অসি 'স্বদেশ' অমস্থং 'সাহিত্য' হায়না শরুক অনী খোক্লা খায়দোকই। স্বদেশকী শরুক্তা শরৎচন্দ্রগী রাজনৈতিক রচনা

কয়াঘরুম, অদুগা সাহিত্যগী শরুক্তনা মরুওইনা মাগী সাহিত্যগা মরি লৈনবা প্রবন্ধ কয়ামরুম হায়ি। মসিগী অরোইবা শরুক্তা শরৎচন্দ্রগী চিঠি অমা অমসুং মহাক্না পত্রকারদা পীবা অভিনন্দন পত্র অমসু হায়ি।

অকোঙবনাময়াম অসি পত্র-পত্রিদা মথল মথলদগী খোমজিল্লগা শরৎচন্দ্রগী অয়াবা লৌরগা লাইরিক ওইনা পুখোকপনি। লাইরিক্কী মিং কনানা খোনবগে খঙদে, অদুম ওইনমক লাইরিকসিদা য়াওরিবা প্রবন্ধ কয়াগী মমিংদি অকোঙবা মশামক্না খোনবনি, শরৎচন্দ্রনা খোনবা নত্তে, রাকমসি অকোঙবা মশামক্না লাইরিকসিগী রাহোদোক্তা য়াজররবনি। ●

## অনুরাধা, সতী ও পরেশ

য়ারী লাইরিক অসি খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৪ গী মার্চ থাদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা অহানবা খুৎনম পুখোকখিবনি। লাইরিক খোঙজিল্লিবগী মথাংদা অনুরাধা কৌবা য়ারী অদু বঙ্গাব্দ ১৩৪০ গী লমতাগী ভারতবর্ষ চেকোঙদা, সতী কৌবা য়ারীদুনা ১৩৩৪ গী ইঙাগী ভারতবর্ষ চেকোঙদা, পরেশনা ১৩৩২ গী পূজা-বার্ষিকী 'শরতের ফুল'দা হাপখিবনি।

লাইরিক্কুগী মমিং খোনবগী মতাংদা হরিদাসবাবুদা অমুম্না ইরম্মী।

কল্যাণীয়েষু,

.. ঐগী 'অনুরাধা, সতী ও পরেশ হায়বা মিংসি অদোম্না খোইদাবিদে হায়বা তাজরে, অদুবু ঐদি য়াম্না পামজে— লাইরিকসিগী মমিং অসুম্না খোনবসি। শুপ্পগী অনুরাধাদা খোনবা পামজদে। অসুম্না মিং খোনবসি ইংরেজি লাইরিক কয়াদা খেংনগ্রমাল্লে নিংই।

—দাদা ●

## বিজয়া

লাইরিক অসি শরৎচন্দ্রগী 'দত্তা' উপন্যাস অদুদগী মহাক মশামক্না নাটক ওইনা ইথোক্লম্বনি। বিজয়া অসি লাইরিক ওইনা ইহান হায়া কোঙখিবদু তাং ২৪-১২-১৯৩৪ ইংদনি, অকোঙবনা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনি।

বিজয়া নাটক অহানবা শারখিবনা বঙ্গাব্দ ১৩৪১ গী পোইন্নুগী তাং ৬তা কলকাতাগী স্টার থিয়েটরদনি। অভিনয় উৎখিবস নব নাট্যমন্দিরগী আর্টিসশিংননি। নব নাট্যমন্দির অসি শিশিরকুমার ভাদুড়ীনা লিংখৎপা পুরাতন নাট্যমন্দির অদুদগী ওস্থোকখিবা মিংনি।

ভারতবর্ষ' পত্রিকাগী মপু হরিদাস চট্টোপাধ্যায় অমস্তুং মাগী মরুপ কয়াগী 'আর্ট থিয়েটর লিমিটেড' কৌবা কলকাতাগী থিয়েটর পামজবা কাংবু অমা লৈরম্মী। হরিদাসবাবুনা মখোয়গী থিয়েটরদুদা অভিনয় তৌননবগীদমক শরৎচন্দ্রদা মাগী উপন্যাস 'দত্তা' অদু নাটক্তা ওন্থোক্লবা হায়রম্মী। শরৎচন্দ্রনা মতমদুদা নাটক ইবা লোইবা ওমদদুনা 'আর্ট থিয়েটর লিমিটেডনা নাটক অদু শান্নখিদে। অদুগী তুংদা নব নাট্য-মন্দিরনা শান্নখিবনি। ★

## বিপ্রদাস

ভারতকী মুক্তি আন্দোলনদা মনিং চংলবা বেঙ্গল ভোলুন্টিয়ার্স নত্রগা শন্না বি. ভি. কৌবা সংস্থা অমা লৈরম্মী। দল অসিগী লুচিং-পুরেন হেমচন্দ্র ঘোষ অদু শরৎচন্দ্রগী খোইদোক্লা চান্নবা মীশক্তি।

বি. ভি. দলগী বেণু কৌবা মুখপত্র অমা লৈরম্মী। শরৎচন্দ্রনা বি. ভি. কর্মীশিংবু নুংশিবিদুনা ইবগী খুৎশুমল লৌদনা বেণু অদুদা মহাক্কী উপন্যাস বিপ্রদাস অদু ঈচেল নাইনা হাপ্পনবগীদমক ইবা হৌরম্মী। বিপ্রদাসকী ১০ শুবা তাঙ্কক ফাওবা ( বঙ্গাব্দ ১৩৩৬-১৩৩৮ ) বেণুদা হাপখি।

মতম অদুদা বি. ভি. গী অহানবা কেজগী কর্মী বিনয় বসু, বাদল গুপ্ত অমস্তুং দীনেশ গুপ্তগী রাইটর্স বিল্ডিংদা অলিন্দযুদ্ধগীদমক দলদুগী মী কয়া কাখি। অদুনা বেণু থিংজিনবা তাখি। অদুগী মতুং চাওরাক্না চহী অনী লৈরগা শরৎচন্দ্রগী মামা উপেন্দ্রনাথ গঙ্গোপাধ্যায় মশানা সম্পাদন তৌবা থাগী চেকোও 'বিচিত্রা'দা 'বিপ্রদাস' অদু অমুক হন্না হৌবদগী ঈচল নাইনা লোইবা ফাওবা হাপ্লম্মী। মতৌ অসুম্না বঙ্গাব্দ ১৩৩৯গী ফাইরেন, লমতা ; ১৩৪০ গী শজিবু-ইঙা, মের-ফাইরেন অমস্তুং ১৩৪১ গী শজিবু, ইঙেন-থাকচিংগী চেকোওদা হাপখি। লাইরিক ওইনা ফোঙবনা তাং১-২-১৯৩৫ ইংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনি।

শরৎচন্দ্র মশাগী মামা অতোম্বগী মিং বিপ্রদাস-নি। শরৎচন্দ্রনা 'বিপ্রদাস' উপন্যাসকী মমিং থোনবদা শুপ্পদগী মাগী মামা অতোম্বগী মিংথক্তা লৌবা নত্তে, উপন্যাস অসিগী খুন্থোকদা মামা অতোম্বগী ব্যবহার, স্বভাব, চরিত্র ফাওবা খোক-থোক্লা উৎলম্বনি। ★

# শুভদা

'শুভদা' অসি শরৎচন্দ্রনা অহাংবা ওইরিবগী রচনানি। মসিগী ওইরবসু লাইরিক অসি মহাক্না শিরবা তুংদা কোওই। করিগীদমক অদুক থিজনা কোওলিবনো হায়রবগী ইতিহাস অমা লৈ। ইতিহাস অদু অসিনি —

শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরগী খঞ্জরপুর খুলংদা লৈবা মতমদা মুমথংনবা বিভূতিভূষণগী য়ুমদা কমচুনা লেপ্পনা ইথরগী অমসুং পাররমী। মতমদুদা বিভূতিবাবুগী মচন্নুপী নিরুপমা দেবীনা শরৎচন্দ্রগী 'শুভদা' উপন্যাসকী মেনুস্ক্রিপ অদু পাররমী। মদুগী মতুংদা শুভদাগী প্রভাব মহাক্কী অহানবা ইবা উপন্যাস 'অন্নপূর্ণার মন্দির'দা খোক্ক-খোক্কা হৈথিজবা ভাররমী।

'শুভদা কোওলুবা থোক্লবদি তুংদা নিরুপমা দেবীগী কাউ-কিরুক থুম্বা য়াই খন্দুনা শরৎচন্দ্রনা মাগী উপন্যাস অদু কোওছনখিদে। অদুম ওইমক মেনুস্ক্রিপতু মাংহন্দনা থম্লম্মী, তাপ্পা কংলবদি রারীদু ওখোক-ওনশিন তৌদুনা নোংহোননা ইখোক্কে হায়না খনবদগীনি। অদুনা অইবদু মতম শাংনা তাদুনা লৈরম্মী। অদুবু শরৎচন্দ্রগী ভাগ্যা অমুক কংখিদে। মপুন্সি লোৎশিন্নরুবদা মদু অমুক থম্লরোই হায়না শরৎচন্দ্রনা নোংমা লেপ্লম্মী।

শরৎচন্দ্র মতমদুদা হাওড়া জিলাগী সামতাবেড়েগী য়ুমদা লৈরম্মী। নোংমা মহাক্না মাগী মজাকয়ুপা রামকৃষ্ণ মুখোপাধ্যায়দা ( মচে অনিলা দেবীগী মনাওয়ুপা য়াইমগী মচানুপানি। মহাক শরৎচন্দ্রগী য়ুমদা লেদুনা লাইরিক তম্লম্মী ) অমনবা চে-চাংশিংগা লোয়নননা 'শুভদা'গী খুৎইদুসু মৈ থাদোক্লবা শিন্নরম্মী।

অদুবু রামকৃষ্ণনা চে কত্তবা মৈ থাদোকপা মতমদা 'শুভদা'গী মেনুস্ক্রিপতু মচি অমদা থৈদোক্লুনা থম্লম্মী অমসুং মদুগী তুংদা মদু শরৎ-চন্দ্রমক্কী আলমারিদা লাইরিক্কী মরুমদা লোৎশিন্নুনা থম্লম্মী।

মায়া কুইনা লৈরবা তুংদা শরৎচন্দ্রনা নোংমা সামতাবেড়েগী য়ুমদা আলমারিগী লাইরিক লোইশিনবদা ইখঙ থঙহৌদনা 'শুভদা'গী থাতাদু থেংনরম্মী। মদু উবদা মহাক্না ভাব তাররমী, রামকৃষ্ণনা য়ুমিৎ অদুদা মঙোন্দা মীনবা ওাংখিবনি অমসুং মেনুস্ক্রিপতু থাদোক্লুনা মকমদুদা লোৎশিন্নুনা থনখিবনি হায়না।

শরৎচন্দ্রনা কবি থরক্তুনবো মেপুক্রিপ অদু অমুক মৈ থাদোকখিদে, এক্ৰগ। মাংহনবগু তৌখিদে — অদুম থমজিল্লম্মী। থপ্রবা মাই, অইখছ মাংহন্দনা থনম্রবশিনা অহুম লৈজরগনু, মতুংদা ওম্রগা নোনা ইথোকে। অদুবু মছ অমুক ওমখিদে। মহাক শিরবা তুংদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা খ্রীষ্টাব্দ ১৯৩৮ গী জুন থাদা লাইরিক অদু কোওখি।

লাইরিক কোওবা মতমদা অকোওবনা লাইরিক অসিগী অহৌবদা শরৎচন্দ্র মথুৎমক্লা ঈরম্বা রাহৌদোক অমা মাওনা নম্মী। রাহৌদোক অদুদা মাওরি— শরৎচন্দ্রনা তাং ২০-৬-১৮৯৮ ইংদা ইবা হৌরগা মরক মরক্তা লেপ্লগা অপূনবা সুমিৎ মশীং ৩৩ নি চংনা সেপ্টেম্বরগী তাং ২৬ তা লোইশিনখি। ●

## ছেলেবেলার গল্প

মসি শরৎচন্দ্রগী রায়ীগী লাইরিক অমনি। রায়ীশিংসি মরু ওইনা অঙাং-শিংগী পূক্কিং ইহুনগা চাশিন্নবা ইবনি। মসিগীদমক লাইরিক অসিগী রাহৌদোক্তা মহাক্না ইরম্মী —

পিক্রিবা অঙাংশিংগী মকমদা,

মসিগী মমাংদা নখোয়গীদমক করিগুমদম্মু ইখিদ্রে। নখোয়বু হয়াওহনবা ওরায়বা নত্তে হায়না নখোয়গী অইবশিংনা হায়। অদুম ওইনমক সম্পাদকশিংনা অঙাংগী রায়ী থরা ইননবা হায়রকখি। … খুদোংথীবা তাঙ্গাসিদা অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ অমগী রা নিংশিংলকখি। থল্লকই, ওসি মহাকমকী রায়ী অম-অনী ওমগে। মছ তাবদা মখোয়না হয়াওয়বদি থু ঙাইগনি

শ্রীশরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

শরৎচন্দ্রনা চিঠিসিদা অঙাং ওইরিঙৈগী মরুপ হায়রিবসি ভাগল-পুরগী রাজেন্দ্রকুমার মজুমদার হায়বদি রাজুনি, শরচন্দ্রনা ‘শ্রীকান্ত’দা ‘ইন্দ্রনাথ’কী শক্তম লাংহনখিবা মহাক অদুনি।

লাইরিকসিদা পুম্না রায়ী তরুক অমম্বুং ‘স্মৃতি-কথা’ অমা য়াওই। রায়ী অমদি ( কলকাতার নতুনদা ) শ্রীকান্তগী প্রথম পর্বগী সপ্তম পরি-চ্ছেদকী .থাইদোকপা শরুক্কি হায়বা য়াই। রচনাশিংসি লাইরিক ওইনা

কদায় কদায়দা হাপখিবগে হায়বগী তারিখকা কোয়বা লিস্ট মসিনি—

লালু—মৌচাক, বঙ্গাব্দ ১৩৪৪ গী লমতা ; ছেলেধরা—পূজা-বার্ষিকী 'ছোটদের আহরিকা', ১০৪২ ; কলকাতায় নতুনদা — বার্ষিকী গল্পের মণিমালা', ১০৪৪ ; লালু—পূজা-বার্ষিকী 'সোনার কাঠি', ১৩৪৪ ; বছর-পঞ্চাশ পূর্বের একটা দিনের কাহিনী — পাঠশালা, ১৩৪৪ গী লাংবন, মেরা ; দেওঘরের স্মৃতি— ভারতবর্ষ, ১৩৩৪ গী ইঙা। 'লালু' কৌবা য়ারী অমদি চেকোওদা কোওদোক্কনা লাইরিক অসিদা হাপচিল্লকই।

লাইরিক অসি শরৎচন্দ্র শিগ্রবা থা অহুমগী মতুংদা বঙ্গাব্দ ১৩৪৫-গী শজিবু থাদা এম. সি. সরকার এণ্ড সন্সনা কোওই। ●

## শরৎচন্দ্রের পুস্তকাকারে অপ্রকাশিত রচনাবলী

শরৎচন্দ্রগী মতম থেয়-খেয়না মখল-মখলগী পত্র-পত্রিকাদা হাপপ্রবন্থু লাইরিক্কুদি হাপখিদ্রিবা অহুওবা রচনাশিংহু থোমজিল্লগা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকপনি। থোমজিনবনা ব্রজেন্দ্রনাথ বন্দোপাধ্যায়নি। খ্রীঃ ১৯৫২ গী জুলাইদা গুরুদাস চট্টোপাধ্যায় এণ্ড সন্সনা কোওই। ব্রজেন্দ্র-নাথনা লাইরিকসিদা শরৎচন্দ্রনা ইবা নত্তবা মাগী অভিভাষণ অমসুং য়ারী শাখিবসু হাপচিল্লম্মী। শরৎচন্দ্রনা মকম কদায়দনো ভাষণ পীবদা ডাঃ জ্যোতির্ময় বসুনা সভাদা কমহুনা মহু ইশিল্লম্মী। শরৎচন্দ্রনা তুংদা থওলকুনা মহু শেমদোক-শেমজিন তৌরগা 'বিচিত্রা' চেকোওদা হাপ্পনবা মামা উপেন্দ্রনাথতা শিন্নখি। উপেন্দ্রনাথনা মহুবু 'বাঙলা বই-এর দুঃখ' হায়না মমিং থোন্নুনা মাগী চেকোওদা হাপখি। ●

## শেষের পরিচয়

শরৎচন্দ্রগী লোইশিল্লমদবা উপন্যাস 'শেষের পরিচয়' 'ভারতবর্ষ' দা বঙ্গাব্দ ১৩৩৯গী ইঙা-লাংবন, হিয়াঙ্গৈ, কাইরেন, লমতা ; ১৩৪০গী শজিবু, লাংবন, হিয়াঙ্গৈ ; ১৩৪১গী ইঙা, ইঙেন, মেরা অমসুং ১৩৪২ গী শজিবুগী চেকোওদা হাপখি। শরৎচন্দ্রনা মসিগী তাঙ্কক ১৫ কাওবা ইরম্মী। গুরুদাস চট্টোঃ এণ্ড সন্সকী মপু হরিদাসবাবুনা কবি রাধারাণী দেবীবু শরৎনা লোইশিল্লমদবা উপন্যাসতু মথা শমথনা ইহন্নুনা লোইশিহল্লগা তাং ৭-৭-১৯৩৯ ইংদা লাইরিক ওইনা কোওখি। ●

# রবীন্দ্র-জয়ন্তী থোরম্‌দা মানপত্র

কবিগুরু,

নহাক্কী মায়কৈরোমদা য়েংলুবদা ঐখোয় গুরুপগী গুনখৈ লৈখিরে।

মহাক্কী হুমফুত্তরাগুবা চহী লোইরকপদা থম্মোয় চেৎনা প্রার্থনা তৌজরি, পুন্সি পীনবিরিবা বিধাতানা মহাক্কপু চহী চাম্বা পুন্সিহনবিসনু: গুসিগী জয়ন্তী উৎসব অসিগী স্মৃতি জাতিগী পুন্সিদা ময়েক-লানা লৈহৌরসনু।

বাণীগী ঈথক্কা গুসি অতিয়া খেৎথ্রে। বঙ্গগী কবি কয়া, শিল্পী কয়া, সেবক কয়া কয়ানা মসি শেমগৎননবগী রাখল্লোন্দা কোকথোং কোকথোং পুবিবকথি। মথোয়গী মঙলান অমদি সাধনাগী লম, মথোয়গী তপস্যা নখোয়গী মরক্তা সিদ্ধি ফংলে। নহাক্কী মমাংগী সাহিত্যাচার্য্য পুম্নমক অহুনা নঙোন্দা তৌরিবা অভিনন্দন মরক্তা অভিনন্দন অসিসু উচ্চরি।

আত্মাগী থুপ্লবা রস অমদি মঙ্গাল, য়াইফবা অমদি ঐশ্বর্য্যসু নহাক্কী সাহিত্যদা মপুংফানা লৈশাৎ তমহল্লুরা ফাইবংপান পুম্নবু চঙরুহল্লে। নহাক্কী নিংখিরবা অমদি চাংদম্নিংঙাই লৈতবা অত্রগী মঙালদা নহাক্কী থম্মোয়গী অথুপ্পা অমদি অচুম্বগী পরিচয় ফংহুনা পোক্‌পগী মহৈ য়াল্লে।

খুৎ তিংথোক্লুনা জগৎকী মরুম্বাগী ঐখোয়না লৌখ্রে য়াম্না, অদুবু নহাক্কী খুৎনা লাম্থোকপসু লাম্থোকখ্রে য়াম্না।

হে বিশ্বকবি, য়াইফ-নুংঙাই অসিদা নহাক্কী নকমদা পূকচেল ঈংখাং থম্মান-চংজো তৌরা লোয়জরি। —শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়, পোইন্তুবী তারিখ ১৬ বৈশাখ ১৩৩৮।




